[illegible]

# নঙগা ঐগা অমত্তনি

ই দীনমনি







# ৱাহৈ অনী-মরিদং

অশাংবা ৱারী অসি ১৯৮৯ দা ইখিবনি। খোংনীংবগী মিহুল অমদগী পঙখোং খোংখিবা হায়বদুনি পঙফ ফগদবা মান্দে। ১৯৯৯ দা ফোঙননবা শেম শাবসু হৌরুরবনি। মতা ইচা চাদবদগী ফোঙখিদরে। 'রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙ, নম্বোল'দা ফোঙনবা হায়জরুবদা য়াবিরে। খূৎনম অসি লূপ অসিনা পুথোকপনি।

ৱাফম অমনা ৱারী অসি নমদুনা পুথোকপদা লোন অমদি সাহিত্যদা য়াম্নমক থৱায় য়াওবা হন্দোকলোয় অমা ওইনসু মফম চাউনা লৈরবা ইনাও বি. এস. রাজকুমারনা কোপী এদিতরগী থৌদাং লৌদুনা য়াম্না চাউনা মতেং পাংবিরি। ৱারী অসিগী মিংথোলগী মতাং ফাওবদা ইনাওদগী পোথ্নি ফংখি। ইনাওগী তৌবিমল নীংশিংদুনা লৈরি।

ৱারী অসিগী হীরম অমদি থৌদোক-ৱাথোক পূম্নমক ৱাখলনা শাগৎপনি। করিগুম্বদা য়ানীংলক্তবা য়াওরক্তুনা ওম্থোক ওনশিন তৌখিবা মতাংসু য়াওখি। ওম্থোকখিবা খবা অদুনা মফরে হায়রুবসু যাদ্রি অমুক ওম্থোকনীংলকপসু য়াবি খনবদগী হন্না অমুক পারুদ্রে। পাবিরক্কদবশিংদা অদুম শিন্নজরে। কলম পায়বশিংগীদি অসি নত্তনা করিদি লৈরি !

ইম্ফাল,<br>জানুৱারী ১৪, ২০১২

এলাংবম দীনমণি

# অহানবা

থাজরিবদি খোঙচৎ অসিদা থাজবা কয়া থোকপগা লোয়ননা থাজদবা কয়াসু থোক্লি। থোকপনি। থোকহনবসু ওইবা য়াই। ঙক্কদবা কোঙ্গায়সু লৈরি। পুন্সিনি।

কালেন মমৈগী শারবা নুংথিল অমদা চেন্নইগী এয়ারপোর্টতা প্লেনগী মতম ঙাইরিঙৈদা জয়চন্দ্রনা নুপীমচা অমা থোঙদা চঙলকপা উরুই। উবমক্তদা শ্বায় লাউগুম তৌই; থক্কে থাঙ্গৎলুবা কোফী অদু থন্মগা মাগী সুটকেশ মচাদুদগী চাউরপ তৌবা চেখাও অমা লৌথোক্তুনা হাংদোক্লগা তোঙান তোঙানবা মওং অহুমদা নম্না ফোটো অদু শত্তোক্তুনা মথং মথং য়েংলুই। লাপ্লপ্না মতাই অমদা ফমথরিবী অদুদা অমুক য়েংলুই। অমুক অনীরক ওন্ন-ওন্না য়েংলুরবা মতুংদা মথন্তা লৈখায় তাজে - মানি শোয়দ্রে। ফোটো অমগী মনম থোক ওন্থোক্তুনা পারুই - এল. বীনা; এম.বি.বি.এস. অরোইবা চহী, তিরুপতি; ইম্ফাল কৈথেল অচৌবা। কোফী থক্ল-থক্লা ফোটোগা চুংশিন্নদুনা য়েংলুই - ঈ থাংনা ঙৌকনবা কুচু; কোয়দানবা মায়থোঙ; তবাবা চীনবান, খাংঙৈগী শমকক, লোয়ননা তোঙ্গানবা শাবান। চায়রুং মপাদা পিতাফম খজিক নক্লা থুংবা শমব্রু মচাদু অমুক অনীরক্তং খূবীনা নান্দুনা য়েংলুরগা মমানা ইরকপা চে মচাদু ফাক্তুনা অমুক্লা পারুই —

. . . ইবোচৌ, হন্দক্কী অসি ইমাদি চান্ননা পাম্মে। মরম ওকই মোং হাদে, মহৈ চপ চানা হৈরে। নঙগী বাবাসু য়ারবনি। নঙগী বাবানা হান্ননা খঙই। এম.বি.বি.এস তম্নবা খনবগী মতাংদা অমুক অনীরক থেংনখরে হায়। পবীক্ষা হেক হায়দোকপগা থবক ফংনবা তৌরনিসু হায়রি। থবক্কী ব্রাদি অরাযবনি। খজিক্তং নুংঙাইতবা অমনা মমা লুখ্রাবীনি; মপাবুঙ লৈখিদবা কুইরে। মমা অসি রানী কৌই স্কুল অমদা ওজা ওইরি। পৈশা-নুংশা পায়বদি নত্তে। মদুসু অরায়বনি। ঐখোয়গীদি মশা ফরগা লোইবে। মশক্তি য়াম্না ফজে। মাবু হায়বা লাকপনা মহানি। ফোটো অসি য়েংলগা খঙগনি। হন্দক্তি নঙ ব্রা ঙাংবা য়াদ্রে। ঐখোয়না শীল্লবনি . . .

নঙগী নমা

থম্বাল

জয়চন্দ্র খম্থরিবা ব্রাখল অমনীগা লোয়ননা পরেং-পরেং ফম্লরিবা মীয়ামগী মনীং থংবদা ফম্মগা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। চহী অহুম মবিদগী মপাগা মমাগনা য়ূম পান্ননবা তৌরসি হায়না তকপদা মতম মতাং ব্রাৎলি হায়দনা কন্না খাঙলম্বনি। ঙসিগী বীনা উবদা, ব্রাখল অমা লাকপগুম তৌই। খূদাংগী ঘড়ীদা, অদুগা অমুকসু, য়াল্লিবা ইলেক্ট্রিক ঘড়ীদা য়েংলুই। পুং খরা ব্রাৎলি। কোফী অমগা অমুক লৌদুনা অমুক্কসু মথন্নতা হংজরি - "কমদৌবা ! চঙশিন্দুনা ব্রারী তৌরুবদি কমদৌবা ! য়াম্না নহা অঙাং

হাযবদু নৎনবক্তবনিনা উন্নবা ব্লাবী তৌবা কাযদেনা। ফজদনা থোক্লগদ্রা। উশিৎ-থওইদনা খনখিগদ্রা ! অদুগী ব্লা থোইনা লৈতেনা, ভাব তাথোক্লবা কাযবা নত্তেনা ! অদুবু মসিবু মা ওইবা শোয়দ্রবা জাৎলা !" খন্না খন্না ফোটো অদু লৌথোক্তুনা অমুক যেংলুই। হেন্না মানশিল্লকই। লৈখায তাবকই - "মান্নিদা !" জযচন্দ্র তযাং তশোইবক্লবা মথমোয ঈবোযনদুনা হৌগৎলকই। তপ্না তপ্না চৎলকই।

নুপীমচা অসি বীনানি। বীনামক্লি। বেলগী খোঙচৎতা তংখায চল্লপ তৌববা উপন্যাস মচা অদু মখা পাথবকপগী অদুদা খোঞ্জেল অমা নক্লা তাবকই - "এক্সকুয্জ মি ?" মঙোন্দনি খঙলবী বীনানা তপ্না যেংখৎলকই। নক্লা উবমক্তদা শ্বায লাউই, ঙক্লা অঙকপা ফোঙদোবকই - হৈমা !

- বাবৌবিনু, ঐগী মিং জযচন্দ্র কৌজে। দোক্তব ইবোহল ঐগী বাবানি। শীংজমৈদর্গানি। চেন্নই অসিদা জর্নেলিজমগী থবক অমা তৌজবনি। সোম, দোক্তব বীনা ... ?

বীনা ঐগী মিংনি, দোক্তবদি ওইর্জাদ্র। তম্বা লোইবদা ঙাযজবি।

হৌজিক এপ্রেনতিসশিপতা লৈবি ?

- হোয় ! লেঙশিল্লু।

যানি, থেঙ্ক য়ু।

হেক থংনবা ফমফমদা ফমথৈ। নক্লা অমদি চিন্না থম্মিবা মাগী সুটকেশ অদু থৌজিন্নবা ঈপ্থোক্লগা বীনানা শাওবীং শাওবীং লাউবকপা মশাবু ফাজিঞ্জে। ঘড়ী যেংবা ওইনা খজিকসু যেংলুই। জযচন্দ্র কমালনা মমায খজিক তৈথোক্লগা কবিগুম্বা খবা হাযগদবগী শেম শাবিবদু বীনা খঙই। ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈ। জযচন্দ্র ঙাংলক্তে। ঙাইহাক তূমিন্না লৈনৈ। লাঙনবা মবক্তা পৃমচীর্কনি। বীনানা তপ্না হৌকই,

- ঙার্সাসি যাম্না শাখবে।

- হোযনে দোক্তব। ঙসাই অযুক্তগী খংশা শাবা হৌবেনে।

ঐ দোক্তব ওইজদ্রি।

ওইবেনা। দোক্তব বীনা হাযনবগদববো। মঙানী তবানীদা ঙাযবে থবক পাযবা হৌগদবা। মেডিকেল ওফিসব ওইর্বনি।

- ঐদি সবকাবগী থবর্কসি কযা হৈনদে। লনাই ক্লিনিক অমগা হাংলগা মযামগী সেবা তৌবনা -

কোফী থকলুসিবা দোক্তব ?

- ঐদি কোফী চা থকচদে। ফাল্লু, ঐ ফমজগে।

- চাবদি যাইদনা ?

- ফম্মিন্নবগী ওইনা ফমজগে।

অনী চাফম-থকফমদা চঙলকই। মায়োক্লনা ফম্মিন্নে। চান-থক্লবা কৌখ্রগা জয়চন্দ্রনা হায়বনি,

- ঐদি লোইনা চায় লোইনা থকই; পুঙসুনি।

- পাবুঙ দোক্তরগা য়াম্না মান্নেয়ে।

- চুম্মী ঐখোয়' বাবাসু থকপনি। বাবাদি চাক চারমদাইগুম্বদতা থকপনি ঐদি মতম হায়বা লৈতে। হৌজিকসু ঙসাই অয়ুক খরা অদুম পায়রকই। নঙদি সোরী, দোক্তরদি হৈনরম্মোই ?

- কৈসু কায়বা নত্তে। হেনবা অদুগা মতম নাইদবদি ফত্তবগী ব্রাদনি। ঐনা পাবুঙগা মান্নে হায়বদি অদু নত্তবা।

- ও, শকতা ?

- হোয। য়াম্না মান্নবা।

- মযাম্লসু হায়নরিবনি ঐগী কোইসিদং লৌথোক্লবদি দোক্তর ইবোহল নহা চপ চার্বনি। বাবানা মীগা খরা খাঙঙে চপ মান্নরে। ঐনা ইম্ফালদা লৈবা মতাংদা বাবাগী পেসেন্তশিংনা ঐঙোন্দা চঙশিল্লকপা তোয়খ্রপোৎনি। কোই খাকপগী মবম অমসু অসিনি।

ঙাঙবগী মওং ফাওবা হাইরপ মান্নে। ঐদি ঙসাই অহানবা উবদা পাবুঙ ওইববোই নীংলুরে।

- ও, য়াম্না ঙকখিবদো !

বীনা খজিক নোকই। কোফী অমুক্তা চিংলুরগা জয়চন্দ্রনা বীনাগী মায়থোংদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই,

- বীনা, ও, সোরী দোক্তর।

- অদুনি চুম্মীবদি। ঐ দোক্তর ওইদ্রি। ওইরগসু মিংনা হেন্না পামজগনি। হায়বিয়ু।

- ঐ ব্রা অমত্তং হংনীংই। হ ! ফ্রেন্ক ওইনসি। কান্নদবদা কোইথোক্লবগী চহী মতাংদু নৎত্রে। নঙনা - বীনানা খঙলিদ্র-খঙলিরোইদ্রা খঙদ্রে। ঐখোয -

- ঐ খঙজরে। ইমানা কুইরে হায়রকপা। পাবুঙনসু - হায়বদি, দোক্তর পাবুঙ, ঐগীদি পাবুঙ লৈজদ্রে; ইমা লুখ্রাবী ...

- ঐ খঙঙে ওজা রানী। হান্নদগী বাবাগসু খঙনরকমাল্লে।

- পাখং-লৈশাবী ওইরিঙৈদগী খঙনরকই হায়। থাবল চোংমিন্নরকই বারুণী চৎমিন্নরকই হায়না তায়।

- ও অদু য়ৌনদি তাদে ঐদি; খঙনরকই হায়বদনি। মহোয়দি নহা ওইমিন্নরকই' জাৎ ওইরে। ওজা ইমাদু ঐদি মশক খঙদ্রি। ফদি ফজরমগনি; হায়নবা য়ৌনা ফজরমগনি ঐ খঙই।

- করিগী ? মশক উদ্রি হায়বিবদুদি ?

- মচা অসুক ফজরিবসিদি। বীনা তশেংবনি, দোক্তর; য়াম্না ফজে।

- দোক্তর হায়বিগনু হায়বনি। ইকায়জে !

মীনা ফজে হায়নবা হন্না হন্না, কয়ারক হন্না তারবী বীনানি। মহায়দোক্কী মহায়দোক থোইনা খোয়জঙলুদে। হরাওখিদবদি নত্তে। ইতাউ তাউনা ব্রাগী ব্রা ওইনা হরাওখিবা ঙাক্তনি। মশানা মশাবু মিংশেলদা য়েংজরগা খঙখিবা 'ফজৈনা' হায়বা অদু ফাওবা য়াম্না লূপ্না অর্থ লৈখিদবনি। ঙসি অহানবা উন্নবা জয়চন্দ্রনা ফজে, য়াম্না ফজে হায়রকপসিদি অর্থ পূম্নমক্কী অর্থ য়াওরকপগুম তৌই। হৌখিবদা, অদুগা ঙসিসু অচৎ-অওকশিংনা ফোংনা কয়া লোন্নসু কয়া য়েংনখিবদু হামু-হামুদা নাচুংখিদবনি। হৌজিক হৌজিকমক জয়চন্দ্রনা য়েংলিবসিদি বীনা খাঙবা ঙম্মক্তবদৌনা তৌই। মশা নুংফাওননা তনীকপগুম তৌই। মরম ইরৈ লৈতনা মতিন হাগে তৌই। নুংফাওননা নুংওনবা মৈশা অমনা ওল্লাংহল্লকই। ইতামক তারক্তবা লুমাঙ শেন্নবা শম্লাং মনা অনী-মরিদু তপ্পা হাইগৎলগা খোয়রুম মোমোন অমদা হায়রকখিবনি,

- হেঞ্জিননা থাগৎপসি ঐদি কিজৈ। থোক্লসিরা ?

- ঙাইখো মতমসি য়াম্না ব্রাৎলি ফমখিসি। শাগদবা ব্রারী অমদি হৌদ্রি। কুইগদবসু নত্তে।

- তাকপিয়ু।

- দোক্তর বীনা, সোরী; ঐদি অতা-অতবীদা ইবদা হৈনবোইনা তৌখ্রদনা ব্যবহার-নুংভারকাসি কয়া ! হ, খঙববুদি খঙবা, হৈনদ্রবদো।

- য়াই কৈদৌবগে মরূপ অমা ওইনা, নহা ওইবী মরূপ অমা ওইনা অদুম ঙাংনবদা কায়দে। মদুনা হেন্না হৈনৈ ঐসু। ব্রা ঙাংবসি ঐ কয়া হৈজদে। তাবদি হৈ।

- মসি সুমাইনা তৌবনি; ঐ অসিদা থবক অমা সুম তপ্নোই-লাকপোই তৌদুনা লৈবনি। মণিপুরদা চেফোঙ অমা তৌরগে হায়বগী ব্রাখল অমদা থোক্লিবনি।

- খঙজরে।

- হা ? কনানা হায়দনা খঙঙিবা ?

- হ, হৌজিক হায়বিবদুবু হায়জরিবা। অদু ভাব তারে হায়জবনি।

- ও। ইম্ফালদা থোকপগী মরম অচৌবা অমগসু লৈরি। ঐখোয় ইমাসি থমোয়গী

লায়না অমা লৈ। বাবানা কন্না শেন্নদুনা লৈবনি। অহলসু ওইরে। বাবাসু রিটায়ার তৌগদবা চহী অহুম মুক্তা ঙায়রবনি। চহীদি সুবু সুরম্মনি; নহানব্রাই মেট্রিকতা চহী অনী অহুম নৌনা পানবগী তৌবনি। ইমাগা বাবাগনা কন্না হায়বদগী ঐ থোক্লিবনি।

- ফৈ। লোয়ননা লৈবা য়াম্না চুম্মবনি। ইথন্তা পোকপনিনা ...

- করি, ঐবো ? ঐবু হান্না খঙব্রনে ?

- পাবুঙদি মুন্না খঙজে। ইতেং য়াম্না পাংবিখিবনি। হৌজিকসু পাংবিরি। ঐসু ইথন্তা পোকই হায়বা য়াই। ইপ্পা অমা লৈরম্মী। ঙস্তানা লৈখিদরে। ইমানা লোইরে।

- ইমা মথন্তা লৈহৌব্রো বীনানা সোমদা মপান্দা লৈরিঙৈদা ?

- মামগী মচানুপী অমগা লৈমিন্নরি। ঐগী ইনাও নুপীগুম্বনি ঐনা য়েংদৌরিবনি। মামদুসু খরা নংই। মচা য়াম্মী। নুপীঙাক্তা তরুকনি।

- অস ! যুগ অসিদবো তরুক ! মাগীদু নুপা তানবা - সোরী, অসুম য়ামখিবা !

চাবা থকপা লোইরবা মতুং ঙাইহাক ফম্মবদা মী মনম মনম চঙলকপা উবদগী থোকমিন্নরকই। মতাই ওইরপ্পা কাচিন অমদা ফম্মিন্নরে। য়াল্লিবা ঘড়ীদা তোয়রপ য়েংলগা জয়চন্দ্রনা হায়নীংলিবদু হায়নবা অমুক অনীরক অমুক্কা হোৎনবনি। অতাবীদা হৈনবা ফন্নমক ওইদুনসু মাগী ওইবা অথোৎপা লাংফম অমা লৈবনা পাক হেক ঙমদে। পান্দম লাক্ল-লাক্লা পান্দমফম হেক-হেক থৈদোক্নুনা থম্বদৌনা লৈ। মপান মপানদা অসুম কোয়বদৌনা হেক হেক লৈ। মমৈদ-মমৈদা মীয়াম অমুক তিনখৎলকপগী অদুদা চাইথোকখিবা জর্নেলিজমগী থৌনাশিং খোমজীল্লগা, তীং-তীংলকপা নিংদোল অমদগী হায়বা হৌরকই,

- দোক্তর বীনা ঐনা থোক্লির্বসি লুহোংবগুম্বগী মানবা মতাং অমগীসুনি। ইমানা মা হিংলিঙৈদা হোংদবা য়াদ্রে হায়দনা তকপগুম্বা অমসু তৌরে। হায়নরে অহল মশেল য়ানরে হায়না হায়রে। নঙ ঙক্কনু থাজদবসু তৌবিনু। ঐদি খরবু ঙকলুরে। থাজবদি তৌদ্রে। ঐগী হায়নরিবী মৌ অসে দোক্তর ওইরম্মে।

- অদু কৈদৌরবা ?

- আই ! নঙ ঙক্তবরো ?

- অদুক কন্না ঙকপদি নত্তে। ঐদি খঙবা কুইরে। শক খঙবসু কুইরে। মিংগা কোন্ননা খঙবদি কুইদ্রি। নহানব্রাই ঐখোয় তম্বগী খল্লবা নুপী ময়াম পাবুঙগী ওফিস কাদা ব্রারী তৌরিঙৈদা কনানো য়ুরোপিয়ান অমা পুদুনা চঙলক্লগা মোরেরোমদা কোয়বা পুরুনি গাড়ী পীয়ু হায়দনা হায়রবদো মদুদগী খঙখিবনি।

- ও, চহী মঙা-তরুক্কী মমাঙদা আমেরিকান মরূপ অমা লাকলম্বা অদুগীদো।

ৱেলেক্স, টোম ৱেলেক্স; আমেরিকাননি য়ুরোপিয়ান নত্তে। অদুদি কুইরবা ৱানি নহা কন্না ওইরিঙেনি।

- মতমদুদা মিংসি ইবোচৌ হায়না ...

- মদু ইমানা কৌবনি। বাবাসু ইমানা কৌবদু অদুম কৌই। চান্নজগ্রপোৎনি অনীসি। জয়-জয়চন্দ্র হায়বনি অশেংবা মিংদি।

- মদুনি ঐনা খঙবা কুইদ্রি হায়জরিবসে।

- ঐদি দোক্তরবু ঙসিনা অহানবা উবনি। ফোটোদদি খরা কুইরে উবা।

অনী ফমা কুইনা অমুক তুমিন্না লৈনৈ। অনীমক থমোয় তথক তথক্লে। খঙনীংবা হংনীংবা শান্ননীংবা ৱারী লৈনৈ। পাক্লা ঙাংনদে। মতম ঙাইবগী অৱাবদি কোক্লরে। অদুবু ঙাইরিবা পুংফমদু লাক্লগদ্রা হায়না চিংনবা হৌনবগুম তৌরে। অমদা অমনা কয়া কন্না য়েংনদবা মফমনি। অদুবু বীনাগী তয়াং তশোয়রবা পুক্লিংনদি পূম্নমক মখোয়দা য়েংলক্লবোই খনবা হৌরকই। পাশিন্নরিবা উপন্যাসকী লামায় অমগা অমুক ফাক্তোকলুই। মথং পাথনবা নত্তে ঙাইদুনা খাঙননবনি। জয়চন্দ্রনা শাগৎলক্লিবা মমায়দু খজিক ফাজিল্লগা হায়রুই,

- দোক্তর বীনা।

- 'দোক্তর' অসি হাপত্রবদি ইয়া য়াদ্রবরা ? তাকপিয়ু।

- নঙগী ব্যবহারসিসুনি। ঐ ৱা অমা হংনীংই।

- খঙলবদি তাকচগে কৈদৌগে।

- নঙদনা খঙগদবনি অদুগীদি। মসি, ঐখোয়গীসি, ৱা অমা চম্না খঙদোক্লরগা, ৱাবী অমা চখবা চুমগদবা লৈ।

- হায়বিয়ু।

- ঐদি ইমাগা বাবাগগী প্রপোজেল অসি য়ানিংলে। নঙগী কায়গদবা নুংঙাইবোইদবা লৈরগদি চম্না অদুম হায়হৌ। পোৎলুম পুদুনা হিংগদবা পুন্সি নত্তে। মতম খবদং লৈমিন্নববু নীংবা কায়না লৈমিন্নবা ফত্তে। নঙগী মক্প-মপাং হান্নদগী লৈব্রা ? নো বীনা, নঙ ঐবু লান্না উগানু। চুম্না অশেং-অশেংবা, অতা-অতাবীদু অদুম হায়য়ু। চিংননু। সেন্টিমেন্ট-ইমোশনদা লৈগদবা মতমদু হেল্লবনিনা ...

- ইমান্নবীদি পিক থন্না লৈ। বোই ফ্রেণ্ডদি অমত্তা লৈজদে। থম্মক্তে।

- ওইবা পাম্বদি য়াম্না লাক্লমগনি, লৈরমগনি। লৈফম থোকই।

- হৈমা, করিগী ?

- নহে অদুক হৈবা নশক অদু ফজরগা লেম্না লৈরম্বা হৌনদে।

- হৈমা, য়াম' ঙকইনা !

- ওক্সনু। লম অসিগী পাখংনি ঐসু নুপা মশক খঙই। অহল-লমনসু খঙই। সমাজবু মশক মুন্না খঙলগা হায়বা ৱানি। নঙবু হায়বা য়াম্না লাকই হায়বা তারে।

- হায়বা লাকপবু ঐনরো ! কনাসু লৈজদে।

- পামখিবদি লৈব্রা ?

- অস্ ! মওং অমনিনা ! মদুদি খঙঙোইবো।

- হ ! ঐগীসি ওন্নবা লৌগনু।

- ওন্নবা লৌবগী নত্তে তামো ইবোচৌসু ময়াম্না তান্নগদবা নুপানি। ফজে, লাইরিক য়াম্না হে ইনাকসু য়াম্না খুল্লি থবকসু ফরবা লেম্মবা অমা তৌরি, হেন্না লেম্বা অমসু তৌগদৌরি। কনাগুম্বী কয়ানা লোয়ননীংগনি। ঐসু তামোনা হংলিবা অদুমক হংনীংবনি ।

- ঐনা কোয়বা লৈব্রা হায়না ?

- হৈমা !

- নহানৱাই স্কুলদা লৈরিঙৈদা বামোন নুপী অমা কোয়গে তৌরুই; বাবাগা ইমাগনা হাৎকে তৌবদগী তোকখ্রে। নুপীদুসু শননা ৱাইবদগী শিখ্রে।

নোকফেৎ-নোকফেৎ তারম্বদগী বীনা হৌরপ্লা খংনোক নোকলুরে। অনকপগী অকোয়বদা লৈবা খরনা লৈ লৈদুনা য়েংনরকই। শাউবীংলক্কবী বীনা লাইরিক্তা থৱায় লুপশিঞ্জে; নোক্লিংবা কন্না খাঙদুনা লৈ। জয়চন্দ্রনা সুট কেশ লৌখত্তুনা হাংদোক্লগা করিনো অমা কন্না থিজিন্নে। জেপতা য়াওবা ফোটো অমা লৌথোকই। বীনারোমদা লানশিল্লুই। বীনা য়েংই। মাগী ইকোন কোন্না নমদুনা মমাদা থাখিবা অদু ওইরম্মী। ঙক্তে।

কৌশিল্লকপদগী প্লেন তোংগদবগী চঙনরে। কাখৎলে। ফমফম থংনদে মনীংগা মমাঙগা য়াম্না লাপ্লে। জয়চন্দ্রনা পঞ্জাবী নহা অমগা নীংথিনা ঙাংনদুনা বীনাগা থংননা ফম্মিন্নবা শীল্লে। ফমথবা ঙাইহাক ওইরে। খবর অমা লাম্বগী মওংদা লুকথরগা জয়চন্দ্রনা তপ্না হংলুবনি - "অদুদি দোক্তর, প্রোপোজেলসি য়ারেকো ?" বীনা খুমদে। খুম্বা ঙমদবনি। মোমোন্দমক তৌদুনা লৈ। থীন্দনা অমুক্তা হংগে খল্লম্বদগী জয়চন্দ্রনা ইকোই কোইজনা মশাগী মতম্বাক্তা থমজরিবা বীনাগী মখূৎ অদু, খবরগী মখাদা তপ্না পায়রুই। থাজদবা মরক্তা বীনা খোঙদগী তোন ফাওবা তু চংই; শ্বায় লাউই। ওনশিল্লপ তৌরগা জয়চন্দ্ররোমদা খজিক য়েংলুই। খল্লুই - লাঞ্জং অমদি কল্লিদা ! ৱাকৎতি য়াওদে। কুইনা লোয়নরক্লবগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌই। মশা খঙবদি নত্তে। জয়চন্দ্রনা খজিক পৈথরগা হায়রুই,

- করিগীনো খুদোপপু খুদোম্বীদা শিরিবদি ? পামজবগীরা ?

- নত্তে ইমানা নোংমাইজীংদা পোকই দোষা লৈ হায়দুনা শিয়ু হায়বনি। সনা নত্তে কোরীগা ধাতু খরগা য়ান্নবনি। নুঙ খরগা য়াওরি।

- অসিগুম্বদা থাজব্রা ?

- কন্না থাজবদি নত্তে। ইমাদি থাজগনবী লুখ্রাবীনি।

- ঐখোয় ইমাসু তৌই। ঐগীসু ইমাগী ফনেক মচেৎতা য়াইঙংগা করি করিনো য়োম্বা মচা অমা যাওরি।

- ইমা লোয়নবগুম্বনি ফরিবনি।

- বাবাদি য়াদে। অসিগুম্বসিগী অহল অনী মরক মরক্তা ঙংনবা য়াওই। ঐখোয় ইমাদি লাইরিক্তি কয়া য়ৌদে লাইসুদি খঙই। নহোয় ইমাদি ওজানি। ভাব তামিন্নরমগনি। মতমগী ঈরাং খঙবী ওইরমগনি - হা ?

- মতমবুদি খঙই। অদুবু আমেরিকানদি ওইদ্রি, ঐঙোন্দা লুকথরক্কনো, খূৎ থাদোকউ, তু মাঙদা হোস্টেসনা কবিনো উৎকদৌরে, য়েংঙু।

- ঐগীদি য়েংদ্রবসু য়ারে। ওক্সিজেন, খূদোংথীবা অমত্তা কিদ্রে।

- করিগী ?

- দোক্তর অমা য়াওববনা।

- দোক্তব হায়নু হাযবে !

- করি হায়যুগে ?

- মিংনি বীনা। মসি ময়াম্না কৌননবনি।

- ঐদি ময়াম ওইবোই।

- হৌজিক ফাওবদি ওইরিদনা।

- কৈদৌঙেদগী ওইরোই ?

- সে চানবা লাক্কদৌবে খূৎ থাদোকও।

- হৌজিকমক্তি লাক্ত্রিদনা।

- শম অমুক্তা হাইগৎকে.

- ঐ হাইগৎপিগে।

- অস !

নোংথক্কী খোঙচৎতা চৎলকপসি হন্দক্কী অসিনা অহানবা নত্তে; য়াম্মে। অনীমক য়াম্না তোয়রবনি। হেন্নসু তোয়রবনি হায়বা য়াই - জয়চন্দ্রগীদি। ব্রাখিবা, নুংঙাইখিবা, হকচাং নুংঙাইখিদবা যাওখি। অদুবু ঙসিগী অসিগুম্না তথকপা থমোয়না মকা লামখিবা অমুক্তা য়াওখিদরি। প্লেননা শাফবা মতাং -সেফ জোন-দা ব্রাংনা, য়াম্নমক ব্রাংনা উইদুনা

পাইরকপা মতাংদা মায়কৈ পুম্নমক্তা নোংমদোনগী নোংমদোন ঙাক্তা ঙায়রকপা মতমদা পল্লেপ্তবা ব্রাখল মরক্তা উইখিবসু য়াওই; করিগুম্বা খরা পাদুনা লেনখিবসু য়াওই; চূনদবা নুংশিৎ থেংনবগী মঙৈ খজিক নীক্লকপদা তমঙমদবা অমগী চিংনবদা ঙাইহাক লেনখিবসু ময়াওখি। ঙসিগী অসিদদি খোঙচৎ মশামকপু নীংশিংবা য়ৌনা তৌরুদে। নীংশিংগে হায়না নীংশিংলক্লবদা শাংলবদি ফগদৌবা হায়বা অসিদংদনি। অদুবু নীংশিংবা অসিগী ব্রাংমদা তপ্পা চৎহন্নীংবগী মায়োক্তা পাইখৎপদা নেমথরকপনা হাল্লে। ঙাইহাক উইবা মান্না পোত্থারিবী বীনাদা নকশিননা হংলুই,

- তূম্মিবরা ?
- উইজদে, তাকপিয়ু।
- ঐনা হংবদি খুমদ্রেনে ?
- করি ?
- য়ারবরা হায়বদো।

বীনা খুমদে। খুমগেসু খন্দ্রি। নুংফাওনবা মোমোন অমদা লৈ। জয়চন্দ্রনা অমুক অনীরক অমুক্কসু হংলুই। বীনা খুমদ্রি। খুমনীংদবদি নত্তে। কুমথরমদাইদা জয়চন্দ্রনা হায়রুই,

- য়ানিংদ্রগদি অতাবী হায়হৌরো, ঐদি অহলশিংদা থবক মখা চত্থনবা হায়খ্রনি। তুংদা ব্রা ঙাংনবদি য়ারোই।

- ঐদি ব্রা ঙাংবা হৈতে হায়জখরেদনা। কুমথরসি ঐখোয়নীদা ঙায়হৌদৌরে।
- ঐদি অমুক হনমিন্নখ্রসিরা হায়না খল্লিয়ে।
- ইমাগা ইনাওনুপীগা ওকপা লাক্লমগনি। পাবুং দোক্তরখোয় লেঙলক্লমগদ্রা ?
- ঐগীদি তূমিৎ ফাওবা পাইবিনবা লৈতে।
- ঐ হান্না চৎলমগে। চৎমিন্নগুমসি।
- কৈদৌগে য়ানরববো।
- হৈমা ! মওং অমনিনে।

মতাংগী কৃম্মৈনা মশাগী মফম অমা কন্দুনা অদুম্মক থম্বা ওইবা তাই - পুন্সিসিদা। ব্রাকচীংগী উনখা মরক্তা মপাং মরক্তগী চিথহৌরবা গুলাবসু মশাৎলি। য়াক্লবা কালেনগী মৈশারক্তা লৈপাক্লেসু নাইতোম ফৃগায়রকই। ফৃগায়রকপনবু শোয়দ্রবদি লৈনমদি অদুম্মক চেল্লবনি। লৈনমদি লৈনমনি চাউথোইবা মাগী খৃদোননি কনাগী করিগী খৃদুমদা থম্বা ঙম্বা নত্তে। মহে-মশিংগী অমদি লাক্লিবা পুন্সিদা মী ওইনীংবগী কল্লবা ব্রাখল অমদা নহা ওইবগী ঈথক-ইহুলবু লমজায়রুরবা জয়চন্দ্র অমদি বীনা অহানবা থেংনবদা লৈনমগী

মৈগী চীং অমা শাগোন্নরকই। লেঙ্গাগী পাখং কয়ানা অপাননা কয়া, নাকোয়ননা কয়া, হৌদোক্লকখিবা থমোয়গী হৌজ থেংখাণ্ড কয়াগী ৱাফম ফি কনবগুম কনখিবী বীনানি। অদুবু ঙাইহাক্কী ওইবা খোঙচং অমগী হেক মতুংদগী মকু হুবদা ঙাইরিবী লিন অমোমগুম তমোন তমোননা লৈররে। হায়বা ইনখ্রবা পঙজরিবা অঙাং অমগুম ঙাংলকপা হায়রকপা পূন্নমকতা মরূ লুকথরপ তৌনা তাদুনা লৈবগী শরূক্তা ওইখরে। মতম লাক্লবদা মরমগী লমদাংদি পান্থেদমক ওইবনি।

জয়চন্দ্রগী মওং উবদা মপাগা মমাগদি ঙকলুরে। মতম শাংনদগী য়ুম পান্নবা তৌরসি হায়না হন্না হন্না তক্লবদা মৈ-ঈশিং চঙলমদবা মানা হন্দক্কী অসিদদি মমানা খজিক কাওবা হৌরকপদা, মপূং ফানা হায়ফাৎত্রিঙৈদা হায়রকখিবনি,

- হোয়নে ফরেনে, শীল্লোনে।

মাগী বাবা ইবোহলদু হৈ মহী হাগে তৌই। লোক খূদোকলুরগা হায়,

ইবোহল - নত্তেনে ইবোচৌবী, নুপীবু কনানো খঙলবরো ?

জয়চন্দ্র - খঙদ্র'সু য়ারে ইমানা ফরে হায়রে ফরম্মনি। বাবাসু খঙলবা নৎত্রো ?

থম্বাল - ঐখোয়বুদি মুন্না খঙলদনা শীল্লবনিনে। নঙনা অমুক অদুগা-অদাগা হায়রক্কদ্রা হায়বগী ৱানিনে !

জয়চন্দ্র - করি হায়রুনি, পাল্লদি পাল্লে, হোঙঙে, ফরে।

ইবোহল - মশক্তদি খঙখোদনা। উন্নখো-খোৎনখো; ৱারী-ৱাতাইসু ঙাইহাক তৌনখো।

জয়চন্দ্র - নুপী মশানবু য়ারবা নৎত্রো, য়ারদি ফরে।

থম্বাল - নঙনা থোরকপা নুমীৎতুদা মাসু থোরক্লে হায়বনি। চৎতুনা অমুক্তং উন্নরুগেরো ?

জয়চন্দ্র - মা লাক্লগা উন্নরবসু য়াইনা।

ইবোহল - অস ! হরে-হরে ! কূম্মৈ তাদ্রিবদো ! থম্বাল, মমা ইবেম্মা হন্দক্কী নচা ইবুংঙোগী লুহোঙবসিবু !

থম্বাল - হোঙদবা সুপয়া য়ারোই ঐদি। নুপী মশানা য়াদ্রে ঐনা ফারুরে; ইচা থৌনাম্ভোক অসিনা য়াদ্রে ঐনা চেল্লুরে। ঙাওশিন্ননু ইবোচৌ, মং খূৎনা লাম্বা ফংদৌরবসি ফাওবদা ইসু উদ্রিবনি। হোঙদ্রবদি নঙ হন্দক চৎখিবা য়ারোই।

ইবোহল - থোক চৎখ্রবদি ?

থম্বাল - নুপীসি পুরগা ঐখোয়না ননাক্তা থিল্লকপা য়ারি।

ইবোহল - ও-স্ ! তৌ তৌ মমা ইবেম্মা নিংথৌবীগা নচা ইবুংঙো খোরিলোনগা হোৎনবিরো। ঐ কূম্মৈ য়েংজরগে।

জয়চন্দ্রনা 'তৌনিংবা তৌ' হায়রম্মগা চৎথ্রবদা ইবোহলনা টাই শেমজিন শেমজিননা হায়রকই,

- নচা ইবুংঙো কামজাও অসিনা য়াদ-য়াদ্রগনা ঐ ওইনা হোঙঙদ্রা কৈনো খঙদ্রে। মীনা য়ানিংদববু।

- অং হোঙঙো চহী হুমফুগী পাখঙনিনা য়ারি। মমা হৈজিন্দুনা মানবগা হায়রুরবদি হোঙনীংলমগনি। মমা অসিগা থাবল কন্না চোংমিন্নখিবা হায়রুরবদি ঙাই-শেল ওইদৌরিসি তঞ্জদৌরিবা জাৎনি।

- অস থম্বাল ! নঙ হান্নদগী ইফ ফগৎনা উদে। লায়েংবা লুদৌরি।

- ব্রারুরনু কুইররোই। হন্দক্কী স্ট্রোকতদি লোইরবা য়ারি। নপা-নচা অমনা য়ুমদা, অমনা মপান্দা থক থক্কুনা হেক লৈহৌরো। নুপীমচা অসি শা-ঙা চাদে চা ফাওবা থক্তে ঈশ্বরদা ধর্ম-কর্মদা থব্রায় য়াওই হায়দনা পাম্মুবনি। মমা অসিগী খল্লুরবদি ঐনা হেন্না য়ানিংদবনি।

- তো, তৌরকএ, নহোয়গী হৌনবী।

- করিগী হৌনবীনো ! চোংবু চোংমিন্নখি চৎমিন্নখি হায়বগী ব্রানি।

- কান্নদেসে চৎনবা য়াবা ব্রা ঙাংনসি। ঙসিরা হয়েংলা চৎলো অসোমগী মমা মচা উন্নরুরো। লেপ্পরো খঙদোক্লরো। য়ারগদি কুথী-নুংথী য়েংথোক্লরো। মতম হেক্তা লেপ্পসি। ইবোচৌবীগীনা ঐনা থোকপা ঙাংনরগে। য়ানবা হায়নরগে। মাগীসি য়ানিংবগী মওং মাল্লি।

- মসি মবুক লুবনি। নুংশা থী। ঙাংবগা তৌথোরকপগা ইমান মান্নদে। মপা লৌই। শক মান্নবতা নত্তে মচোরিৎসু লৌদৌরিমাল্লে।

- তো ! খঙঙে। তোকও নঙগী ব্রারেমদু। নুপীরোমগী নঙনা দাই, নুপা অসিগীনা ঐনা। কিৎ হেক্তা নম্মগা লোইরে। হোঙদ-হোঙঙম্মগা মা চৎথ্রবসু নঙগা ননি-নমৌ লৈরগা লোইরে। নুপীমচা অসি ফৈ নাম্ব্লোকখিবা পাম্মুই।

- মমাসুরো ?

- মমাগী ওইরগনা তোকথোক্লসিরো ! অমা য়েংঙসিরো ?

- করি য়েংজরুনি ! বীনাদি ইমৌ ওইরগে হায়না লেপথ্রে।

- তো, অদুনি ফেমিনিন লোজিক !

- নুপাগী মচিংদগী হেন্না ফরিবনি।

- খঙঙে ! মদুনা লাইথেৎ অমনি। ইবোচৌবীদু ঙন্না হল্লক্লবদি ঐগী ওফিসতা লাউ হায়য়ু। ঐ নুপীমচাদু কৌরগা উন্নহনবা য়াব্রা য়েংগে। হায়ননীংবা হায়নসনু য়েংথোকসি।

মথংগী নুমীৎতা ইবোহলনা বীনাবু মী থাদুনা কৌহল্লুই। হৌজিকমক, লৈরম্মবদি পুরকউ হায়বদগী ড্রাইভরনা পুরকই। হান্না কোইবগী মথক্তা অমুক্কসু কোইজনা বীনা ইবোহলগী লোয়শঙ কাদা চঙলকই।

- পাবুঙ দোক্তর অমুক্তা চঙজরক্কে।

- লাউনে-লাউনে, ঙাইরম্মিবনিনে। ফম্মুরাউ। নঙবু বীনা থোরক্কে হায়বদি তারে; লাক লাকখিদরে কৈদৌরে, দোক্তর ওইদৌরদনা ঐখোয়গাসি কাউথোকপা হৌদৌরববো !

- ঐসু পাবুঙ খুরুম্বা লাক্কে খঞ্জরম্মিবনি। হেক য়ৌরকপগা ইমানা য়ুম শঙহল্লম্মগা কদাই কদাইদনো পঙচৎতা চখোক্তুনা লৈরে। নোংমা লাক্কে তৌজরম্মিবনি। পাবুঙনা কৌবিরকপনা হাল্লে। ইমাসু ইকায়রে।

- ওজা ইমা য়াওরকপরো ?

- লাকপনি। কৈথেনদা লৈহৌরে।

- য়াওবক্লবদি ফদৌবা।

- পাবুঙ খুরুম্মুসি হায়জবনি। লৈহৌরে কনা কনানো উন্নগদৌবা লৈ হায।

- ফরে ফরে। কমদৌবি না-য়েক্তেদনা ? অশাবা লমদা লৈরুবনিনা কুচুদি হেন্না ঙৌথোক্লেনে। নশা-নউ য়েংবা নুংঙাইরে।

- খঙদে পাবুঙ, পাবুঙগী লমন করম্না শিংগদবনো খঙদে।

- লমন ? লমনদি কবিসু তোন্দবনি। ঐগী তৌফম থোকপা তৌখিবদনি।

- কদায়দৈনো পাবুঙনা তেংবাংবিরমদ্রবদি তম্বা ফংবগী ব্রা লৈরম্মোই। পাবুঙগী ফৈজোম অমা লৈজরকই। ইমাইবেম্মগীনা রাধা-গোবিন্দগী মূর্তি লৈজবকই। ইমাইবেম্মদি বৈষ্ণবীনি।

- এ ফবেদা তান চাবে। বর মপা ওইবদা শেৎকে।

- কমদৌবা ?

- হ ! কদাই ফৈজোমদি ?

বীনা ভাব খরা অদুম মতাই। পায়রকপা নীংথিবা চেয়োম অদু ইবোহলগী মখোঙ মযাদা থম্মরগা খুরুম্মে। "মঙ্গোল পীবিয়ু পাবুঙ" - পিরোইনবা খোঞ্জেল অমদা হায়জকই। ইবোহল হায়নীংঙাই লৈতনা পেল্লি। মতম অমদা মতাং মতাং লাকপদা মাগীদমক মায়পুননা মায়রোঙ য়াখিবগী লমন শিংলরে হাযনা খল্লি। ফৈজোম লৌখৎ-লৌখৎনা হায়রকই,

- ইবেম্মা বীনা, দোক্তব বীনা।

- দোক্তৰ হাযবসিদা হাযবিগনু হাযবগা।
- কবিগী ? কৈদৌঙে !
- হ্ !
- ওইববনিনা হাযবা তাবা।
- পাবুঙনা হাযবদি পামজদেবা ! অদুগীনি। পাবুঙদি পাবুঙনি।
- ফজবা নৱাহৈনি। ইচানুপী যাওদবনি নঙ অসি ইচানুপীনি খনবা হৌবম্মবনি। হৌজিক্তি খন্দ্রে।
- হৈমা ! কবিগী ঐনা কবি লানখ্রবা পাবুঙ ?
- লাল্লম্মে। নঙ যাম্না লাল্লম্মে। ইচানুপী ওইদ্রে।
- কবিনো তাকপিবিসিবো ?
- ঙাইখো, ৱা তাখো। নঙনা হৌজিক্তা ঐগী লমনগী ৱা অমা পনখিবদাই ?
- চাউববা লমননি পাবুঙ, শিংবা ঙম্মবোই।
- মপাদা মচা অমনা লমন শিংবা হৌনদে। তোনবসু তোন্দে। লমন তোল্লে হাযনা খল্লবনিনা ঐগী ইচা ওইবা যাদ্রে হা ? ভাব তাবিদনা ?
- অদুদি ঐবু . . .
- ঙাইখোনে বীনা, ঙাইখো। ৱা তাখো। ঐগী লমন তোল্লে হাযখিবসিমা শোযদ্রে।
- তোল্লবনি।
- লমন অসি শিংলো হাযনা থৌবগে খল্লি, হৌজিক্তা খল্লকপনি।
- অদুদি ঐ ঙমজবোইবো পাবুঙ।

ঙমগনি বীনা ঙমগনি। মীনা ঙমদবা পাবুঙদি হাযবোই। লাযখ্রবা থবক মচা অমত্তং নঙনা তৌবগা লমন পুম্নমক শিংলে কোক্লে - পূমকোক কোক্লে।

- তাকপিযু ঐনা ঙম্বা ওইববদি থৱায ফাওবা ...
- মদু উপন্যাসকুম্বগী, লীলাগুম্বগী ডাইলোগনি, কান্নদে। নথৱায অদু নত্তে ঐনা পাম্মি পীযু হাযবিবদি -
- তাকপিযু।
- নঙ যাদবা তৌগনু। যাদবা যাবোই।
- তাকপিযু। অপাম্বা হাযবিযু। হোৎনজগনি।
- নশানি ঐনা পাম্মিবসি।

"কমদৌবা !" বীনা খংলপ তৌই। শ্বাযসু লাউখিবনি। কোকচাউবী কাগে তৌবনি। ইবোহলসু চঙক্লকবে। লৌশিং খংতা তাবকই। খজিক নোকলুবগা হাযবকপনি,

- হাই, ঐরা নঙলা অমা ওন্নদৌরে। ঐনা হায়বদি, ঐগী ইচানুপা অঙাওবা অমা লৈদনা - ইবোচৌবী; জয়, জয়চন্দ্র। অদুগী ইমৌ ওইরগে হায়বনি। খরা লায়না হায়রে হায়দনা ব্বারৌনু। নঙগী পাবুঙসিদি কোইনা লৈশী লৈথোক্লুনা কবি-নুংবিদৌনা হায়বা হৈনদে; হৈত্তবদি নত্তে; উপন্যাসককা য়াম্না পারকপা মীনি। মীগী কায়াৎ ময়াম, শরু-শদোং ময়াম য়েংলিঙৈদা মপানগী মপূম উবা ঙমখিদরে।

- অদুমক কবিতানি পাবুঙ।

- ও, নঙ ঐবু লান্না খন্দ্রেদনা।

- পাবুঙবু করিগী খল্লুদগে ঐখোয়গীদি পাবুঙনি; অপোকপা পাবুঙমক্তি খঞ্জরিবনি।

- ঐ খঙই বীনা। ঐবু খরদংদা ওইরবসু হান্না খঙগনি। ঐনা হায়রিবসি চুম্মবা ব্বাফম্নি ইমৌ ওইনা পুশিনবা পাম্মে। য়াম্না পাম্মবনি। নমা অনী য়ানরবনি। ইচানুপা অঙাওবসিসু য়ারবনি। মাগী হায়ববু ব্বা ঙাংবসি অর্থ হনবা খরা ব্বায়। মহোয় জর্নেলিজমগী হৌনবী ওইবমাল্লে। নমাদি অস পামজবনা য়াজবনা করি হংঙুরনি।

- করম্বা ইমা ?

- নমাইবেম্মা; ইবোচৌবগী মমা - ননেম ওইদৌবী; ঐগী নুপী থম্বাল।

ঙাংগল্লি অঙম-অরায় খঙদে হায়বা খঙনা খঙনা বীনা য়াম্না হঙ্গোইজৈ। মমায মমীৎ ঙাংলপ তৌই। মরু লুকথৈ নংত্রগা করিগুম্বদনা থেৎলিবা অমদি খিল্লিবা মীগী শক্ত পোলাংগুম্বদা য়েংদুনা খাঙই। অঙৈং-অশা চাং অমদা থম্মিবা কা অদুদা মপানগী কালেন-মৈশা ফাওরকপদৌনা তৌই। করিনো খুমগদৌরিবসিবো হায়না খল্লিঙৈদা ইবোহলনা হায়রকই,

- শম্না খুম্মু। বিজ্ঞানগী চক অসিদা কোইথোক্কনু মতম মাঙনর্বনি। তৌগদবা লৈরবদি ওপরেশন অসি তাপ হেক্তা তৌগদবনি। থোক হোঙবা তাপ লৈরবা ইনাক্তা। য়ানিংই য়ানিংদে হেক্তো চম্না শম্না খুমগদবা। য়াই, য়াদে, বস লোইরে। কবি খল্লি; হায়য়ু। হঙ্গোইনু। ঙাইহাক্তং মতম লৌ। কুইর্দি কুইগনু। কুইফমসু থোক্তে। নঙগী হান্না অমগা লৈব্রো ?

- হৈ-মা !

- লৈরগা 'লৈ পাবুঙ য়ানিংদে', লোইরে। য়ারগা 'য়াই' লোইরে। ইমৌগী অপাম্বগী মায়োক্তা থবক সুকতৌ তৌরোই। খঙন-চান্নবগী অর্থ মুন্না খঙবা অহল অমসুনি। নখোয়না হেল্লোই। হায়য়ু। নংত্রগনা ইচানুপাসু কৌগে উন্নগেরা ? হাইফেত্তং ব্বারী শাগেরো ? ফোন পায়রগে ?

- হ ! উন্নজরোই।

- অদুদি খুম্মু।

- মতম খরা লৌজবা য়ারোইদ্রা ?

- য়াই করি য়াদনি। সেকেন্দ কুনথ্রা লৌগেরা মিনিট লৌগেরা, য়াই। হৈ মহী পুহল্লক্কে। থকপা লোইবা ফাওবগীদু লৌরো।

- মঙানী-তরানী পীবিয়ু।

- অস ! মঙা-তরা ! নো ! নো বীনা মদু য়াবা নৎত্রে। কুথী ফাওবা য়েংনদনা লোইরম্মনি। পাঞ্জিনা য়ারে হোঙলে; য়াদ্রে চেলহোঙ ! পুঙলোই লোইবগী মতাংদা থম্মবনি। নখোয়গী ব্রাদা ঙায়রবনি। য়েশ-নো লোইরে কৈনো। অসিবু মিনিট চঙবা ব্রারো ! ভাব তান্নরবা ঙাক্তনি। শাউবা শাউনগদবা কন্নাসু য়াওদে। নমাইবেম্মদং ইমোশন অমদা নৎত্রগা অমদা লৈজগনি। মাসু লল্লানবী ওইবোই। ননেমনিদনা। খুম্মু। হৌজিক খুম্বা তাবা।

- কম্মাইনা খুমদৌবনো খঙদেদা !

- কম্মাইনা হায়বু কৈনো ! নঙ দোক্তর নৎত্রো ! নেগেটিবনি য়াবে নৎত্রগা পোজিটিবনি য়াররোই - মেটাথিসিসনি জষ্ট কনফর্ম, লোইরে। করি লুবা পোৎনো ডাইগ্নোসিস নশানা খঙলবা পোৎনি। খুম্মম্মো অদুগা চৎলো ঐসু মিটিং চৎকদবা লৈ।

- ঐ ভাব অমা ...

- ভাব তাদবা য়াবোই বীনা; নঙগী পাউখুমনা নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা কাযহল্লোই; ঐ লৈবি। ঐনা দাই পুরে। ঐঙোন্দদি নঙ কনা নত্তে ঐগীনি। অমসিসু ইচানি। থকপা ফাওবা মান্নরিবনি। ঐবুদি ননেমনা বেরা তৌবদগী হল্লে। নঙগীসু নঙনা ব্রারকপা অদুম য়াগনি। কম্মোন অনসাব - যেশ ওর নো। করি মোত ?

- করি মোত লৈরুরনি। পুঙলোই লোইরগা হংবিবা ওইনসু তৌবে।

- অদুনা ?

- ঐগীদি পাবুঙগা ইমাহোয়গনা লোইরে, অসিনা ফরে হায়বদু ফরে ।

ইবোহল ঙমখৈ অমা লান্না হরাওরকই। ফুক হৌগৎলকই, "নাইস, ভেরী নাইস, থেঙ্ক য়ু - বীনা থেঙ্ক য়ু" হায়দনা লাউবকই। কিবোই খংবোই ইকায়না পাখৎলিবী বীনাগী মখূৎ শোক্লমগদবা খজিত্তা ঙায়। বেরা পঙলৈ লৈবা ইবোহল নত্তে। এরোপ্লেনদগী কুমথরক্লগা থোক্লকপদা ব্রাখল অমদা তাউদুনা লৈরকপনা মাবু ওকপা লাকপা মাগী ড্রাইভরবু থোক কোল্লুবা য়াওরিবনি। ব্রাখলগী ওম্বোকপা থাক অমদা লৈরকপা অহলনি। ইনস্পেকশন লাকপা মন্ত্রী অমদা মিং চনবগী ব্রানোম্বা লাকপা থিকাদারনি খন্দুনা তপ তানা চৈথোকলুবগী ব্রারী লৈরি; মন্ত্রী মণ্ডলগী কাঙবু ফাওবনা ব্রারী লীনদুনা অব্রা

পোখানবা য়াওরি। মমান্নবা দোক্তর খরনা 'ফরক মাইবা' হায়দনা নাইতোম লৈমিন্নবা কান্দা তোয়না লক্লরিবা ইবোহলনি। বীনা মুন্না খঙজে। হৌখিবা মতাং-মতাংদা উনবা খুদিংদা ইচম-ইচম চন্না তোররনীংখিবা ইবোহলগী লীচৎতুনি। অদুবু বীনাদি হান্নগুম দোরো-দোরো তৌবা ঙমজখিদ্রে। ঙসাই হেক চঙলকপা হেক উন্নবদগী হৌনা কোইরপ কোইরপ অদুম্মক তৌখ্রবনি। ব্বারী শাবদা বীনা শারিবা মীদুগী মমায়দা য়েংগনবনি। মাগী লীচৎনি। অদুবু ঙসিদি মাবু শেম্বিরকপশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অহল অসিদা অপাননা য়েংবা ঙমজদবগুম তৌই। য়েংলবসু লুরাক্লনা য়েংবদমক ঙমজে। বীনা মসিগী মরম খঙই। নকশিন্নবদা থাপ্লবগী পরীং অমা লৈ। পরীং অসি শাফোঙলক্তবা হৌনদে। মকুবোক ওইনা উরকপনা ওইবা য়াই।

নোংনা ফৃদিত ফৃরবা নুমীৎ অমদা জয়চন্দ্রগা বীনাগা লুহোংই। চাউনা হোংই। নোংদোনগা লৈমায়গসি ঈশিংগী ঈশিংমক্তা ওইখ্রবোই নীংনরবা, অতৈসু লৈরমখিনি হায়বা য়ৌনা খন্নরক্ত্রবা মতাং অমদা হোংবনি। বীনানা হূকখিবা লৈ পরেং অনীদগী অমা অমুক জয়চন্দ্রনা হূকপগী মতাং অদুমক্তদা অহৌবা মখোল অমগা ঈরোয়ননা নোংথাঙ কুপখি। বর কন্যা অনীমক খংখিবনি। কন্যা শেন্নরিবী অদুদি খঙহৌদনা মচীন্দা শোনখি - জৌমি-জৌমি। তুংইনবা পুঙয়েবদুনা হাইরপ তাহৌবগুম তৌই। নোং অদুম হৈথরি। লৈরক, লাংখোং ঈশিংনা লংই; হোঙফম শূমাঙ ফাওবদা হাইজিল্লক্কে তৌই। লৈখোম লৈনাংনা থ্রোক-থ্রোক তাই। গাড়ীদগী কাপথোরকপা ঈশিং-লৈখোম থৈদোকপদা মফম খঙহৌদ্রবা খোংবান্দা তাবা মীওই অহুম সুখি। মরক মরক্তা ব্বারীনরি। দোলাইদা থিনবগী শীল্লগা গাড়ীদা থিনখি। মী মশীংদা নোপ্পা তৌখিদে। নিংঙোল পোকপী রানী কপচখিবনা মহানি। নোংদোন অমদি মালেমগী অপূনবা লাইজনা মমা রানীগী পিরাংগী মমল য়ৌদবা য়ারি। হেঞ্জিল্লিবনা মমা ওইবীগী পিরাং ঈরীকশিংদা পেঞ্জনা হরাওজবগী মহাও অমসু য়াওরি। লাপথোকখিবদা নকশিল্লকপা ওইবা তাই।

জয়চন্দ্র মাগী কাদা তপ্না চঙলকই। পোৎ পৈফমগুম লৈরবা মাগী কাগী হোংলল্লিবা মশক অদু উবদা মহাক ঙকপদি তৌদ্রগসু থাজদবা অমা ফাওই। অওনবা অসিনা চাউখ্রবদি থাজগন্দে। ঙক্লিবদি হৌজিক্তা চাক চামিন্নরম্বী বীনানা কুইদবা মতমগী মনুংদা সোফাদা ফমদুনা লৈরম্বদুনি। পাথরম্মবা নোংজুগী অনৌবা ঈনোৎ অমা য়েংলুরগা চঙলকপনি। কুইবা নত্তে। বীনাদি হৌখিবা কয়ানিদগী ফম্মক্লবগুম ফমদুনা লৈরম্বনি। থোঙ কানশিন্দুনা খজিক্তং চঙলক্লগা মরক্তা চপ লেপ্পগা হংলুই - "দোক্তর বীনারা ?" বীনা খুম্মক্তে। য়েংবা ফাওবা য়েংলক্তে। খঙবদি খঙই। জয়চন্দ্র চঙশিল্লক্তুনা নক্না ফম্মে। মহাক্না ঙাংলক্লিঙৈদা বীনানা তপ্না হায়রকই - "দোক্তর কৌদৌ' লৈরদি চঙবিরক্কনু চৎপিখ্রো !"

জয়চন্দ্র ফুক হৌগত্তুনা থোঙলোমদা থোকলকই। বীনা মিপাইরুরে। থোক লৈথোক্তুনা য়েংলগা ফুক হৌগৎলকই। জয়চন্দ্রনা থোঙ তপ্না লোনশিল্লম্মগা তপ্না তপ্না লৈশিন্দুনা চঙশিল্লকপদা খরা হুন্থে। নুংশা থীবদা হান্নগুম চথে। ফমথরকপগী অদুদা নোংজু মরক্তা ওল্লাংবা ফাওরিবা জয়চন্দ্রনা মফি হোংলকই। নকশিন্না ফমথরগা নকশিন্না মোমোন তৌরুই। খোয়থুম্লনা থোকপা লৈনম অমা বীনাদা ফাওরকই। "ঙসিদং থক্তবদা করি কায় !" - হায়না হায়গে তৌরকপদা খঙলকই জয়চন্দ্র হিদাক থরুক্তে। খুদম্ করিসু লৈতে। করি মনম্লো ? কাদুদা লৈবা পোৎশিং বীনা লোইনা খঙই। গমলাগী তগৎ-তগৎ তেক্লিবা অশেংবা লৈ চরোং অদু ফাওবা মশক খঙই। মনম ফাওবা তোঙান তোঙান্না খঙলি। মনম নাইবা চাইখিবা থাউসু খঙই। ময়ামদুগী মনম অমত্তা নত্তে। পূম্নমকপু নমহৎনা থোকপা লৈনমনি। ঙকনা জয়চন্দ্ররোমদা য়েংলুই। মশা অপূম্বদা তপ্না য়েংলুই। জয়চন্দ্রনা তপ্না হংলকপনি,

- দোক্তর কৌববু করি কায়বগে ?

- কায় ! লাপমল্লি। লাপথোকপদি পামদে।

- হৌজিকপু লাপ্লিবরনে ! সে তো !

- য়াম্না নকমল্লগসু কিজেকো !

- ঐদি ঙাওই বীনা।

- অদু য়ারে অদুনি নঙোন্দগী পামজবা। নহাক্না ঐগী মিং কৌবা তাবা য়াম্না নুংঙাই।

- 'দোক্তব' হাপ্তুবা ?

- সুকহাপ হাপ্তুবা। মনীংদা মমাঙদা করিমতা হাপ্তুবা। সুকহাপ হাপ্তুবা।

- 'জয়' সু য়াদবা ? জযবীনা, বীনাজয় ...

- অদুদি অমত্তনি।

- এ, লৈবে। অমা লৈরে। চপ চাবা।

- করি ?

- জয-বী; জয়বী। জয়বী ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়' বাবানা কৌবনি। হৌজিকসু মরক মরক্তা ঐগী ব্বারী শাবদা ইমাদা জয়বী হায়না পনবা য়াওরি। নঙোন্দা কৌরনি।

- বাজিহোয়, ইমাহোয়গী মাঙদা কৌবদি ইকাইনি।

- করিগী ঐনা কৌজববো ঐগী নুপীদা কৌজববো ! আই, কনাবুনো বাজি কৌরিবনা ?

- নহাক্কী বাবা, ঐখোয়না পাবুঙ কৌবদো।

- য়াম্না থুনা ওল্লিদা। পাবুঙ অদুম কৌ কৈনো। ঐখোয়' বাবাদি পূরা মোডর্ননি। কান্নদে খনবা চৎনবী সুপর্ষ্টিশন শুকয়া য়াদবনি। ইমানা পূরা বৈষ্ণবী - লাই, ঈশ্বর, গোবিন্দ, লাইনিংথৌ, ইবুধৌ - লাইগী লাইমত্তা; খোংবাল্লাই তিংখাক ফাওবা থাজবনি; ফুরি থুংবগী খোংবানদা চবান থাদুনা খুরুম্বনি।

- অদু ফরবনি। ঐগা পক্লগনি খল্লবনি। ঐখোয়' ইমানসু মুন্না তাকখ্রবনি।

- ইমাসি খরদি শাউগল্লি।

- মদুসু তারে। ঐদি শাউবসি হৈনদে কিঁজে। অদুবু এড্‌জষ্ট তৌদৌরিবনি।

- হায়বদি নঙদি হান্নদগী শেম-শাদুনা লাক্লেনে ?

- অদুমক হায়বা য়ারে।

- হায়বদি চপ চানা শেম শারে ?

- উম।

- হৌজিকসু ?

- উম। চো !

নোং লেপ্তুনা চুরি। ঙাইহাক পাথরুবা নোং খনকন কনখৎলকখি। নোংজুগী মশাগী ঈশৈ অমা লৈজে; অহীংগী সুর অমসু লৈজে লোয়ননা মতমগী হৈনম লৈনমসু লৈজরি। মহৌশা লাইরেম্বীগী মবুকথোক মরমচৎনি। মহৌশাগী শৈহেক মতম অমদি মফমনা থিংলুবা ঙমদে ঈরোয়নবদা তারুবা মখৈতনি। লৈনমদি মঙালগী খোঙয়াংনা করিসু তৌবা ঙমদে - লৈনমগী ইপোমদা ঙাওজবা নত্তনা।

মথংগী অয়ুক্তু তরং-তরংলম্মী। তূমথবগা য়াহৌবগা অনীগী লংদাইদা লোন্না হৌগৎলগা বৃন্দা খুরুম্বা থোকলকপদা তরু-তরুবা চীংখৈনা মোমোন তৌদুনা লৈরম্বদা বীনা ঙকলুরে। লৈবাকপোকপদা চুবা হৌখিবা নোং অমা য়ৌফাৎত্রিঙৈদা হ্রাখে-শৈরোই শকপগুম লৈরম্লে। থীন্দনা নুংশা মঙাল ফাওরকপগী পাউজেল চীংখৈ ফীদুপ্না পীরম্মে। অহীং অসিদংদবু ঙাইদুনা লৈরম্বা ওইনা খংঙান ঙালহনবা নোংথাং থাংমৈ পায়দুনা শজিক্লা ঙাইদুনা লৈরম্বগুমখ্রে। শূমাং পুখ্রী খোংবানদি পুমলং লংনা লৈরি। অরংবা তক্লবা লৈমায়গুম্মি। মনেম হৌগৎত্রিঙৈদা অয়ুক্কী পূজা-নুংজা হোৎনগে লেপ্তুনা বাথরূম চঙদুনা ঈরুজরুরগা মখোয়গী কাদা চঙলকপনি। থোঙ হেক কানশিনবদা মফম খঙদনা নৌনা শকখঙনবা লৈনম অদু খংফাও ফাওরকই। ঙাইহাক কাউরুরবনি। খংফং অমুক ফংলকই। মৈঙাল কাপখৎলগা কোয়না হাইরপ অমুক্কসু থিরুবনি। তম্পাক্কী শিখহৌরবা নাব্রা অমগুম নীংতম্না শন্দোক্লুনা ইশি-শিনা তূম্মিবা জয়চন্দ্রদমক উরকই।

মোমোন তৌনা ঙাইহাক য়েংলম্মগা নাকনগী অপাবা ফৈজুপ তপ্না চিংখৎপিরম্মী। চায়রুং ময়াদা পক্কিবা লিপষ্টিকতু মশা তৈথোকপা টাৱেল অদুনা তৈথোকপিরম্মী। থীন্দনা ফীসেং হোংলগা ধুপ-থাংমৈ পুথোক্তুনা থোকলকই। মনেম থম্বালনা মাঙ্গোন মচীদা ঈশিং খজিক থীক্লগা নাম্থোক্তুনা লৈরম্বা উবদা লকক তৌদুনা লেপ্তুনা লৈ। মুন্না খঙলুদবগী ইকায়রিঙৈদা থম্বালনা হায়রকই, "য়ারে য়ারে থাররো, ঐদি নঙনা তৈরে হায়বদি খঙজ্রবনা নেৎলুরে; অদুগী নাম্থোকপনি।" বীনা মনেমগী অরানবদা নে তাই। নুমীৎ পুজা কৎলম্মগা চঙলকই। থম্বালনা হায়হৌই, "জোয়বী অঙাওবদো অঙাংগা চপ মান্নবনি; ফমুংদা চা অদুম থকপনি। মচীন ময়া শেংদোক্লগা থক্লবা তম্বিবা হৌহৌ। ঙাংনবা য়াম্না ৱাবনিহে। মপা-মচা চপ মান্নবনি। ৱারকপা হৌজহৌহে নুপীমচা হায়বিরিসিনি . . .।" বীনা ঙাইহাক তারম্মী। অদুম কোথহৌরে। ঙাইহাক লৈরগা তান্নরক্তুনা থোঙজিন মপান্দগী লাউরকই, "হাই চা-নুং কা লোল্লুখিনু নুপীমচা নঙ চাকখুম চঙবা য়াদ্রি; চাক্কৌদ্রি। ঐ লোনগে লৌররাও।" বীনা লক্লরপ হংনীংবনি, "পায়বদি য়াব্রা ইমা ?" হংলুদে। মিকপ থোক্লম্মবা জয়চন্দ্রদা হাইরপ য়েংশিল্লুই। মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরম্বদা বীনা শাওবীং শাওবীং লাউবা ফাওই।

বীনা ইমুং অসিবু হান্নদগী মশক মুন্না খঙলকই। কুইরে। দোক্তর ইবোহলবু উন্নবা তোয়না লাকখ্রবনি। জয়চন্দ্রগী মরমদসু তাবা কুইরবনি। মশক উবা খঙবা কুইদ্রবসু মপাবুঙনা মরক মরক্তা পনবদগী ঙাংবদা করিগুম্বা মতাংদা শাংনা শাংনা য়াওবদগী খঙখ্রবনি। অদুনা কুইনদগী খঙনরক্লবগুম তৌবদা লায়না থোকপনি। চাক্কৌবগী নুমিদাং অদুদা বীনানা অশেংবা তাকলকখি।

নুমীৎসি জয়চন্দ্র হিদাক ঙাউরপ হল্লকই। খঙহন্দনবনি হায়দনা মশাবু চেকশিন্না থম্মগা মনাক ইনক নকশিন্দে। ওনশিন্দুনা ৱারী শারুদনবা কন্না হোৎনৈ। বীনানা নকশিন্দুনা মায়োক্লনবা কন্না হোৎনৈ। জয়চন্দ্রনা শাবা ওল্লাঙবা পোত্থানীংবগী নামাদা লৈথোক্লবা কন্না লাক্রে। মমৈথঙদা মহাক্না মরাল য়াজবগুম হায়রকই,

- বীনা ঐ ঙসি খরা পায়শিল্লক্লে নঙ শাউনু। নঙ হৈনরম্মরোই হায়বগী !

- নহাক্না হৈনববু করিগী খাঙবা ঙমদদগে। হিদাক শীজিন্নবা পাপ নত্তে। হেল্লুদ্রগা অদুগা য়ুম অসিদা ইনাক্তা ফম্মগা থক্লগা লোইরে। পাবুঙসু চাং নাইনা শীজিন্নরিবসিনি। অরানবা নত্তে।

- নঙ ঐ থকই হায়বসি হান্নদগী খঙব্রা ?

- য়ুম অসি ঐঙোন্দা পূমনৌ নৌবা নৎত্রে। নহাকপুসু অদুম খঙলক্লবনি। কুইরে খঙবা নহাক্লসু খঙই হায়খ্রে নোংমা অদুগা ঐনসু অদুম খঙলকখ্রবনি। শাউদে।

- নঙ মঙায়রিমাল্লে নুপানা যু থকপদা শাউই হায়দ্রিবসি। নঙসু থক্কেরা ?

- চা ফাওবা থকপা হৈত্রি, ঐঙোন্দদি ঙমদবা ওইনা থোক্কনি। মদু অমুক হায়বিবা য়াদ্রে।

- ঐনা অসুম চথবদি ?

- চথখো। মতম লাকখিনি। নুপা হায়বসিদি নুপানি।

- তরাগী মপু ?

- মদুসু ঐ য়ারোই। ঐগীদা ওইবা পাম্মি। ওইহন্নীংই।

- মদুমদি বীনা নঙনা নীংবনা কোল্লে ঐনা ওইবনা হানখ্রবনি।

- অদুসু থুমন্না খুম্বনি। ঙাইহাক্কী ইমোসনদা তুং কোইবগী পাউখুম থম্বা য়াদ্রি।

- ঐগীদি য়াই বীনা। ঐদি অয়াঙবা অথুবসি পামজবনি। ঐগী পুন্সি অসিদি চিং-চিংদুনা লেঙঙম শাঙমদনা চৎপা ৱারী অশাংবা নত্তে; হৌবগা ময়ায়গী ময়াঙদা হেক্তা হাইগৎপা অদুগা শৎ হেক্তা লোইশিনবা অয়াঙবা থৌদোক খরনি হায়না লৌই। ঙাইহাক্তং নুংঙাইনা পামজনা হিংলম্মগা শৎ হেক্তা।

- অদুম্না হায়বা চুম্মী খন্দে ! ঐদি কুইনা শাংনা লৈমিন্নবা পামজৈ। নহাকপু লৈমিন্ননীংদরো ?

- ননাক্তদা লৈনীংঙি।

- নুংদি নুংশিবরা ?

- মদুমসু নঙনা হানখ্রে বীনা ঐনা হান্না হংগে তৌবনি। ঐদিনে নঙগা ইথাঁ থাজদনা উন্নবদো, মদুগী মমাঙদগী ইমানা নঙগী ফোটো থারকপদো মদুদা উবদগী অদুম পাম্মবনি। অদুম পামজরবা। অদুম য়ারবা।

- পাম্বগী ৱাদরা নুংশিবদি য়াওদবা ?

- পাম্বসি নুংশিবনিনে বীনা।

- য়াম্না খেন্নরি। ঈরাংগী করিগী অমসু অমসু পাম্বা য়াই। নুংশিবদি লেঙদে। অদুম নুংশিদুনা লৈ। লৈসু লৈগদবনি। ঐদিনে নহাকপু খঙবা কুইরে। অহানবা পাবুঙগী ওফিসতা উখিবদো মদুদগী অদুম নুংশিরবা।

- পাম্বদি য়াওদবা ?

- পামদুনবু লোইনা থাদোক্লম্মগা লাকইবসিনি।

- তো অদুনি ঐনা হায়বসু; অহানবা হেক উবদা পাম্মিবসে নুংশিবনি।

- হ ! খরা খেন্নরিদা। পাম্বদনা নক্লনীংই অদুগা নুংশিবদদি নক্লদবদসু য়াবদৌনা তৌরি। ঐঙোন্দা ফাওবদু হায়বগী ৱানি। নহাক্তা নক্লদ্রিঙৈদগী ঐদি অদুম খনখ্রবনি। তত্তনা মঙদসু উবনি।

- ঐদি মঙদদি উদে অদুগা ফোটোদি য়াম্না তোয়না পুখোক্তুনা য়েংই। নুমিদাং খুদিংগী অমুক্তি য়েংবা শোয়দ্রে। অমা নঙনা লাইখুরুম্বা চৎলমদাইদা নম্না করিনো চন্দোন নীংথিনা থিল্লগা পুঙঙৌ ফনেক্কা ইন্নফি মতেক অমগা নম্বদো মসিমদি য়েংমন্দুনা খূনাং চারে। তূমথখিবদা ননশিনবদগী সূপত্রেক-নাত্রেকসু তৌরে। নঙদি তেক্কদৌবোই নীংই তেক্তে।

- করিবো ঐদি করিগী তেক্তোইবা ?

- ঐনা সূপকোন সূপকোন ...

- হৈ-মা ! জাৎ অমনিনা নুপা অসিদি ! হিদাক্কী নুংশিৎ অমনিনা !

অনী নক্লা নোকমিন্নখি। মঙানি তরানিমুক্কী মতুংদা, নোংমা চাক চামিন্নরিঙৈদা ইবোহলনা হৌদোকই,

- নবানিবু মঙানি-তরানি অসুম কোয়থোকলুগেরো ?

হনী মূনগী ব্রাফমনি। নোং নিনি মমাঙদা জয়চন্দ্রনা মাগী অনৌবা চেফোঙগী শঙলেন মচা অদুদগী ফোনদা মতম খরা লংফৈদা করিদা লাপতি পংলাপ লাপ্তুনা চৎথোকলুসিরা হায়না হৌদোকখিবা অদুগা বীনানা "মদুদি য়াম্না চুম্বা ব্রাফম্নি অদুবু ইমাখোয় বাজিখোয়গী মমাঙদা ইকাইদ্রা ফজরিব্রা ?" হায়না হায়খিবদু অহল অদুনা তাবদগী হৌদোরকপনি হায়বসি খঙবগুম তৌরবী বীনাদি ইকায়জবনা চাক হূকপা য়ৌনা ঙমজদে। টেবলগী মতাইদা খিল্লিবা ঈশিংগী জগ অদু লৌরুনবা হৌগৎলে। জয়চন্দ্রদা হূরান্দুনা খজিকসু য়েংলুই। জয়চন্দ্রদি বেরা পঙলৈ লৈবা মী নত্তে: হান্ননা য়েংদুনা লৈরম্বনা মীৎচী অমুক অনীরক খৎলকই। উখিদনা তোক্লরনি খনজবী বীনা হেন্না জীং-জীং লাউরকই। মরম ইরৈ হেক লৈতনা মখূৎ হাম্বা চৎকে তৌই।

ইবোহল - ঙাইখোনে বীনা নঙোন্দসুনি হায়রিবা হংলিবসে।

বীনা - বাজি ঐ ইমাগী চম্ফুৎ খরা -

থম্বাল - ঐগীদি য়ারে নুপীমচা, মপা মচাদি হৈনবনি খরা খরা হাপ্লু।

জয়চন্দ্র - ঐগীসু য়ারে।

ইবোহল - চৎকে হায়বরা ?

জয়চন্দ্র - চৎপদা য়াবা। চেন্নইদা অমুক্তং য়ৌগদবসু লৈবদি লৈবা।

ইবোহল - খঙঙে। শাবদি য়াম্না শাখিনি। চৎলো কন্যাকুমারী য়ৌরকও মদুব্রাইদুদি শারবসু নুংঙাইবনি। অহীং নোংঙাল্লমদাইদদি ফৈজুপ চিংখৎপা য়াবনি।

থম্বাল - মখোয়গী করি রোক হায়বদো - মদুব্রাইদা নৎত্রো ঐখোয়না নুমীৎ কুননিমুক লৈরকপদো ?

ইবোহল - হোয়নে খঙঙেনে নঙগীদু ঙাইখোনে। ঐখোয়গী লোইরদনা মখোয়গী হংঙিবনিনে।

থম্বাল - নংপু নংত্রা হায়বনি করি কায়বগে ?

ইবোহল - কায়-কায় ! য়াম্না কায় ! মরক্তা য়ানশিল্লকপদু কায়।

থম্বাল - ঐনবু হায়রদি নঙ' বাবাগীদি কায়রদৌদনি।

ইবোহল - কায়রবদি কায়রে। নঙদি অকায়বদনি তৌরিবসে !

থম্বাল - তূ তৌরকএ ! করিদা কায়রিবা -

অহল অনী অদুম ওনশিন্নহৌরে। নহা অনী অদুম থোকমিন্নরক্লে। কাদা জয়চন্দ্রনা মশাগী ক্বা শেমজ-শেমজনা হায়রুই,

- অসিনি হয়েংৱাই ইবানিনা তৌদৌরিবসে।

- শুনু কোৎলিদো য়াম্মল্লে। চীঞ্জাক্তি হেক শুই। ঐ শেমগে সে।

- চীঞ্জাক্কী ৱাদি অমসু হেনজিল্লক্লবনি।

- করি অমমুক হেন্দৌরে গঞ্জা, কানি, ভাঙ ?

- হ হ ! অমত্তা নত্তে; নেশাদি নেশানি। য়াম্না কনবা; কনখ্রবা !

- নম্বর ?

- নত্তে; নম্বর ফোর, ফাইভ, নাইন্টী, হন্ড্রেদ, থাওজন নত্তে। মদুদগী হেন্না য়াম্না য়াম্না হেনবা নেশানি। হন্দক্কীসিমদি হেক্তা কীহ্নবা ৱাহ্নবা পূমঙাও ঙাওবা নেশানি। খঙনীংব্রা ? খঙগেরা ?

বীনা খঙলকপগুম তৌই। নোকমি-নোকমি তৌদুনা লৈ। মিংশেল্লোমদা কাবক য়েংলুই। নাকনদা লৈবা কুল্লর অদু থারুরগা তুংলোমদা তপ্না জয়চন্দ্র চঙশিল্লকপা উই। ক্বা শেমদুনা থনম্মগা মোমোন্নরবা মায়থোঙগা লোয়ননা থংনবা কাদা চঙখি। হায়রম্মী, "খঙজরোই ইবুংঙো, খঙজনীংদ্রে।" "খঙদবা সুপয়া য়ারোই", জয়চন্দ্রনা খুম্বনি।

অনৌবা চেফোঙ অমা হৌরকপগী চিল্লবা মতাংনি; অদুবু থবক পূম্নমক মাগী ঙমথং ওইগদৌরিবা অদুদা শিন্নরম্লগা নুমীৎ খরনিদং চৎথোকলুবা ফরে খন্নরে। কন্যাকুমারীরোমদা হাইথবদা লেপ্লরে। প্লেন তাফম ফাওবা থিন্দোকপা চৎকনি হায়না তৌরম্বা ইবোহল চীংলোমদা মশক খঙদবা লায়না অমা শন্দোরকপগী মতাংদা য়াম্না ৱাংবা থাক্কী মিতিং অমা অথুবা মতমদা খূদক্তা কৌরকপদগী চৎতবা য়াদদনা চৎপা তারে। পুগদবা পোৎ-চৈ মচা-মচা খরদু লোইশিল্লগা চৎননবা ফি-রোল শেৎকে তৌরকপগী অদুদা ইবোহল মচা-মমৌগী কারোমদা লাকই। মপান্দগী লাউরকপনি, "নবানী লোইশিল্লবা

নৎত্রো। ঐ চৎপা য়ারোইদৌরে মিতিং অপাইবা অমা লাক্লে। কদায়, সে মঙ্গোল পীরম্মগে।”

জয়চন্দ্রদি অদুক হাক্লা থৌশারুদে। বীনা মকোক খজিক খুমদুনা হোৎতোরকই। মকুদা খুরুম্মী। অনীমক্তা মঙ্গোল পী, “খূৎলৌ পল্লৌবা লৈগনু না-য়েক্কনু। চৎলুরো। য়ৌনীংবা মফম খরা অদুম য়ৌরকউ। শাবা মতমনিনা খরদি চেকশিল্লু। জযবী নঙ খরা য়েংনা থক-চাও। চেকশিনবা চুম্মী।”

ওম্ফোত্তুনা থোকলক্লমদাইদা ইবোহলনা মমৌদা য়েংলগা হাযরকপনি, “অদুগনে ইবেম্মা, হল্লকপদা ঐখোয়গী পুরক্কদবা তঙায়ফদবা অমা লৈকো।”

বীনা - তাকপিয়ু-

ইবোহল - ইশূ পাম্মীকো।

ইবোহল অদুম চৎখরে। বীনানা হেক ইকায়জববু। পাক হৌগৎপা ঙমজদে। থংনবিবা জযচন্দ্রদা ইকায়জনা য়েংথোকলুই। জয়চন্দ্রনা মমীৎ চকুপ-চকুপ খৎচিল্লকই। বীনানা মপুবোইবগী চায়রুঙদা কিন্ননা হল্লুই, লোন্না শোল্লুই, “মচামক্কী মতৌনে !”

অরাৎ-অপা হংগে চঙলকপী থম্বালনা হাইবপ উরুই। খৌদেম্মুই। বীনা মফি হোংবা অদুম চঙলক্লে। থম্বালনা মচাদা করি কবিনো ঙাং ঙাংদুনা শিন্নহৌবি। বীনা মিংশেল য়েং য়েংদুনা মফি হোংলে। এরোপ্লেন ঙাইবিঙৈদা বীনানা জয়চন্দ্রদা হাযরুই,

- ঐখোয়' বাজিসি ঙাওমাল্লেনে !

- ঙাওবনি। ঐগা মান্নবনি।

- খজিক খরাক্তা নত্তে। ইমা অসি ফনা ৱাবমগনি।

- নঙনা ৱাবদৌনা। কো।

- ঐবুদি হৈনদৌরে।

- ফৈ বাবাদা হৈনবা ফৈ।

- করিগী বাজিদদি ?

- মচাদা হৈননবা।

- বাজিবুদি পাবুঙ ওইবিঙৈদগী হৌনা হৈনখ্রবনি। বাজিগী ঙাংগনবসিদা অঙম-অবায় খঙগন্দবসিগদি হৈনদে। ঙসাই হাযরিদুবু হৌনববো !

- করি হায়খিগে বাবানা ?

জয়চন্দ্রনা খঙনা খঙনা হংলুবনি। খুমহল্লগা ৱাচোয় ঙাংগে খল্লুবনি। প্লেন পাইবনা হানজিল্লক্লে। কাউথোক্লরে। কলকত্তাদা নুমীৎ হুম্ম ফাইদুনা লৈথে। পোত্থাবগী মওংনি।

মতুংদা রেলগী খোঙচৎনা শমথে। অথুবা থৌরমগী হাথু-হাথু চৎপা নত্তবনিনা তহাদে। চেন্নইদগী বসকী খোঙচৎ চথে। খন্নরগা মওং-মওংগী খোঙচৎ য়েংসি লেপ্লবনি। কন্না শারিবা, অশাবা নুংশিৎনা পূম্নমকপু নৈহৎলিবা মতমনি। তঞায়-তঞায়মক ফদ্রবা মতাংগী নৎত্রগদি চৎপমক তারবসু য়েথোক্লবা মতম ওইরি। খোঙচৎকী মতম নৎতবনি।

অদুবু নৌহৌনা লোশ্দিন্নরক্লিবা অনী অসিগীদমক্তদি পানদা শাবগী ওন্নতৈনবদা নুংদা ঈংলি। মফম খুদিং ঈংলি মতম খুদিং মীৎকুপ খুদিং ঈংলবা নাকয়েৎনা ওইনরি। অঙ্গংবা নুংগী লমথুংনি; পানগী অশাবনা হঞ্জানহনবা ঙমদে। লৈপাকলৈদতা নত্তে নোংমাংখা মপান্দা ফাওবা শুমহৎপা লৈনম চেনবা মতাংনি। অশাবা পূম্নমকপু চন্দন পূম্নমকী অপূনবা মনমনা ঈংহন্দুনতা থন্লিবা মতমনি। মতমগী কূস্মে কূস্মেদা কূস্মেনি। মহৌশাবু পায়দুনা শান্নরিবসি মতম ওইবা তাই।

নোংমদোনগা লৈমায়গা ঈপাককা, লৈমায়গা ঈমায়গা চুংশিন্নফম ওইরিবা কন্যাকুমারীগী নাকচেৎকী তম্পাক্তা মতমগী লায়ুম অমা লৈ - নুমিৎ তাখিবা থা থোকপা। অখেংবা নুংশাবু অমেঙবা থাবনদা শিন্নরম্বগী কূস্মেনি। মফমগী তানয়েদা মতমনা শকপা শৈরেংনি। নোংপোক ঙানবীবু নোংচুপাঙম্বনা চেংনা কোনশিল্লম্বনি। ঈপাকনা ইবা ইপোমগী পরেংশিং পারুবদি লায়রদনা উবদদা অথগী মরৈ চাম-চামগী খূজীংদা তম্মকই। লায়না চেল্লবা মশা খঙনা মতম ঙাইরবা অহল ফাওবদা নুংঙোল্লি। ঈরাং ঈথক্তা তথক্লিবশিংদদি কমদৌরমগবা। মতম মহাক মঙায়রে খঙনা মোমোন্নরমগদবা।

য়াচঙবা মতুংগী মঙাল মরক্তা জয়চন্দ্র বীনা হোটেল তম্না খোঙনা হনমিন্নরকই। নাকনগী কৈথেল মচা অমদগী জয়চন্দ্রনা চাচন্দনগী ধূপ অমা লৈরকই। ঙাইহাক পোখানরগা ঈরু-মায়থনরগা অমুক্তা পোখানরকপগী অদুদা হোটেলগী নুপামচাদুনা জয়চন্দ্রনা লৈহল্লুবা লিক্লি অদু পীরে। বীনা খঙই, হায়রুই,

- পোৎ ওইরিনিনে, লাইমা থকই। মফম মতম হায়বা নাইদরে।

- পোৎ অনীনি ঐনা থাদোকপা ঙমদ্রিবসি - অমনা অসি, অমনা -

- অমনা ?

- হায়খিরোই হৌজিক। ঙাইহাক লৈরগা তাক্কে।

হায়রম্মগা ধূপ অদু অনী লৌথোক্তুনা থায়। য়ুংফম থেৎফম মতা চাবা অমা য়েংলিঙৈদা বীনানা হায়রকপনি,

- য়ুংফম লৈত্রগা তোকও মুখৎলো, কৈদৌনদগে।

- মনমসু য়েংসি অদুগা নঙসু ঐনা চা-থক্কদৌরিবা হিদাক অসি মনম হৈনরোই; অদুগী থাবনি।

- ঐনা করম্বা কান্দা হৈনদে হায়গ্রবগে ?
- হায়দ্রসু খঙবা। ননাতোন সুগৎপদু ঐ উই।
- অদু ওইরসু কান্নদে মুৎথৎসি।
- মনমসি পামদবরো ?
- পামদবগী নত্তবা।

হৈদুনা থক্কুরগা জয়চন্দ্র চঙশিল্লক্তুনা নক্কা ফম্মে। বীনানা হৌগত্তুনা ধূপ অদু নৈহত্তুনা মুখৎলুই। হঞ্জিল্লক্তুনা লাপ্পপ্পা ফম্মে। জয়চন্দ্রনা হংলুবনি,

- পামদবা নৎত্রবদি করিগী ? হৈনদবগী ব্লারো ! নুংশিবা মনম, ফজবা শক অসিদি হৈনফম থোকইনা। ঐদি অনীমক্তা হৈনরিবসি উদ্রো; চাচন্দোন মনমসু, নগুসু। বীনাসু বীনা মখোনসু।

- চাচন্দোনগী নুংশিবা মনমবু কনানা হৈনদে হায়বগে। হৈনৈ।

- অদুদি করিগী মুখৎলিবা, থাওনে।

- মসিদগী হেন্না হৈনবা অমা লৈয়ে, মনম অসিবু নমহৎখিগদবা। অদুদি পামজদবা।

- করি করম্বা মনম ?

- মদুসু খঙদবা। ননাক্তা লৈরগা ফাওরকপা অমা লৈ। মদু মাঙহনখিবদি পামদবা।

- ঐঙোন্দগী ?

বীনা খুমদে মোমোন্ননা মঙক্তি নোম্মি। জয়চন্দ্রনা মপাম্বোম থাঙ্গত্তুনা সুৎ-সুৎ নমজরুই। ঙাইহাক্কী মমাঙদা ঈরুজরুবগী হুকচাং সাপোন মনম লৈরম্বগুম তৌরি। হায়রুই,

- সাপোনগী ওইরম তারে।

- সাপোনগী শম্পুগী মনমবু কয়াম কুইনা লৈবগে ? মী খুদিংগী মশা মশাগী মনম অমমম লৈ।

- চুম্মে; চুমগনি। নঙগী লৈ। মসিদা ওইবা তারে ঐনা ঙাওরিবসি। চুম্মে ঐনা ননাক্তগী সুকহেন হেন্দোক্লিংদ্রিবসি মসিননি।

- ওইরিনি ! অসিনসু হোঙলরোইকা হায়দনা লৈরম্মিয়ে ! চাক চাথোক্লসি লাম্মে, কৌরো।

- ফনি দোক্তর ইবেম্মা সনা য়াথং লৈবাক্তা তাহৈদে। গুন্তা চাথোকপনা ফরে। থবক য়াম্না লৈ।

- লৈরিনি !

থা অমুক লৈরগা হনবগী খোঙচৎ হৌরকই। গোব্রাদা তরানিমুক পল্লম্মী।

হাইগৎলকপদা পুরীদা পল্লি; কোনার্ককী নুমীৎ লাইশঙ অনী অহুমলক য়েংমিন্নরুই। মখোয় অনীমক হান্ননা য়েংনখ্রবনি। অনৌবা নৎত্রবনি। অদুবু লোয়নবগী খোঙচৎ অসিদনা অনৌ অনৌবা, পূমনৌ-পূমনৌ নৌবা মঙাল পীরকপা ওইনা তৌরি। জগন্নাথকী লাইশঙ চঙদুনা হন্না হন্না খুরুম্মকই।

নুমিদাংৱাইরম অমা সমুদ্র মপান্দা চৎমিন্নে। হেন্না ফজরবগুম থোকই। খুদিংমক্তা মকা লাম্না উই। লোইরোইনা ৱাংখৎপা ঈপাকী লৈরাইদা ঈথক্লা য়াংলম্বা লৈয়ি নেৎ নেৎতুনা চৎলম্বদগী লৈঙোইগী ৱায়খু মচা অমা জয়চন্দ্রনা তান্নরুই। ফাহৌরগে তেমশীংদুনা চোংশিল্লুবনি। অনকপা লৈখুন অমদা খংচঙ চঙখি। ফাবদি লায়রি মশক চপ চানা উবা ফাওবা ফংহৌদে। জয়চন্দ্রনা ঙেক ফমথরগা মকোন মখুল মপা অদুদা হোত্তোক্নুনা তৌরুই। শোয়দনমক ফারগে হায়বগী মওংনি। তৌবা হৌরমদাইদা ফুরিৎ খাওদগী লিক্লি মচাদু লৌথোক্লগা তংখায় হেন্না চিংলুই। অঙাংনা শান্নবদা য়েংবগুম ঙাইহাক য়েংলুরগা বীনানা হায়,

- ৱাদুনা তোক্লবনি ফাবসু য়ারোই। ঙাহৌ-ঙাহৌ সুম চৎসিবা।

- চৎমল্লদনা ৱারে, কান্নদবা অতৈসু তৌসি কৈদৌগে। নঙসু খোৎলরাও অমা ফাসি। পুখিসি।

- অঙাং মচাদৌনা ইকায়দ্রো ! চৎসি লাকও। কান্নবা ৱারী শাসি।

জয়চন্দ্র ফাবা ঙমদ্রে। অমমুক তান্নে, মখুল হল্লি। কান্নবা ফংদে। হুমাং কাংই। অমদি মফারগে মতানি। ঙমদ্রে। অমুক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎমিন্নরকই। চৎনা চৎনা বীনানা হৌদোকই,

- ঐ ৱা অমা হৌদোকনীংই।

- হৌজিকপু হৌদোক্লবা করি ৱা অমুক লৈরিবগে হোটেল চঙলসিরো ?

- চোইরোনদু ঙাইখোনে। ঈরাং পোখাখিসি। পুক্নিগী ওইবা খন্নবা হৌসি।

- আই, বীনা নঙদি ভাব তাইনা !

লৈঙোয় ইতে তৈনা ফুক হৌগৎলক্লগা ঙক্লা হায়রকপদুদা বীনা খজিক নোক্লুরে। জয়চন্দ্রনা মখুৎ অদু কপ্পোক্লগা ফিজিদা অমুক তৈথোকই। হান্নগুম তপ্না অমুক চৎমিন্নে। বীনানা হৌদোকই,

- ঐখোয় অনী থবক তৌদ্রি ইশানা লেপচরবা হায়বদু ওইদ্রি চহীসু য়াম্না য়াম্মবা হায়বদু ওইদ্রি।

- নঙগীসি ঐখোয় শেল থোক্তি য়ুম লিংবা য়াদ্রি হায়বা মাল্লি। অদুগীদি বীনা চিংননীংঙাই ওইদে। ইথন্তনি পোক্লিবসি। লন-থুম চপ চানা অদুম লৈ। ঐনা পায়খৎলিবা

চেফোঙগী থৌরম অসি ফত্তবা নত্তে। সরকারগী থবক ঐ তৌনিংদে। বাবানা দোক্তর নৎত্রগা এঞ্জিনিয়র ওইহন্নবা হোৎনবনি। ঐনা পামদদনা তোকপনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐ জর্নেলিজম অসি পাম্মকই। মসি ময়ামগী চাউরবা সেবা অমনি খল্লি। বাবাগী মরল পূম্নমক ঐগীনি ঐখোয়গীনি।

- অদু চুমদে হায়বা নত্তে। বাজি-ইমা লৈরিমখৈদি ঐখোয়গী ওইদ্রিদনা। ঐদি খরা লায়রনা হৌরকপনিনা মীপান তাংদুনা হিংবসি হৈনরক্তে।

- মীপান তাংবগী ৱাফম লৈতে। ঐনা পাম্বা তৌবদা বাবা থিংদে। মতমগী মী ওইবদা ঐখোয়না হেনবা ঙম্মোই বীনা; মোর্দন চপ চানা ওইবনি। বাবাগী শেল চপ চানা লৈ। থবক্তগী পোত্থারগা অচৌবা ক্লিনিক অমা তৌরনি হায়দনা শেম শাবা হৌখিবা কুইরে। শঙলেন শাবা হৌহনখ্রবনি। ঐনা পাম্বদি নঙসু সরকারগী থবক তৌবগী মহুৎতা ক্লিনিকতা লনাই সেবা তৌহনবা অসিনি।

- মতম খরদি তৌদবা য়ারোই হায়। হোয় অদুগীদু তপ্না য়ারি। খন্ননবগী মতম লৈরি। ঐনা হৌজিক হায়নীংলিবনা অঙাং-নুবীগী ৱানি। নৌনা অঙাং অমা য়াওরকপা হায়বসি থবক ইম্থাংদা অপনবা খরদি।

- খঙঙে নঙগীদু ভাব তারে। হৌজিকপু নঙগীসিবু মীরোনবগী ?

- শোয়দ্রে খল্লে।

- থুগ্রেদা।

- তপপু তপমল্লবনি ! ঈরাং মতা অদুদবু !

- ঈরাংগী ৱাদি মমা নঙনা হেল্লিদা ঈরাং পুবী।

- ওজা ফবগী; খঙ্ঙবসে ! কনানবু ! ফরে। ঐনা পাম্বদি হন্দক্কীসি ইমাগা বাজিগা খঙহন্দনা লৌথোক্লসি অসিনি। কুইগদবসু নত্তে হয়েং কলকত্তাদা লৈবা কান্দা নুমীৎ নীনীদং লৈথরগা লোইরে।

- নুমীৎকী ৱা নত্তে, লৈবগী ৱাদি কুননী লৈথোকপা য়াই। ঐনা খল্লিবদি ইমাগীনি। মশূ লৈজদবগী -

- ঐসু খঙই। ঐঙোন্দদি মচীন্না থোক্লা হায়রবনি। অদুইসু চহী অমনীদং পন্থবগী ৱাদনি।

- পন্থদ্রবসু মবোক্লা অদুম চেনজখিনি কৈদৌরগে। অমা কোক পোকথোক্লগা পীথোকখ্রগা কোম্না লৈবা য়াই। কুইনা নহা ওইদুনা লৈমিন্নরগা লোইরে।

- অঙাংগীদি মমা অসি খ্বায়দগী মরু ওইবনি। হন্দক্কী অসিমদি ঐনা হায়বা য়াবিয়ু। চহী অনী অহুমগী মতুংদদি হয়িংখোই রানীরা গন্ধারীরা অমা ওইরবসু য়াজরে।

- অহল অনীনা পামজবদি ?

- পীরোই হায়দেদনা ঐখোয়সু। মতম খরা ঙাইবগীদনি।

লায়না লৌনরম্বনা লুশিল্লক্তুনা অহীং অনী চূপ্পা খন্নখি। জয়চন্দ্রদি কন্না য়ানিংদবনি। মহৌশাদগী অঙাং লীকপা ইম্নুংনি হায়বগী ব্রাফম হৌদোকলুই। বীনানা লায়না হায়রকই,

- ঐনা তম্মুরিবা মহৈ লৈরি; ঐ লৈরি।

- অদুদনা য়ারদ্রো, ঐদি ?

- নহাক য়াওবসিদনি ঐনা কিজরিবসে। নহাক কিবা য়াবা মীনি। ঐ তশেংনা কিজরে।

- নঙনা কিবসিনা ঐনা হৈনবা।

- মদুদা কায়রিবা ব্রানি।

মুন্না খন্নরবা মতুংদা মখোয় অনীদগী হেন্না কনাসু খঙহন্দনা থব্রায় মচা অদু মাঙহনখিবদা লেপ্পরে। য়ানিংদ-য়ানিংদনা জয়চন্দ্রসু য়াবা তাখি। কলকত্তাদা ওপরেশন মচা অমগীদমক লৈথরসি লেপ্পখি।

শীনবগা ওইবগসি চুংশিন্নরবদি মহৈ য়ানবা হাযবদু ওই। নৎখিদবা তারগদি খোঙথাং অসি ফায়গৈ চৎলি। শেল্লেনবা ফলনা তান্নরক্লবদি কদোমদা কমদৌনা চেনবা তাই ? মহৌশা মাদি মখঙলিগদরা !

লনাইগী লায়েংশঙ অমদা হৈরবা দোক্তর নুপী অমনা তৌবা ওপবেশননি। পঙলু লুবা নত্তে। অদুবু শেল্লেনবা মতাং মচা অমদগী বীনাগী শিযোমনুংগী ফীবম য়াম্না চাউনা শেমদোকপা তাখি। কা হেন্না ঈ হাধখিবদগী লাইওং লাইথেৎ মনম মনম লাকখি। থা অমরোম লৈথবা তাখি। শিবা চঙবগী লানফমদা চোংশিনবা তাখি। অঙাংখাউ লৌথোকপা তাখি। লায়েং পথাপকী ইবা চেদো সহী তৌরমদাইদা জয়চন্দ্র ফন্না কুইনা মখূৎ নীকখি। মায় পাক্লবা অকোনবগী ওপরেশন মতুংদা বীনানা মপুবোইবগী মথাদা ঙাথদুনা কুইনা কপচখি। শাউরক্লবী বীনানা দোক্তর অদুগী মায়োক্তা কেশ তৌনবা শেম শারুই। জয়চন্দ্রনা হুন্নি-মরিনি চঙনা কন্না ফাধদুনা থেম্বদগী তপ্পা ঈংথরকখি। করমদি তৌগনি লাইবক্লনি। অতে কন্না অমদা খঙহন্দনবগী ব্রারেপ পূন্না লৌমিন্নরগা খোঙচৎ তেনশিলহনবা তাখি। হরাও-তয়াম্বগী মানবা মায়থোং পুদুনা য়ুম তম্মকখি - থা মঙামুক্কী মতুংদা।

# অনীশুবা

ঙসি অসি থম্বালগা রানীগা অন্দ্রোদা অঙাং মনা হূৎপা অমা চৎকদবা লৈ। রানীনা পুশিল্লকপা, ইবোহলগীদা বুজারী ওইনা থবক তৌরিবী মালতীগী মশূ অহনগীনি। ইমুং অনীমক চৎপিয়ু, মমায় ওইজগে হায়না তকপদগী চৎনবা থৌরাং তৌরি। জয়চন্দ্রদি থবক অরুবা লৈ হায়দনা য়াওরোই হায়রে। বীনাদি অন্দ্রোগী মৈফম অমুক্তা উরুদ্রি য়েংবা ওইনা য়াওগে তৌরম্বনি। অদুবু মশা শেংলক্তবদগী তোকপদা লেপ্লে। মমা অনীনা য়াদ্রে। ইবোহল চৎপা তাদুনা মফি কন্না হোংলি। হোংবা লোইরকপগী অদুদা লোয়শঙগী মী মঙা-তরুক লাক্লুনা হয়েং তৌগনি হায়দনা লৈরম্বা কায়নবগী মীফম অদু হয়েংদগী বন্দ মথং মথং লৈখিবনে অদুগা ডিরেক্তরসু হোরেল নুংথিল দিল্লীদা পাইখিবা তাবনে ঙসি, হৌজিক পাঙথোকপা তারে হায়দনা হায়ররে। দোক্তব ইবোহল হয়েং থবক্তগী পোত্থারগদবনি। চত্তবা ইয়ামক য়াদবগী মওংদা হায়ররে। অয়ুক থেঙলপ হৌরগা চা থক্লা থক্লা হৌদোং মচা অহুমদু থৌরী মচা অমনা চিংদুনা শরাক শান্নরিবা জয়চন্দ্রদা - "নমা অনীসি ঙাইহাক্তা থিনবিরুরো নঙসু যজ্ঞদু ঙাইহাক য়াওরুরো" - হায়দনা মপানা হায়রে। থবক অদুক হাক্লা চিনবা নত্তবগা, জ্বায় চাইথরগা ঙাইহাক য়ৌরুনবা বীনানসু তকপগা, কোয়থোকপা ওইনা চৎপদা লেপ্লে। জয়চন্দ্রদি বীনাসু য়াওগদৌবোই নীংলুরে। য়াওরোই খঙবদা হঞ্জানরুরে। অদুবু বীনানা অমুক্কসু থেম্বদগী য়ারে। মমাগা মনেমগগীসু য়েংবনি। জয়চন্দ্রনা ময়াদ্রবদি বসতা চৎখিবা তাবগী ব্বাদা লৈরবনি। জয়চন্দ্রনা চৎলমদাইদা হায়রুই - "নঙ য়াওগনি হায়বগী দ্রাইভর ওইগে য়ারুবনি হনুবী অনী অসিগী ওইরবদি ঙসাইনা থবক চৎথোক্লম্মদৌনি।" বীনানা হায়রকই,

- চৎলো ইমুংদদা সুম নৈশিন্দুনা লৈদনা -

- লাউনে থাউগী পৈশাসু পীয়ু অদুগা বিদাইসু তৌরমগে।

- পৈশা বেগতা হাপ্লবনি। বিদাই য়াদ্রে; শোক্লবা য়াদে।

- শোক্তনা তৌবা হৈবা মীনি; থাজদ্রগা য়েংঙু।

- খঙঙে ! মী অহল অনী গাড়ীদা ফমদুনা ঙাইরিবসি কয়া কুইরবনো। ঙন্না লাকউ।

- লাকওই, সুকলাক লাকওই; বিদাই তৌগে য়াদবগী।

জয়চন্দ্র থোকখি। বীনা য়েংদুনা লৈহৌই। নুংঙাইহৌদে। জয়চন্দ্র থোকখিবদা মতুং ইন্নখিবা হৌদোং মচা হব্বাইমানদু কৌশিল্লুই, "হাই চাউবীমচা চৎখিনু কদাইদনো লাউ। নপা ইবুংঙোসি ঙন্না হল্লক্কনি; লাউ-লাউ।"

হন্না য়েংথোকখিবদা চৎকদবগী থোকলকপা ইবোহলনা মোমোন তৌদুনা লেপ্লম্বা উরুই। মকোক খজিক খুল্লগা তহা-তহা চঙলকই। কা-য়ায়দা লেপ্লা লেপ্লা ঙাইহাক ইকায়রুই। থংনবা মীৎকুপতা খংনুং নুংঙাইরক্তে। মিংশেল মমাঙদা ফনা কুইনা লেপ্তুনা লৈ। নাকনদা থেৎলিবা শন শানা চৎপা কৃষ্ণদু য়েংলগা মরু লুকথৈ। নীংঙমদবগী মৈরী অমা নুংদা হৌরকখি। মরৈ চা কয়া তম্মকখি। মফম ইখঙ খঙদনা শ্বায় লাউরকখি। করিগুম্বা অমা মাঙগ্রবগুম লাঙতক্লরকই। পাগ্রবা খঙগ্রবা লায়েং লাইরিক অমা অমুক্কা নৌহৌননা ফাক্তোকনীংলকই। কয়াৎ হাপ্তোক হাপশিন শিন্দোক-শিঞ্জিনগী মতাংদা মায়কৈ লাম্মুই। খল্লুই, "হোৎনরবদি থিজিন্দুনা লাক্লরবদি, থম্মোয় ফাওবা শিন্দুনা হাপ্লবা মতম অসিদা শিয়োম হাপ্লসু ঙম্বা য়াইনা !" লেপ্লিংগুম তৌই, "মখা তমথরগা রিসর্চ তৌরগে।" অমুক্কা খল্লকই, "মায পাক্লবসু কুইনা চঙগদবা লৈ; ঐগী ওইনদি পঙকান কান্নরবোই; সুককানবু কান্নররোই।" অমুক্কসু লেপ্পি, "ঐগুম্বী কয়াদদি কান্নগনিনা। ঐগুম্বী মশীং লাকঙমদনা লৈগনি। বাজিগী লনাই ক্লিনিক অসি হীরম অসিগী অমত্তা ঙায়রবা ক্লিনিক ওইবা য়ারবদি মালেম অপূম্বগী ওইনা মমিং লৈগনি। বাজিদা হৌদোক্লুনা য়েংসিরা !"

নাইতোম লৈবসি ৱাখল খনগল্লি। ইমুং-মাঙ্গোন লোইশিন লোইশিন্না মদোম মথং-মথং মবী-মরী খল্লি। মশূ উনীংলবা অহল অনী নীংশিংলকই। অঙাং লৈবা য়ারবা মতম হেল্লবা ফাওবদা করিগুম্বা খূদম অমা ফাওবা উদ্রবদা অহল অনীনা ঙাংনখিবা ৱাফমদু বীনা নীংশিংলকই . . .

নিংথমথাগী নুমিদাং অমদা ইবোহল মমান্নবা দোক্তর অমগী অহুমসুবা মশূ অমগী ইপান থাবা য়াওরুবগা হল্লকখিবনি। জয়চন্দ্র হল্লক্ত্রি। বীনানা ঈরুকাদা লাকপদা মনেমগা মকুগা চাকশঙদা ৱাবী শারিবদু তারুই। তাদবা য়াদ্রবনা থোঙজিন ময়াদা লেপ্তুনা তারুই,

থম্বাল - চহী অনী অহুম ফাজিল্লক্লবা ফাওববু করি ৱানো !

ইবোহল - ইচারা ইমৌরা অমা য়েংথোক্কদরা খঙদেনে !

থম্বাল - মশা দোক্তরবু করিগী লায়েংলুনি ! মবানীনা খঙগনিনা।

ইবোহল - নুপীদরা নুপাদরা অমা শোয়রবরা হায়বিবা। নমৌ নুপীদা চাউরাকপা অমা হংগেবা নঙনা ?

থম্বাল - কুইশিল্লক্লবনিনা হংবা তাবনি, ইকায়রবসু ইকায়না। অদুগনে -

ইবোহল - করি ?

থম্বাল - ইশূ মশক উদ-উদ্রবদি মৌ অমমুক য়েংবা তাবনি।

তাবদা বীনা খ্বায় লাউখিবনি। ঙসিসু নীংশিংবতদা খ্বায় লাউরি। মকু-মনেমগী অচীকপা ৱারী অদু তারুবদগী মনেমগা হেক য়ারিবমখৈ কুইনা উন্নদনবা নাথৈবা হৌখ্রবনি। চাক পূন্না পূন্না চামিন্নরম্বনা পাবা ইবা খোৎপগী ৱাফম অমা হায়জিল্লগা নৎত্রগসু জয়চন্দ্র ঙাইবগী ৱা হায়রগা লৈথোক্লবা লাক্লরিবনি। অহল অনীগী ৱারী অসি জয়চন্দ্রদা তমদ্রি। তমগে খন্নগে খন্দবদি নত্তে। ঙমদবনি। নোংমা নুমিদাং অমদি তম্ববু হৌরুরবনি। অদুবু জয়চন্দ্রনা ৱা ওইনা লৌদবা হৌবদগী খাঙতপ্তা তোকখ্রে। অদুবু থামুকসি মবুক্লিং লৈতাবা ইঙম ঙমদ্রি। ঈরুকাদা ঈরুজরিঙৈদসু ৱাখলদা ফুম্বংননা লৈ। ঙরাং নহান্দগী মথন্নতা তারগে তারগে খনবা লৈখায় অমা, ঈরুজবগী ঈশিং পেরে অদু খংথিং থিংলুবগা লোয়ননা খংতা তারকই - চুম্মী অহল অনীনা পামজরিবা মশূ ফংফম থোকই; চাদা-নাউদাগী ৱাসু লেঙফদবা ওইনা লৈরি। জয়চন্দ্র নুপী অমগা থিবা তাই। হায়বা তাই, খন্নবা তাই থেম্বা তাই অদুগা শোয়দনমক য়াহনবা তাই। যারক্রবদি ? য়াদবা য়ারোই। অহলশিংদসু অশেংবা খঙহল্লনি।

লৈখায় হেক তাবদা মবুক্লিং লৈতাবদৌনা তৌই। চীং লেম্না লানফম অমদা মায় পাক্লবী অমগুম থোকলকই। ইয়াং য়াংথোক্লবা লাক্লে। শমচেৎ পায়রগা মশম-মনা কংহনবা ওইনা মনীংগী লৈকোন মচাদা ঙাইহাক লেপ্লুগে খনবনি। পায়রিবা শমচেৎতু মখূৎতগী তাখি। লৌখৎলুই। অমুকসু নাম্থোক্লুনা তাখি। অহুম্লক সুনা তাখিবদুদা 'হাই করিনো - !' হায়বা অমা খল্লকই। বিজ্ঞানগী মহৈরোয় ওইরকপীনি থোইনা খন্থরুদে। অসুম থোকলকপদা থোঙজিন কাম্থোকপদা খুদি থিজিল্লি। কয়া কন্না চৈনা ফাওবদি নত্তে অদুবু লৈকোনদা য়েৎকী খোঙবী অদু ঈনা পূমঙাং ঙাংবা উরকই। মকুবোককী মী লায়েংফম কাদা চঙলক্লুনা মশক খঙবা হিদাক অমা হাপ্লুই। মাগী কাদা চঙলকপদা টি.ভি. থমফমগী মখোঙদা অমুক্কসু থীজিল্লি। হান্নগী খোঙবী অদুমক্তদনি। "করিনোনে ঙসিসিবো !" হায়দনা ফমথরগা ঈ তৈথোক্লিঙৈদা টেলিফোন লাকই। ঙসাই মানা ঈরুজরিঙৈদা অমসু ফম্না কুইনা থীংখিবনি। খূৎ থাদোকপা ফরক তাবদগী পায়হৌদবনি। লামদুনা পায়খৎলুই। মকুবোককী ওইরম্মী,

- ঐনি, ইবোহল।

- তাকপিয়ু।

- নঙবু পাউ অম-কা তাব্রো ?

- থোইদোকপা তাদে; করি ?

- ঐখোয়দা টেলিফোন তৌই কনাসু পায়খৎলক্তে হায়। নঙবু চৎথোক-লুব্রো ?

- ঈরুজরিঙৈদা লাকখিবদু ওইরম্মনি। করি ?

- নফি শেৎলম্মো ঐখোয় লাক্নে।
- কবিনো বাজি ইপা পাখৎলিবো ?
- ঐ লাকএ লৈবম্মু। ঙাইবম্মো। চৎসি।

থমখ্রে। মখোঙ খঙহৌদে। কদাযদা কবিগী ? হংবা নংহৌদে। ঘড়ীদা যেংখৎলুই, খল্লি ফি হোংগদ্রা হোংলোইদ্রা তৌবিসিবো ! চখোক্লিংদবনি। কৃপ্নোম খবা নোম্মুবগী পোত্থানীংবনি। অহল অসিগী মওংগা ! নে-না তানা খঙহনবসু নত্তে। কুইদে। খঞ্জানবিঙেদা ইবোহল সিফাইগী গাডী অমদগী কুমথবক্লগা তহা-তহা চঙলকপা উই। শৃমাঙ মতোন্দগী "লোইবত্রা লাকও", হাযদনা লাউবকই। বীনা মফি তনহোং হোংবা লাক্লে। ঙক্লা থোকই। ঙসাইদি দোক্তবগী গাডী অমদা দোক্তব নহা খবনা পুদুনা চৎখিবনি। হৌজিক্লা সিফাই খবগা লোযননা লাকই। ভাব তাদে। মশম হাৎনা হাৎনা মপান্দা লেপ্লম্মগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিগে তৌবা ইবোহলদা হংলুই,

- কদাযদনো চত্তৌবিবো বাজি ? ঐদি -
- থোবক্লো চৎসি, গাডী মনুংদা হাযগে।

যুম শো লোনগে তৌবকপদা ইবোহলনা "লোল্লুবনু অদুম থনম্মো, থোঙ্গান লোল্লগা যানি," হাযবকই। অহল অসি ইপা পাখৎনা উই। মৈথক্তা নেৎপগী মওংনি। মশাদু তনীক-তনীকপগুমসু তৌই। মখা তানা হংলুদবে বীনাসু মতুং ইন্দুনা লাক্লে।

গাডী মনুংদা ইবোহলনা কবিগুম্না খবা খংহায হাযগে তৌবকপদা অহল ওইবপ তৌববা এস.পি. অদুনা মখৃৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা খাম্মগা তপ্না হাযবকই,

"ইবেম্মা দোক্তব, নুংশা থীনু, সুমদৌবনি. কৈসু তৌবমদবসু যাই। মশক মমিং থোইনা তাক্লক্তবা মীওই অমনা ফোন তৌবকপনি। নখোযগী কাব নম্বব মানবা অমা অন্দ্রো লম্বেনগী চীংলক্তা খুদোংথীবা মচা অমা থোক্লমাল্লে।"

বীনা - মখোয অহুম চৎখিবনি। কুইবে ঙসাইনা যৌবম্মনি।

এস.পি. - পোকখাযবসু কুইবমাল্লে। অযুক ওইবমাল্লে।

বীনা - পোকখাযবা হাযবদি সববু ?

এস.পি. - লম্বেলদা বোম ফুম্লম্বা ওইবমাল্লে। পাউ তাক্লকপা মীওইদুনা হাযববু কাবদু অবাপ্পা লৌবুকলোমদগী অদোমদা চৎখিদনবা খাম্মী হায। তাদবা উদবদগীবা নৎত্রগা উনা উনা খঙন-খঙনা ওইবিদ্রা অদুম থৌজিল্লুবা ওইবমাল্লে। খবা কনবা মঙল লৈবা বোম ওইবমাল্লে।

বীনা - কবিনোনে হাযবিসিবো ! কৈসু তৌদবা -

এস.পি. - খবদি শোক্লমগদবা মানবগী ৱা হাযবকই। মদোমদা লাম্মীগী

কম্পনী অমা অন্দ্রোদগী লাক্কদবা লৈবগী পাউ লৈ; কোন্না খঙলকপনি। মদুদা পান্দম থন্বা বোম ওইরম্বা য়াই।

বীনা - গাড়ী খরা শোক্লবসু মীদি ?

এস.পি. - মীসু খরা শোকপা য়াওবগী মওং মাল্লি। খরা লাপ্পা লৈবা ষন গাড়ী অমা খরা মওং চাদনা -

বীনা - অস ! বাজি, ইমাখোয়' কৈসু তৌরম্মোইকো !

ইবোহল খুম্বা ঙমদে। ওয়গী খুবীগা খৃৎয়ায়গনা মমীৎ অনী কাইদ-কাইদ তক্তুনা খুম্মগা মরূ লুকথদুনা লৈ। খুমনীংদবা তাকনীংদবদি নত্তে। বীনা মখা তানা হংলুবা ঙমদে মকুবোক্তা মুন্না য়েংদুনা লৈ। থৌরিবা গাড়ীগী খোঙয়াঙদু অচৎ-অওকনা ঙক্লপ য়েংনবনি। গাড়ীগী খোঙয়াঙগুম বীনাগী নিংদোল চোংলি। ইবোহলগী চায়রূংদা পিগী ঈরীক অমা চেম্থরকপা উই। দোক্তর বীনাগী ব্রাখলনা খুরুমজরকই, "ঈশ্বর ইবুংঙো, ইপুরোইবা, ইমা অনী করিসু তৌহনবিরমগনুকো !" বিজ্ঞানগী নাক-য়েৎতা লৈজবীনি। ঈশ্বরদা পঙহায় হায়জরক্কে। অমুক্কসু হায়জরকই, "ঈশ্বর নঙদি পূম্নমক্কী মপুনি তোল্লবী ঐনি ব্রাহনবিগনু; চঙজরি।"

অনীংবগা অওইবগা উচন চপ চাবা হায়বদু ওইগন্দে। লৈশেমগী অথুপ্পা মঙল ওইবা তাই। লৈশেমগী পোরম কাঙদবা মীৎকুপ অমত্তা লৈতে। পোরম খুদিংমক মনীং তম্না লৈ। নীংতম্বা অসিমক শক্লাইদবা অমগী ময়েক শেংলবা শক্তম অমসুনি। মতম মাগী খোঙথাংনি।

লোইরোইনা হাইগৎপা হৌবা চীংলম্বী অমগী ময়ায়মক্তদা হান্না চৎখিবা থানাগী মীওইশিংগা খরা কোন্না থুংলবা লাম্মীগী কাঙবুগা পূন্না ইনোম নোম্মনা থৌচিন্দুনা লৈরি। লাপ্পা লৈখিবা অকোয়বগী খুলশিংদগী য়েংবা লাকপা মীচম ময়ামসু লাপ্পপ্পা চাউকোয় কোয়না য়েংদুনা লৈরি। লাপ্পপ্পা মচেৎ-মচেৎ খরা তারবা কার অদু হৌজিক ফাওবা মৈখু কাদুনা লৈরি। খরা নক্লা লৌবুক্তা মতেক-মতেক তেক্লবা ষনগাড়ী অমা তাদুনা লৈ। মনাক্তা ষন অমা তাদুনা লৈবা উই। হিংলিবা অমদি খরা লাপ্পা শজিক চাদুনা লৈ মশাদি মফুৎ-মফুৎ য়াৎলে ঈখেঙ শিন্থুবা লেপত্রি। লম্বীগী মতাইদা হৌবা খোংনাং অমগী মখোঙদা ফিঙৌনা কুপ্পা শক্তম অহুমখক শাংনা তাদুনা লৈ। শক্তম অহুম্মক ইতেন ইতেন তেন্না লৈবা উই। মসি উরকপদনি খামফাৎত্রিবা গাড়ীদগী বীনানা চোংথরক্লিবা ! হেক চোংথবগা - "ইমা ..." লাউদনা চেনশিনবনি। মফি ফিবান্দা মখোঙ নাম্মা লৌশিনবদগী উপথুননা তুবনি। নক্লা লেপ্লিবা লাম্মীগী মীওই অমনা হোৎচিন্দুনা হৌগৎনবা থৌরাং তৌবনি। বীনা হৌগৎপা ঙমখিদরে; উতূপ

তাবগুম লৈখরে। নুংশা খজিক থীরবা এস.পি. না তপ্না চঙশিল্লক্লিবা ইবোহলদা পাউ পীবা ওইনা কৌরুই, "তাইবুঙো দোক্তর !" মঙলান অমদা পাইবগুম চৎলক্লিবা ইবোহলনা ফিঙৌ অহুম অদোমদা খজিক য়েংলুরগা হায়রকই, "এস.পি. সাহেব, ইমৌ অসিসু য়াওজখিবনদুম ফরগদ্রা !" তপ্না ফমথরক্লগা মমৌগী মকোক্তা তপ্না নাম্থুবিরগা মথন্নতা হায়খি, "বীনা ইপাদি লোইরে; নুংঙাইবা হায়বদু মসি মঙাইরে।" পিরাং ঈরীক অনীখক মমৌগী শন্নাংলক্তা তাখি। লাইওইরবা খোংনাং পাম্বীদগী হান্নদগী মখোক লোয়দুনা লৈরবা উনা অনী-মরিখক তপ্না কেল্লকই; অমদি বীনাগী মথক্তা লোইরোইনা তারে। ইবোহল শংত্রিক য়েংদুনা লৈ।

ফিঙৌনা কুপ্তে হায়বা মঙায়রে বীনানা লৌশিং তারকপসি পুমহাঙ অমদা তারকই। ব্রাখনদা মীৎয়েংদা লোনচৎতা পুমহাঙ পুমহাঙ হাঙবগুম তৌই। অহৌবা লৈতবা অরোইবা নাইদবা 'অহাঙবা' অমদা উংদুনা লৈ। কোক ইহাঙ হাঙবগুম তৌই। লৌশিং মমায় চুম্বা ঙম্মিবা ইবোহলনা মমৌবু লায়েংশঙ তম্না পম্থদনা পুহনখি। বীনা হাইদে; হুমদে; কপ্তে অদুগা ঙাংদে। হায়বা ইনশ্রবী লাইধী অমগুম ফমহল্লিবা মফম অদুদা অখিনবগুম ফম্মী। গাড়ী মনুংদগী তাদুনা লৈরিবা ফিঙৌ অহুম অদোমদা য়েংলম্মী। করিগুম্বা অপানবা, য়েংনীংনা য়েংবা অমদা য়েংদবগুম য়েংলম্মী। ইহাঙ হাঙবা অমদা য়েংলম্বনি। লম্বেনদা ড্রাইভরদা তপ্না হংলকই, "কদাইদনো চৎলিবসে?" শেন্নরিবা কনস্তেবল অদুনা ঙাথহল্লগা হায়রুই, "ইবেম্মা পোখাউ য়ৌরনি। ভাব খরা তারবরা ?"

বীনা খুম্মক্তে। লৌশিং ইতা তাদনা মমীৎ উইশিনখি। ঙাইহাক লৈরগা অমুক হায়রকই, "মশক অমুক্তা য়েংনীংই।"

ড্রাইভর - ইবেম্মা য়েংলুরনু, মতা চাররোই।

বীনা - শোয়দি শোয়দ্রেকো ?

কনস্তেবল - ইবেম্মা পোখাউ। নমীৎ পাঙথোক্কনু শ্বর শাংনা শাংনা হোল্লু; নকোক্তু নুংশিৎ অঙীংবা য়ৈহনসি সে।

বীনা - বাজিদা অমুক্তা হংনীংলি।

ড্রাইভর - দাক্তর ইবোহলদরা ইবেম্মা ?

বীনা - নত্তে ইমাদা; ইমাসু য়াওখিবনি।

দ্রাইভরগা কনস্তেবলগা য়েংনৈ। কনস্তেবল অহল অদুনা মঙক্লা ইঙ্গিৎ তৌদুনা খরা য়াঙনা থৌনবা হায়রুই। ড্রাইভরনা হংলুই, "করম্বা হোস্পিতালদনো ?" মতাং অসিদা বীনা মমীৎ খংপাঙ পাঙথোরকই; মখোল হৌনা কপলকই। মমা কৌদুনা হৌনা

কপলকই। কনস্তেবল অদুনা তপ্পা তহা-তহা থেম্মুই। বীনা তাদে কন্না কপ্তুনা লৈ। গাড়ী খাম্লগা অনী চঙদুনা থেম্মুই। বীনা তোক্তে। অহাংবা তাল্লক অদুদা মনীং তমনা কপহল্লে। কপ্পমখৈ কপ্পুরগা বীনা তরেক তরেক্লা লেকথরকপগী অদুদা গাড়ী থৌরকই। লম্বেনদা কনস্তেবল অহল অদুনা হায়খি, "কনানবু নুংঙাইগদগেনে !" বীনা তাদবদি নত্তে লৌশিনবা ঙমখিদবনি। লায়েংশঙদা ফনা কুইনা লৈরুরগা বীনা মশানা যুমদা চৎলগে হায়না কন্না তকপদগী থিল্লকই।

লৈঙাক লোয়শঙশিংগী অমদি লনাইগী পাঙথোক্তবা য়াদবা থৌরম মথং মথং পাঙথোক্লল্লগা ইবোহল পূম্নমক মাঙহৌরবা মীওইমক ওইদুনা যুমদা হল্লকই। গাড়ীদগী কুমথরগা থোঙ্গাললোমদা চঙলকপদু অরোইবীদা হৈনদে; যুমদা হঞ্জিল্লকপদা অদুক হৈনীংদবা, চঙনীংদবা অমুক্তা য়াওখিদরি। যুমসি লৈরমদ্রবদি ফগ্রনিদা হায়বা য়ৌনা খল্লি। ময়াম মরাঙ মরাঙ তৌদুনা লৈরম্মী। মরূপ মপাঙ য়াম্বা, য়েক্লবা পঙলৈ লৈতবা ইবোহলনি। হকচীন্না নকপা মরীদি লৈত্রবগুম্বা ওইরবসু মাবু খঙবা পূম্নমক মাগী ওইনা লৈবনি। চকৱায়রকপা কৈথেলগুম মীয়াম তিল্লল্লি। পূম্নমক্কী মায়থোঙদা নুংঙাইতবগী মমি উবা ফংই। শারবা মীনিল মরক অদুদা ইবোহল পূমচীক চীক্লা চঙলকই। হান্ননা লৈরম্লবী মালতী বুজারী থোকলক্তুনা পাউ পীরৈ,

- তাইবুংঙো, ইবেম্মা পুথরক্তুনা লৈরে।

- খঙঙে, থানারোমদগী পাউ ফংলে। কমদৌরি মাদি ?

- মওং অমা ওইনা লৈ।

- লৌশিং তাদ্রিবো ?

- তাগুমসু তৌই। মরক মরক্তা মরী শম্নদবসু ঙাংই।

- ফরে তৌরসনু। লাকপিরিবা ময়ামগী সেবা শোয়দনবা শীল্লু। লৈকায়গী লৈশাবী খরা হায়রুরবা নংত্রো ?

- ইমৌগী মমান্নবা ময়াম অমসু পুরক্তুনা হোৎনরি।

- পাখ্রা যুম্বাননি মওং চাদবনি হায়দনা হেক হেক হায়য়ু মালতী। ঐ অঙাংদু অমুক্তা য়েংলুখিগে। মহোয়গী কাদা লৈব্রা ?

- লৈতে; চঙসি য়াদে। তাইবুংঙোগী লায়েং কাদা। ইবেম্মা উমানা কন্না শেন্নরি।

ইবোহল লাকপা উবদা নর্স উমা কাদগী থোক্লক্তুনা মী অমত্তা উন্নহন্দনা পোখাহল্লি হায়না পাউ পীরৈ। ইনজেকশন পীদুনা ফনা কুইনা তূমহল্লুরে হৌজিক্তা মীকপ থোক্লি হায়না তাকলকই। ইবোহল ঈরুজ-মায়থরুরগা ঈংনা উন্নরগে খল্লকই। উমানা ঙাইহাক্তং য়েংবিরম্মু হায়বদগী চুম্মাল্লে খন্দুনা চঙলকই। হংগে খল্লুই, "ইবেম্মা

নঙ মীকপ থোক্লবরা" হংবা ঙমদে। মমৌবু উবমক্তা ইবোহল খৌতক তৌই। কাংথোন মপানদা লোংনা ঙাথদুনা লৈরম্মী। মশম মনা পুংফানি। মমায় মমীৎ কামখৎপা মান্না পোমখত্তুনা লৈ। কুচু কুমেন ময়েক শেংনা লংবনি অদুবু শিবা কুইরবা তিনথ্রোক মান্না লৈ। মচীনবান থক-খা তাইফেৎ তাই। পাঙলিবা মমীৎ অদু পাঙলি হায়বদি খঙই মীৎয়েংদু করিগুম্বা অমত্তা উগদবা মান্দনা লৈ। মায়গৈ খঙদনা হীকথ-হীকথদুনা তারবা মফি মরোনগী মওং উবদা লৌশিং মওং চুমদে হায়বা খঙই। উমা চঙশিল্লক্তুনা মফি লোইশিন লোইশিননা হায়রুই, "ইচেম্মা, পাবুঙ লাক্লে।" বীনা তায়। খুমসু খুম্মী, "খঙই।" মশম নাম্থুবিরগা উমানা হায়রুই, "ইচেম্মা ঈশিং খিত্তং থক্কেরা চীনবান চোৎনবা ?" বীনা মঙক হায়রকই। ফিবমদি হোংবা নত্তে। ইবোহলনা নাকনগী মেজদা লৈরম্মিবা হিদাক লিক্লিদুদা ইঙ্গিৎ তৌরগা হায়রুই,

ইবোহল - অসি লৈরিবা নৎত্রা ?

উমা - ঐনা অমসু লৈহল্লুরে।

ইবোহল - অসোমগী অম্বারী মচা অসিদসু য়াওরিবনি। শরূক অনী অহুম হেন্না কাপশিল্লু। পোথাহল্লু। নঙ থাদোক্কনু ইবেম্মা উমা।

উমা - কাপকে হায়বসু ইচেম্মনা য়াদবনি।

ইবোহল - লৌশিং খরা লৈরিবননি। নমদুনা কাপ্লু। য়েংসি। থোক্লবা লাক্কনি।

হায়রম্মগা ইবোহল তহা-তহা চৎলকই। উমানা ঙক্লা য়েংহৌই। লৈশিল্লকপদা বীনানা হংলকই, "বাজিনা হায়রম্মিবদু করিনো ?" তাবদা উমা অমুক্কসু ঙকই। হায়রুই, "পোথাউ হায়রম্বনি।"

পুক্সি অসিমক পাউখোঙ অমরা ! চল্ল-চল্লগা ফোঙলিবনা - মতম ? মতমগী কৃষ্মে, কৃষ্মেদা কৃষ্মেনি ! কৃষ্মে অসি য়েংলিবনা - মহৌশা। য়েংন-য়েংনা শরূক য়ারিবসু মহৌশা। মতমগী চাইগোইনুংদা মহৌশানা মপুঙ ফানা নীংখা তম্না কৃষ্মে শান্নরি অদুগা য়েংবসু য়েংলি। মতমগী ফম্বাক্তা নাউকোল্লিবী, মনীংতম্না শান্নজরিবী মহৌশাবু খুদুমদা থম্বা ওইথোক্লোই। মহৌশা মাগী মফমদদি পূম্নমক চপ মান্নে। মাদি মীচঙ-মীখায় নাইদে। ঐগী-নঙগী, মাগী-মাগী নাইরিবদি তাইবঙনি।

'ঐ' গী 'ঐ' গী শোক্লবা মীওই অনী - অহল অমগা নহা অমগা, মাগী মাগী কাদা তৃম্পক তৃম্পক তাদুনা লৈরি। পূমহাঙ পূমহাঙ হাঙনরি। অহাঙবদা অহাঙবা অমা থিনবগুম তৌরি। ইবোহলগী তকশীনি - ঐ য়াওরম্মবদি লায়েংদুনা অমত্তা ওইরবসু কল্লমগদবনিকো। বীনানা কন্না নীংঙমদ্রি - ঐনা য়াওহৌদবা করিগীনো ! পূন্না চৎমিন্নজখিরমগদবনি !

শোরাৎ ফাওবদু মীয়ামনা অয়ুক-নুংথিল য়া-য়া মরাঙ-মরাঙ তৌনরম্বনিনা ঙাইহাক ঙাইহাকসু মকাউই। মতুংগী ঈংথরপা মতাংদদি হেন্না হেন্না শাগৎলকই। ইবোহলদি মথং থাদগী হৌরগে খনবা ক্লিনিক্কী শেমগৎলিবা শঙলেনদা শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবগী চখোকপনিনা মওং অমদা পোত্থারি। অদুগা নৌজরিবী বীনাদি ? বীনাদি থিনগৎপা কুইদ্রিবা লৈপাক্লেবু থক্কী তেননা খায়রবা অচৌবা উশা অমনা ননথেকপগা মান্নখরে। লৈমায়দা পকশিনখরে। তৌফম চাফম খঙদে। মফম অমত্তদা মীৎকপ অনী-মরীদংদা ওইরবসু লৈতানা লৈবা ঙমদে। ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলি; চৎলম্বদগী চপ লেপ্লি। ফমথগে খনবনা মমাঙলোমদা চৎলকই; মনীংলোমদা থোক্লে নীংলগা চাকশঙ কারোমদা চৎলকই। কাচিন খুদিংদা মখূৎনা মমায় খুম্মগা কপ্পুনতা লৈ। থোক্লম্বা মখোল শিথরকপনা হৌজিক্তি য়েশিনবগুম তৌখরে। কপ্লগা পোত্থারম্বনা কপ্ল-কপ্লগা ব্রাবা হেনগৎলকপগুম তৌব্রে। ঈশিং খজিক খজিক থকপা নত্তনা চাবা যাখিদরে। শোরাৎ নুমীৎতা ময়ামনা শেমজিল্লম্বা কাগী মওং অদুদগী লোইথোক-লোইশিন তৌখিদরে। ইতিহাস মমাঙদা লৈরম্বা অনৌবা মতমগী পোৎ থমফমগা মান্নখরে। তকপগা নানবগা লোইশিনবগা তাশিনবগা ঙাইহাক্তা পোত্থারমদবীনি। হৌজিক্তনা কাদুদা থম্বা মন্থরবা পোৎলম অমত্তমক ওইররে। অহীং-নুংথিল তূনা মমখিবগুম তৌরে। মশম-মনা হাৎখিদবা, নানবা ফাওবা নাম্থখিদবা থা ফাজিল্লক্কদৌরে। মৌবা নত্তবদা কেজবদা হায়নরম্বী বীনানি। মহৌশাগী কাংগোয়দা লৈব্রেং মচা অমা ওইরগে হায়বগী ব্রারেপ অমা লৈবগুম তৌখরে। নীংঙায়দবা মহৌশাদি মতমগী লীক্লমদা অদুম্মক চৎলি।

ঙসি অসি ইবোহলগী 'মমা-মচা' ক্লিনিক শঙ্গাবা নুমীৎনি। মওং তানা শীনবদা খুদোং চাদবা খরা লৈবদগী হান্না লেপ্লম্বা মতমদগী থা অনী চোম্থনা হৌবনি। অয়ুক ঙস্তাদগী লাক্লম্বা মী চীকথরবা মতাংদা মমৌনা ফমগদবা কা অদুদা ফম্মগা অব্রাৎ-অপা য়েংলিঙে খল্লিঙেদা মালতী বুজারী ওটো রিক্সো অমদগী কুমথরক্লগা তহা-তহা চঙলকপা উই। কৌশিল্লুই, "মালতী ঐ সিদা লৈহে। সোমদা লাউ।" মালতী চঙশিল্লক্তুনা বীনানা ইবা চে মচেৎ অমা ফিরৈদগী লৌথোক্তুনা পীরগা হায়,

- তাইঙো, অসি ইবেম্মা বীনানা লৈরুচো হায়দুনা লৈবা লাকপনি মানা তাকলকপা হিদাক-দুকান্দুদা হংলুবনি। ফল্লম্বা নহা অমনা অসিদি অরুবনি মাঙবা য়াবনি হায়দুনা হায়রকপদগী চিংনদনা তাইঙোদা হায়গে চেল্লকপনি।

ইবোহলনা ইরিবা হিদাক অদু উবদা মরূ খজিক লুকথৈ। নিংদোল খজিক চোংই। তপ্না হায়রুই,

- মা কৈদৌহৌই ?

- তাইঙোগী লায়েং-কাদা অম্বারীদা করিনো অমা কন্না কুইনা থিরম্মী। ঐনা চাক লোইরগা চাবদ্রা হংবা চঙবদা চারোই হিদাক অসি অমুক্তা লৈরুখো হায়দনা চে অসি পীরকপনি।

- উম, অঙাং অসি 'সি য়ৌরবা !

- কমদৌবা ?

- সুমদৌরো মালতী নঙ অসিদা উমা হায়বী নর্সতো - খঙইদনা ?

- খঙজে মশক ফজবী - ঙৌরোক ঙৌবী, ব্রাংবী -

- হোয়নে অদো, মা হোটেলগী পৈশা শেংদোকপা চৎখিবনি, মা লাকপা ঙাইহাক ঙাইরো। ঐ লাক্লিবা ফাওবা ঙাইরম্মু হায় হায়দনা তম্মু। ঐ যুম চৎলুগে।

- হিদাক্কু তাইঙোনা অদুম পায়বিখিবা ?

- হিদাক নত্তে হূনি। অতৈ খঙহল্লুনু।

- আই !

ইবোহলনা চঙখিবদা বীনা মাগী কাগী থোঙজিনদা ঙাদুনা ফমলল্লি। অমখক্তমক হিংহৌরবা শাবেপ ফাববা হৌদোং মচা অদুবু নানবিদুনা লৈবল্লি। জযচন্দ্রনা হেক হেক শান্নবা লুনা তৌজরম্বা থব্রায়নি। মকু ইবুংঙো থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকপা উবদা মমীৎকী মপি তৈথোক্লগা লেপখৎলি। মশাদু হাইরং-হাইরংই; তুগে তৌই। ইবোহলনা কাদা চঙনবা হায়রগা চঙই। হায়কই,

- ফম্মু। চাকতি চাথোক্লব্রা ?

- চাদ্রি; চানীংদে।

- কৈদৌবে নঙগী কা অসিদি ঐদি নহানমখৈ উদে। অসুক চাইনা থম্মিবসিদি কৈদৌবে। চাক খবা চাথোক্লো ক্লিনিককী থবক শিন্নগে চৎসি। হংচিৎতগী থবক হৌরগদবনি। ফমুং মঙাগী মিং চনবা লাকলম্মবনি। হংচিৎতগী হৌনি হায়দনা থাদোকখ্রবনি। ঐনা মপান্দা কোয়চেন চেল্লগা নঙনা মনুংগীদি লোইনা শীনবা, শেন্নবা তাবনি। নমান্নবী দোক্তব অহুম ঙসি মঙানি-তরানিগী মনুংদা লাকপা হৌরনি। নর্স তরূকতি লৈবে। অদুদগী অমনা, কার অহনবা অমা ফাওবে। নমিংদা পাল্লবনি। ঙসি তরানীমুক্কী মনুংদা থুংঙবনি। সরকাবগী শেনফমদুসু ফংলনি। এক্স-রেগী খূৎলাই খিনবা য়াবনি। নঙনা হায়বা অলট্রা সাউন্দগী ব্রাফমদুনা -

- বাজি, ঐ মদু মযামদু - ঐ য়াওররোইদা ! ঐ -

অনী ঙাইহাক উন-ব্রাইমুক চীক্লা লৈনৈ। ইবোহলনা মুন্না য়েংলুবদা বীনা মরূ লুকথখি। ইবোহল চুরুপ অমা চম্মী। চুরুপ থকপা লেপ্পুরবনি। বীনানা ঙক্লপ য়েংলকই। নাকন্দা লৈরিবা ঈশিংদু গিলাস অমা য়াদুনা থক্লুরগা ইবোহলনা তপ্না হায়রকই,

- বীনা, ইপা ব্রা হায়গে। ঐ খঙই। নঙগী চৈনা ঐ খঙই। খঙদবা নত্তে ঐঙোন্দসু চপ চানা ফাওরিবনি। নঙ-ঐতনা খঙগদবা ফাওনগদবা ফীবমনি ইবানিগীসে। হৌজিক অসিদা ঐখোয় অনীদনি লৈরিবসে। ঐনা মপান্দা লাঙশিন্নরিবসি নুংঙাইবোই নীংব্রো ! লম্বেলনি থিরিবসে। থিদবা য়াদদনা থিরিবনি বীনা। য়াদদনা থিরিবনি। ঐ খঙই নঙসু খাঙবা ঙম্নবা লম্বেল থিরি। ঙসি নঙনা লম্বেল অমা ফংলে হায়বা ঐ মালতীদগী খঙলে। মালতী বুজারীদগী; চাক্লোয় মালতী ! লম্বেল অদুদা চৎনীংবদি ঐদি কুইরবনি। মদুনা পুংঈং ঈংগদবনি হায়না খনবা কুইরবনি। মদোমদা চৎপা অরুবা নত্তে। নুংঙাইরোইদৌবসু নত্তে। তং তানা ঈংববু কন্নানা পামদবগে। ঐখোয়দি মৈথক্তনি লৈরিবসি। হেন্না পাম্মবনি। অদুবু মদু য়াদ্রি। ঐগী নঙ অমা লৈরি, নঙগীনা ঐ। অরোই-অরোইবা ওইরবসু অমমমদি লৈনরি। ঐগীদি পুন্সি অসি খজিক্তা ঙায়রবনি। নঙদি নহানি তগৎ-তগৎ তেক্লি। য়াম্না শাংনা লৈরি। ঐগী অপাম্বা ব্রাখল পরীং অমসু লৈরি। মদু কোন্না মতাং চাবা কান্দা হৌদোরকখিনি। খরা ব্রাৎলি। হৌজিক্কী ওইনা ঐনা হায়নীংবা লৈরিবনা -

- তাকপিয়ু।

- নঙ দোক্তর অমনি; লায়েংবা, ফহনবা হেন্না ফগৎহনবা অসি নঙগী নথৌনি। শেনগী লনগী-থুমগী ঙাক্তা খন্দুনা নথৌ পাঙগদবা নত্তে; ময়ামগী সেবা হায়বা অমা লৈরি। সমাজগী লৈবাক্কী সেবা তৌবা তাবনি। অব্রাবা খাঙবা তাই।

- খাঙবা ঙম্মক্রবনি বাজি, ঐ লৈফম খঙদরে।

- ঐ খঙই। ঐসুনি। খাঙবা তাবনি। ঙম্বসু তাবনি। নঙ নশাগীতা ওইনা হিংবদগীনি নঙনা খাঙবা ব্রারিবদো। ময়ামগী লৈবাক্কী ওইনা হিংদুনা অমুক য়েংসি। নঙগী অব্রাবদু মীগী অব্রাবা কোকপা ঙম্ননবা লম্বেলদা শীজিন্নদুনা য়েংসি। নঙ নশাগী অব্রাবদু কাউথোক্লবা লাক্লৌ। কাউথোকখ্রো। মতম ঙাইহাক য়েংলুবা ড্রামা অমনি হায়না খনখ্রো। লীলানি নঙনা তৌরিবসি লীলাদা শরূক য়ারিবনি হায়না খল্লু।

- ঐ ঙমগদবা মান্দে বাজি।

- ঙমগনি। অরায়বা লম্বেল লৈ। ফত্নবা লম্বেল লৈ। ইপা তাক্কে। কাউবা কাউথোকপা অসি ফত্নবা লায়েং মখল অমনি। হান্নগী বীনাদো লৈত্রে মাঙখ্রে লোইখ্রে হায়না খল্লো। অনৌবা বীনা অমা ওইরো।

- ঐ মদু -

- ঙমগনিনে বীনা। দোক্তর অমনা অদুক পাঙদবা হৌনদেনে ! ঐ নঙদা নত্তে পূম্নমক দোশা তানরিবা ঙাক্তনি। চাংদা খরা খরা খেন্নে হায়না খন্নবগী ব্বাদনি ইমুং খুদিংমক্তা নুংঙাইতবা থৌদোক থোক্নরিবনি। কনাসু পেন্নবা নত্তে। বুদ্ধনা হঙ্গাম মরু পুরক্লবা হায়খিবগী ব্বারীদু নীংশিংঙু। অব্বা-অনা তাদবা ইমুং লৈবা নত্তে। তারিবা অব্বাবদু মনানি হায়না খল্লগা লৌশিল্লগা লোইরে। কান্নদে, হৌগৎলু নফি হোংঙো; চৎসি; ঐ লম্বেল পীগে। নঙনা খল্লুরিবা লম্বেল অদুদগী য়াম্না হেন্না ফবা জাৎনি। নশাদু ঙাইহাক্তা ফাওবা শংহন্দ্রগা য়াগনি। চৎশি ক্লিনিকতা থবক মথং-মথং পীগে।

- ঙসিদি ঐ -

- ঙসি-ঙরাং-হয়েং থবক্তদি চপ মান্নে। নফি শেৎলো চৎমিন্নরসি। লাকও। ঐ মালতী কৌরগে; কা-নুং লোইশিন্নবা শিন্নগে, কান্নদে নফি হোংঙো।

হায়রম্মগা টেলিফোন তৌরুই। মালতী লাক্লবা হায়রুই। অরোইবদা বীনাগী কা নীংথিনা লোইশিন্নবা হায়রুই। লোইশিনবদা জয়চন্দ্রগী ফোটো পূম্নমক লৌথদুনা মথক্কী কাদা থম্নবা পাউতাক পীরুই। অনৌবা মওংগী কা অমা ওইহন্নবা মওংসু তাকলুই। ফনা কুইনা ব্বারী তৌরবা মতুংদা লাকপনি। বীনাদি মচী লেঙলমদ্রি। চৎলরোই হায়রকই। ইবোহল মমৌবু কন্দবা য়াদে মথন্নতা থাদোক্লম্বা য়াদ্রে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্পবনি। মফি হোংনবা তকশিল্লি। নুংশা থীরবা ইবোহলনি। চীক্না থাদোকনীংদ্রবনি। হায়রুই,

- নফি হোংঙো ঐ মপান্দা ঙাইগে চৎমিন্নখ্রসি।
- ঐ বাজি ঈরুজ-মায়থরগা লাকচরগে।
- চৎমিন্নখ্রসি কৈনো। কোন্না লুরো।
- নৎত্রগনা ইন্দোন মালতী য়ৌরক্লগা, শিন্নরম্মগা লাক্লগে।
- মাদি য়ুম, ইমুং লোইশিল্লরনি হায়খ্রবনি। য়ৌরক্লনি।
- ঐ কোন্না লাক্লগে বাজি য়ৌবিরম্মো।
- নঙ লাক্কদবা মান্দে। মওং-মওং তৌগদবা মাল্লি।
- লাকচগনি।
- লাক্লবদি ?
- বাজিনা হায়বা য়াদবা করি য়াওখ্রবগে।
- নঙ কৈনোসি ... কাপশিল্লগা শিরোই ?
- কাপ্লোই।
- কাপত্রবদি চৎমিন্নখিবা করি কায় ?

- ঐ অদুম লাকচরগে।

- চৎমিন্নবা নুংঙাইতবগী ৱারা ?

- অদুসুনি অদুগা ঈরুজ মায়থবদসু ঙাইহাক কুইনা চঙগনি। য়াম্না থুবসু নত্তবনিনা চাক চারগা লাকচরসু য়াই। বাজিবু চাক চাবিরব্রো ?

- চাদ্রি। চাদ্রবসু য়ারে করি-করিনো খরসু চাশিল্লে। নুংদাং ওইনা চারগে খল্লে। নঙ খিত্তং চাগে হায়রবসু চাউ। আদা অথুম-অহাও য়াম্নসু লৈহৌবনি। অদু চারগা তোক্কে হায়বসু কায়দে। চানীংঙগবুদি চাথোকও।

- বাজি য়ৌবিরম্মো।

- নথল্তা থাদোক্লম্বদু নুংঙাইত্রিবা। ঐসু কোন্না য়ৌরসিরা ?

- অদুগীদি খনবিরো অদুগা ঐদি অদুম লাকচরগে। ইন্দোন মালতীসু য়ৌরক্লনি হায়বিবদাই ?

- কৌখ্রে।

- অদুদি চাক খরা চাথোকমিন্নবসু য়ারে।

- হোয়নে ফরেনে অদু ওইরগা। অদুদা ঐদি গাড়ীগী চেক পীবা চৎকদবা লৈরি। ঐদি - ফরে ঐ চৎলম্মগে অদুগনে নঙ -

- ঐ শোয়দনা লাক্কনি। ময়াম লাঙবা য়াওবা ফদৌবা মাল্লে।

লৌশিং তাবা মানবদা ইবোহল নে খরা তাই। অদুবু চিংনবা পূমকোক কোকপদি নৎত্রি। খঞ্জাননা থোকলকই। খন্ন-খন্না লাকপনা থোঙ্গান হেক লাম্থোকপগী অদুদা খল্লকই - চৎপ্রগা চৎচখ্রেদনা করমদি তৌনি। তঙায়ফদবদগী তাবা লৈখায়নি। রিক্সাদা কাখৎপগা খল্লকপনি - উম, অসুম্না চৎমিন্নবদা নুংঙাইতবা লৈ। লম্বেনদা মালতী থেংনৈ। খাল্লগা চেকশিন্না য়েংননবা শিন্নখি। মানবু নত্ত-নত্তবা তৌনীংদ্রগদি ৱাননবনি লাকহল্লগনু হায়রুই। মালতী পাখৎনা চৎখি।

সরকারগী লোয়শঙ অনী-অহুমদা মথং মথং চঙলুরগা ইবোহল থেঙনা য়ৌরকই। নাকনগী কা অশাংবদা থবক য়েংলম্বী উমানা চেম্থোরক্কুনা তাক্লে,

- পাবুঙ, ইচেম্মা কুইরে ঙাইরিবা।

- বীনা ?

- ফনা কুইরে।

- ও, লাকপোইরে। কদোমদা লৈরে ?

- পাবুঙগী ওফিস কাদা।

- ও, মথক্তা। করি হায়রে মাগা তান্ন-খোৎনা তৌব্রো ?

- কা-কাদা চঙদুনা খরদি য়েংলম্মী; চোকথরমাল্লে পোত্থাখরে। পাবুঙ, ইচেম্মসি হেন্না শোকচিনবদৌনা তৌই।

- শোকচিল্লদদি চাও-থকউ খরা চখোক-খোত্তোক তৌ হায়বদি য়াদে। মসি নঙনা খরা শেন্নবা তাই উমা। ইপাদি মাগী খনবদা ব্রাদৌরি। মসিমসু লায়েংবা তারি।

ইবোহলনা ওফিস কাদা চঙলকপদা মমৌ বীনাগা অহল অমগা ফম্মিন্নদুনা লৈবা থেংনরুই। অহল অদু য়েংবদা ব্রাহ্মন মাল্লি। মপোক্তা নত্তে শাংলবা কোইসু পুমঙৌ ঙৌই। চন্দোন চব্রা লংনা থিল্লি। মচু তারবা ফৈজোমগা অঙৌবা ফুরিৎকনা হেন্না শেংনা উই। ইবোহলনা হেক চঙলকপদা অহল অদুনা আত্মাগা পরমাত্মাগগী মরী অমগী মরমদা ঙাংলম্বা থেংনৈ। বীনানা মুন্না তাদুনা লৈরম্মী। মমাঙদা লাইরিক অমনী শন্দোক্লা লৈবসু উই। ইবোহল চঙলকপদা বীনানা লেপখৎলগা নাকনগী চৌকী অমদা ফম্মী হায়রকই,

বীনা - বাজি, ঐগ্যা বাবাসি পাবুঙগা উন্ননি হায়দনা ঙাইরি।

ইবোহল - ও, ঐগ্যারা ? করি ?

অহল - ইয়াম্বা ব্রাহ্মননি লাইরিক-লাইশু ইবা অর্থ হন্দোকপা তৌজবনি।

ইবোহল - ও, ঐগ্যানা ইবরা 'গীতা' ... অমনা 'গীতগোবিন্দম' ?

অহল - ঐনা ইরোনদা হন্দোকচবনি। ইবেম্মসিদা য়েংহল্লম্মিবনি।

ইবোহল - লৈজৌ হায়বগীরো ?

অহল - লৈবিদ্রবসু য়াই। ইবেম্মদা গীতাগী পাউজেল করিনো হায়বা শম্না তাকলম্মিবা। আত্মাগী পোকপা নাইদবা শিবা নাইদবা অমাঙ-অতোং লৈতবগী মরমদা ব্রারী তৌরম্বনি। ইবেম্মসি ব্রানা লৈরম্মে। ব্রাফম থোক্তবদা ব্রারুবদগী ইচাগী মশা শোক্লা উরে। শোক্লবা থব্রায়গী লায়েং অমা তাকচরম্মিবনি।

বীনা - বাবাগী ব্রাফমসি তাবদা নুংঙাইগুম তৌই।

ইবোহল - এ, অদুদি ফৈনে। অদুদি ঐগ্যাসিগা ঙাইহাক ঙাইহাক ফম্মিন্নগেরো ?

অহল - দোক্তর বাবু, ফম্মিন্নদ্রবসু য়াগনি। ঐখোয়না হায়গদবা পুন্নমক শন্দোক্লা ইরিবনি। অসি থম্বিরবসু হেন্দোক্লা য়াবনি।

ইবোহল - ঐদি ঙসাইনা লৈননবগীরা হায়দনা -

অহল - নো নো, মদোমদা ঙাকসু খনবিগনু। ঐ য়োনবা চঙজরকপা নত্তে। মরম অমগী চঙজরকপনি। মশক ইফ ফজনা নহা ইওই ওইনা ইমক মক্লা লৈবা থেংনবদুদা হংলুবনি। নর্স ইচাশিং অমনা হায়রকপদগী অব্রাবা তাবগী মরম খঙলকপনি।

দোক্তর ঙাইবা ওইনা ঈংবা য়াবা ঈংথহনবা য়াবা গীতাগী ৱাফম খরা তাহল্লম্বদনি।

ইবোহল - ও, সোরী ! ৱারৌনু ঐগ্যা, হৌজিক অসিদি কারবার মওং মওংগী -

অহল - ঐ ৱারৌজদে। মতমননি। ঐনা লাকচরিবসি -

ইবোহল - ঙাইবিখো লাইরিক অনীসি লৌশিনবিখিনু ঐখোয় লৈজহৌরগে। বীনা পাগেরো ? পোখাবা য়ারবদি ?

বীনা - তাবদা খরা ঈংবগুমদি তৌই।

অহল - ঈংগনি ইবেম্মা ঈংথগনি। বিজ্ঞাননা য়ারক্লবা মতাংদা দর্শন অসি য়াম্না কান্নবনি। ইপাসু চহী কুনমুক্কী মমাঙদা ঙাওদুনা চৎলুরবনি। য়াম্না নহা ওইনা পাম্ব্রা ওইবনি। অমত্তা পোকচবা ইচানুপাদু ইমৌগা এরোপ্লেন কায়বদা য়াওখিবনি। অমখক্তা থমলম্বী ইশূনুপীগা ঐগদনি সংসার অসিদা লৈরিবসি। ইশূ নুপীসিগী য়েংদনা হিংদবা য়াদবগী হিংবনি। ইপা থায়নগী আই. এসসি. নি। ওজা ওইরম্মী। মতুংদা নোংপোকলোমগী দর্শন নৈনবদা ওনশিনখিবনি। মসিদা ফংবা শান্তি অসিদগীনি ইপানা ঙসি চৎলিবসি। কান্নদবা নত্তে ফিলোসোফী। ৱাখলগী পরীং অমনি। পরীং অসি ইনাও দোক্তরদা ইমৌ ইবেম্মদা চঙগনি।

ইবোহল - ঈশ্বর-লাইগী ৱা অসি ঐগ্যাবু -

অহল - নো-নো দোক্তর ! ঈশ্বরগী ৱা নত্তে। ফিলোসোফর পূম্নমক অকক্লবা ঈশ্বর অমদা থাজগনি হায়বগী ৱা লৈতে। লাই থাজদবা দার্শনিক পীক থন্না লৈরি। নিয়ম অমগী পরীং অমদা ৱাখল চখবনি।

ইবোহল - ঐগ্যাগী গীতা অসিবু শ্রীকৃষ্ণনা হায়বনি -

অহল - হায়বগীদি অমনা হেক্তা হায়জসনু; শ্রীকৃষ্ণ লৈগে লৈসনু লৈত্রবসু কায়দে চুম্মীবদি ব্যাসনা পীরম্মিবা ৱাখল পরীং অসিনি। ইনাওগী মেডিকেল সাইন্সনা লাইফ-থৱায় করিনো হায়বসি চাউনা হংলি।

ইবোহল - থিরি, ফংদ্রি খঙনদ্রি।

অহল - মদু দর্শননা ফংলিবনি। আত্মা হায়রিবসি খঙনরিবনি। আত্মা হায়রিবা পোক্তবা; শিবসু নাইদবা থৱায় অসে মসিগী তৃংনফমনি।

বীনা - বাবা মীওইবসি শিদেকো, অদুম লৈকো ?

অহল - পোক্তববু শিবা য়াৱনে ইবেম্মা ! শিবা হায়বগী অর্থ অসিদি হকচাংগীদা ওইনা লৈবনি। মাঙখ্রিবসি হকচাংনি; মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ পৃথিবী অদুগা অহাঙবা, মচল মঙা অসিনা শাগৎখিবা হকচাং অসিনি মন্থরগা শেগায়রিবসে। হকচাং ফিজোল অসি শীজিন্নরম্মিবা মী থৱায়-আত্মা হায়রিবসিদি লেঙদনা লৈবা পোৎনি।

বীনা - ঐগী ইমা অনী, ইপুরোইবা শিদে ?

অহল - শিদে। মাঙদে। অদুম লৈ। লৈখিনি নঙ ঐ মা লৈরিবসিগুম।

বীনা - উন্নদ্রিবসিদিনা; উবা ফংদ্রি।

অহল - উদবা পূন্নমক লৈতে হায়বা য়াবা নত্তে ইবেম্মা ! অহাঙবা - স্পেস হায়বসিবু কনানা উবগে; মতম হায়রিবা অসিবু উব্রদো ! করিনো হায়বা ফাওবা খঙব্রনে। অহাঙবা হায়রিবসি করিনো কদাইদগী হৌরগা কদায়দা লোইরিবা; অরোইবা অদুগী ৱাংমদনা অমুক করি অমা লৈখ্রিবা ?

ইবোহল - মদু ঐগ্যা ইবুংঙো, ব্রহ্ম হায়বদুনিদা; কোস্মোকা হায়বদো।

অহল - হায়বদি ব্রহ্ম হায়বা অমদি লৈরি হায়বসি দোক্তর য়াবিরি ?

ইবোহল - করি উপাইদি লৈ। মদুদি মীওইবগী কোক অসিনা লাম্বা ফংগদবা লৈত্রে।

অহল - ফংলিবনিনে দোক্তর। ব্রহ্ম মশক খঙনরিবনিনে। মশক নাইদবা খঙনবা লাক্লবসি দর্শনগী মথৌনি। মসি খঙলকপদনি ইমৌ ইবেম্মনা পোৎলম পূন্নমক থাদোক্লগা ঈরুজথোকপমুক য়াংগদৌরিবসে। হৌজিক্তি লূম্মমখিনিনে ইবেম্মা ?

বীনা - লূম্বা হায়ববু পাঙদবী ঐদি খাঙবা ঙমদ্রে; থৱায় অসি ফাওবা থাদোকচনীংলে বাবা ! শিনীংলে।

অহল - মদুমা ৱাখল য়াওদ্রবা ৱাখল হায়বদুনি। ৱাখলগী পরীং অমা শাগৎকে হায়বা লৈরগদি দর্শনদা লৈশিনসি। খন্থরগা থোক্কনি। ঐনি ইবেম্মা শিজথোক্লগে হায়না চপ লেপখিবা। মদু অপঙবা থবক্লি। মদুগী মরমসু লৈগনি। লাইরিক অসি শংলক শংলকপদা পাউ। পাথরগতা তোক্কনু খন্থৌ। খন্থরগা অমুক নশাদা নঙোন্দা পানশিন্নবা হোৎনৌ। ঈংগনি। য়াম্না ঈংগনি।

বীনা - পারগে খল্লে বাবা।

ইবোহল - অদুগা অমসিদি - গীতগোবিন্দম ?

অহল - মসিমদি খরা তপ্না পাবা চুমগনি। মসিমা মরৌ লৈবা ওইনা থোক্কনি। মসি পাগে হায়রবদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনীদা ভক্তি থমজবা তাখিনি।

বীনা - খুরুম্বগী ৱারা ?

অহল - চুম্না খুরুম্বা ঙাক্লা য়ারোই। শেম্বিবা মপুনি মবেম্মনি হায়বগী থাজজবা অমা চঙই। অদুবু পাবদি কায়বা নত্তে।

ইবোহল - ঐ খঙই। চহী য়াম্মগা লাইরিক তাবদৌনা পাগদবনি।

অহল - অদুমক্লি ইয়াম্বনা হায়রিবসু।

বীনা - অনীমক লৌজহৌরগে। বাজিগা ৱারী তৌবিগনি হায়বদু তৌবিরো। লাইরিক পায়রগা থোকখি।

অহল অসি নিমাই শর্মানি। মশূনুপীগী থবক্কী হায়নবা লাকপনি। রোজিতা নিমাইগী মশূনি। নর্সকী ট্রেনীং লোইখিবা চহী অনীরোম ফারে। থবক ফংদ্রি। অনৌবা ক্লিনিক হাংবগী ব্রাফোঙ তাবদগী দোক্তর ইবোহল উন্নবা লাকপনি। ইবোহলসু খরা হাপনীংদনা লৈবনি; হায়রুই,

- ঐগ্যা তৌহনসি কৈদৌগে। অদুদা -

- অদুদা কৈদৌবা দোক্তর বাবু ?

- ঐখোয়গীসি হাংবদা ঙাযরিবনিনা শেন-থুমদি মতীক চানা পীবা ঙমখিরোইদৌবা। হয়েং কোন্না মথং-মথং ফগৎলক্লগাদি চপ চানা অদুম পীগদবা হায়বদি -

- অদুগীদি ইয়াম্বসু চরা হেনবমক্তি নত্তবনিনা ঙাইনবা কায়দে। থবক অমা পায়রগদি অঙাং মশাগী ওইনা ফগদবা লৈবা। নৎত্রগদি নোংঙানবগা অমগীদা খরা চৎ, খরা কোয়; ঐনদি কোয়চৎ চৎপনিনা।

- ফবে খঙঙে; নুপীমচাদু ঙসি মরি মঙানিসিদা থাবিরকউ। হৌজিক্কী ইমৌদো, মাসু দোক্তরনি; ঐগী হেক ইমৌনি; মাগা উন্নহনবিরো। মখোয় ব্রারী অদুম তৌনজরনি। ইশূদু লৈশাবী নৎত্রো, ময়ুম-মকৈ পাল্লব্রো ?

- মদু হংলকপদনি অরুবা অমা লৈরিবসে দোক্তর বাবু।

- করিগী ঐগ্যাবো ?

- চহী মতাংসিদা ওইদবসু কয়া ঙাংনীংদবা, হায়বদসু কয়া লূদবা।

- হায়বদি ?

- ইশূনুপীসে নহানব্রাই গুব্রাহাটীদা লৈরিঙৈদা মিলিটরী ওফিসর অমদা চেল্লুরে।

- ফৈনা কৈনো ঐগ্যা যুম পানববু ফত্তবরো।

- ঐঙোন্দদি ফবা ওইদ্রবা। মুসলমাননি ওফিসরদো। বিটামিন কাপ্পা লাকপদা খঙনরকপা ওইরমাল্লে। লৌথোকলুরগা ঐগা লৈমিন্নরিবসিনি। খঙদেনে কমদৌদৌনো ! দোক্তর বাবুনসু থমনীংলোইদ্রা খঙদে।

- এ, করিগী ! মহৌশাগী লীচৎতা খেন্নবা লৈতে চপ মান্নে। হংচিৎ অঙাংদু পুবিরকউ মওং য়েংসি। মশা-মশানবু য়ানরবদি ঐগ্যা লৈমিন্নজখিবা কায়দেদা।

মসিমা নিমাই শর্ম্মা খাঙঙৈদগী নত্তে খুয়াদগী য়ানিংদে। পূম্নমক অমত্তনি ঈশ্বরগী মফমদা খেন্নবা লৈতে হায়না হায়না মশূনা মুসলমানদা ওংখিবদি সুকয়া য়ানিংদে হায়বা উৎলম্মী। মা লৈত্রবা মতাংদা মানা মানা থোকপা তৌজখিসনু হিংলিবমখৈদি য়ারোই হায়বসি নিমাইগী ফিরেপ ওইনা লৈখি। মরম থোইনা তাক্তে। ইবোহল বীনা খন্নরগা রোজিতাবু থবক চঙহল্লে।

রোজিতা মশক-মতৌ চঙখোন্না নীংথিবগী মতীক ঙাংবা শকপসু হৈ। লৌশিং তাই। মধৌগুম মতাং চানা মফম খঙনা ব্রাফম লৌশিনবা অদুগা শন্দোক্লা তাকপা ঙম্মী। মধৌনা অশং-অশংবা মতমদা পীখিবা তাকখিবা লৌশিং, য়াবু য়ানিংলবসু য়াবু য়ানিংদ্রবসু, লৌশিনবা ঙম্মী। ফোঙদোকপসু ঙম্মী। খরগী মখৈ থাজহনবা ফাওবা ঙম্মী। রামায়ণ মহাভারতকী ব্রারী মধৌনা হন্দোকপদু মানা শিন্দোকখিবা অয়াম্বা ওইবনা খঙই। মধৌনা হায়বদগী বীনাগী ফীবমসু ফজনা খঙলে। থবক অসুম তৌমিন্নরম্বদগী, শীন্দোক শীঞ্জিন তৌরম্বনা খজিক কোমলকপা হাঙলকপা মতাংদা বীনানা মাগী কাদা চঙশিনখিদুনা চীক্লা হেক হেক ফমখিবদু রোজিতানা তত্তনা উরক্লি। লায়েংবা লাকপা মীগা ব্রারী তৌরম্বদগী ব্রারক্তুনা অমদা শিন্নরম্মগা মাগী কাদা চঙখিবা নৎত্রগনা য়ুমদা হনখিবসু তোয়না থেংনৈ। মতম পূম্নমক্তা নুংসুক-নুংজাননা লৈরম্বদুদি খরা ফরে। ওখাক ফনদি উরে। অদুবু মথেল ফানা ফবদি নৎত্রি। কাউবা ঙমদবা হায়বসিবু নীংশিংবনা অনৌ অনৌবা মৈচাক পীদুনা নুংদা কাথেকহল্লি। শংলক শংলকপা মতাংদা গীতা ফাক্তোক্তুনা ঙমজবা মওংদা হোৎনদবী বীনাসু নৎত্রি। অদুবু পারিবা লাইরিক্কী লৌশিং মরক্তা মপুরোইবগী শক্তম হেক্তা ফাওরকই, মমা হেক্তা চোংথোরকই। পাথ-পাথনা লৌশিনফম হেক্তা খঙলক্তে। লাইরিক্কী পাউখুম মনম মনমগী মরক্তা অমদি অরোইবদা তকশী শাগোন্নবা ব্রাহং হংলকই - করিগী চৎখিবনোনে ! অমুকসু শোনজরুই - ঐনা করি লানখ্রবগেনে ! পিরাংগী ঈরীক্কা লোয়ননা নুংফাওননা থোকলকপনি - হেক মাঙদনা তোকলেদো ! ঈরীকশিংদু চেনাগী মতাই ওইরপ্লা তাখি। খজিক উংলিঙৈসিদা মপান্দগী হায়রকখি, "মেডাম অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদ্রা ?" বীনা খঙই নর্স রোজিতানি। তহা-তহা মপি তৈথোক্লগা কৌশিল্লুই। ঙসি ময়ামগী তলব য়েনবা নুমীৎনি। রোজিতাদি অয়ুক মপোক নুমীৎনিনা মন্দির অমদা লাই খুরুম্বা চৎকনি হায়না ঙরাং হায়রম্বনি। ফমহল্লগা মাগী পৈশা হাপ্লা চেখাও অদুগা সহী তৌনবা বোই অদুগা লানশিল্লি; হায়রুই,

- লাইসু ফজনা নীংলিনে রোজিতাদি।

- মেডাম পাপ কোক্লবা শান্তি ফংবা য়ানবা য়েংলিবনি। খরা ঈংই। নহান ঐখোয়না থাদোকখিবা নুপী লৈশাবীমচাদু লৈত্রেদো মেডাম।

- য়াররোই খঙলদনা থাদোকখ্রবনি; হেনজিনখ্রবা লায়নাননি, পাম্বৈ লৈতবনি।

- মমা অদুনা ঙরাং পাবুঙ দোক্তরদা কনবিয়ু হায়দুনা কপ্তুনা হায়জরম্বদো নুংঙাইতবনা।

- মতম লাক্লবদা ঐখোয়না কনবা ঙম্বা নত্তেদা রোজিতা।

- ঈশ্বর অমনা শীনবনি।

- মানি ঐখোয় মীওইবনা চঙলুবা য়াবা নত্তে।

- ঐখোয়গী খূদুমদা লৈবা নত্তে হায়জরিবা মেডাম।

- মানি ঐখোয়না ঙম্বা নত্তে।

- ঐনা খঞ্জবদা, মেডামনা পাবিরিবা লাইরিক অদুদসু ঐখোয়না করিসু তৌবা য়াদ্রবা ঙম্মুদ্রবা থবক থৌওং অদুগীদমক ব্রারুবা চুমদে; ব্রারুরগা তেংথারুরগা অমুক লাক্কদবা নৎত্রে হায়না হায়রিবদাই।

- ও, রোজিতাসু পারবরা ?

- পাসু পারে ইধৌনসু শন্দোক শন্দোক তাকপিবনি। ঐসু য়াম্না ব্রারম্মী মেডাম। থব্রায় অসিং থাদোকনীংবা মতাং তোয়না থেংনরম্মী। হৌজিক্তি য়াংথোকপা নুংঙাইথোকপা ঙম্মে। ঐনা করিসুসু তৌবা য়াররোইদবা মরম অদুদা লায়না চেল্লক্লুবা খল্লুদুনা করি কান্নদগে ! ঐসু নোংমদি শোয়দনমক্কী শিগদবা লৈরবনি। মখোয়না খরা হান্না চৎখি হায়বদনি ঐসু চত্তবা য়াদবনি। খরা হান খরা কোন তৌনবগী ব্রাদনি। চৎমিন্নবসু য়ারোই হানবা কোনবা অদুম লৈনগনি। ঐনা হৌজিক তৌজরিবসি মেডাম লোইনমক কাউথোক্লগা লেমহৌরিবা পুন্সিসিদা ঈংনা লৈবা, ইথৌ খরা ফজনা তৌবা অদুদগী শিবদা পুখিবসু য়ারোইদবা তলব-নুংলবকী পৈশাসিনা শেৎনীংবা খরা শেৎপা চানীংবা চাথোকপা, মীঙোন্দা অঙম্বা খরসু মতেং পাংথোকপা অদগী থাজবা ঈশ্বর অমদা খুরুম্মুবা -

- লাই নীংবসি শান্তি ফংই হায়নৈ ঐসু নীংঙসিরা হায়দনা খল্লি রোজিতা ঐসু মন্দিরদা চৎপা য়াওরসিরা; ইপোক নুমীৎ নৎত্রবদি য়াদ্রা ?

- ঐখোয়' মেডামগীসি ঐবু লক্লবিবদি ?

- করি ব্রানোনে রোজিতা ! পূক্লীং অসিদা শান্তি লৈরক্তদনা শেংনা হায়রিবনিনে। উমংদা চীংদা তীর্থগুম্বদা লৈরুরসিরা হায়নসু খল্লকপা য়াওই।

- মেডাম ঐনা খঞ্জবদি উমংদা চীংদা চৎত্রবসু য়াই। শান্তি হায়বসিদি চীং-মানদা, তীর্থদা লাইশঙদা লৈবা নত্তে; মপানদা লৈবা নত্তে, মনুংদা লৈবনি ঐ-ঐগী থমোয় মনুংদা পূক্লীং মনুংদা লৈবনি। ইধৌনা হায়বদা ঐনা য়ানিংবা অমদি মেডাম, শান্তি হায়বসি মপান্দগী পীরক্কদবা পোৎ নত্তে মনুংদগী ইশানা লৌজগদবনি হায়বসিনি। মসি ঐ চুম্বা মাল্লি। মন্দির তীর্থ মফমদা কপ্লবা য়াওরি খৎন-চৈনরি; চর্চতা মসজিদতা হাৎনবা য়াওরি। ঐগী পুক্লীংদা লাঙ্ঙবদা মন্দিরদা চৎলগা ঈংদে। ঈংবু ঈংগে হায়রবদি অনা লায়েংফম ওইরিবা লাঙনরিবা ঐখোয়গী ক্লিনিক অসিদসু মেডামনা ইশাগী কা অসিদা ঈংনা লৈবিরম্মিসিনি; চীক্লা হায়রিবা।

- চীকপা মানবগী ব্রানি রোজিতা মনুংদদি মৈজাও হৌরি।

- অদুনি ঐনা হায়জরিবা; মপানদা মানবনা চৎনদে মনুংদা ঈংগদবনি হায়জরিবা।

- ঈংবা য়াদদনা তৌরিবনিনে।

- য়ানি। শোয়দনা য়াগনি। থাজবিয়ু মেডাম। নোংমা চৎলুসি ঐ পুজগে।

- কদাইদা ?

- মফম অমা লৈ। লাপ্পা নত্তে শহরসিদগীদি খিত্তং থাপ্পি। য়াম্না থাপ্পসু নত্তে। ঙসি নোংমাইজিং; অদুগা ইরাই, ঙসি মঙানি ব্রাৎলি। ইরাই খুদিংগী মীফম লৈ। য়াওরুসি।

- ধর্মগীরো ?

- ধর্মগী থোইনা নত্তে; অকক্লবা ধর্ম অমদা নৈনবা নত্তে। পূক্লীং কমদৌনা ঈংগনি; করম্না নুংদা ঈংথনা লৈবা য়াগনি হায়বসিদা লৌশিংগী লম্বেল থিবনি। য়াম্না ফবা লম্বেননি মেডাম লেঙঙুসি।

- য়েংসি।

ব্রাফম অসি বীনানা মকুদা হৌদোক্লই। পুক্লীং ঈংথনবগী ব্রা পল্লকপদা ইবোহলনা য়াম্না হরাওনা চৎলুনবা য়েংলুনবা পুক্লীং থৌগৎলকই; কার পুদুনা চৎলুনবা হায়। গাড়ী পায়বা মওং চারোই হায়না খনবনা বীনাগা রোজিতাগা বসনা চৎলি। চীং মচা অমগী মনাক্তা নীংথিবা শঙলেন অমা লৈরম্মী। লম্বেল অচৌবদগী, বসতগী কুমথরগা, ফনা শাংনা খোঙনা চৎলি। লমহাং ওইনা তৌবনা উ-না উ-না পাক য়ৌদে। বীনা শদৌ থোংই। রোজিতাদি মফম মুন্না খঙই। মানা লমজিংদুনা লাকপনি।

শঙলেনগী কাজাও অমদা চঙলকই। কাদা হেক চঙলকপদা খোইজু-লৈখামগী নুংশিরবা মনম ফংই। বীনাদি অহানবমক্তদা হৈনরুদরে। ঙাইহাক লৈরগদি নুংশিনা হৈননা থোকলকই। কা অদুদা মখল কয়াগী মীওইশিং নীংথিনা শেম-শারবা লৈমায়গী ফিদাদা পরেং-পরেং শানা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফল্লি। নুপীশিংনা মায়কৈ অমদা ফম্না উই। বীনাগা রোজিতাগসু মনীং ওইরপ্পা ফম্মুই। কাদুগী কাচিন ওইরপ্পা ব্রাংতক তৌবা নীংথিনা লৈতেংলবা ফম্বাক অমা লৈরি। উনা-ব্রানা লৈ-শূনা লৈতেংই। মদুদা লৈঙাং শেংপা মীওই অহুমখক ফম্বা উই। রোজিতানা তপ্পা তাকলকই, "ময়ায়দা লৈরিবসে মায়চৌ অহল কৌই; য়েৎলোমগীসিনা মায়চৌ নহা; ওইরোমগী অসিনা মায়নৌ হায়না খঙনৈ। মায়চৌ অহল অসিননি লৌশিংগী ব্রা মথং মথং হায়রক্কদৌরিবসে। থৌরম অসি হৌরবনি; ঐখোয় মতম চানা য়ৌরে।" বীনানা খঙনীংবা ব্রাফম খরা হংগে তৌরকপগী অদুদা রোজিতানা খংখাম খাম্মি; ফম্বাক্কী মায়চৌ নহানা মাইকতা লাউথোরকই,

"খ্বায় তরাবু 'লৌশিং মৈরা' গী মায়কৈদগী তরাম্না ওকচরি। ঙসি ইয়াম্বা মায়চৌনা ঙাংবিগদৌরিবা হীরী মমাঙগী ৱাফমসি - 'তাইবঙগী অৱা-অনা অমদি পুক্লীং লৈতানা থম্বা' হায়বসিনি। মসিদা হান্নগুম লোইরকপদা ৱাহং পাউখুমগী মতাং অদুম থমজরি। ঙসি মীফম অসিদা পূমনৌ-পূমনৌ নৌবা মীওই য়াম্না য়াওরি। অমুক্কা নীংশিংজরিবদি, লূপ অসিদা মিং পানখৎপিদুনা য়াওবিয়ু লৌশিং তানবিরগা শন্দোকপদা তঙায়ফদবা শরুক য়াবিয়ু হায়বসিনি। খ্বায় তরাদা হায়জরি, মীফম খূদিংদা হায়জখিবগুম, ঙসি অমুক্কসু নীংশিংজরি ঐখোয় পূম্নমক্কী লূপ ওইরিবা 'লৌশিং মৈরা' অসি করিগুম্বা অকক্নবা লাইনীং লম্বী হায়বদি ধর্ম অমা নত্তে, লম্বী অমগা অকক্নবা মরী থম্বা মশা অমসু নত্তে; লৌশিংগী লম্বেননি; ৱাখলগী ওইবা কাঙলোন অমনি। মসিদা পূম্নমক য়াওবিবা য়াবনি। মসিদা নাৎকী, লাইনীং লম্বীগী, কুচুগী পা-পীগী চহীগী খেন্নবা লৈতে। মীওই পূম্নমক্কী লননি লৌশিং। লৌশিংগী লমদা খেন্নবা লৈতে। পূম্নমকপু অমুক্কা হন্না হরাওনা ওকচরি। ইয়াম্বা মাইচৌদগী লৌশিংগী ৱারোল তারসি; য়াইফরে।"

ময়াম্না তপ্পা শোনবা ওইনা খুম্বগুম তৌই, "য়াইফরে।" বীনানা রোজিতাদা খজিক ঙামথরগা তপ্পা হংলুই, "য়াইফরে হায়বসি মখোয়গী খোল্লাউরা ?" রোজিতানা লোন্না তাকই, "মসিগী অকক্নবা খোল্লাউ লৈতে। উন্নবদা অপাম্বা অমা হেক্তা হায়বা য়াই - অল্লাহ্ অকবর, অসলাম আলেকুম, হরে কৃষ্ণ, শ্রীগোবিন্দ, গুদ মোরনিং, ওঁ শান্তি, জয় হিন্দ, য়াইফরে, হরে রাম, রাম রাম, লোইনা য়াই। রাম রাম হায়রুবদা আলেকুম অসলাম, হরে কৃষ্ণ, রাধে রাধে, অদুম খুম্বা য়াই। মী মীদুনা পামজবদু শোনবা চৎনৈ।"

- ঐমা ! লাই লোইনমক লাৎপগী ৱারা ?

- থাজজবা লাই অমা হেক্তা য়াই। মসি ধর্মগা মরী লৈনবা নত্তে হায়দনা হৌজিক্তা হায়খিবদুনি।

- মখোয়সিগী অকক্নবা লাই অমা লৈতবরো ?

- ভাব তাফাত্তে; লৈগুমসু তৌই লৈতগুমসু তৌই। থাজরগনা লৈ হায় থাজদ্রগনা লৈতেসু হায়। মওং অমনি তাখো মায়চৌ ঙাংগদৌরে।

পূম্নমক উনৱাইমুক চীক্লা তারি। মায়চৌ অহল অদুনা ঈংনা তপ্পা লূম-লূম লাউবা খোঞ্জেলদা ময়েক শেংনা হৌরকই,

"পূম্নমকপু ওইহল্লিবা মহাকপু চেৎনা নীংশিংজরি অদুগা খ্বাই তরাবু কৌজরি। হৌখিবা মীফমদা 'ঐ' হায়বসি কন্নানো লৈশেম অসিদা 'ঐ' গী মফম করিনো হায়বসিগী

মতাংদা লৌশিং খরা হৌদোকচখরে। ঙসিনা 'ঐ' না থেংনরিবা অৱা-অনা করিনো মসিদা পুক্নীং লৈতাহন্না করম্না লৈগদগে হায়বসিদা লৌশিং খরা হৌদোকচগে। নাচঙনা তাবিয়ু।

"লাইগী থাক অমদা লৈখ্রবা বুদ্ধ হায়না খঙনরবা ৱাংনা উবা ঙম্বা ৱাংউরোয় গৌতমনা মতাং অমদা হায়খিবদুনি - 'মালেম অসিগী মফম পুম্নমক্তা অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তনা লাঙ্গোই চন্দুনা লৈবনি।' চুম্মবনি ৱাদবা মী অমত্তা লৈবা নত্তে; চাকনিবদগীনা লৈবাক্কী পুথক্তা লৈবা লৈঙাকলোয় অদু ফাওবদা করিগুম্বা অমা নৎত্রেগা অমগীদমক্তা ৱানৈ। কনাগুম্বীনা মপুরোইবা কায়নবগী, কনাগুম্বনা মচা ফত্তবগী কনা-কনাগুম্বনা মশা তীঞ্জং লায়জংবগী; অমনা লল পৈদুনা থম্বগী অমনা চরা হেনবগী অমনা অম-অমগী। কনানো ৱাদবা গৌতমগী হঙ্গামমরূদু লৌফম লৈতে। লৌশিংগী মঙাল অসিদি মতমগী মখা পোন্দবা অচুম্বা মঙলনি। অৱাবা হায়বসিমা শেংলবনি।

"হায়নীংবা লৈ; অৱাবা হায়রিবসিদি করিনো ? অৱাবা হায়রিবসি পোৎ অমত্তদা মতম অমত্তদা মফম অমত্তদা লেঙদনা লৈবা নত্তে। লাইগী মচা অমা ওইবা জেসসপু পাং তিংদুনা হাৎখিবা মতমদা মাবু নুংশিবনা ঙমখৈ লৈতনা ৱাখি অদুগা য়েক্লবনা হরাওই। মী অমা শিবদা মী অমনা মচানি খনবদা ও খোংনা কপ্পম্বদুনা য়েক্লবনি খঙলকপদা হরাওবনা লুতোন শাৎকনি। অদুনদি 'শিবা' হায়বসিগা অৱাবগা শেনয়েককী মমায় অনী ওইব্রদো ! খল্লুবিয়ু। হায়জনীংবদি ৱাবা হায়রিবসে পূক্নীংগী ফীবম অমনি। লেঙবা নাইবা, ওনবা নাইবা, অরেপ্পা নত্তবা ফীবমগী থাক মচা অমনি। হায়জরিবসিনা মচুম্মবনি হায়নসু হেক্তা থাজবিগনু। খনবিয়ু খল্লুবিয়ু।

"অদুনা, ফীবম অমদি থাক পুরিবা পূক্লিং অসিদি করিনো। পূক্নীং হায়রিবসি থমোয় নত্তে। থমোয়দি ইহূলগী হৌফম লোইফমনি অদুগা পুক্লীংদি অচুম-অরান অফ-ফত্ত খন্দোকপা ঙম্মিবা হিংলিবা মঙল অদুনি। পূক্নীং অসিগী লীচৎ মপূম অমা লৈরি - 'ঐবা' - ঐগী ঐনা ঐবু ঐঙোন্দগী ঐঙোন্দা ঐ-ঐ ঐবা ! 'ঐ' অসিদা চুহী চফু মপান্দা তোংবা হয়িংগুম নপশিন্দুনা লৈবা অসি ঐবানি। হিংলিবা থৱায় অমনা 'ঐবা' অসি পাক থাদোকপা ঙমদে। পূক্নীং অসি লৈরিবমখৈ শাগোন্নদুনা লৈগনি। অদুবু মিপাইবিরোইদো; অনী অসি খাইদোক্লদুনা লাপ্পহনবা য়াই। অসুম অসুম লাপথোক্লহনবা য়াই। অসুম লাপ্পহনবনা অমুক মশক-মশা খঙহন্দবা য়াই। লাপথোক্লহনগে হায়রবদি অনী অসি মশক খঙবা তাবনি। ঐ কনানো করিনো হায়বসি মশক খঙবা তাবনি। ঐ কনানো ?

"ঐ হায়রিবসি অতৈ অমা নত্তে থৱায় - আত্মা হায়রিবসিনি। থৱায় অসি লাকফম অমদগী লাকপনি। লাকফম অসি স্বর্গ কৌবা য়াই, হেভনসু কৌনৈ জন্নত

হায়নসু খণ্ডনৈ। নোংদোন অহাংবা হায়বনি। অহাংবদগী লাকপনি। হায়রিবা অহাংবা মফম অসিদা লৈরিবসি পূম্নমকপু ওইহল্লিবা শক্লাইদবা শকউদবা, হৌবা-লোইবা নাইদবা মঙানগী মশক ওইবা চাউথোইবা থৱায়-আত্মানি। মসিদনি লেঙলি পাল্লিবা মরীক মরীক ওইবা মঙানগী মশক ওইবা থৱায়না মাগী কায়দোংফম ওইবা হকচাংদগী নাম্থোক্তুনা হনখ্রিবসি। মাদি মাঙবা নাইদে। মাঙলিবদি মশক নাইবা হকচাং অসিদনি। হকচাংসু মাঙবা নত্তে; হকচাং অসিগী মওং মশক ওইবদা চঙখ্রিবা পোৎচঙশিং অদু মাগী মাগী মফমদা অমুক হনজিনখিবদনি। কোঙ্গোল ওইরম্বনা লাইজ অমুক ওইদুনা লৈখিবগুম্বনি।

"হকচাং অসিদনি অৱাবা, নুংঙাইবা, কপনীংবা অপাম্বা ময়াম অমা মতাং মতাংগী ওইনা ফাওরিবসি। ফাওরিবা অৱাবা অসি, মসিদা পূক্লীং হেক চঙ্ঙুদ্রবা, হেক কাউথোক্লবা হায়বদি লাপথোকহনখ্রবা, য়াইফরবনি। ঙাইহাক নীংশিংবা হৌনবনি। অদুবু কুইনা থম্বা থমদবা হায়বসিনা - 'ঐ' গী পূক্লীংদা লৈরে। থমদবা য়াই। করম্না ?

"পূক্লীংগী অকোয়বদা লৈরিবা অপাম্বা, মিহৌবা, অশাউবা অসে খুদুমদা থম্বা। পূংমাঙ মাঙহনখিবা হায়বদুদি হকচাংনা লৈরিবমখৈদি ঙম্মোই। ঙম্বা হৌনদে। অদুবু ফাজিনবা, ফাধবা, অদুগা মায়কৈ অমদা ঈথৈ পীবদি, খজিক্তংবু হোৎনরবদি লায়না ঙমগনি। য়াম্না ৱারবা মতমদা খঙদ্রিঙেদা ৱারুরবসু থংনবা মীৎকুপতা অৱাবা অদু ঙাইহাক্তংগীদনি, মতম পূম্নমক্কী ওইনা লৈগদবা নত্তে কৃম্মে অমগুম্বনি মদুদা কৃম্মে য়াওরিবা অমনা মাগী শক্তম অমা ঙাইহাক্তংগী লাংবনি হায়না লৌরবদা অৱাবা মানা কুইনা মমহনবা ঙম্মোই। ঈংথরক্কনি। ঈংলকপা মতাং অসিদনি পূক্লীংনা লৈতারক্কদবা। লৈতাবা অসিনি ময়াম্না শান্তি - অঙ্গীংবা হায়নরিবসে। শান্তি অসিদি মপান্দগী অতৈনা পীরক্কদবা নত্তে 'ঐ'না নুংদগী ফংজগদবনি। শান্তিদি হান্নদগী নুংদা লৈজরবনি; মসি লৌবা হৈবনা ফংবতনি। কাউথোকপিয়ু। কৃম্মেনি লীলাদা শরূক যাবনি, ঙাইহাক থোক্লম্মগা ঐগী শরূক অদু লোইরবা মতাংদা য়ুমদা হল্লকপদৌনা ঐগী লাকফম ওইবা নোংদোন অদুদা হনখিবগী ৱাতনি। মপোক অসিদা ঙাইহাক চোংলিবা ফল্লিবসিদি লীলা কৃম্বনি। ফম্বাক অসিদগী হনখিবসিনি শিবনি হায়নরিবসে। অশেংবা য়ুমদা হনববু করিগী ৱাবনো। পূম্নমক হন্নখিগদবা ঙাক্তনি। মরমদি ?

"মহৌশা হায়বা অমা লৈরি। মহৌশাগী লীচৎ অসিদি চাউথোইরবা থৱায় মাগী খূৎশেম অমনি। মসিবু শীংনবা ঙম্মোই। শীংনদুনা থিংলুবা থৎলুবা ওইরোই। মৌখৎলক্কনি। মৌখৎলক্লবদি লৌনম্বাল নীংখায়রক্কনি। নীংখায়রক্লবদি ইতাউ তাউথোরক্কনি। অপূনবগী পুক্সিদা অকায়বা ওইরক্কনি। অদুনদি মহৌশাগী ওইবা লীচৎ

অসিবুসু ঈথৈ পীবা তারি। ঈথৈ করম্না পীবা য়াই ? মসিনা মতাং অমগী হীরম ওইনা থন্মসি। পূক্নীং লৈতানা লৈরসি।"

বীনা মুন্না তাদুনা লৈ। মতাং অমদা খন্থরুই লীলানি পূম্নমক লীলানি; লীলাদা শরূক য়াবনি; লোইরগা ফম্বাক থাদোক্নুনা য়ুমদা হনগনি। লীলা হায়বসি কৃষ্মেনি, ঙাইহাক উৎপনি শান্নবনি। মী পূম্নমক মাগী মাগী শক্তম লাংনবনি। শরূক লোইবনি। লোইবগী মতম মান্নবা নত্তে। ইপুরোইবা ওইনা লৈরম্বা, ইমা ওইনা লৈরম্বী; ইনেমগী শক্তম লাংলম্বী মখোয় অহূম মাগী মাগী শরূক লোইরবদা হনখিবনি। কদায়দা ? য়ুমদা অশেংবা য়ুমদা। মদুদা মখোয় লৈরম্লগনি। লৈরিনি। কৃষ্মে অসি উরম্বসু য়াই ...

ৱাহং পাউখুম কন্না চত্থবা হৌরবনি। রোজিতানা করি হংনীংই, হংনীংবা লৈব্রা হংলুই। বীনা তাদবদৌনা লৈ। মশা খজিক নোম্মগা হায়রুবনি,

- মেডাম, উইবিরবরা ?
- ও, উইদে।
- হংনীংবা লৈব্রো ?
- খরদি লৈ। কোন্না হংলগে খম্থখিগে।
- খন্থরিবদু পোখাবা হৌরবনি। চৎলসিরা ?
- ঙাইহাক তাখিসি য়ারি।

ফনা কুইনা তাদুনা লৈ। ৱাহং পাউখুমগী মতাংনা হেন্না শাংনা চখৈ। তোঙান তোঙানবা লীচৎকী মীওইশিংনি। মখল কয়াগী ৱাহং লাকই। লক্লবা করেম্নরপ তৌবা ৱাহংসু লাকই। অহল ওইবা মায়চৌনা মোমোন্নবতনা অহানবা মশিন ওইনরগা পাউখুম পূম্নমক পীনবা লাক্লে। লাম্মী ওইরম্বা, লৈবাক্কী লোন্নবা ঙমখৈ লৈয়ি অমগী ৱাথোক্তা মখোঙ শাথীনা শোকথ্রবা অদুগা মরমদম ময়ুমদনা কাঙলুপকী ঈরাং অমদা ইমুংগী মীওই মঙামক হাৎপিথ্রবা লমন খুম্লিংবগী ইহুল মৈশা অমদা ঙৌরিবা ডেবিডকী ৱাহং অমগী পাউখুমদা মায়চৌ অহলনা হায়বনি,

"মরূপ লান হায়বসি মীগী লীচৎতা য়ুম্ফম ওইবা শাজৎ অমনি। থোক্কবা য়াদ্রদনা থোক্লবা লানফমদা য়েক্নবা হাৎপা চুমদবা থবক নত্তে। য়েক্নবগী নোংমৈ মমাঙদা ফমথদুনা হীরী কোনবা য়ারোই। মদু অঙাওবা লীচৎ অমা ওইগনি। শিবগুম শিহনবসু মহৌশাগী লম্বী অমা ওইনা থম্বা তাবনি। খুৎলাই শাবা অদুগা ইনাক্তা পৈদুনা থম্বা চুম্মিবনি। ঐখোয়গী খুজিন, য়া, শম পাঙ্গল অসি মহৌশানা পীরিবা খুৎলাইনি। খুৎলাই ওরাইবসু তাবনি। করাম চাউবগী তূহৎ-তাহৎনবা লাঞ্জং অমদা শীজিন্নবদি

চুমদে। লানদসু ঈংনা তপ্লা ইশাবু খুদুমদা থম্মগা লাম্ছোং শীনবগী তঙায়ফদবা লৈবনি। ইশা ঙাকথোক্লবা হাৎপদি হাৎপা নত্তে; পারা তম্বিবনি। তৌরিবা ইথৌদু লম্বেননি। লম্বেনসিদা হিমায় চুম্মিবসি লৌশিংনি। য়াইফনবা অদুগা য়াইফমিন্নবা তাল্লিবা লৌশিংদু অশেংবা ওইগনি। ফংলিবা লৌশিং অদু ইশাদা পানশিল্লগা চৎনবা লাক্লবনা ঐ-ঐগী থৌদাংনি। থৌদাং অসি পাঙবা ঙম্নবা মীফমনি ঐখোয়না হেক হেক ফম্মিন্নরিবসি। জেসসনা তাক্লম্বা নুংশিবা অদুগা ঙাকপিবগী থৌওং অসি ঐ ঐগী অশেংবা পুম্সিদা পানশিন্নবা হোৎনবা তাবনি। হায়বদি, তাকপদি লায়গনি। মদু পানশিনবদি য়াম্না লুগনি। মদুনি ঐখোয়না তম্মিবসি। মশাবু পাং তিংদুনা হাৎননবগীদমক্তা থম্বা কাচিকারোং অচৌবা অরুম্বদু লাপ্পা পুহল্লগা মখোঙদা মখৃৎতা য়োৎপী য়ৈখিবা ইবুংঙো মহাক্লা হায়খিবা নৎত্রা - ইপা ইবুংঙো পম্ছৌ মখোয়না তৌরিবসি খঙজদবনি ঙাকপিয়ুকো। কয়াদা চাউখ্রবা পাকখ্রবা লূমখ্রবা থৱায়নো ! মহৌশা হায়বদুমক্তা ইকায়খুম্নগদবা থৱায়নি।”

ডেবিড মরূ লুকথখি। মঙক খজিক খজিক শুখি। লমন খুম্নিংবগী মৈশা অদু খরা ঈংথখি। পুঙমুৎ-মুৎখিবদি নৎত্রি। মতুংদসু লাকখিবা তারি হায়না খনখি।

বীনা মশাদু খরা য়াংনা থোকলকই। কুইনা ফমজিল্লুরবনি। চৎলকপদা মশাদু তেকখৎপগুম তৌই। রোজিতাদা হায়রুই,

- পুক্লীং ৱাখলসি য়াংগুম তৌদৌরি রোজিতা।

- য়াংবনি মেডাম। লূম্না লূম্না লাক্লরগা য়াংনা য়াংনা হল্লি হায়নবনি।

- অসিদা লাক্লরিবা ময়ামসি অৱা-অনা নংলবা ঙাক্তা ওইরিদ্রা ঐগুম্না ?

- ৱাদবা মীবু কনা লৈবগে মেডাম ?

- হ ! অদু ওইরবসু নঙ ঐগী অসুম্না খাঙবা ঙমদবা অসিদি চাউমল্লি। ঐখোয়গুম্বা পঙয়াও য়াওরমগদবা মান্দে।

- মান্দবগী ৱানি মেডাম, মনুং-মনুংদদি মৈচাক ফংলবা মীওইনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। লাক্লিবা চঙলক্লিবশিংসি মচা অমত্তা য়াওবদু শিখিবগুম্বা, মপুরোইবা নৌনা কায়নবীগুম্বা, মচা মপুরোইবা কনাসু লৈত্রবীগুম্বা জেলদা কুইনা লৈরুবগুম্বা ময়াম য়াওরি।

- হোয়নে মৈশা ফংলবগুম্বগী মাল্লি।

- হৌখিবা ইরাইদা নুপীমচা লৈশাবী অমা লাকপা থেংনৈ। লুহোংবা নুমীৎতা মাগী মপুরোইবদু চাকচা তোক্লগা থোঙ্গান ফাওবা ঙাহৌ-ঙাহৌ থোকলুবদা লমজাওদা কাপ্লবগী হাইদোরকপা মরূ অমনা মকোক্তা পানবদগী খৃদক্তা অদুম লৈখিদ্রবা। মায়চৌ অমা ওয়রোমদা ফম্বদো, মাগীসু নহানৱাই মানা লোয়শঙদগী কুম্মকপদা নুপীগা মচানুপীদুগা ইলেক্ট্রিকনা পূম্না -

- ফরে রোজিতা তোকও, শিব-নাবগী ব্রাসি কাউথোক্লবা লাক্লরসি। করিগী শিরিবনো হায়বসি খনবদা কোক অসি পুবা ঙম্মক্তবা কুইরে। পোক্লিবসিনা করিগীনো খনবদা মম্মি। পোকপা হায়বসিনা করিনো, শিরিবনা করিগী হায়বসি হংবা কুইরবনি। মসিমক ঙসিসু ফোংনা হংনীংলম্বনি। ঙমহৌদরে। অনৌবগা ওইবদুদা ময়াম মমাঙদা হংগদৌবদু নাতে চারোইদ্রা হায়দনা খল্লবা। অদুবু হংখিনি ভাব তানবা হংখিনি।

মথংগী ইরাই অমদা ময়ামগী ওইবা মীফম লোইরগা পোখাবা চঙলমদাইদা বীনানা মায়চৌ অহনদা ব্রাহং হংলুবনি। অহল অদুনা খজিক নোক্লগা হায়খিবনি,

"ইবেম্মা দোক্তর, মীওইবগী মপোক অসিদা হংনীংবা ব্রাহং কয়ামুক লৈ। বিজ্ঞানদি লায়রদনা অৱাংবা মীৎয়েং ফাওবনা খুম্বা ঙমদ্রিবা ব্রাহং অসি চা-লীশীংদা নত্তে গেলেক্সি অমদা লৈরিবা মঙাল পুরিবা পোৎশকমুক য়ামগনি। পাউখুমসু লৈরমগনি করি লৈতনি। অদুদা পাউখুম অদু ব্রাহংদগী হেন্না ব্রাই চিনবা য়াওগনি। মপোক অসিদা মীনা শীনবা ঙমদবা, য়াবসু য়াদবা থৌওং ময়াম অমা লৈরি। পোকপা শিবা অসিসু মীওইবা ঐখোয়না হাইজিল্লুবা ঙমদ্রবা লমদাং অমনি। ইবেম্মা দোক্তরনি। ইবেম্মনা মী অমা কনবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে।"

- মতম চানা থেংনরবদি -

- মতম চাবদুনিনে ঐখোয়গী খুদুমদা লৈতবসে। মতম অসিনি পূম্নমকপু থোকহল্লিবা; থোকহন্দ্রিবসু। মতম অসিনা চারবদা পোক্লিবনি মতম ওইরক্লবদা শিরিবনি। হৌরিবা লোইরিবা পূম্নমক মতমননি মতমদনি। মতম লাক্লবদা পোক্তবা য়াদবনি মতম ওইরবদা শিদবা য়াদবনি। শিবা হায়বসিমা চপ চানা লৈরবনি। হোয় শিখিনবগী মরমদুদি অমা হেক্তা ওইবা য়াই। ঙক ককপদগী শিবা অসিদা কক্লিবা ঙক্তু তেননা ওইবা য়াই চক্রনা ওইবা য়াই। চক্রগা তেনগা লৈত্রবা মতমসিদা গাড়ী অনী থৈনবদা নপশিন্ননা তকশিন্নবনা ওইবা য়াই; বোম মচেৎনা ওইবা য়াই। পোকপসুনি কর্ণ কুন্তীগী মনাকোংদগী পোকখি জেসস মপা য়াওদনা পোকখি। পাম্বোইবী, দ্রৌপদী, সোরারেনগী জগোইশাবী খরা মপা মমা য়াওদনা অদুম পোকলকখিবদুনি। পোকপু পোক্কনু হায়রবদি মীরোল্লবা অঙাঙ মাঙনরি মাঙহন্নরি।

বীনাদা পাল্লি। লকক তৌই। কোয়েৎ ফৈয়েৎ অদু মপানদা কাবক্তং নাল্লুরগা অহননা মখা চখরকই,

- মতম চপ চারবদা কৌরুবা খাম্মুবা হোৎনরুবা লৈতনা কৈশুমশঙদা কৃষ্ণ পোকখি; য়াউগী শঙদা জেসস পোকখি। হৌজিকসু পাম্ব-পামদবা খঙলুবা খল্লুবা য়াবা নত্তে এরোপ্লেন পাইরিঙৈদা মনুংদা অঙাং উন্নরি চৎলিঙৈদা লম্বেনদা উন্নবগী পাউ তারি। মতম নাম্বোকপা য়াবা নত্তে। শিবা-পোকপা ঐখোয়গী খুৎতা লৈবা নত্তে।

ঐনা সুকঙম্মক ঙম্মরোইদবা মফমদা মফৎতা ব্লারুবা কান্নরিব্রো ? মী ওইরুরবনিনা পোকপগী মতাংদা হরাউরবসু শিবগী মতাংদদি ব্লারুরনু। করিসু ঙম্বা ব্লা নৎত্রে। হরাউবগীদি কান্নবা লৈ; নঙ দোক্তর অমনি খঙঙিদুনি। অদুগা মাঙনবগী মশক ওইবা অব্লাবা অসিদি থাদোকউ, লাপথোকউ কাউথোকখো। মতম খরা হিংলিঙেসিদা মকা লাম্না হিংঙু অদুগা হিংমিন্নৌ। মোমোন নোকপদা নঙগী ব্লাদুনা মাঙহনখিগদবা নঙল অদু শীজিন্নৌ। কান্নগনি অদুগা কান্নহনগনি। মোমোন মীনোক্তি ঙম্মিবমখৈ লেম্না য়েনগদবনি। অপীবা নঙসু অফংবা মাসু পূক্লীং মকা লাম্বনি। নুংসুক-নুংজানগনু ইবেম্মা দোক্তর। নুংসুক্রবা হায়বসিনা নাক য়েৎ অকোয়বদা হূ চেলহনবনি। মকা লামথোকউ নুংঙাইথোকউ। মতমবু ইকায়খুম্ননা লোয়নবা তম্মু। নঙ ব্লারকপা কুইবা মাল্লে ইবেম্মা দোক্তর। নঙগী মায়থোঙ নঙগী ব্লাহংনা নুংগী ফীবম তাক্লি। কুচু-কুমেন লংনা লংনা মকপগী মমি তারি। নঙ নঙগী খূদুম লৈত্রবা, লৈহনবসু য়াররোইদবা মরম খরদা ব্লাদুনা লৈরমাল্লে।

- ব্লাবগী হায়রুরবদি পাবুঙ, ঐ অসি . . .

- খঙঙে ব্লারিবদো লীলা ড্রামা অমদা শক্তম লাংদুনা য়াওরিবনি হায়না চপ য়ুংনা খল্লু। নঙনা তৌরিবসি এক্টিংনি। অদুগা অমনা -

- তাকপিয়ু পাবুঙ।

- নঙনা ফংলিবা অব্লাবদো চাউথোইবা থব্লায় - আত্মা অদুনা নঙোন্দা পীনবিবা মনা অমনি হায়বসিমা শোয়দ্রবনি। মানা পীবা মনা কনানসু লৌদবা য়ারোই। ফংদবা য়াদ্রবা মনা অদু নুংসুক নুংজাননা লৌবা চুমদে হরাওনা লৌরগদবনি। হরাওনা ওকউ অদুগা খাঙঙু; খাঙবা কনবা হায়বসে মীথোই মীহেন ওইগদবী নঙগুম্বী অমগীদি চাংয়েংনি খনগদবনি। চাংয়েংবু কিবরনে; কিরুনু। পীরক্লিবা অব্লাবদো নুংঙাইবগী মনা ওইহল্লু। নঙগুম্না ব্লারবী কয়াগী মতেং পাংদুনা য়াংহল্লু। শোক্লবা হকচাংদা নত্তে লায়জংলবা থব্লায়বু লায়েংনবা তৌ। অতোপ্লগী হকচাংদা নত্তে থব্লায়বুসু য়াইফহল্লু। নশাগী হকচাংগী ব্লাংমদা লৈরগা অতোপ্লবু মকা লামহল্লু। খ্বায় তরাগী য়াইফনবা তৌবসিমুক নুংঙাইবা লৈতবনি। দোক্তরনবু লৌশিং মাঙবা হৌনবরো ! কাউগনু নম্বুরক্লিবা চীংজাওদু ফুক্তুনা লংথোকখিবা ঙম্মোইদবা ওইরবদি মথক্তা কাখৎলগা অব্লাংবদা অশেংবা অফবা নুংশিৎ হোনজিনদুনা হেন্না শাফনা হিংগদবনি। খ্বায় তরাদসু অশেংবা অফবা নুংশিৎ ফংহল্লু। ব্লারবা লৈবাক অসিদা অব্লাবা য়েনগনু নুংঙাই-য়াইফ য়েল্লু। ঙমগদবা মীনি নঙ ইবেম্মা।

খূদোল। কনানা পীবা খূদোল ? মহাক্লা। মহাক হায়বদি ? শকখঙদবা শক্লাইদবা। থব্লায় পূম্নমক্কী মপূম ওইবা চাউথোইবা থব্লায়। মাগী লৌদবা য়াদ্রবা খূদোল। চুম্মী লৌদবা য়াদ্রবনি। ফংদবা সুকয়ামক য়াদ্রবনি। ফংফম থোক্লদনা ফংববু

করিগী পামদনা তৌরুরনি। থৌনা লৈনা লৌবা তাইনা - বীনাগী ৱাখলনি।

কাউথোকপা। নীংশিংদবা। নীংশিংলক্লবসু তাম্থোকপা। অতোপ্পা মায়ওন অমরোমদা খন্দুনা কোকতগী ইম্থোকখিবা। নোংমা রোজিতানা য়াম্নমক থাজনা মশাগী ৱাফম হায়খিবনি, "মেডাম লাক্কদবনা চীকপবুদি হৌখিবনা খোৎপনা হেল্লি মহূ কনবা; মরী লৈনদ্রবা নীংসিংবসি ফৃক্তৎলসি। ঐগীদি ফুক্তৎপা হৌরে।" বীনাসু চুম্মগনি হায়না খল্লে। থবক চিনবগী মথক্তা মশানা অমুক্তসু চিলহঞ্জরে। ফমুং তরামণ্ডাদা লৈরিবা অনাবশিংগী মনাক্তা তোয়না চঙদুনা য়েংবা হৌরে। নর্স মণ্ডা অদুগা পূন্না ৱারী-ৱাতাই তৌবা হৌরে। পুরিবা ওফিসকী থাক হান্নগী চাংদগী হেনগৎনা তৌরে। শংগে তৌরকপদা টি.ভি.গী অপান্বা চেনেল থিবা হৌরে। ঈশৈ মরক মরক্তা তারে। হান্নদগী ঈশৈ পামজরকপনি। অয়াম্বা মতমদা মখল কয়াগী ফিলম থারকপা চেনেল অমা থেংনরকপদগী থা থাদুনা নাইতোমগী অচীকপা লৈহন্দনবা লাক্লরে। মশা ফাওবা কাউথোক্লবা হোৎনবা য়াওরক্লে। ঙমগে তাল্লবদি মীওইবসি মায়থীদে। বীনা নীংবদা থৌবী হোৎনবদা হালেঙদবী মহৈরোয় ওইনা হৌরকখিবনি। মহৈ তম্মিঙৈদা পেপর অনীদা সনাগী তকমান ফংলকখিবনি।

থা খরগী মনুংদা, চহী ফাদে, বীনাগী ফীবম ফগৎলকই। হান্নগুম কেবা মান্দনা কেবা হৌরকই। কেবদগী পকচবনা হেনবা মীওইনি। কুচু কুমেন মঙাল তারকই। অদুঙৈগী মোমোন মোমোম্নবদু ফাওরক্লে। অদুঙৈ দোক্তর ওইবগী ৱাশক লৌবগী থৌরম মচা অমদা, লোইরকপগী ৱাঙাংদা মাগী প্রোফেসর অমনা হায়খিবনি, "দোক্তর বীনাদি হিদাক-লাংথক্লা লায়েংবদগী মাগী মোমোননা য়েংবনা হেন্না মায় পাক্লনি।" ৱাফম অসিমক বীনানা মাগী কাদা মিংশেল য়েংজরিঙৈদা নীংশিংলকপনি। মিংশেল অসিদা মশা খঙহৌদনা মোমোন অমা উরকখি। মতম কুইনগী তুংদা ঙসিদা অহানবা ওইনা মশাগী লময়ৌবী নীংথিবা শক্তম উরকই। ফজনা উরকই। হেন্না নীংথিনা উরকই। পোমশাৎনবা লাম্থোক্লগা ফৃগায়নবদা মতম ফনা চেম্থুরিবী ঙাংলৈনবা থম্বালগুম উরকই। পিতাফম শোক্লীং শোকমাং লৈরিবা থোয়দিং মরুমুক্তা চাউবা, নকশিননা য়েংলগতা ময়েক শেংনা উবা ঙম্বা শমবু অপিখক্তু খংউ উরকই। ঙাংলৈননা ঙৌবা কুচুবু শরুক চামা লংখৎহনবা, অমুবসিবু নক্ল-নক্লদা মশক তাক্তুনা শকখঙখিবা লোয়ননা শক্তাকখিবা মপুমক ওইরম্বা জয়চন্দ্র নীংশিংবা হৌরকই। শাফা ওইরবী বীনানা মিংশেন্দগী থোক লৈথোক্লগা হন্দক মরক কন্না চৎখৎলক্লিবা ঈশৈ অমগী অহৌবা পরেং অমা থোম্থোক চুম্না ঙংদুনা থোকলকই. কার তম্না ইপোম অমদা চঙশিনখি। ক্লিনিকতা অরুবা অদুগা অথুবা থোইনা লৈতবনা থেঙলপ চংকে খন্দুনা ঈরুকা তম্না চংলিবা ইবোহলনা মমৌবু ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংলুই। মী মাল্লক্লবা ইমৌনি খন্দুনা নুংঙাইহৌই। মুন্না য়েংদুনা লৈরুই। বীনাদি খঙখিদে।

# অহৎমগুবা

ঈঙা থাগী থায়ায়দা, নোংমনি। নোং চুদবা নুমীৎনি। নোংমদোনদি হাঙবা নত্তে। মুরৈনবা নোংবুবা লৈচীনগা ঙৌরুনবা খোঙয়াঙবা লৈচীনগা ঙাইহাক নারোনদা চুংশিন্নবদি থাবলগী চেক্লা অনীনা চীল্লোক্লবা মাল্লি। অঙাওবা নুংথিনগা নাউবুবী অহীংগা তথকমিন্নবা মাল্লি। য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা পাক্তক্লরিবা অশং-অমানগী লৈমায়না মোল্লবা ফম্বাক ওইরিদ্রা ! ওমচাক্লবা অশাবা মরক্তা ঈংনা শীৎলকপা নুংশিৎনা তাইবঙ হকচাংদা নত্তে পূক্লীং ফাওনা ঈংহল্লি। মৈশা কাউহল্লি। কবিগুম্বা মতাংদা নুংঙোনহল্লি। নোংথক্তা লৈমায়দা, খাদা, ৱাংদা, মায়কৈ পূম্নমক্তা মহৌশানা মনীং তম্না শান্নবি। মহৌশাদি মতম পূম্নমক্তা নীংতম্না লৈ। মহৌশানি।

নুমীৎ অসিদা অচৌবা অকনবা বন্দ অমা লৈ। চৎনদে; চথোক্লদে। বীনা চথোকপা য়াদে। অয়ুক অদু থৱায় নুংঙাইনা হৌগৎলি। মবুক্লিং তয়াং তশোইনা লে। নোংমগী কাউবা লৈত্রবা নীংশিংবা অমবু মশা খঙনা মশামক্না য়ানা ঙাকথোকলম্মগা মতা চাদবদগী মতাং মতাংগী ওইনা থৈদোক্লুনা থম্বা থবক খরা মথং মথং পাঙথোকই লোইশিল্লি। থবক তৌবদা তন্দবতা নত্তে হৈসু হৈ। পাঙথোক্কে খনবশিংদু ঙল্লপ্না অদুম লোই। কবিগুম্বা অমা তৌদ্রবদি হৈনদবী বীনানি মন্দোন মালতী বুজাবীনা তপ্লপ হোৎনরিবা চাক ঈশিংগী থবক অদু চঙশিন্দুনা য়াওশিল্লুই। থোং থাকপসু হৈবিনি। মকুবোক ইবোহলনা পামজবা চমথোং অদু মচল-ময়াল শুনা হোৎনকই। চাবা থকপা মতম নাইবা ইবোহলনি। ঙসিদি খজিক খেঙদোকখবে। মশানা তপচবী মালতীনা, "ঐ চঙলবদি থবক তৌবা ফোৎলি হায়দনা লাউরকপসু খঙদে ইবেম্মা চাক খবা তাকপিরুরো", হায়বদগী বীনা ইবোহলগী কারোমদা চঙলকই। তপ্না কৌরুই, "বাজি", খুমলক্তে। পর্দা হাইগত্তুনা য়েংলুই। শ্বায় লাউই। অপাকপা ফমুং অদুদা খূয়া লুখুম ওন্ননা মপাম্বোম অনীদা মোন খাঙলগা লোংনা হিপ্তুনা লৈ; মখোঙ অনীমক মোন মথক অমদি কাংথোন লমঙাদা কারন চল্লপ থাঙ্গৎতুনা লৈ; মথবাক্তা লাইরিক অমা ফাক্তোক্লুনা উপশিন্না লৈ। নাকচেৎতগী পূন্না য়েংবদা অদুঙৈ মপুরোইবা জয়চন্দ্রনা মপাম চাক্কৌবগী লোংঙাল্লগা চাক ঙাইদুনা তূমশিন্নরম্বদুগা চপ মান্ননা উরকই ...

... অদুঙৈগী জয়চন্দ্রদু অপাকপা ফমুং অদুদা লাইবিক অমা পাবোই য়েংবোই লৈবম্মগা খুয়ারোমদা লোংনা হিপথরগা লাইরিক মথবাক্তা থমখি। বীনা

চাকশঙলোমদগী লাকপা উবদা মমীৎ উইশিন্দুনা তূমশিন্নখি। বীনা চঙশিল্লক্লুনা নক্লা লেপ্লে। নাক য়েৎ থংনবা কানচিংবগী ব্রাখল খজিক তৌরম্মগা করি হায়না কৌগদবনো খঙদ্রবনা নমহায়দা তপ্না কৌরকখি, "তূম্মব্রো ? চাক চারসে।" তূমদবা মী হৌদোকপনি। জয়চন্দ্র কন্না তূমদুনা লৈ। টেবলদা চাক থাংদোক্লুনা লৈহৌরবনি। খরা অমুক্কা নকশিল্লগা লুকথরগা হায়রুই, "তারবো?" জয়চন্দ্রনা মতারক্লুবদা নক্লা অমুক্কা লুকথরগা খোনশিদা কল্লপ্না কৌগে তৌরকপগী অদুদা জয়চন্দ্রনা মমীৎ খংপাঙ পাঙথোক্লগা খংকোন কোনশিল্লগা খংলপ তাদুনা লাউরমগদবা বীনাগী মচীন অদু মেল্লুই। ঊপ্না পুল্লপ তাশিল্লক্লবী বীনাগী চোংলিবা নিংদোল অদু জয়চন্দ্রদা মশাগী নিংদোনদা চোংবগুম ফাওখি। পামদ-পামদনা মশাবু নীংতমহন্নবা হোৎনরগা বীনানা ব্রাকৎলুই,

... ঙাওমানেনে !

... খরা ঙাওজে !

... থোঙ-কা ইহাং হাংঙি সি উদ্রো ! চাক চারুখিসি। সে হৌগৎকে।

... চাখিরোই ! অতৈ-অতৈ চরা ব্রানখিনি।

... তু বাজি লাকএ !

জয়চন্দ্র খংথা থাদোকখি। বীনা ফুক হৌগত্তুনা মকোক-মরূ নাম্থ-নাম্থনা থোকলকখি। থোঙজিনদা লেপ্লগা লৈদুনা য়েংলগা মোমোন্নরম্মী। হৌগৎলবা জয়চন্দ্রনা খূদোম্বী শীংদুনা লৈহৌই। বীনা খজিক সুগৎলম্মগা মকা লামনা চাফম কাদা চঙখি ...

ঙসিগী বীনা থোঙজিনদা ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈ। ফূইনা হৌরকপা মিহুল চোংই। মরূ লুকথরগা কৌরুই,

- বাজি, তূম্মবরো ?

- ও, কৈনো, কৈদৌরে ?

- চাক থাংদোক্লগে।

- য়ারেনে। নঙ চৎলুরব্রো ?

- কদাইদা, ঙসিদি অথিংবা লৈরিসিদি।

- হোয়নহে। লাক্লগে চারসি।

মকা লামফাত্তবা মমৌগী মায়থোঙ উরকপদা ইবোহল খজিক হঞ্জানৈ। তপ্না চৎখিবী মমৌবু তুংয়াল্লোমদগী য়েংহৌই; খল্লুই, "অমুক হৌরবা জাৎলা !"

চাক চামিন্নবা মতাংদা ইবোহলনা নুংঙাইবা য়াবা ব্রাফম খরা ব্রারী খরা হৌদোক্কুনা তাহল্লি। ময়াম্না মখোয়গী ক্লিনিকপু থাগৎনরকপগী অনৌবা ব্রাফম খরা তাহল্লি। বীনাসু থব্রায় য়াওনা পাঙশিল্লকই। মশাবু য়াংথোক্লবা মশা খঙনা হোৎনরে হায়বা ইবোহলসু খঙই। ঙাংবা ঙাংলকপা খুদিংদা মমৌরোমদা তোয়না য়েংলুই। বীনা মরূ হেক-হেক লুকথনা লৈ। চাক পঙচা চাখিদে।

চাকচা তোক্লগা বীনা মাগী কাদা চঙলকই। য়াংথোক্লবা লাক্লবা তোক্ত্রি। উহৈ অমা চানবা পায়রগা টি.ভি. থারুই। চীংয়াগুম্বা পাৎয়াগুম্বা অমদা কনাগুম্বা অমগা কনাগুম্বী অমগা চেন-চোংদুনা ঈশৈ শকমিরি। তেক মুখৎলি। মিংশেল মমাঙদা ফম্মগা উহৈ অদু চীক্কুনা চাবা হৌই। ক্লিনিকতা করম করম চথুরি হংগে খন্দুনা ফোন তাপ পায়খৎলুই। নম্বর তংখায় চন্না নম্মুরগা ক্রোক থম্মী। মন্দোল মালতী বুজারী কৌশিল্লগা ব্রারী ঙাইহাক তৌগে খন্দুনা কৌবা থোকলকই। চাকখুম-কা কন্না লোইশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনৈ। থিংলিবগী ফীবম মওং অদুদুম য়েংঙুগে খন্দুনা মথক ইথং থংবগী য়ুমথক্তা কাখৎলকই। মথক হেক য়ৌরকপগী অদুদা মনীংলোমদগী কন্না হৌরকপা নোংজু অদু য়ৌশিল্লক্লম্মে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা শাথীনা ওমচাক্লরম্মিবদু অসিগী ওইরে খল্লগা তন্না হূৎ লৈদুনা কুমথরকই। কাদা অমুক চঙলকই। নোং কনখৎলকই। ঙাইহাক্কী মনুংদা ঈংশিল্লকই। মানা হেক-হেক ঙংবা ঈশৈ অদু ঙংনবা হোৎনরগা চেফোঙ অমা লামদুনা ফাক্লুই। অহানবা হেক ফাকপদা নাল্লবা ফমজাউ অমদা কনাগুম্বা অমা লোংনা হিপ্তুনা পোত্থাবা উরুই। মকুগী কা নীংশিংলকপদগী খুমজিল্লগা মেজরোমদা লংশিনখি। থোঙনাওরোমদা য়েংথোক্লগা ফৃদিৎ ফৃরিবা নোংজু অদু য়েংলুই। ঙাইহাক য়েংলুবদা চহী কয়াগী মমাঙদা থেংনখিবা থেংনমিন্নখিবা নোংজু খরা মরী-মরী লাকপা হৌই। ঙাইহাক য়েংলম্মগা তূম্নবা গুলী নীংশিংলক্কুনা উপু মচাদু হাংদোক্লুই। মতা চানা হাপ্পমদ্রবা লাইরিক অমা তারকই। উরুই 'গীতগোবিন্দম' লাইরিক অদুমক্তদা রোজিতা মোমোন্নদুনা লৈবা উবগুম তৌরকই। গুলী লৌথোকপগী মহুৎতা লাইরিক অদু লৌখৎলগা ফমুংদা তপ্না লোইরোইনা হিপথরকই। পুথক্তগী হৌদুনা পারুই। পাথনবা লাক্লরুই। ফম্বাক্তা থোক্কুনা লীলা কুম্মিবনি হায়বগী ব্রাখল অমদা লাকশিল্লগা লাইরিক্তা পূক্লীং চঙনবা লাক্লরকই।

ফাধবা অমদি ফাজিনবদা ঔরাইমনবদগী শাফা ওইরবী বীনানি। নীংশিংববু নমথবদা কুইনা চঙদে। নোংলৈনা কনমনখিবদগী উতোননা লৈমায় শোক্কে তৌবগী ব্রাদনি। অকনবা নোংলৈনবু কয়া কুইগদগে। মহৌশাগী নুংশিৎ লৈরি।

হুমদোকখিবা খঙহৌবা নত্তে। অদুগা পুম্নমক লৈথেক-নৈথেক্লম্বা নোং-নুংশিৎসু মশাগী ফল পীরমদবা হৌনদে। মহৌশানি। মায়কৈ খঙদনা নৈহৎপিরম্লবী বীনাগী পুক্নীং হকচাংদা ফল তাহৌই। চোকথরবীনি নুংথিল পোবোপতা তপ্না উইথরকপনা মমৈদা ঈংনা তূমথরকই। মহৌশাগী ওম্থোকপা কুম্মৈনি। লাইরিক পানা পানা তূমথরকপনি। তূম্না তূম্না পারকপা ওইবসু য়াই। ব্লাজরবীনি। নুংথিল পঙনা তূমদবীনি। নুংগী পোৎলুম য়াংলকপগী অদুদা কন্না চাং অমদা চুরিবা নোংজুনা নীংথিনা শুমখি। ঙাইহাক্তি নীংথিনা তূমখি।

মঙ অমা মঙই। লৈকোন ওইনসু তৌবা, মীরৈবাক্কী হোটেল অমগী নীংথিনা লৈতেংলবা কা অমসু মাল্লি মফমদো। বীনানা ক্লিনিকলোমদা তহা-তহা চৎলকপগী অদুদা তপ্না কৌরকপা তাখি, "বীনা।" ঙক্না য়েংথোকখিবদা লৈকোনগী নুঙফাল অমদা জয়চন্দ্র মপাম্বোম অনীদা মোন খাঙলগা লোংনা হিপ্তুনা লৈরগা ঈথৌগী মীৎয়েং অমদা লৈদুনা য়েংলগা মোমোন তৌদুনা লৈরম্বা থেংনরুই। হরাওনা চঙশিন্দুনা ঙক্না হায়রুই,

... আই নঙদি শিরমদ্রেদনা !

... কনানা হায়রিবা ঐবু শিরে হায়বদি ! লৈরিসিদি !

... কনানো শিখ্রিবদুদি ?

... কনাসু নত্তে কনাসু শিদে। পুম্নমক ড্রামানি। ড্রামা কুম্মুবনি। সে, ফমথরকউ ব্রা অমা হায়গে।

... তৌরকএ মাগী হৌনবী ! হেক হিংবগা -

য়াম্না হৈনিংদবা শাদুনা নক্না য়াম্না চিননা ফমথরুই। হেক ফমথরকপগী অদুদা জয়চন্দ্র মমায় লৈথোক্তুনা লৈখিবগুম তৌই। বীনানা হায়বগুম তৌখি, "করিনো ব্রা হায়ববো, ঐ থেঙখ্রে ঙাইনরম্মনি।" ব্রা ইঙাং ঙাংলক্তবগী অদুদা বীনানা লৈথোক্তুনা য়েংলুই। জয়চন্দ্রদু 'বাজি' ওইরম্মে। বীনা ফুক হৌগৎলি। পাখৎখি। ক্লিনিক্কী ইবোহলগী কাদগী চেনচৎ চৎলকপদা নাকন্দা খিল্লিবা ফত্তবা থাধফম দ্রম মচাদুদা খুদি থীজিল্লি ...

মপানদা খোংলকপা নোংখোং অমদা বীনা মীকপ খংথোক থোকই। ফনা কুইনা সিল্লিংদা অদুগা ফেনদা য়েংদুনা লৈ। মথবাক্তা ফাক্তোক্তুনা লৈরিবা লাইরিক অদু লৌখৎলগা তপ্না হৌগৎলি। মমায়-মমীৎ তাবা থোকই। চৎনা চৎনা মকুবোকক্কী কারোমদা য়েংশিল্লুই। থবক চিন্দুনতা লৈবা ইবোহলনি টেলিফোনদা ব্রারী কন্না শাহৌরি। কা মমাঙদা চৎপা হেক খুদিংগী নৎত্রবসু অয়াম্বা মতাংদা

হেক হেক হাইরপ য়েংবা মহৌশানি। ঙসিদি বীনা লকক তৌবগুম তৌই। হৌজিক্কী মঙ অদু নীংশিংলকই। মমায় তাবগী কোঞ্জিন লৈথোকপদা মখোল অমগা লোয়ননা খংকাম কাম্মকপা ঈশিংদা খংপ্রেক খংলুই। কোঞ্জিন অদু খংলৈ লৈথোকলুরমাল্লে; সিঙ্কতগী থক্তোরকপা ঈশিংনা ফিজি চোৎলি। মমায় তারগা চৎলকপদদি মকুগী কারোমদা য়েংশিল্লম্মুদরে। মশা খঙনা য়েংলমদ্রবনি। কাদা চঙলক্কুনা লৈতানা ফম্মগা লাইরিক পাথে। হৈননা নুংঙাইনা থোকলুরে মখা পাথদুনতা লৈ। নোংসু লেপ্তুনা চুথরি। পাবা হৈনরকপা বীনানি। মহৈরোয় ওইরিঙৈদা নোংমদা পুং ১৭ পাবা য়াওখি। ফমদুনা পাবা, হিপ্পগা পাবা, ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎলগা পাবা, হোস্তেলগী সিরি কাফমদা ফম্মগা শরূ মমিং হিদাক মমিং বানানগা কোন্ননা নীংশিংনবা পাবদা চাবা থকপা নংহৌদবা মতাং তোয়না য়াওখ্রিবনি। মতম কুইনগী মতুংদা হৈনবী অদু কাঙলকই। নুমিদাংগী চাক চারগা ফমথদুনা পাবনা নোংয়াই লানখিদুনা অয়ুক্কী পুং অহুম তারকই। নোং হাংখিবা কুইরে। উচেক মচা খোংলে। হকচাংগী খনবদগী তূমহৌবা ফৈ হায়দুনা নমদুনা পোখাবনি। ফনা কুইনা তূমথবা য়াদে।

নোং পুংঙান ঙাল্লে। বীনা তূমথবদা ঙায়রি। মালতী বুজারীনা ফিংলপ হৌদোক্লে। বীনাদি খংবু খংলুরে। থোঙ হাংদোক হাংদোক্লা হংলুই,

- কৈদৌরে, ইন্দোন ?

- ইবেম্মা, তাইঙোনা লোইশিল্লো চৎসি হায়রকই।

- বাজিনা ? কদাইদা ?

টাই পুন্না পুন্না তহা-তহা লাকপা ইবোহলনা হায়রৈ,

- কৈনো, ঐদি নঙ হান্নদৌনা ঙসাইনা হৌগৎলবোই নীংই। থেঙঙিদা ! লোইশিল্লো ক্লিনিক য়ৌদবা য়াদ্রে। ডিলিভরীগী অরুবা কেশ অমা লাক্লে হায়রি। লেনবা তারি। দোক্তর নহা অতৈ পাউ পীবা নংনরোই, নংলগসু বন্দ লৈরিবনিনা লাকথোক লাকশিন মহা বেরানি। রোজিতাহোয় নর্স অহুম লৈরে। ইবানি হেক্তা লেল্লুরসি। লোইশিল্লো।

- ঐদি বাজি -

- খরা লুদৌবা কেশ মাল্লি, নুপীদু ফর-ফর হাইদুনা লৈরে হায়রি নফি মচা অমা হোংঙো।

- ঐদি মায়-মীৎ -

- অদু ঙাইবা য়াবা নৎত্রে, ব্রশকাদু আদ তৌরো। ঐ গাড়ী থৌদোক্লমগে। মালতী, ঐখোয় চাক আদা চারনি।

- অথিংবা লৈরিবসিদি চৎপগা য়াগদ্রো বাজি ঙরাংসু কার অহুম নোংমৈ কাপশিল্লগা মৈ থাদোকই হায়বদুদি ?

- থারগা থারেদনা, চৎতবা য়ারিব্রো। অনা-অয়েককুম্বগীদি কোমথোকপনি ঐখোয়গী গাড়ীদা রেড ক্রোশ য়েক্লিদনা ! মীদি কনবা তাবনি। মী কনবদা ঐ শিবদি লাইবক ফবনি। হিংনীংদবা কুইরবা ঐনি ! লোইরো, মমা-মচা লাল্লম্বসু খঙদে, চৎসি।

ঙাংনা ঙাংনা মমৌগী কাদা চঙলক্কুনা মিংশেনদা টাইগা ঙকশমগা হাইফেৎ শেল্লম্মগা হুৎ থোকখি। ঙাংনা ঙাংনা থোকখি। হেক থোকখিবগী অদুদা বীনাগী নাতোনদা অঙকপা মনম অমা ফাওরকখি। বীনা শ্বায় লাউই। চৎখিবা ইবোহলদা ঙাইহাক্তং শংত্রিক য়েংলুই। নীংশিংলকপা অমা কাউনবা লাক্ল-লাক্লনা কাদা অপাননা খজিক খজিক নম্নবা লাক্লরুই। ফাওখিদরে। কাগী কাচিন ফাওবদা মফি হোংন-হোংনা চঙশিন্দুনা নমদুনা য়েংলুই। ফাওখিদরে। নোংজুগী নত্তনা অতৈ অখঙবা মনম ফাওদরে। কারগী মনীংলোমদা ফম্না ফম্না নীংশিংলিবা লৈনম অদু ফাওরকপ্রা য়েংলুই। ফাওদে। কার মনুংগী মানা খঙবা মনম অদু নত্তনা অতৈ করিসু ফাওদে। কন্না থৌরিবা গাড়ী মনুংদা অয়াঙবা লৈখায় অমা লাকখি - পূম্নমকসি ইবুংঙো মাগী ড্রামানি; ওইবা তাই।

রোজিতা নর্সনা মফম মতাং খঙনা লেন্নবগী থৌরাং পূম্নমক লোইরম্মে। মতম কুইনদগী হৈ-শিংলক্লবা দোক্তর ইবোহলনি। য়েংবদদা খঙই। নুপীদুগী মওং-মতৌ ঙাইহাক য়েংলম্মগা লেন্নবা শেম-শাই। বীনাদা তেংবাংনবা সিন্নরগা লেনফম কাদা চঙমিন্নে। খঙ-হৈরবসু খূলোয়দ্রিবী বীনানি। অশীন অরাঙগী থবক্তা মায়পূনবনা লেনবা খোৎপগী থবকসি তোয়না য়াওদবনি। অদুবু পাম্বে অমা অমুক লৈত্রবনা তেংবাংগী ওইনা য়াওরে।

মশানা খরা লুবা কেশ ওইবগী মথক্তা মৈরৌ খরা হেঞ্জিনখ্রবা মতুংদা পুরকখিবা ওইবনা চিংনরুরবনি। অঙাং নৎত্রগা মমা অমদি মতা য়াদবা য়াই খন্নরুরবনি। অদুবু অনীমক কনবা ঙম্মে। মমাদু খরা শোক্লবসু শোয়বমক্তি শোয়দ্রে। মায় পাক্লে। বীনাদি তূমশিৎ ফারক্তবগা করিগা ইপা পাখিবনা হাপোই-হাপোই লাউই। অরোইবগী নুপী মমা অদুগী খরা হেন্না শাংনা লেনখিবা শরূক অদু ফোৎমিন্নবগী মতাংদা লৈনমগী মশক ওইরবা মনম অদু খংফাও অমুক ফাওরকখি। মখল মখলগী মনমশিংগী অপূনবা নাক-য়েৎ মরক অদুদা নমহৎতুনা

ফাওরকপদু ঙক্না থোকই। মকুনা ইস্থোরকপা লংজিন অদু তাপ ওক্তুনা চিংনা চিংনা ইবোহলগী মমীৎলোমদা শংত্রিক য়েংলুই। লুরবা তানফমদা করি কায়খ্রে হায়বগী মওংদা ইবোহলনসু খজিক লৈদুনা য়েংলকখি। বীনা পাখৎলুরে। মথৌদা পৃক্লীং কন্না অমুক চঙখি। পূম্নমক কাউথোক্তুনা লৈশিল্লমদ্রবদি লংনা অদু চিংবদা কাচিন শোয়নরম্বা য়াবগী চিংনবা লৈখি। মমৌগী তুকথখিবা মমীৎ উবদা "ঙস্তানা তৃম্বা হৌদোকপিরকপনা অঙাং অসি চোকথরমাল্লে !" খন্দুনা ইবোহল খজিক নুংঙাইখিদে। দোক্তর নহা খরদি ক্লিনিক অসিগী ওইনা হাপ্লগে হায়না লেপখি। তলবতা চৎকদবা শেনফম চাউরাকপা অমসু খনখি।

ইবোহলনা মখূৎ-মশা হামলগা থোরকপদা বীনাগা রোজিতাগা কা অমরোমদগী মখূৎ তৈথোক তৈথোক্তুনা থোরকপা থেংনৈ। নুংশিনা থাগৎপগী ৱাহে খরগা লোয়ননা অনীগী মনঙ্গদা মখূৎ য়েৎকা ওয়গনা তপ্লি-তপ্লি বোপ-বোপ ফুবিরুই। মতম ফনা হৈ-শিংনবা ঈনখৎলক্লিবী রোজিতাদি হরাউজবা নুংঙাইজবনা লুতোন কাখি। বীনাদি অঙকপা অমগা লোয়ননা শ্বায় লাউখি। শাওবীংনজনা নাকনলোমদা খরা লৈথোকচখি। ভাব খংতা তারকপদৌনা তৌবা ইবোহলনা খজিক নোক্লগা হায়রকপনি,

- কৈদৌই হায়গে লায়েংফমদদি দোক্তর পূম্নমক দোক্তরনি। লাকও চরা ৱাল্লুসি; উমানা শীল্লম্মনি। ঐগীদি ইচা ঙাক্তনি।

মখূৎ হাম্মিন্নবদা রোজিতানা বীনাদা হরাওনা হায়রুই,

- মেডাম, ঐখোয় পাবুঙ দোক্তরসিদি ঈশ্বরগুম্বা জাৎনি।

- ঈশ্বর ? কেশব ধৃত-গুম্বরা ?

- এ, মেডামসি ইধৌনা হন্দোকপা লাইরিক্তু পারে ?

- লোইদৌরে।

- হ-হ ! লোইবা হায়গনু মেডাম হৌগদৌরে হায়বিয়ু। অরোইবা অদুদগী হৌবদা ঙাইদৌরিবনি। পাবা হেক লোইবদা হৌরবনি।

- করি হায়রিনো অদুদি ?

- ঐসু খঙদে। ইধৌহোয়না হায়নবা তাবগী ৱানি।

- অস !

- ইধৌখোয়না হায়বদা অহৌবা খুদিংমক মহৌশানি; মহৌশাদি অরোইবা খুদিংমক্তগী হৌই; হৌবা লোইবা, অমুক হৌবা অসিনি হায়রি।

- অস !

- অদুনা অহৌবসু লৈতবা অরোইবসু লৈতবা অমনি মহৌশা হায়বসি হায়রি।

- অস।

- ঐনা য়ানীংবা অমসু হায়রি।

- করি ?

- অঙকপা পূম্নমক্তগী ঙকপসি মহৌশানি হায়রি। মহৌশাদদি মশাগী নিয়ম অদু নত্তনা অতৈ নিয়ম অমত্তা লৈতে হায়। মহৌশাদা ঐগী নঙগী মাগী হায়বা মীচং-সঙ্গগী ৱা চঙদে হায়। য়েংবিয়ুদো মেডাম মপান্দা হৌজিক চুরিব নোং অসি মানা চুনীংলকপা মতাংদা মফম পূম্নমক্তা চুরি - চীংদসু পাৎতস্ ক্লিনিকতসু অদুদগী মীদসু।

- খেন্নবা হায়ববু মীদি চোৎলি।

- চোৎপা হায়রিবসি মহৌশা ওইরম্মনি মেডাম।

- চোৎতনবনি ঐখোয়না ছাতিন তুপ্লিবা য়ুম শারিবসে রোজিতা।

- অসিসু মহৌশা ওইরবনি মেডাম।

- অস ! নঙগী মহৌশাসিদি লাইমক ওইদৌরি।

- কেশব ধৃত-দৌনা।

- অস !

চাক্লেন চামিন্নবা মতাংদা ইবোহলনা নহাশিংদা লৌশিং খরা মথং-মথ তাকই। খূদোং থীর-থীরগা হেন্না হেন্না ঈংথনা ৱাখল তৌনা তৌনা থৌরাংগদবনি হায়বগী মতাংগী লোইশিল্লকপদা বীনাদা ওনশিল্লগা ঙসাই মানা পাখৎকু তৌখিবদুগী মরম তূমদবগী চোকথবরা হায়না মনীং মমাঙ কল্লগা হংলকখি বীনানসু ওইবা য়াই হায়না থৈয়ায়ননা খুমখি। অচুম্বদি নত্তে। তূম্বা য়াদবী অমদি তূমদবগী হৈনবী লৈবী বীনানি। চোকথবা খাঙবসু হৈরবীনি। থোইদোকপা নৎত্রবনি। চাকচা তোল্লগা পোত্থাবা মতাংদা ইবোহলনা অকনবা বন্দ অসি হয়েংগী অয়ুক ফাওবা লৈরিবনিনা য়ুমদা হল্লুরনু অসিদা অসুম লৈথোক্লো, খূদক্কী ওইব অনাবা অশোকপা লাকপদা চখোক চৎশিন বেরা লৈনবনি হায়রুই। মরক মরক্ত লৈথোকপগী লৈথোকপা করিসু কায়বা নৎত্রি। য়াদি য়ারগা লকক তৌবগী মঙং অমা উবদা ইবোহলনা হংলুই,

ইবোহল - করিনো য়ুমদা চৎনীংবগী ৱারা, অমহা নৎত্রো ?

বীনা - অমহানি। থবক লৈতবা মতাংদা পানবা লাইরিক অমদি লৈহৌবা

রোজিতা - মেডামগীসি 'গীতগোবিন্দম্' অদুরো ?

বীনা - কন্না পারি।

ইবোহল - মদুবু নখোয় নহানা পাবা ফব্রনে ?

রোজিতা - ঈশ্বরগী ধর্মগী লাইরিক্লি নহা-অহল-অঙাং লোইনা য়াই।

ইবোহল - ঐ খঙই শ্রীগোবিন্দ, রাধা-গোপীগী ৱারীনি। লৈশেমগী অদুগা থৱায় পানবশিং মথং মথং লৈরকপগী ৱানা হৌই। ফজব্রবা লুখ্রবা পোৎনি। নখোয় নহানা ঈশ্বরগী ভক্তিরোমদা চঙবা ঙম্মবদি ফবা। নৎত্রেগদি - অরুবা পোৎ খরা য়াওবনি। ঈশ্বরগী অথুপ্পা লীলাগী ধর্মসি সাইন্সকী অশেংবা-অচুম্বগা চাশিন্নৌ য়াদবা য়াওবা য়াই।

রোজিতা - পাবুঙসু পাবিখ্রবরা ?

ইবোহল - পাখিবা কুইরে। কোন্না অহল ওইরগা পারগে হায়দনা থমখ্রবনি। লোনকাসু ফজবনি লুবসু য়াম্না লুবনি। ইংলিশ ফজবনি।

রোজিতা - মৈতৈরোনদা লৈরে পাবুঙ, ফজনা পাবা য়ারে।

ইবোহল - খঙঙে।

বীনা - রোজিতাগী ইধৌনা হন্দোকপনি। ঐসু ঙরাংদা পাবা হৌবনি। পোত্থাবা য়াবদৌনা তৌই।

ইবোহল - অদুদি অরেম্বদা নুংসুক-নুংজাননা অহাংবা মতম লেন্দৌ শরুক পাউনে। পাউ। পাবদা কান্নদবা লৈতবনি। অদুগা ঙাইহাক পোত্থারবসু ঐখোয়গী লায়েংগী লাইরিকসু পাগদবনি। অনৌ অনৌবা থোক্লক্লিবসি পাথোকউ। নৈনৌ। মখা থিদুনা পাউ। ঔরাইবা লেপ্পা য়াদে। নখোয়না তমখিবদুদি খরদনি। য়াম্না লৈরি। অনৌবা হিদাকসু থোরক্লিবসিনি। পারগা ফানবা চীনফা পুশিন্নবা ঔরাইবা তোকপা য়াদে। নঙগী লাইরিক্কুবু লৌরুরগা পীরম্মু হায়ব্রো ঐ সরকারগী লায়েংশঙ চৎকদবা লৈ। ডিরেক্তর উন্নরুবা তারি।

বীনা - চৎপা য়াগদ্রনে বাজি ?

ইবোহল - ঐখোয়দি য়াইনা; কোমথোকই। লৌরম্মুরো নঙগী কাদা লৈহৌব্রো ?

বীনা - য়ারনি। থবকসু য়াম্না লৈরি; কোন্না পারগে। ঐ অসুম লৈরগে।

ইবোহল - ফরে। অদুগনে মখোয় দোক্তর অনৌবা অনীগুম্বা অমগা পুশিনগে খল্লি। মতম মতমগী হায়নবসি মখোয়নসু লায়থোক্লা লৌই। শেনদি চপ চানা তিংলগা অপাম্বা থবক্তি ইওই ওইদে। দোক্তর নুপীমচা অমগা অহল অমগা লৈরে। অহনদুদি ঐগী মরুপশিংনি। অনীসিগী ওইনা তৌবা য়াবা ঐখোয়না

ঙমগদবা চাদিং অদু হোত্তুনা য়েংলম্মু। ঐ হোরেল নুমিদাংবাইদা ওইনা লাক্কে। অহিংদি লৈররোই। ফমুং নম্বর ৮ গী অহল অসি খরা তোয়না য়েংঙু। মাগীসি লায়জৌরে।

রোজিতা - পাবুঙ ঙসিগী চাবোকপী অসিগী শেল সুনা দিপোজিৎ তৌদ্রি।

ইবোহল - হয়েং ফাওবা ঙায়বিরো হায়দনা হায়রে। অদুম তৌজনি।

বীনা - মাগী মপুরোইবদুনদি ময়ুমদা পুখ্রগে হায়গুম তৌই।

ইবোহল - ঙসি হয়েং য়াখিরোই খরা চেকশিনবা চুম্মী হায়য়ু।

বীনা - হিদাক লাংথক্কী, ভারাগী পৈশা-বাৎলকপগী ওইবা মাল্লি।

ইবোহল - হিদাক্কীনা হিদাক্কী ওইরে। খরা তাথোক তাশিন তৌবা য়াব্রা নঙনা য়েংঙোদনা। অতে লমদন্নরক্তনবসু খল্লু। নঙনা থোকপা তৌরোদনা।

বীনা - বাজিগী বা অমা তাদ্রগদি -

ইবোহল - নঙ ঐ অমত্তনি কৈনো। নঙনা ফরে হায়বদু করি বেরা লৈ।

মকূগী বাঙাং তাবদা বীনা শোক্লবা থম্মোয়গী শিংলি অমদা তাপ থেংলুবগুম তিং পাল্লি। ইবোহলগী মায়কৈদা খংয়েং য়েংলুই। আনোক তকথোক তকথোক্লা মঙোনলোমদা খজিক শংদোক্তুনা য়েংদুনা লৈরম্মী। তথকপা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা মরু লুকথখি।

'নঙ ঐ অমত্তনি ...' - বাহৈ অসিমক জয়চন্দ্রগী মচীন্দগী অদুঙৈ হায়রকখিবনি। খংনীং নীংশিংলকপনি। পুরী শহরগী সমুদ্র মপানগী হোটেল অমগী চাউরবা কা অমদা য়াম্লা চিন্না লৈরিঙৈ মতাংদনি। সমুদ্র মপানদা কোয়মিন্নরুবা হল্লকপদা মেনেজরনা অথুবা চিঠী অমা লাকই হায়দনা পীরকখি। মপা ইবোহলদগীনি। সোফাদা ফম্মিন্নরগা পামিন্নবনি। বীনানা পারগা জয়চন্দ্রনা নক্লা তাবনি। নৌরিবী মৌ অমনা তাবদা ইকায়জগদবা পরেং খরা য়াওরকখি। পরেং খুদিংগী অরোই অরোইবা মতাংদা বীনানা জয়চন্দ্রদা মীৎচীনা ফল্লপ-ফল্লপ য়েংখিবনি। য়েংশ্লিদবা জয়চন্দ্রনা পরেং খুদিংগী অরোইবা খুদিংদা বীনাগী তরেক-তরেক তারিবা মখূৎ নাম্মদুদা খংপায় খংপায় পায়শিনবনি। খুজিন য়াওরকপা য়াওবদগী বীনানা বাকৎখিবসু কোঙ্গায়নি।

পাউখুম খূদক্তা হনখিনবা খন্নে। ইবা হৌখি। জয়চন্দ্রনা হায়রগা বীনানা ইবনি। পঙশাং শাংবা বারোল নত্তে। অদুবু জয়চন্দ্রনা বাখল তৌবা মান্না কুইনা কুইনা লৈরগা পোখ্রা-পোখ্রা হায়বনি। বীনানা কলম মচীন থাঙ্গত্তুনা ঙাইদুনা

লৈবনি। কুইনা ঙাইবসু য়াওই। কুইমনবগী ব্রাকৎতি লৈখি অদুবু হৈনদবদি ফাওখিদে। কলম চেদা থম্মগা উইদুনা ঙাইবসু য়াওখিবনি। ফনা কুইনগী মতুংদা ইবা লোইখি। হেক লোইবগা অইবদুগা কলমগা লানশিল্লগা বীনানা হায়রুই,

- সে।

- কৈনো, কৈদৌরে ?

- সহী তৌরো।

- নঙ অদুম তৌরো কৈনো।

- বীনানা ইবা নত্তেয়ে জয়চন্দ্রনা ইবনে।

- 'জয়চন্দ্র' হায়না তৌরোনে য়ারেনে। ঐনা তৌবগা চপ মান্নে। অমত্তনি। নঙ ঐ অমত্তনি। বীনা জয়চন্দ্র অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রবনি। বীনাদা জয়চন্দ্র লূপশিনখ্রবনি।

- লূপশিল্লিনি ! মমায় ইকন হেক কল্লদনা !

ব্রাঙাং অদুমক তাবদা ঙসি বীনা খংপ্রেক খংবগুম তৌই। হোটেলগী কা অদুদদি তৌখিদে চিংনবা লৈতনা মথমোয় মকা লামনা পূম্নমক শিন্নথোক্লগা পোখাবা ঙমজখিবনি।

হায়গদবা ঙাংগদবা খরা ঙাংলম্মগা ইবোহল হৌগৎলগা চৎনবা শেম শারকই। বীনানা হায়রুই, "বাজিগীসিবু হয়েং চৎপা য়াদ্রবো হোরেল লম্বীদা মীনা শাউনদনা করি করি তৌরক্লোইদ্রো !" থোঙজিনদা লেপ্লগা ওনশিন্দুনা হায়বম্মী, "ঐদি মী নৎত্রবো !" অদুম চৎখ্রে। মফম মরাং অমা ইখঙ খঙদনা বীনা চিংনরপ লৈহৌই। রোজিতানা হায়রকই,

- ঐখোয়' পাবুঙদি নহাগী ভাবতা অদুম লৈরি।

- অহল অসি শেন্নবনা হেন্না ব্রাখ্রে। চৎনীংবা ঙাংনীংবা তৌনীংবা - বেরা লৈবা নত্তে। বেরানি।

- পাবুঙ অসি শক য়াম্না খাঙই; অহল সুকওই ওইশিন্দবদৌনা লৈ। হিদাক-ককা চাবা জাৎ ওইরিদ্রা খঙদে। শম ফাওবা নাকন নাকনদা খর-খরদমক ভৌরগা তোকই। লাইব্রাগা শান্নরমগদবা মাল্লি।

- নঙবু লাইব্রা-তিনব্রাকাদা থাজব্রনে ?

- কন্না থাজবদি নত্তে। মীনা পোক হৌদনবগী য়া তেক্তনবগী লাইব্রা শান্নেকা হায়নবসু লৈ। লৈরম্বা য়াব্রা, চুম্বা জাৎলা হায়না খল্লকপগী ব্রানি। লৈবমদনা পাবুঙসু শান্নরব্রা হায়না খল্লকপগী ব্রানি। ঐখোয়সু শান্ননিদনা লৈরগদি।

- বাজিদি সাইন্সকী মী অশেংবনি। অদুগুম্বদা থাজদে। ঈশ্বর, ধর্মদা, লাই-তিনগুম্বদা থাজবা তৌদে। মীনা থাজজবদি থিংদে। রাধা, কৃষ্ণ, বুদ্ধ, জেসস মীনি হায়না লৌই - অথোইবা মীনি হায়না লৌই। ঙস্মবদি মতৌ তমগদবনি হায়।

- ঐদি মেডাম পাবুঙসি নুংশিজখ্রে ইচম হেক চম্মদনা ঙাংনীংবা চৈনীংবা বেরা লৈতে। লীকসু লীক্তে। তিন্নবা নুংঙাই। হন্দক্কী অনৌবা চহীদা ঐখোয় নর্স মঙাগী তলব হেনগৎপিরনি হায়রি।

- নখোয়গী থবক ফবগীনি। সরকারগী পে স্কেল অসি ঐখোয়গী অসিদসু থম্লবা হোৎনরি। অনৌবা নুপীমচা লৈশাবী খরসু ট্রেনিং য়াওহন্নবা লাক্লরি অদুগীনি বাজিনা মী উন্নবা চৎখ্রিবসে। ঈরাং মরকসিদা চৎহন্নীংদবনি।

- মী অহনবু করি তৌই হায়বগে মেডাম।

- শোয়বা, খুদোংথীবা হায়বসি অহল-নহাদা লৈতে রোজি; অহল অসি অঙম-অরায় খঙদবদৌনা তৌই।

করিগীনো হায়বা খঙলুবা তৌদনা বীনা নুংশা থীরকই। টেলিফোন লাকপা খুদিংদা কনাগী ওইরিদগে করি হায়রক্কদগে হায়বা ঋাখল অমনা তথকপা পোকলকই। মতাং-মতা চাদবদা চিংনবগী নিংদোল মরক মরক্তা চোংলকই। ঈংথ- ঈংথনা লৈতাবা ইঙম ঙমদবদৌনা তৌই। য়াচঙবা মতুংদা অনাবা মথং মথং য়েংলিঙৈদা উমা চঙলক্তুনা, "ইচেম্মা, পাবুঙগী ফোন লাকই" হায়রবদা শ্বায় লাউখিগুম তৌই। রোজিতাদা মখা শিন্নরম্মগা কাদা চেনশিল্লক্তুনা তাপ পায়রগা খুম্মুই, "হল্লো !" ইবোহলনা তপ্না তাকলকই,

... হাই ঐনি য়ুমদগীনি।

- তাকপিয়ু।

... ঐ য়ৌরকপদা ঙায়রি। হোস্পিতাল মনাক্তা ঈরাং অচৌবা অমা থোকহৌরে। মমাঙগী লোয়শঙ খরা মৈ চাকহৌরে। ঐ লাক্লরোই নঙ অদুম লৈবো। লৈরিবা মীশিংদো মপান থোকহনগনু হায়য়ু। শিবুদা থোঙ্গাল হাংদোক্কনু হায়য়ু।

- শিবু হায়দি ?

... হে-রা নঙগী শিব শঙ্কর চৌকিদারনে। মদু য়ু হেক-হেক ঙাওবনিনে !

- ও; হোয়।

... খঙঙবা ?

- খঙজরনি। বাজিগী চাক ঈশিংদি ?

... মালতীনা হোৎনরম্মে। পোত্থারো পোত্থারো। করিনো নঙবু ইপা পাখৎপদৌনা তৌববো ?

- তৌদে। রাউন্দ চৎলম্বদগী চেল্লকপা, অদুগী -

... হে-রা ! তপ্লা লাকপা য়াদ্রো সিরি কাফমগী মচীন অদুদা ওম্থুরোইদ্রো খুদি থীজিন্দনা। নহান নোংমসু নঙ ওম্থুগে তৌই হায়দনা রোজিতানা তম্মী। সিরি অদুসু শেমদোক্তবা য়াদ্রে; ঙম্বসু খরা ঙমথোকখরে। ফরে-ফরে; থম্মগে ?

- বাজি কৈসু তৌদেকো ?

... হে-রা ! ঐবুদি করি তৌদৌরিবা ! পোত্থারো পোত্থারো।

বীনা ঈংথরকই। শ্বর অমা শাংনা হোন্দোক্লগা ফনা কুইনা পোত্থারে। মফি-মরোল হোংদোক্লবা থোঙ তপ্লা ঙাশিল্লি। মপান্দা নোং ফৃদিৎ ফৃনা চুরি।

ফি হোংদোক্লবা অম্বারী নীংশিংলকপদা শো হাপ্লা মাগী খুৎপায় বেগ অদু পায়রক্তবা নীংশিংলক্লে। মপানগী শোজৈ ময়ামগা লোয়ননা অনীসুবা নৎত্রগা অহুমসুবা শোজৈসু করিগুম্বা কান্দা শিন্নবা চৌকিদার শিব শঙ্কর কৌরগা হংলুই। শিবনা মনুংগীদি মাগী নুপীনা পায় হায়বদগী মেনু কৌদুনা অম্বারীগী শোজৈ অমগা য়াও লাকপ্রা হংলুই। মেনু-মেনকানা হায়রকই,

- অদুগী শোজৈদুদি সিস্তর রোজিতানা লৌখিবনি বীবীজী।

- মাদি করিগী ?

- পোৎ লৌথোকপগীনি সাবনা পীরকউ হায় হায়দুনা লৌখিবনি; কুইরে; অদুদগী পীরক্তরি।

- ও, রোজিতা কৌরকউ।

- মাদি ঙাইহাক্কী মমাঙদা মখোয়গী থানা বাবু অদু লাকপগী থোক্তুনা চৎখিবা উই। লাকপদা হায়গে বীবীজী।

- হৌজিক অসিদা কদায়দা থোকখিবা ! কনানো থানা বাবু হায়বদি ?

- মাগী য়ুমগী জাতিগী মীনি হায়য়ে। হেক-হেক লাকই। ব্রারী খরা খরা শাই। চৎম্মিরুবসু য়াওই। বীবীজী খঙদবরা ?

- খঙদে। ফরে মা লাকপদা ঐনা কৌই হায়য়ু।

- জী। খরা থেঙগদবা মাল্লি। ময়ুম য়ৌরুরগা লাক্লদবা মাল্লি।

- ও, ফরে ফরে। মাবু হেক হেক চৎপরা ?

- খরা চৎলি।

- ও। ফরে-ফরে। চৎলো চৎলো।

বীনা খরা চিংনৈ। কদায়দনো কনাগনো ! মাদি, ইথৌগা মাগদনি। অতৈ নক্ষবা লৈ হায়বদি তাদে। খল্লিঙৈদা মেনু অমুক চঙলকই; হায়রৈ, "বীবীজী, সিস্তরগী বেগতি মখোয়গী মেজদা লৈহৌই শোদু য়াওরম্বা য়াই পুরকউরা ?" "পুরকউ য়েংগে", বীনানা খুমখি। খন্দি খলহৌই - মীগী বেগ ফাকপসি চুম্মিদ্রা ! মানা করি হায়রক্কনি ? হায়বদি লায়রদনা করি খনখিনি ! ফৎত্রমাল্লেদা ! খল্লিঙৈদা মেনুনা বেগতু পীরৈ। নর্স উমাসু য়াওনা লাকই। চানীংবা য়েনশাং হংবগী ওইনা য়াওরকপনি হায়। অদুগী ঙাক্তসু মানফাত্তে। করিগুম্বা খরগীসু মাল্লি। অরৈবা অফংবা খরা হেক্তা থোংহল্লু থোইনসু চানীংদে হায়রবদা উমা চৎখিগে তৌই। বেগ পায়রগা হাংদোক্কে খল্লগা কৌদুনা হায়রুই,

- ঙাইখো উমা।

- ইচেম্মা। করি ?

-রোজিতাগী বেগ নৎত্র 'সে ?

- মানি।

- ঐগী অম্বারীগী শো মঙোন্দা লৈ হায় য়াওব্রা য়েংখিসি অদুগা নঙ পুখো।

- য়াওরম্বা য়াই। নাকনগী-মনুংগী জেবতা হাপকনবনি।

- ও ! য়েংগে। অদুগা মাগী য়ুমগী মী অমা হেক হেক লাকই হায়বসি চুম্বরো ? পুলিসকী মীওইনি হায়গুমসু তৌই মেনুনা।

- অ - অসি, ইচেম্মা, অদু - ।

হায়বা ঙমদবা ওইনা তৌই। বীনানা শোজৈ লৌথোক্লগা য়েংলুবদা উমাদু মরূ লুকথখি। ব্রা ঙাংলক্তে। হায়রুই,

- ফরে। চাবোকপীদু য়েংলম্মু। রোজি হেক লাকপগা ঐগী নাক্তা থারকউ।

- মা খরা থেঙঙক্কদবা মাল্লি ইচেম্মা।

- করিগী ? অকনবা ঈরাং লৈবা মতমসিদা কদাইদনো মানা থোকখ্রিবো ? নঙোন্দকা হায়রমব্রো ?

- হায়রম্বদি নত্তে। মখোয়গী ইনস্পেক্তর অদু ঙরাং সোমদা ট্রান্সফব লাক্লে হায়বনি।

- ইনস্পেক্তর কনা ?

- মখোয় সুম তিন্নবা মশেন ওইরমাল্লে। ঐসু ইচেম্মা, মুন্না খঙদে। মশকপুদি উখ্রে।

- ঐখোয়দি খঙদে। মাবু মরক মরক্তা অসুমাইনা হেক হেক তৌব্রো ? চৎমিন্নব্রো ?

- য়াম্না তোয়বদি নত্তে।

- অহিং হল্লক্তবগা য়াওব্রো ?

- মাদি অয়াম্বা মতমদা ময়ুমদা হনখিবনি। খরা থেঙবা ফাওবদং ক্লিনিকতা লৈবনি। য়ুমদা ঈধৌ অহল মথন্তা ঙায়বনিনা অহীং থবক পীবগীসিমদি খরা কোমথোকপিয়ু হায়বনি। পাবুঙনসু য়াবিবনি।

- পাবুঙসু মাগী ইনস্পেক্তরগী ব্রাফমসি খঙব্রো ?

- খঙবা মান্দে।

- নঙদি কয়া কুইরে খঙবা ?

- কুইদ্রি থা অনী অহুমমুক্তা ঙায়রি। ঐদি ইচেম্মখোয় খঙঙমগদ্রা হায়না খনবনি।

- হ; ঐ খঙদে। ঐ মঙোন্দা ফজনা হংগে।

- ইচেম্মা, ঙসিমক হংবদি ঐনা হায়দোকপোই নীংগনি, খরা লৈরগা তপ্না নোংমা ফজনা কৌশিল্লগা হংবিবনা ফগদবা মাল্লি। ঐসু মসি কয়া য়ানীংদবনি। ঐনা মরক মরক্তা থিংনবা লাক্লবনি। মা য়াদে। অঙাং মব্রা লৌনীংদবদৌনা তৌই।

- অদুনদি উমা, নঙ খরদি খঙই ?

- খরদনি য়াম্না কুপথবদি খঙবা ঙমদে। মানসু হায়দে; সুকহায় হায়দে। ঐনা মওং খঙবগী ব্রানি। ইচেম্মনা হংবদসু তাকলক্তবা য়াই। মবুক য়াম্না চেৎলি ইচে রোজিতাসে।

- উম। ফরে। ঐনা থোকপা তৌরগে। অদুগা সে মাগী বেগসি পুপ্রো। শোদি পায়হৌগে। নঙসু করি অমত্তা হায়রুরনু।

- ফনি।

- অদুগা ঙাইখো ইনস্পেক্তরদুদি বামোনলা ?

- মদুদনি ঐনা খরা নুংঙাইত্রিবসে। চীংমী মাল্লি ঐখোয় স্বায়গীসু মান্দে; অতৈ লমগী মাল্লি।

- উম। ফরে। অদুগা য়েংঙোই, মসিগী মরমদা নঙ করি অমত্তা ঙাংলুনু অতৈসু ঙাংহল্লুনু। অতৈ খরসু খঙলম্মনিনে ?

- অতৈদি খঙলম্মোই। ঐদনা মী ফত্তবী ওইবগী হৌনবা মতা চারুবদগী খঙবনি।

- মেনুখোয়সু খরা খঙমাল্লে।

- মওং অমদা খঙবনি। মরী-মতানি হায়না খনবনি।

- উম ! ঈরাং মতা অসিদা মাবু।

বীনা চিংননা লৈহৌই। খল্লকই - মসিবু ক্লিনিক অসি চেন্থদনা তোক্লদ্রা
থবক তোক্লো হায়রসিরা ! বাজিদা হায়রসিরা ! হ ! অশেংবা খরদি খঙখিব
তামাল্লে - খন্না খন্না অম্বারী হাংলগা ফি লৌথোকলিঙৈদা রোজিতা তহা-তহ
চঙলকই, উপুদগী শেৎনবা ফি তাপ লৌথোক্তুনা পীরে; ফক্লাংদা নগুনা শেম্ব
হাইগৎলিবা ফমুং অদু তাপ চিংথৈ, তাপ-তাপ কম্থোক্তুনা শেমজিল্লি নাকন্দ
খিল্লিবা কাঙ হিদাক অদু পারপ কাপথোকই। অমুক অম্বারীদগী সূপ্লবা কম্বল
অমা লৌথোক্তুনা ফমুংদা থম্মী; মচীনদা ঙাংবসু লেপ্তে - ... ঙাইহাক্তং সরক
ফাওবদং চৎলুবনি; মী অমা থিন্দোক্লুবনি। পুলিশনি, ইনস্পেক্তর; নহানখে
মোরেরোমদা লৈরুবনি, নহান সোমদা ট্রান্সফর লাক্লবনি। রাউন্দ সুম চৎলুবদুদ
ঙাইহাক্তং পাউ হংবা ওইনা চঙলক্লম্বনি। ডি.এস.পি ওইরে হায়রম্মী।
মিজোরামগী মীওইনি। নহানবাই ঐনা চেল্লুবা নুপা অদুগী য়াম্না লুনা তিন্নবা মরূপ
অমগী মনাওনি। মমাদু কাছাড়রোমগী মৈতৈনি। ব্রাং চাউরদনা মশকক়া য়াম্না
ফজে। মা লুহোঙগদৌরে; মথংগী থাদকা হোঙলবা য়াই হায়রি। মাগী মৈ
ওইদৌবীদুসু পুলিশ ওইরমাল্লে; মহোয় ট্রেনিং চৎমিন্নবদা খঙনরকপা ওইরমাল্লে।
আসামগী বোড়ো মচা ওইরমাল্লে। নোংমা তান চাবা অমদা মণিপুরদা পুরক্কে
ঐখোয়'সিদসু লাক্কে হায়রম্মী ... মরক্তা বীনা ব্রা ঙাংবা য়াদে হংবসু ঙমদে তাঞ্জ
ফংদে; নৎত্রগসু পীদ্রে। লোইশিল্লকপদা বীনা মখা তানা খঙনীংনা হংনবা ব্রাহং
ফাওবা থিবা খঙদে। ঙাংবদা ঈশিং লীক্তবীনি। বীনা খঙই। অদুমকপু অরোইবদ
হংদবা য়াদবগুম হংলুই,

- চোৎলকইবদুনা করিগী ?

- সিরো, ফি-রোল চোৎলিসিবুরো, মখোয়না মখোয়গী গাড়ী মনুংদ
লৈরগা ঐনা থোঙ্গান মনুংদা লেপ্লা। ছাতিনসু পায়হৌদ্রবা। কন্না তাখ্রে নোংসিসু

চিংনবা পূংকোকমক কোকপা নৎত্রগসু খায়বোক হেঞ্জিননা হস্থবনি।
পুক্লীংগী মচৎ অসিমসু মহৌশা অমনি। ইনৎ হেক নত্তবদা অনৎপনি নীংদুন
মালহৌনবসু য়াওরি। অমম্বদদি ফিয়ানখোক্কী ফিনসু লাই ওল্লি। চোংলিবা নিংদোন্দ
অশাবা নত্তে। নোংজুগী নাউসুম ঈশৈদা ব্রারুরবী বীনা মথেল ফানা তূম্বা ঙমখি
মথেন ফানা তূম্মকপগী তংখায়গী অদুব্রাইদা নীংশিংবদা ব্রারগদবা মঙগী মতাং
অমা মঙখি। অয়ুক্কী মীকপ থোরকপদা পূম্নমক কাউখরে; মমি-শামি নীংশিংব
ঙম্মীবা হায়ববু নোংজুনা চোৎলবা লৈকোন মচি অদুগা মীওই অনীগদা মঙাইবে
অমদি পুলিশকী মীওই ওইনা তৌই অদুগা অমদি মাগী বাজি ইবোহলনি। মীকপ
থোক্লবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা টেলিফোন তাপ পায়খক্তুনা হংলুই, " বাজি করিসু

থোইদোকপা তৌদেকো ?" অসোমদগী খুম্মকপনি,

... ঐবুদি করি তৌদৌরিবা ! নঙবু কমদৌগে নুংঙাইতব্রো ?

- য়াম্না নুংঙাই। ঐদি বাজি সিদদুম লৈরসিরা খল্লি।

... য়াইনে। অদুসু নয়ুমনিনে, ঐখোয়গী য়ুম। ঐ খরা থেঙনা লাক্কনি।

- য়ানি ঐ লৈরেদনা।

... হোয়নে অদু হায়য়ু হায়রিবনিনে। নঙগী লাইরিকতু পায়রকউরো ?

- য়ানি। ঐ লাকখিগে।

অয়ুক অদু নোং খংহাং হাংখিরম্মে। বীনা মশা তেকখৎলি। নুংঙাইতবা কোঙ্গায় মূৎখিবমক নৎত্রবসু মাঙখিবগুম তৌই। লাপ্পপ্লা থংনবা অচৌবা হোটেল অমদগী রেডিও নৎত্রগা টি.ভি.দগী লাইশোন ঈশৈ অমা তারকই। শ্রীরাধা গোবিন্দগী মণ্ডল শীংথাবনি। তানীংনা তারুই। লাইরিক্তা নহান নোংমা শীংথাখিবা লীলা খজিক নীংশিংলকই। ঈরুকাদা মমায় মমীৎ তানা-তানা রোজিতা হাইরপ নীংশিংলকই। মঙগী মশক খঙদ্রিবা পুলিশ ওফিসার নহা অদুবুসু খল্লকই। মশক উখিবগুমসু তৌখিবনি। নোংনা চোৎলবা ইবোহলগী মশকতি শংশংনা নীংশিংলি। মী তিনখৎপা হৌরকপদগী মথৌ চিনবা অদুম হৌখরে। থবক চিলহনবতনা ফরবা লায়েং অমনি হায়না থাজথ্রবী বীনানি। হকথেংননা ফংবা লৌশিংসি লম্বেন অমদি লমজীং ওইগল্লি।

মম্বনা খম থেংঙবা মতুংদা ঙাল্লকপা পথাপনি। ব্রাবনা পন্দোম লোম্মবা মতুংদা তপ্লা অসুম অসুম য়াংলকপা মহৌশানি। অকা-অকুম নাইনা চিংবা লৈইনা পুক্সিবু য়েকপনি। অয়েকপা পুক্সিনি। মতমনা লায়ুমসুনি অদুগা য়েক্লবা খোর্জেসু। মহৌশানা মচু ওইবনি। মচু তরেৎনা শেম্বা মচু চা কয়া লৈরিনি। শীংনাইদবা মচুনি। ওল্লিবা মচু মহৌশাগী লম্বেন্দনি। খঙঙমদবা মহাক অমগী খূৎয়েক ওইবা তাই।

মতমনা য়াংহল্লকপা নাকয়েৎনা বীনাগী শোক্লবা থম্মোয়বু শয়োন চিংখৎলকপা মতাংনি। হান্নগী উনশাগা চপ মান্নবা হায়বদুমদি হকখ্রবা অহকপা দাকফমনিনা য়াররোই; মদুদি মৈনা ব্রাখৈরবা মতাংদতা ওইগদবনি। অদুবু মতমনা ওল্লকপা মচুদি পুক্সিনা হকথেংনৈ।

কুমমৈ খরা চোনবা নোংজু পাম্বা অমগী হেক মতুংদা ওল্লাংথা লোইরম্মে নিংথমথা চঙলম্মে। চান্নমা ঈংবা হৌরবা হায়বদুদি নৎত্রি। ঈশিং অশাবনা ঈরুজগে হায়রবসু য়াবা অঙ্গৈংবনা লুবসু য়াবা মতমনি।

য়াহৌ ঙনগনবী বীনানি। য়াহৌবগা মচীন ময়া শেংলগা ঈরুজৈ অদুগা ঈরুজরমদাই মমাঙদা হকচাংগী ওইনা শাজেন ঙাইহাক তৌই। মথক্কী মাঙ্গোন্দা নৎত্রগা মনীংগী লৈকোন মচাদা নত্ত-নৎত্রগনা ঈরুকাদা হৌগৎ-ফমদা, থৌরী চোংবীনচিংবা অচম্বা খরা নুতিগী নৎত্রবসু অয়াম্বা মতমদা তৌই। ঙসিদি মাগী কাদা তৌরগে হায়দুনা থোঙনাও লোইনা হাংদোক্লগা পর্দা লোইনা চিংশিল্লে থোঙজাও ঙাশিল্লে। শাজেনগী অচাবা ফি মচা খরা হোংলগা ঙৌরুনবা মৈ মচা অমা থাল্লগা অঙানবদু মৃৎথৎলে। অয়াম্বা মতমদা য়াম্না তোয়না কাচিনদা শেল্লৈননা খিল্লিবা হকচাং চনবা মিংশেল অদুদা হেক-হেক য়েংগল্লি। মাগুশ্বীগী হৌনবনি। ঙসি, হৌজিকসু হৌগৎ-ফমথ তৌরমদাই ফীবম শেম্ন-শেম্না অপাননা য়েংলুই। মশাগী হেন্না মপুঙ ফারম্মবা হেন্না মঙাল তারম্মবা হেন্না লূম্লম্মবা শক্তম অহানবা ওইনা উরকপগুম উরুবদা বীনা য়াইবী মরাঙ হৌবগুম য়েংদুনা লৈরুই। থাবলদা খিনবা নুঙঙৌগী, কায়াৎ পূম্নমক অপাননা অমদি নাকোয়ননা শুরবা শক্তম অমগুম্মী। অয়ুক্কী লিক্লানা চোৎলবা পারবা লৈচিননা নুংফাওননা চেৎনা লাকশিন্দুনা কুপ্লবা সনজীং তোলেনগুম্মী। নিক-নিক লাউরবা লৈহীগী পোৎলূমনা মথেন ফারবা লৈকা ফনবা হৌরক্লবা ঈয়ায়গী থম্বালনা কোম্থরপ খাঙজবগুম্মী। উরুবমক্তা থাজরুদ্রবগুম মুন্না য়েংদুনা লৈরকই। ময়াই কারবা নুংশিৎকী কাইদ-কাইদজবা খোঙদোয় অমদা ঈরাংগী লোৎলুরবা ইপোম অমা হৌরকখি। সূর চপ চানবা চিংদুনা শেম শারবা তরা পূম্নমক্তা লোইরোইনা হুম্মকপা শক্লাইদবা অরোনবা নুংশিৎকী শউম অমনা য়ৈবদা রাগ অমগী লোইনবী রাগিনী পূম্নমক পূন্না মালহৌনরকপগুম তৌই। থব্রায় য়াওদবা বীনাগী সুরনা অসি য়ৌরবদা থব্রায় পানবী বীনাদনা কমদৌবা ! সুরগী লাইব্রানা থম্মায়প্রবী শঙাই অমোমগুম মিংশেনদা তারিবা শক্তমগুম লেঙদনা লৈরুই। য়েংবদা মিংশেলগী বীনাগা মপানগী বীনাগা করম্বনা করম্বনো খন্দোকপা ব্রানা থোক্কনি। মীৎকুপ খরা য়াম্মবগী তুংদা খঙহৌবা নত্তে, অশাবা নুংশিৎকী নোংলৈ অমা ফুজিল্লকই। চেকশিন চেকশিননা চেকশিলহৌদ্রবা শাউম অমনা বীনাবু নৈহৎলকই। নীংশিংবগী থৌরবা অপাবা থাঙ ময়াদা অহাংবা মখোঙনা খোঙফম অনী-মরি থাংবা হৌরকখিবা খঙহৌবা নত্তে। হুমাংগা পিরাংগা পূন্না শিন্থরকখি। লৌশিং খংতা তারকপদা ঈরুকাদা তহা-তহা চৎখি অঈংবা ঈশিংগী পেরে চাউনা লৈথোক্লুনা নুংগী মৈচাক-মৈশাবু পানগী অঈংবনা মরু ফুক্লা মমি শামহন্নবা লাক্লখি। কুইনা ঈতীংলুরমাগ্লে থোকলকপদা ব্রেকফাষ্টনা ঙাইদুনা লৈরম্মে। ইবোহল কুইনা ঙাইরম্মী, ঙাইবা ঙম্মক্তদুনা মথন্তা চারগা চৎপ্রে তাবদা বীনা নুংঙাইতে। অহল অদুনা চবা

ব্রানবগী অচাপোৎ মাঙদা থম্মগা ফমদুনা ঙাইরমগদবদু খনবদা মশাবু মরাল লৈরে হায়না খল্লকখি। মন্দোন মালতী বুজারীদা হংলুই,

- চাখিদ্রবরো বাজিবো ?

- খরা চাখি। তহ্‌-তহ্‌ শেৎতুনা চাখি। চামিন্ননি হায়দনা কুইনা ঙাইরম্মী। অথুবা লৈ হায়দনা চৎখ্রে। চাক চারোই হায়রম্মী। ইবেম্মদি সিদা চাগদবা নৎত্রা ?

চানি-চারোইগী পাউখুম মালতী ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈ। বীনা পাক খুম্মক্তে তপ্না হৌগৎলগা চৎলকই। খরা চৎলগা খুন্নম্মী, "চাদবা য়াই।" মালতী ভাব তাফাত্তে। ঙক্লপ য়েংদুনা লৈহৌই। বীনা কাদা তহ্‌ তহ্‌ চঙখি।

কাদা হেক চঙলকপগা পন লাক্তে মফি হোংই। হোংনা হোংনা মিংশেনদা মুন্না মুন্না য়েংই। মাঙদা লৈরিবা অচম্বা লৈতেংপোৎ অমনী পায়খৎ পায়খৎনা খল্লুই - করিবু কান্নরিবগে ! নুমীৎ অসি বীনা মশা ইখীং হেক খীংনা তৌরিবা থবকশিংদা খোয়জঙদবদৌনা তৌই। ক্লিনিককী মাগী কাদা পোত্থাদুনতা লৈ। চেফোঙশিং মথং মথং পাদুনা লৈ। য়ুমদা থেঙলপ হল্লক্লগা হন্না-হন্না পাখ্রবা পারিবা 'গীতগোবিন্দম্' অখন্নবা মতাং খরা পাদুনা লৈ। অয়াম্বা মতমদা হিপ্পুনা লৈ। নুংশা খজিক থীজরবী মালতীনা ইবোহলদা তম্মী। নুমিদাং য়াম্না থেঙনা হল্লকপা ইবোহল চাক চাগে তৌরম্বদগী বীনাগী কারোমদা লাকই; কৌরুই, "নঙবু তৃম্মব্রো ?" মনুংদগী পাউখুম লাক্তে। থোঙ হাংলি। পর্দা হাইগত্তুনা য়েংলুই। মমৌ লৈরমদে। কদোম চৎখ্রবা জাৎনো খল্লিঙৈদা বীনা মমায় মমীৎ তৈথোক তৈথোক্লা লাকই। মমৌগী মওং মুন্না য়েংলগা হংলুই,

- নঙবু নশা নুংঙাইতবরো ?

- নুংঙাইনা কৈসু তৌদে। কৈদৌরে বাজি ?

- মালতীনদি নঙ হিপ্পুনতা লৈ হায়বা।

- থবকক্কা লৈতবদুদা পোত্থাবনি। কৈসু তৌদে। বাজিবু কদোমদা চৎলুবনো, পার্টীগা য়াওরুবা মাল্লি। থেঙনা -

- পার্টীমক্তি নত্তে, অচম্বা জাৎনি।

- গুম্বদুসু বাজি, খরা হনবিবা ফদৌ মাল্লি; চহীনা য়ামশিল্লকপসিদা ড্রিঙ্ক অসি পঙকান কান্নদৌবা মান্দে। কান্নদবদি য়াম্না অদুম লৈবা।

তাবদা ইবোহল ঙক্লা নুংঙাইরুরে। মমৌদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। বীনা শাওবীং শাওবীং লাউই। মরূ খজিক লুকথরগা - কদাইদা হায়রুরিবা ! - হায়না খল্লকই। শাউরকখ্রবোই নীংদুনা কিরুরবী বীনানি, কমদৌনি সিদি হায়না মম্মিঙৈদা খজিক মোমোন্নরগা ইবোহলনা হায়রকই,

- নঙগীসি ঐবু ব্রারক্লিবা হায়দুরা ?

- হ ! অদুই নত্তবা ! য়াম্না হেন্না কান্নবা নত্তবগী সুম !

থোঙবাদা ঙাথদুনা লেপ্লিবী বীনা তম্না ইবোহল তপ্না চঙশিল্লকই। বীনা লকক তৌনা য়েংখৎলকই। নক্লা লেপ্লরগা মখূৎ য়েৎ অদু বীনাগী লব্রাই লেমফুদা তাপ থম্মগা হায়রকপনি, "ইচানা য়ানিংদ্রবদি ঙসিদগী, হৌজিক্তগী তোক্লবনি: ঐগীদি নঙনা লোইরবনি; নঙদনা নথব্রায় নুংঙাইনা লৈনবা লাক্লৌ।" মখূৎ থাংধরগা তপ্না চৎখি। বীনা ঙক্লা লৈহৌই। নোংথাঙ কুপ্লুরবা লব্রাই অদুদা ওয়গী মখুবাক্লা নম্মগা তপ্না ফমথরকই। মমীৎতা তন্দন পাইখি। মশা তনিক-তনিকলকখি। কাউরুরবা, অহাংবদা তিনখ্রবা মিরবা লৈনম অমা খংফাও ফাওরকখিবগুম তৌই। খূকউ অনীদা মমায় লুকশিন্দুনা ফনা কুইনা ফমদুনা লৈখি। নুংশা থীরবী মালতীনা তপ্না হৌগৎপিরুই। মশা ঙমদবা শেংলবনি খনখি।

লেপখিবদা ফেৎ হাইদবা অহননি। চারমদাইদা খজিক্তং অমুক্তসু য়োৎকে পুথোকলম্বা মখুম লৈখায়রম্মবা লিক্লি অদু মনাক্তা থম্মিবা গিলাসকা কোন্ননা খোম্মগা ফত্তবা থমফম তিন অদুগী মনাক্তা থম্মুরে। খজিক্তং চারগা নুংঙাইনা তূমথনবা লাক্লখি। অহীং অদু বীনাদি মমীৎ উইশিনবা য়াখিদে। হরাওজবা অমদি নুংঙাইজদবগী চায়নপুঙ অমগী পুঙদোনদা লানফম অমা খাঙদুনা লৈখি। নোং পুংঙাল ঙাল্লবা মতাং অদুব্রাইদা ঙাইহাক উইথরুই। ঙাইহাক্কী ওইবা মঙলান অমদা অয়ৌবীদা কেরবী রোজিতা উরম্মী। রোজিতাগী তুং ওইরপ্না থানাগী মীওই অমা লেপহৌই। মশক-মশাদি শেংনা উদে। মানা মখূৎ থাঙ্গৎখিবগুম তৌই। মীকপ খংথোক থোকলকখি। মীকপ থোক্লবা মতুংগী ঙাইহাক হিপ্পুনা লৈরিঙৈ অদুদা মালতী বুজারীগী মশূশিং অমনা লোইবা য়ুমগী খুনু লাবা অদুনা মখৌ পোঙনা পোঙনা খোংলকপা খোঞ্জেলদু তারকই। শাজেন মতেক অমগা লোয়ননা বীনা য়াহৌরকই। ঈরু-মায়থনবা চঙখি।

ঈরুজরুরগা থোক্লকপদা ইবোহলনা মাগী কাদগী কৌরকই। খুম্মুই হঙ্গোইরপ লেপ্লিঙৈদা মফি মরোল শেৎলগা ঙাইরম্না মকু থোক্লক্তুনা হায়রে.

- কয়া কুইরে ঐনা ঙাইরিবা। ঈরুববু অদুক কুইদনা ! য়েংঙো ঐ কেপ্তেন

দোক্তর মংলেম কৌবা অমা উন্নরুগে। হার্ট স্পেসেলিষ্টনি মা ঐখোয়গীদা পুশিন্নবা তৌরি। ঙসিসি মা ক্লিনিক য়েংবা লাক্কনি হায়রি। নঙ ঙন্তা লৈরম্মু। ঐ পুদুনা লাক্কে।

- লৈরমগে। হৌজিক অদুম চৎলম্মগে।

- ঙনমল্লি কান্নরোই। হান্নগী মতমদুদা অদুম চৎলু। ঐনা থবক অতৈ-অতৈ চৎখিবা তারগসু মাগা ব্বারী শানৌ।

- ফনি। ঐ কাদা অমুক্তা চঙজরুখিগে, অমুক লাক্কে।

- চঙঙুরনু; লাক্কনু য়ারে; লোইরে। অদুগনে মাসে -

- ফনি -

- কৈনো ফনি হায়সিবো ঐনা হায়দৌরিসি খঙঙব্রো, হায়সু হায়দ্রিঙৈনা -

নুপীমচাসিনা হঙ্গোইজরিবসি ব্রেকফাষ্ট শেম্মিবী মালতীনা লাপ্পপ্পা উরবদা কাদগী ফি মতেক অমা পুরক্তুনা ইনশিনবিরে। মওং খঙলক্কবা ইবোহলনা লৈথোক্তুনা চৎলকই; চৎনা চৎনা হায়রম্মী, “দোক্তর অসে ক্লিনিক মরি মঙানা তান্নরিবনি, ঐখোয়গীদা লৈনবা নখোয়সু হায়জিল্লু হায়বগী ব্বানি।” বীনানা হায়হৌই, “ফনি।” ইবোহলনা চৎখ্রবা মতাংদা বীনা খলহৌবনি, “অহল অসি লাইমা ঙাওই; মতা ইচা চাদে !” নাকনদা লেপ্লিবী মালতীনা হায়রকই,

- ঐখোয়' তাইঙোসি ফরক তাদ্রদো ইবেম্মা !

- অহল অসিদা ফরক্কী ব্বা-ককা চঙবিবা নত্তে হৌদোংগা ঈশ্বরগদা চপ মান্ননা অদুম য়েংবনি। মওং অমনি। হিদাক্কী নুংশিৎ অমা লৈবনি।

- ইবেম্মা ঙরাংদি থক্ত্রমাল্লে। ঐঙোন্দা হৈদোকখ্রো হায়দনা নালাদা হৈদোকলুই। লিক্লিদু ফজবদুদা ঐনা লৌশিন্দুনা থল্লি। লিক্লিদু য়াম্না ফজে। লৈ থাবা ফজগদবনি।

চৎনা চৎনা বীনানা হায়রম্বনি, “ফজ ফজবা মখল মখলগী লিক্লি ময়াম বাজিগী অম্বারী অফৈবদুদা য়াওরিবনি; লোইর লোইরগা লৌ ইন্দোন।” মালতী বুজারীনা হায়হৌবনি, “ময়ামদু তাইঙোগী তরং উপু অচৌবা অমদা হাপতুনা লৈহৌবা উই।” বীনা মদোমদা থোইনা নাচঙঙুদে। চৎলমদাইগী থোরকপদা নীংশিংলক্তুনা মকুগী কাদা চঙদুনা হাইরপ য়েংলুই। অম্বারীদু ইহাঙ হাঙলম্মে। উপু অদুসু লৈরমদরে। খল্লুই - লোইনা পুথোকখিবা ওইবা তারে। ঙাইহাকসু নুংঙাইরুদে। অহল অসিগী হৈনজবীদা অপনবা পীবগী মরাল অমা লঙশিল্লবরা হায়না খল্লক্লুই। হৈনজবী লৈখিবা জয়চন্দ্রবুসু ঙাইহাক্তং মশেন-মরাং নীংশিংলকখি। খংলৈ লৈথোক্লগা চৎলকই। নীংশিংবা খূদিংমকপু অকাউবনা নমহৎলগে হায়বগী মওংনি। শীংনবনি।

নুমীৎসি বীনা মথৌ তৌনা তৌনা ঙাইবনি। দোক্তর মংলেম লাক্কে। নুংথিনদা ইবোহল হান্না-হান্নগীগুম হোবে হোবে লাকই; বীনাগী কাদা চঙলক্কুনা ফমলৈ অদুগা কেপ্তেন মংলেমদু মাগী হেদ ক্বার্টরদগী পাউ অমা লাকপদগী চত্তবা য়াদদনা কশ্মীররোমদা পাইখরে হায়না তক্মৈ। ভাব য়াম্মা মুন্না তাদ্রিবনা বীনানা দোক্তর অসি কনানো কমদৌবনো মওং করি কমদৌবনো হংলুই। ইবোহলনা তাকলকই,

- দোক্তরসি ঐনা মশক মুন্না খঙবা য়াম্মা ফবা মীনি। লাম্মীগী লায়েংশঙশিংদা থবক তৌরিবনি। থম্মোয়গী লায়েংদা মহৈ-মশিং মথং মথং ফংলুরবা ময়াম্মা পাম্নবা দোক্তরনি। কোয়চৎ চৎপসি ব্বারে মরৈবাক্তা পোত্থাজরগে হায়না লেপ্পবনি। পোত্থাজগে য়ারবা চহী হন্দক্কী থা অসিদা ফারে। মরল-মথুম চপ চানা লৈবা মীনি। মচা অপিকপা অনী লৈ। মাগী নুপী লৈখিদরে। অঙাং উন্নবদা লৈখিদবনি। কুইরে। লুহোঙঙু হায়বা য়াদ্রবনি। মাবু খঙবা ক্লিনিক মরি-মঙানা মাবু থম্নবা হোৎননরি। ঐনা নহানব্রাই মতেং পাংবিখিবনি। ঐখোয়গী অসিদা লৈনবা ঙাংনরি। চান্ননা লৈবগী নত্তনা মতাং মতাংগী ওইনা তেংবাংগে হায়নদি হায়রি। ঐনা চান্ননা লৈহন্নবা লাক্লরি। য়ানিংবদৌনা তৌরক্লি। এ, য়াম্মা ফবা মীনি; য়ু থক্তে, শা চাদে; ঙাদং খরা খরা চাই। পূরা নিয়মগী মীনি। মাগী হায়বু মরক মরক্তা জ্বারদি খরা খরা ফম্মি হায়।

- নুপাদি অমমমদি লৈবদৌনা তৌই। কয়া নহা-অহননো বাজি ?

- নহানি ঐখোয়' জয়চন্দ্রদগী মানা ক্লাস অহুম-মরিগুম্বা হাল্লম্বা য়াই। মশক-মতৌ ব্রাং চাউরদনা ফজখ্রবা জাৎনি। মিলিটরী ওফিসারদা ওফিসারনি। নুপা মাল্লি। য়েংবদা ঐখোয়' জয় হাইরপতুম মাল্লি। নঙগা লৈমিন্নবা চান্নগদবা জাৎনি।

- কমদৌবা !

- ক্লিনিক অসি পুমিন্নবদা চান্নগদবা। থবক মচু তাখ্রবা জাৎনি। নখোয়সু হায়জিল্লু। তলবকী ব্রাকাদি পল্লুনু। মওং অমগী মীনি তেংবাংগী সেবাগী দেশ সেবাগী ব্রাখনদা লৈবনি। ঐদি বীনা ব্রাবু ব্রাশিল্লক্কদৌরে পোত্থানীংলক্কদৌরে। নঙনা মায়পুননা পুনবা লাক্লবা ফরে।

- পোত্থাবিয়ু বাজি ব্রারনি। ফম্মগা শীনবগী, থৌদাবগী মওংদা লৈবিরে ঐ কন্না লাক্লরগে। নর্স অহুমগা দোক্তর ইমান্নবী অমগসু উন্নদনা ব্রারী শারি।

- অনৌবরা ?

- দোক্তরদু য়াম্মা নৌবদি নত্তে। ঐখোয়গী মমাঙগীনি। চীংদা থারকপদুদা

থবক থাদোকনীংলে হায়রি। লনাই ক্লিনিক অমা তৌনিংবা মীনি। মাগী হাংদ্রিঙৈদা ঐখোয়গীদা তৌ হায়বা য়াগনি।

- মদু পঙকান কান্নরোই। অদুবু য়েংঙু শীল্লু। নঙনা ফরে হায়বদো ঐসু য়ারে। নঙদা ঈংনা নুংঙাইনা লৈবা অসিনি ইপানা পাম্মিবসে। নুংঙাইনা লৈয়ু; নুংঙাইথোকউ। করি তৌরুগনো; তৌ নঙনা পাম্বদো। হান্নবু ওইরবসু কোন্নবু ওইরবসু পাউদংদি ঐঙোন্দা খঙহল্লু। তৌ নঙনা থোকপা। করি তৌরুগনো মথোঙ হুক্রুবা পুন্সি অসিদা ! চাও থকউ নুংঙাইথোকউ ইমৌসিদি ...

ঙাং ঙাংদুনা থোকখি। শীংনবা খোঙ্গেং হান্নবগী খোম্থাং অমা য়াওনা ঙাংদুনা চৎখি। য়ুমদা লনাইগী অচিনবা থবক অমা লৈরবনা হয়েংদি লাক্লরোই হায়বা লাকপী রোজিতাদি 'পাবুঙ' হায়না কৌরুবদা খুম্মমদনা চৎখিবগী ঙক্লি। মপু অনী শাউনরমাল্লে খল্লুরে। বীনানা তাকপদগী ঈংথখি। রোজিতানা মখূৎনা মওং খজিক উৎলগা হায়রকই,

- মেডাম, পাবুঙবু অসি থাদোক্লে হায়বদাইনে ?

- নঙদি কনানা হায়দনা খঙঙিবা ?

- ঙসাই অয়ুক লিক্লি ময়াম অমা চৌকিদারদা কদাইদনো অমা পুহনখি ঙরাংদগী বন্দ তৌরে হায়খিবা তাহৌই।

- ও।

তাবদা বীনা নুংঙাই। মথংগী মীৎকুপ্তা খজিকসু নুংঙাইরক্তে। চাউথোকচবা অমগা লোয়ননা ওইদবা খরসু ঙাংলুই; হায়রুই,

- কুইরবনি তোকখিবা। নুমিদাংগী চাক চারমদাইদা হিদাক ওইনা ঈ জন্নরম্বগী ৱানি।

- অদুনা ওইরম্বা য়াই পাবুঙনা শক খাঙলিবসে। মসি শীজিন্নবসি কায়দবা ঙাংনিদা, কো।

- কনানা হায়; পুলিশ ওফিসারনকা হায়ৱা !

- হৈমা ! জাৎ অমনিনা ঐখোয় মেডামসিদি !

- ফাগী তৌবনিদা।

- হৌজিকসি ঐখোয়' মেডাম য়াম্না ফরে। ফসু য়াম্না ফজথোক্লে। কুচু মনকা লংবা অমা য়াওরে।

- থাগৎত্রবসু নঙগী ছুটীদু অদুম লৌ কৈদৌগে।

- হ ! অশেংবৈনি থাগৎপা নত্তে। য়াম্না ফজর' জাৎনি। য়াম্না লেমখ্রবা

জাৎনি। য়েংবদা বুপ-বুপ লাউরদনা থম্বৌকা থোইবীকা মাল্লবা জাৎনি। শ্রীমতী রাধিকাদুবু মেডামমুক ফজরিদ্রা হায়না খল্লিবনি।

- মদু য়াম্না হেল্লবনি। ফজরিবদি নঙনি। নঙনা হেক চঙবদা অনাবা ফদৌবোই নীংনরিবনি। ঐখোয়গী ক্লিনিক মায় পাক্লিবসি নঙ লৈবদগীসুনি।

- অদুদি য়াম্না শাথীনা হেন্না হায়রবনি !

অওইবা খরা, অহেনবসু খরনি। অনী মকা লাম্না নোকমিন্নে। ওইদবা খরসু অওইবগুম চুম্বা লৈ। মফম মতাংনবু চারবদি ওইদবসু অওইবদগী শরুক কয়ামুক হেন্না অওইবা ওইরকই। নুমীৎকী মঙান্দগী থাবলনা হেন্না মচি কাবসু লৈ। নুমীৎ নীনীগী ছুটী লৌবগা হরাওনা থোকখিবী রোজিতাবু হরাওনা য়েংহৌই। মবক্তা মিংশেলদা উজখিবা মশাগী মীওই-মীতৌদু বীনানা নৌহৌননা উবকাই। খঙহৌদনা লৈনম অমসু ফাওরকখি। বীনা তথক্কবা থমোয়মগা লোয়ননা মাগী কাগী অকোয়বদা য়েংলুই। লৈনমবু উবা ঙম্বা হৌনব্রদো ! অদুগা উদবা পুম্নমক লৈতে হায়বসু য়ারোই। অউবা পুম্নমক লৈবা নৎত্রি নৎত্রগদি মঙবু মঙনি হায়বা কান্নবা লৈরবোই। রাখল মালঙনা শেমজবা মালঙ-মালেমনা অশেংবা মালেমদা শরুক মশীং থীঙমদনা চুম্বা য়াই। চুম্নবি। বীনাগী পুক্নীং তয়াং তশোইরক থমোয় মকা লাম্মকই। মহৌশাগী মনাৎনি।

# মরিশুবা

ঈংশিল্লক্লবা মতমনি। চিংশিনবা, ফি থোংলিবিমখৈ পেন্দবা মৈনাক্তা লৈনিংবা মতমদি নত্তে। ঈংগনবা মীসু ঈংগন্দবসু মানা মানা নীংবদু থুংলি হায়না লৌনবা মতাংনি।

নুমিৎ অসি বীনা যুমদা মথস্তা লৈ। মকু ক্লিনিকতা লৈখি মালতীসু মসুশিংগা লোয়ননা ময়ুমদা নোং নীনী চৎখি - নক্লবা মরীমতা অমগী থৌদোক অমা লৈবগী থবক ইংখাং তৌবা মীশিংসু চৎখিবা য়াও লাক্লদ্রিবা য়াও তৌবনা ইচীক চীক্লি। অচীকপসি বীনা পামদনবা লাক্লবা কুইরবনি। হোৎনবদা মহৈ য়ানবসু কুইরে। মবক মরক্তা হঞ্জানবা মতাংদি ময়াওই। মফম মতাং খঙনা পাম্বৈ কয়া শীজিন্নদুনা অচীকপা নৎত্রগা হঞ্জানববু খুদুমদা থম্বা ঙম্লক্লবনি। য়াংথোক্লা নুংঙাইথোকপা ঙম্মবা মতমনি।

অয়ুক অসি হান্নগুম ময়াই অমা পুদুনা লাকপগুম তৌই। মশা খীংনা ঙস্তা হৌগৎলগা ঙরাং- নহান নীংথিনা শেংদোকহনবা মনীংগী লৈকোন মচাদু খোমজীন তাশীনবা ওইনা য়েংলম্মগা ঈশিং অশাবা অঈংবনা শেংনা ঈরুজথোকই। মকোক লুজবা নুমীৎসু থোকপনি। নুংশা তরং- তরং মেঙনা থোকপদুদা কা মনুংদা ইলেক্ট্রিককী খৃৎলাইনা মশম কংহনবগী মহুৎতা অশেংবা নুংশাদা কংহনগে হায়বগী ৱাখল্দা লৈকোন্দা লেপ্লি। ঈশৈ মতেক অমসু ঙংলি। নীংথিনা শাৎলিবা লৈশিংগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মচু লৈশিল্লক্লবা মনা য়াওরকপদু মন্থোকলুই। লৈনা মথক্তা লৈরম্বা মিরাং মচা মচাদু অকেনবা লৈশা মচা মচেৎ অমনা তপ্লা কোৎথোকই। নুংঙাইনা তোংজরম্বা উনাখোই মচা অমদা চৈদোনগী মফোননা খজিক থেংলুরমল্লে থৱায় মচাদু পাখৎনা খৎপাই পাইখৎলকই অদুগা বীনাগী মমীৎ মপাদা ঙংদুনা ঙাইহাক লৈ। বীনানা মখূৎ ওয়না খজিক হাইদোকলুই। ওবানীমুক্কী মমাঙদা অথেঙবা নুংদাংগী টি.ভি. দা লাকখিবা ‘শকুন্তলা’ নীংশিংলকই। খোইমুনা মিপাইহল্লবী শকুন্তলা শঙশঙ উরকই। মিংশেনদা উখিবা মশাগী শক্তম বীনানা উরকই। লৈগী ফম্বাক্তা য়ারেকমিন্নখিবা শকুন্তলা অমদি দুষ্যন্ত উরকখি। উনাখোই অদু লাপ্না পাইথোকখিদে থংনবদা গমলাদা মতম- মতাং হেনবা ওইনা থোক্লবসু অচাবা হার হাপ্নদগী নীংথিনা লৈশাৎ তম্মকপা তিংখংলৈ শিশক অদুদা হাইথদুনা তোংলুরে। কৈদৌরক্লবসু চিকপদা নাগদবা জীবনিনা হেইদোক্কে খন্দুনা চৈতেক মচাদু খজিক থাংগৎলুই। বীনা মখূৎ হাইথবা ঙমখিদ্রে।

ফুগায়না শাৎপা হৈরোনগী লৈ মচা পিশক অদুগী পিক্লবা লৈয়াই লৈয়োনমক্তদা থব্রায় পিশক অদুগী পিক্লবা মরূগু থারবা মমূনা থূম্না য়ৈশিন্দুনা লেংলি- লেংলিনা লৈহীগী ময়াই কারম্বদু উরক্লে। নাক য়েৎ নীংশিংদ্রবা খোইনি। অগুাংবা লৈ অপিখক্লা হেন্না গুাংলৈননা ইপোম্না নোমহৌ নোমহৌ খাগুজবদু উরকপমক্তা বীনা তাইবগু অমদি মগুলানগী লাংদাইদা গুাওচৎননা মুন্না য়েংদুনা লৈরুই। পূম্নমক কাউরুরে তিংখংলৈ উনাখোই  লৈকোল অয়ুক - অমত্তা খগুলুদরে। মশানা মশাবু খগুখিদরে। নুংফাওনবা ঈংলবা মৈবা অমনা মশাবু পোকপমখৈ শাহল্লম্মে হায়বসি মশা খগুখিদে। ঈংলিবা অয়ুক অদুদা হুমাং অনগ্নী কাংলে হায়বা খগুখিদে। মশা তনিক তনিক্লি হায়বা খগুখিদে। পায়রিবা শমজেৎকা লৈ মশা মচেৎ অদুগা করম্বা মতমদা থাধরম্মগা মাগী কাদা চেনশিল্লকখিবগে হায়বসি বীনা মশা খগুহৌদে। মশানা ভাব তারকপদা মিংশেল মমাগুদা মশাগী শক্তমবু লাগুতক্লবগী অয়ৌবী থাক্তা য়েংজদুনা লৈরম্মে। নাকচীদা হুমাং মীৎলুদা পিরাং-ঈরীক অনীগী ঈহৌনা পূক্লীং ইহুলগী লৌনম্বাল নীংখায়রম্মে। মালেম লৈনুংদা চেনবা ঈচেল মচাদা লৈশেম মমাগুগী অদুগুৈগী ঈচাও অদু লাকলম্বনা থম্মোয় পূক্লীং হকচাং পূম্নমক তাউথরম্মে। পূম্নমক হুমদোকপা গুম্বা নোংলৈ নুংশিৎ অমগী ইরৈদা মরূ ফূক্লবী লী পাম্বীগুম বীনা ফমুংদা হাইধরকই। মোনচেপ অনীগী কারকতা মমায় লূকশিন্দুনা হীক্লা হীক্লা কপ্পুনা লৈখি। মখোল থোক্লা কপচখি। নুংহীক্লনা কপখি। কপখি।

গুাইহাক কপ্পুরবা মতুংদা বীনা মফম মায়কৈ খগুহৌদনা খংশাউ শাউরকই। ফুক হৌগৎলকই। মোন অনীদু লাক্তুনা লংখি। লুখুমদা খিল্লিবা মেজ মচাদুদা য়াম্না লুনা তৌজনা কংলবা গুলাব মশা মচা অমনা চেনা মরক খন্না তরু- তরু থম্মিবা ‘গীতগোবিন্দম্’ অদু তাপ পায়রগা থোগুলোমদা লৈজবী থাদুনা লংখি। মায়কৈ ওন্ননা নাম্থোক্তুনা মিংশেনদা পাল্লগা লময়াইদা পদ্রাক তাই। য়েংলুবদা মমি উরকই। মৈরীদা অশৌবা থাউ হৈজিনবগুল্মী। অমুক্তসু পিং লাউরকখি। থোগুজিন ময়াদা লৈরিবা খোগুগুপ নাম তাপ খূল্লগা মিংশেন তম্না লংলুই। মিংশেনদু নীক্তুনা খাগুখি। শাউনা ফী- ফী কামদুনা য়েংলকপদা চোল্লপ তারক্লবা মশমনা উবা গুমদে। মখূৎনা শৎ খোমগৎলুই। অমুক ব্রায় তারকই। হে- রা হায়না শীংনরম্মগা হূপথরকপা মশম পূম্নমক খাংগুৈদা তুবৎ- তুবৎ চপ্পগে লেপ্পুনা মানা গুরাং নহান পায়রম্বা কাতি অদু কোয়থী থী, কোয়য়েং য়েংই। লৈরমদে, ফংদ্রে! হাথু- হাথু থোরক্তুনা মকু ইবোহলগী কাদা হোৎচিল্লক্তুনা থিরুই। ফংদে। তাল্লকসিদা ফোন খীংলকই। হাইরপতি য়েংলুই। পায়খৎতি পায়খৎলমদ্রে, লায়েং

কা অদুদা য়েংবা থোকলকই। থোঙ লোন্দুনা লৈরম্মী। শো লোনবা পুনা পানবা থোঙ নত্তে। অদুবু ওন্ননা ঈল্লুবনা হাংবা হেক্তা য়াদে। পাখৎপমখৈ শাউই। য়েখায়রগে হায়বগী মওংদা অনকপদা খৃৎলাই য়েংলুই। থেংনদে। মায়কৈ অরেপ্পা অমা থমদনা চৎলকই। ঈরুকা থেংনবদা ফৎ চঙদুনা থোঙ ক্রোক লোনশিল্লগা ফক্লাংদা মমায় লুকশিন্দুনা শ্বর থবেৎ- থবেৎ হোন্দুনা লৈরুই। কুইনা, ফনা কুইনা ওখাক কুইনা লৈখি। কা মরিদা ফোন কুইনা খীংদুনা লৈরি। কুইনা লৈরুরবা মতুংদা তপ্লা ঈংথরকখি। পূম্নমক কাউরবী বীনা ঈশিং কোঞ্জিন অনীমক লৈথোক্তুনা ঈরুজরুই। কুইনা লুদুনা লৈরুই।

অরাম্বা ফাওরক্তুনা করিগুম্বা খরা হৌদুনা ঙৌদুনা চারে। চাইরিবা কা অদু লোইশিল্লগা ঙাইহাক পোখাবা ওইনা হিপথৈ। হিপ্লা হিপ্লা উরোরোন তৌরকপগী অদুদা খল্লকই- ঐ অসিবু ঙাওরবা জাৎলা ?

নুংথিনদা ফোন অমুক্তসু খীংলকই। মানা নীংশিংবদা হন্দক্নী অসি তরুক্লক সুবনি। লাকপগী লাকপা হামু-হামুনি ক্লিনিক্লোমদা অদুম তৌজখিনি খন্দুনা পায়খৎলুদ্রবনি। তোয়না লাকতুনতা লৈবনি। চিল্লবা তাঞ্জাদা চমখ্রবা ব্বাফম অমগী ওইরমদুনা খোয়দৌ লংখৎপনা কোঙ্গায়নি। নম্বর ওন্নবগী তাংককসু কৃংলপ লৈবনি। পায়রুদ্রবনি। অদুবু তোয়রক্লবা অদুদদি হিপ্লা হিপ্লা লামদুনা পায়রুই। ক্লিনিকতগী উমা ওইরম্মী। হংলুই,

... কৈনো কৈদৌরে উমা?

... ইচেম্মা চখোকপিরুব্রো নিপান মাপল্লক সুরে তৌরিবা। ইচেম্মা রোজিতাদি মতা চাদ্রবদি হীরী কোনফম চীংখোঙদকা চৎলমগদ্রা য়েংলুনি হায়দনা থোকখি। ফনা কুইরে।

... ঐ থবক খরা তৌবদুদা পায়হৌদ্রে। কৈনো, কৈদৌরবা?

... কৈসুবুদি অরুবা মান্দে। পাবুঙদো হোস্পিতালদা লৈরিবা।

... হা! বাজিবো? করি তৌরবা ?

... ঙসাই হিসাব অসুম য়েংশিল্লম্মগা ব্বারে পোখাগে হায়দনা হিপ্লদা কাংথোন্দগী ওস্থরকপা। দোক্তরশিংসু লৈতবা তাঞ্জা থোক্তুনা খুদক্তা লায়েংশঙদা পুবনি।

... করিনোনে হায়রিসিবো ঐখোয় বাজিরো, কনানো?

... পাবুঙ দোক্তরনে।

ঙক্লা পাখৎলিঙৈদা রোজিতা তহা- তহা লাকই। মফম খরদা চৎতুনা য়েংলুরে, য়ুমদা লৈরম্বসু য়াই হায়না লাক্লিবনি হায়রে। মানা হায়বদগী ব্বারোল

পূম্নমক তারে। ফি তনহোং হোংদুনা রোজিতাগা চৎমিন্নরে। লম্বেনদা ৱারী তৌনবদগী বীনানা খনবসি বাজিগীসি পঙথবী ওইবা য়াই। অমুক্কসু খল্লি। অস, ঐদি ওষ্কোকপনিদা, ফোন থেঙনা পায়রুইদা! লম্বেনদা বীনাগী নিংদোল চোংদুনতা লৈ। ৱারী মরক্তা অফৈবা অমসু খল্লুই- ঐগী অহল অসিনা ফত্ত- নুংদা থোক্লবদি ঐনা করি ওইহৌবা! হুমাং অনপ্নি কাংই।

চঙখিবদা ইবোহল অখন্নবা ফমুংদা শাংদোক্লা ফমদুনা লৈরম্মী। দোক্তর অমনীসু ফমদুনা ৱারী তৌরম্লি। পোত্থানবগী অচম্বা ৱারীনি। ইতেক তেকখৎনা লৈরম্বা উবদা বীনা তশেংনা নুংঙাইজে। নক্লা চঙশিন্দুনা লেপ্লুই। ইবোহলনা মনাও দোক্তরশিংদা মমৌবু শক্তাক্লুই, "সিনি ঐগী ইমৌ বীনা হায়বদো, ইমৌ নত্তে পুম্নমক্লি ইচানি, ঐগীদি লোইনমক্লি।" মুন্না খঙবা অমা য়াওরম্মী। খঙদবসু য়াওই। কৌনবগী শকখঙনবগী ৱাহৈ অনী মরি হায়রবা মতুংদা অমনা হায়রকই, "অদুদি সর ইমৌ দোক্তরসু লাক্লবনিনা, ঐখোয়সু কুইরে থায়নগী ৱারীদা ঙাইহাকসু পোত্থারে থবক ইংখাংসু খরা অমুক য়েংলুখিগে। অমুক লাক্কে। ইবেম্মা দোক্তর বীনা নঙগী নকু কৈসু তৌরোই। খরা চেকশিল্লগা শাজেন খরা তৌরগা অদুম ফজখিনি। য়েংঙু নঙসু।"

"ফনি", বীনানা খুম্মুই। দোক্তরশিং থোকখিবদা ইবোহল থিন্দোকপা থোক্কে তৌই। ঙমফাত্তবগী মওং উবদা বীনানা মখূৎ তিংথোক্তুনা খাম্মুই, "বাজি!" ইবোহলনা ঙাক্লৌ পীরিবনি খন্দুনা বীনাগী পাম্বোমদা তাপ পায়রগা হৌগৎনবা লাক্লরুই। খংলাক খংজিন ওইনা ঙকলবী বীনা তথক তথক্লা খুয়াদা লেপ্লিবী রোজিতারোমদা য়েংথোকলুই। রোজিতা তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙকপসু মাপ্লি চিংনরপ তৌবসু মাপ্লি। চঙশিল্লক্তুনা হায়রৈ, "পাবুঙ হৌগৎপিনুদা।" হোৎনরুরবা অহলনি। হঞ্জিন্দুনা ফমথৈ। খুজী শিদ্রবা মমৌগী খুজেং অনীদা ইবোহল মুন্না য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরুই। করিগুম্বা কানদা চন্দোল অমুবা উখিবা মমৌগী লাইবক্তা তপ্পা ওনখত্তুনা য়েংখৎলকই। ঙাইহাক মুন্না য়েংদুনা লৈরুই। ৱাই ইচিন চিনবগুম থোক্লবী বীনানা চগু- চগুরপ থোক্লবা মোম্পাক ফিদক শেমজিল্লিবী রোজিতাদা হায়রকপনি,

- রোজি ঐখোয়গী গাড়ী উরমদে, ঙসাই বাজি করিদা লাকই?
- মখোয়গী এম্বুলেন্সতা।
- ও, ঐ ঐখোয়গী গাড়ী কৌরুগে নঙ বাজি শেন্নরম্মু।
- ঐ কৌজরুগে, মেডাম সুম লৈবিয়ু। করিগীনো কৈদৌনবনো?
- বাজি পুরসি।

- কদাইদা ওইরবনো?

- য়ুমদা।

- লায়েংবদি?

- ঐ লৈরিসিদি। নঙ সুম লৈরম্মু।

হায়রম্মগা ফোন তৌদুনা ড্রাইভরদা কার পুরক্নবা হায়রুনবা থোকখি। করি মওংনো হায়বগী মওংদা রোজিতানা ইবোহলদা য়েংলুই। অহল অদু য়াম্না পেঞ্জনা মোমোন্নদুনা লৈরম্বা উরুই। রোজিতানা হংলুই,

- পাবুঙ মেডামনা হায়রিসিবু চৎলদ্রনে?

- মানা শীল্লবদি য়ারে।

- পাবুঙগীসিবু?

- অরুবা নত্তে। হৌরকপদসু ঙায়রি। অহল ওইরকপদগীসু অয়াম্বনি পৃংফমক হেক ফবা হায়বদুদি ওইদবা য়াই। লোয়ননা অসুম লৈমিন্নগদবনি। হৈনা লোয়নরগা কৈসু তৌগদবা নত্তে।

- পোত্থাবিবদি চুম্মনি।

- অঁ, পোত্থাবা চুম্মে।

গাড়ী মনুংদা ইবোহলনা হৌদোক্লুই,

- বীনা, ইপাবু ক্লিনিকতা লৈবনা চুম্মোইদ্রনে, শঙবা ওইনা লৈরসিরা হায়বা?

- বাজি ক্লিনিকসি ঐখোয়না থোকপা তৌরগে, য়ুমদা পোত্থাবিরো, য়ুম শঙবিরো। অহৈবা অখঙবা দোক্তর অহলশিংগা তান্নরগা য়ুমদা য়েংলসি। ক্লিনিকতি মশানা অদুম চৎচরবনি।

- হেন্না চাউখৎহনবা ফহনবা তাবদি নৎত্রো?

- ঐনা হোৎনরগে।

- য়ুমদা অসুম সুজিন্দুনা লৈবা ঐ হৈনরোই। অঙাং অমা লৈ- লাক্তনা ইশু ইপু শান্নদুনা লৈগনি হায়বসু!

হায়দোকপা লোয়দনা মরক্তা খংলেপ লেপ্লি, মমৌরোমদা হাইরপ য়েংলুই। মমৌ নুংঙাইখিরোই খনবদগী কদায়দা হায়রুরিবনো হায়না খল্লকই। বীনানা ঙাইহাক খল্লুরগা খজিক নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই,

- অদুগীসু বাজি ঐ লৈরি। অঙাং ময়াম অমা পীনবা শীনগনি !

- হা ! কমদৌনা ?

- ইন্দোন মালতী বুজারী লৈরিদনা।
- হা ! মানা কমদৌবা ?
- মাগী মশু খরা লৈ। মখোয় লৈহল্লরো হায়রগা য়ানি।
- ওয় !!

চীংলেম্মবা নিয়ম অমদি লৌশিংগী ওইবা লূম- লূম লাউরবা ব্রাহৈতা থোকলকখিবা অহলগী চীনদগী চন্লবা পীক্লিবা অঙাংগী মানবা 'ওয়' অমা থোকলকপদা রোজিতাদি য়ৌনা ঙক্লুরে। বীনাদি থোইনা ঙক্তে। মদুগুম্বদগী হেল্লবা অঙম- অরায় খঙদবা কয়ামুক তাপ্লবনি, হৈনখ্রবনি। ঙাংগনবগী মতিক মতা চাদবা ব্রাহৈ ময়াম মথং- মথং শীজিন্নদুনা চৈবদসু হৈনজবা অহলনি। হৈনরকপা কুইরে। হায়নীংবদা পনবা অহল নত্তে। মবুক্তা ব্রা পঙথম থমদে। অনাবশিংদা ব্রারকপদা মচিং মান্নরম্বা য়াওরমদুনা খৎনখিবা য়াওরিবনি। বীনানা থেমজিনখিবা অমুক- অনীরক য়াওখিবনি।

পঙথবীনি। খোঙগী শরূক শিথবা হৌরকপনি। মমৌনা কন্না লাক্লদুনা লায়েংই। য়ুমদা লৈহল্লে। দোক্তর মথং মথং তান্নদুনা অয়াবা অঙম্বা মওংদা লায়েংবনি। ইবোহল মশানসু লাইরিক মথং মথং পাদুনা নৈনদুনা তান্নদুনা য়েংজরি। হিদাক্তগী শাজেননা হেন্না কান্নে খঙলবা অহলনি, চাং নাইনা অখন্নবা অকক্লবা শাজেন খরা মথং মথং চখরি।

বীনা অয়ুক নুংথিল নুংদাং মতম পূন্নমক্তা মশাবু থবক চিলহন্দুনা ক্লিনিককী অনাবশিংবু, য়ুমদনা মকুবোক অহলবু অমদি মশাবুসু লায়েংনবা লাক্লরি। মনোবিজ্ঞানগী লাইরিক কন্না পারি শংগে তৌরকপা মতাং মতাংদা। পূক্লীংগী ওইবা শান্তি ফংননবগী ওইনা মরক মরক্তা ধর্ম্মগী ওইবা লাইরিক খরসু পারি। লূনা তৌজরম্বা 'গীতগোবিন্দম্' দি লংখায়রুবা মতাং অদুদগী নীংথিনা খূনগৎলগা লাইবক হন্না হন্না কৎলগা য়োৎকী অম্বারীদা লাৎপগুম থমখরে। টি.ভি.দা পাউগী শরূক নত্তনা অতৈ য়েংঙুদনবা লাকনরে। নীংবদা থৌবী চনুনি। মশাবু নুংপান তূনা ওলহনগে নীংবনি। য়ামদ্রবদা মশাগী নুংগী শরূক্তি ওল্লগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্তুনা মায়পুননা লাক্লরি।

মেঙবগী মতিক অকনবা থৌওং লৈ। পূক্লীংবু খূদুমদা থম্বদা হূকচাংগী তেংবাং মরূ ওই খল্লকপা নুমীত্তগী শা- ঙা চাবা খংতোক তোকই। হাউনা অমদি পাম্লা চামিন্নরম্বদগী ঙা থোংবগী তেঙ্গোৎ হেক্তা শোকখিদে। মথংগী চাক চাবদগী মনা মশীংতমক চাখি। চাং পুবগী চীঞ্জাক মশক মুন্না খঙবনি। মনা মশীংনা মহুৎ শিল্লি। মনামশীংদা ফাওবা শোক্লোইদবা মচল কয়া মথং মথং থাদোকলকই।

পায়ররোই হেক খনখিবদা হন্না ফাওবা য়েংবা নত্তে। থোং থাক্লিবা মীদা ওৎপা তৌবা নত্তে। শন্নবা য়াদে হায়বগী ব্রা থমদে। চাদবগী ব্রাদনি। চামিন্নবদা অপনবা থমদে। ইবোহলনা ধর্ম্ম- কর্মগী ব্রাদা পঙথা থাজবা চুমদে হায়না থেম্মুবদা খুম্মকখি,

- ধর্মগী লাইগী ব্রা কৈসু লৈজদে বাজি, চুম্নসুম চানীংঙক্তবগী ব্রানি। হৈনদবা চানীংবা চানীংদবা অসিদি মী মীগী মহৌশানি।

ইবোহল মখা তাদে। তাবা ঙমদবদি নত্তে। মথংগী চহী হৌরকপদা কেবগী ফিজেৎ অমদি লৈতেংপোৎ মপূং মপূং ওইবা খরা খুদক্তগী শীজিন্নবা তোকই। হকচাং সাপোন মচা অমখক নত্তনা পুম্নমক থাদোকখিবা খঙহৌদে। শামপু ফাওবা চীংহীনা শিল্লকই। থাউ মরীক অমফাওবা তৈরক্তে। শীজিন্নরম্না লৈতেং মশৃশিংগী ওইনবা য়োম্মগা পীখি। মালতীনা পোৎয়োম অদু পুখিরমদাইদা হায়রম্বনি, “হোয়দা ইবেম্মা, ঐখোয় ইবেম্মগীদি অসি পুম্নমকসি সুকয়াও য়াওদ্রবসু য়াবনি। কেদবনা হেন্না ফজরবনি। মঙাল অমা তানা ফজরে।” বীনা হরাওরোই হায়বা ঙমদে। হায়রুই,

- ইন্দোন বুজারী মঙায়রে ঐবু থাগৎপিরিবা।

- হ্ ! থাগৎপগী ব্রা নত্তে ইবেম্মা, ঙাল্লিবসিনা খঙসনু, পাৎপু তুরেনবু চীংবু কনানা লৈতেংবগে। থানিনগী থাবু পাউদর থাব্রো, চন্দোন থিনব্রো !

- এ, য়াম হৈনা ইন্দোনদি। থা অসিদি ঐদি মমায়দা অমুবা চন্দোল থিনবোইনা উরি।

- মদু লৈতেংপোৎ নত্তে ইবেম্মা, চন্দোনসু নত্তে মশাগী মহৌশানি। মহৌশা অসিনা পূমহেননি। খৃৎনা শেম্বসিনি মল্লিবসে। মহৌশা অসিদি লাইনি। ঐখোয়না হায়নবদা ফজবদা লাইমচামুক ফজৈ হায়নৈদনা। ঐখোয়’বেম্মদি লাইমক্লি, মাগী মচাগাক নত্তে, মপীদুনি।

- লাই মপী, লাইপীদা তারেনে?

“হাই নহোয়নীগীদু লাইজাউ হায়যুনহে!” মনীংগী মাঙ্গোন মচাদুদা লোংনা হিপ্পগা খোঙ নাম- নামা শিল্লোন শিঞ্জিন থাঙ্গৎতুনা শাজেল তৌরিবা ইবোহলনা শংদুনা লাউরকপনি। তাবমক্তদা নুপী অনীসি নোক্লিংবা মান্নরুরমাল্লে চপ মান্ননা হৌনা নোক্লকই। হন্থরকপদা মালতীনা হায়রকই, “ওম্ভোকপা অহলনিদকো !” চাকশঙলোমদা লৈথোক্তুনা থোকমিন্নরকপদা বীনানা হায়রুই,

- ঐখোয়’ বাজিগী মওং অসিবু ইন্দোন বুজারীবু হৈনদ্রিবনে? ঐদি হৈনরে। মীগী মমাঙদবু হায়বনি ঐখোয়দা ঙায়রবদি অমহাগী অমহা ওইদ্রিবনে?

- নুপানা কজোই-কমাং য়াম্মা ঙাংবসি কয়া হৈনদেবো ইন্দোনদি, লৈশারিঙৈদগীনি ইন্দোনদি তাবা ফাওবা হৈনদে।

- হে-রা, কজোই-কমাংদি নত্তেদা।

- ইবেম্মহোয় দাক্তোরদি ওম্থোক ওম্থোকপসি লায়না লায়না পল্লি ঙাংই। অহানবদদি হৈনরমদবনি হৌজিকপুদি মহৈনরেদা। অদু ওইরসু -

- অদুগী ৱাদি ইন্দোন, মীগীদি পরীক্ষাদা হৈ-লৈ ঈশ্বরদা কত্তনা ফিশেঙ শেত্তনা চৎনৈ ঐখোয়দি ওম্থোক ওম্থোকপা য়েক্তনা খোত্তনা পায়দনা খোৎতনা পুদুনা চৎলিবনি। মদুদা পরীক্ষা ঙম্মকপ্লিবনি। হৈনদবা য়াদবা।

- হোয়দা শিনফমনিদনা ! অদু ওইরসু তাইঙোসিদি ঙাংবা পনবদা কায়াৎ অমা হেনবদৌনা তৌবদো।

বীনাসু য়াদবদি নত্তে তাবদা খজিক নুংঙাইতবগী ৱানি। মকুগী মায়োক্তা ঙাংলকপা ৱাফম মঙোন্দা নুংঙাইনা থোক্কে। অহলনি, হৈনজদ্রবনি হায়বগী নীংতম্বা অমা হেক- হেক পীজবনি।

ঙসিসু বীনা চৎপগী থোক্লকপদা ইবোহলগী কাদা চঙলকই, হান্নগুম চৎলুখিগে হায়না তাক্লে। চৎলমদাই খুদিং মকুগী নাক্তা চঙলক্তুনা হকচাংগী ফীবম হংলৈ চৎলুগে তাক্লে। হল্লকপা খুদিং, থেঙলবসু ঙল্লবসু চঙলক্তুনা হল্লক্লে হায়বা তাক্লে লোয়ননা ফীবম য়েংলৈ। নুমীৎতুগী ক্লিনিককী অশম্বা পাউদম তম্মৈ। অনৌবা ৱাফম লৈরকপা মতাংদদি ঙসাই টেলিফোনদা খঙহনখিবা, খন্নখিবা অদুগী মথক্তা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা অমুক তমদুনা তাহল্লে। লোইনা খঙলবা ওইরবসু ইবোহল পূক্লিং চঙনা তায়, ঙাংই। করিগুম্বা অরুবা মতাং থেংনরকপদদি অততাই ওইবা মখোয় অনীদনি, কুইনা ফম্মিনদুনা খন্নে, নৈনৈ লোয়ননা পোরম য়াৎনৈ। হেন্না লুবা মতাং লাকপদদি কৃপ্পা তান্নবা খন্নবা অমদি নৈনবদা অহীং নোংয়াই ফাওবা হেনবা য়াওই। চাক থিগদবগী ঙাইরিবী মালতী চাফম মেজদা ঙাদুনা তৃম্বা য়াওই। ঙাইবমখৈ ঙাইরগা চাররোই হয়েং চারগে হায়দনা তোকখিবসু কোঙ্গায়নি। মালতীনা শাউনীংবসি মানা নীংথিনা শেমশারগা চাররোই হায়বসিনি। নোংঙাল্লগা মশৃশিংনা হেক-হেক চায়। মমৈদদি মাসু অহল নহা অনীনা ফম্মিন্নখ্রবদি মওং মুন্না য়েংলগা চাক থোংবা থোংদবরোমদা চথরে। শোয়রোইদবা, থম্মবসু কায়দবা মথেল খরদি শেমদুনা থম্মগা ফোঙ-ফোঙ শানা চাগদবা চাক য়েনশাং খরদি মতাং য়েংদুনা ঙাইরে। মী অহুমদগীনিনা কুইনা চঙদে। মথেল অতে মথং- মথং তপ্পা থাংদোক্লিঙৈদা চাক কামহনবদুদি মাগী খৃদুমদা লৈ। মশানা খরগা তপচবগা খরা অমুক তপথনা লাক্লবদা লিনসু শি

চৈশুসু তেক্তে। হৈরবী মালতী বুজারীনি।

হেক চঙলকপগা বীনানা ঙরাং সহী তৌবদা ব্রাৎহৌরবা চেক মনাদু ফাক্তোক্তুনা লানশিল্লগা হায়রুই,

- ঙরাংগীদা মরক্তা অমা চিথরম্মে বাজি।

- নঙ অদুম তৌরো কৈদৌরগে ঐ অমুক চেন্নদ্রবসু।

- হ, বাজি সুম তৌবিখো। মচা- মশু লীশীং তরা- কুনগীদি ঐনা তৌরবসু তলবকী করিগী অচৌ-অচৌবশিংদি বাজি খঙবিবা তাবনি।

- নঙনা খঙঙে লোইরে কৈনো।

- ঐনা খঙবনা খঙবনি বাজি খঙদবা য়াদবনি।

- করিবু খেন্নরিবগে ঐগা নঙগা! অমত্তনি। নঙনবু হেন্না ঐ ওইরবনি। হেন্না ফবা হাফ হায়রেদনা অদুনা কদাই কলম?

কলম লৌথোক্লগা মখুম হাংদোক্লিবী বীনা নুংফাওননা খংপ্রেক খংবগুম তৌই। ইবোহল্লোমদা খংয়েং য়েংথোকলুই। অহল অদুদি করিসু হায়খিদবগুম চেক মনাদা য়েংলগা কলম ঙাইদুনা লৈ। নীংশিংলুদ্রবা লৈনম অমা ফোঙ অমুক্তসু ফাওরকপগুম তৌই। তপ্না হৌগৎলগা তহা- তহা থোকলকই। ইবোহলনা হায়রকই,

- কদায় চৎলে ?

- কলম লৌরক্কে।

- নঙনা পায়রিদুদি ?

- মুক য়াওদে !

- মুক কংলবা কলমদি করিগী কোল্লি, লংখ্রো !

মুক য়াওরি, থন্না য়াওরি। বীনা অমুক চঙলুদরে। মন্দোন বুজারী থাজিন্দুনা কলম পীহল্লগা চেক অদু পুথোরক্লবা হায়রে। কার থৌনা থৌনা অদুঙৈ চহী তরামুক্কী মমাঙদা মপুরোইবা জয়চন্দ্রনা হায়খিবদু হন্না হন্না তারকই, "ইবানী মপুম অমগী তংখায় তংখায়নি - হাফস, নঙনা বেটর হাফনি ... নঙনা বেটর হাফনি .. নঙনা বেটর হাফ ... !"

গাড়ী থৌজিল্লকপা উবদা নর্স উমা চেনশিল্লকই। বীনানা পায়দুনা থোরকপা সুটকেশ মচাদু ওক্তুনা লৌরগা চঙমিন্নরকই। উমানা হায়রকই,

- ইচেম্মা ঙসিদি পুংচম চম্মবা ফিজোনদা লাকপদুদা থাজরুদ্রে।

- করিগী ফজদ্রবো?

- এ, ফজবদি ঙসিগীসিনা হেল্লিবনি। ইচেম্মদি ইপক্তা পকইদা, সাড়ী ফিইনদসু, ঙসিগী পুংঙৌফনেক্তসু। অদুম লেম্মিদা।

- নঙনা থাগৎপসি থাগৎলিদা উমা।

- থাগৎপগী ৱা নত্তে ইচেম্মা অশেংবগীনি। চন্দোন ঙৌরোক ঙৌনা থিল্লগদি পুঙশেং শেংবা মাল্লনি। নহান য়েংখিবা টি.ভি দা লাকপা ফিলমদা আশ্রম অমদা লৈবা লাইনীংবী মকোক অদু মাল্লক্কদৌরে।

- মানবমক্তি মান্দ্রিবা?

- খজিক্তুংদি খেন্নরি।

- ও।

অনাবশিং মরোন অমা চত্তুনা য়েংলুরগা ময়ামদা য়েষ্থোক্লবা চেক শিন্নবা একাউন্তেন্তকী কাদা চঙলকই। কেপ্তেন দোক্তর মংলেম ফমদুনা একাউন্তেন্তকা ৱারী শাদুনা লৈরম্মী। বীনানা হায়রুই,

- আই, সর লেঙবিরক্লম্মে?

- ঐ দোক্তরবু ঙাইরম্মীবনি। কুইরে য়ৌরকপা পেসেন্তকাসু য়েংলুরে। বেড নম্বর ১৪ গী থম্মোয়গী অসি খিত্তং লুদৌরি।

- লেঙঙসি ঐখোয়গী কাদা। ঐসু সরবু ঙাইজরম্মিবনি।

দোক্তর মংলেমগী ওইনা থম্মবা কা অদুদা চঙমিন্নরকই। ফনা কুইনা হাংহল্লুদ্রবা কানি। অদুবু তরু- তরু তনান তনান লৈরম্বা, হৌজিক্তা মী লৈরম্মিবা শীজিন্নরিবা অমা ওইনা লৈরম্বদা বীনা মাগী থবক তৌবশিংদু থাগৎলি। পেল্লি। তলব খর- খরদং হেনগৎপিয়ু হায়না পিয়োনশিংনা হায়রকপদু মকুবোক্কা খন্নরগে খল্লকই। হান্নগীগা ইমান মান্নদবা মনম অমদি ফাওই। বীনানা হংলুই,

- সর, অসিদা লেঙশিল্লম্মবরা?

- ঐ চঙলমদ্রি। কৈনো ইথরগুম্বগী মনম অমা নম্বদৌনা তৌই। হিদাক লাংথক য়ুবগুম্বা কায়বগুম্বা লৈব্রা কৈনো। ঐদি ফমদবা চঙদবা কুইরে থা অহুম মরি ফারম্বা য়ারে। ঐনা লাকপা নুমীৎশিংদসু পেসেন্ত য়েংলম্মগা অদুম হেক্তা হনবনি।

- হোয়নে!

চহী অমগী মমাঙদদি দোক্তর মংলেম নুতিগী ঙাইহাকতা ওইরসু লাক্লম্বনি। মাগী কাদা ফল্লম্বনি। মা মশাগী ক্লিনিক অমা নক্লবা কৈথেল অমদা হাংখিবদগী

অথুবা তঙায়ফদবমক লৈত্রবদি লাকখিদবা হাপ্তা য়াওখ্রবনি। অদুমকপু চিল্লবসু চিন্না মরক মরক্তদি লাক্লি। ঙসিসু লাক্লি। থমোয়গীদা ওইবা অনাবা অনী মানা য়েংলি। মানা লমজিংলি। য়ুমদদি ইবোহলগী নাক্তা তোয়না লাকই হায়বা খঙই। করি করিগুম্বা মতাংদা ইবোহলগা টেলিফোনদা ৱারী শাংনা- শাংনা তৌনবা য়াওই হায়না মালতী বুজারীনা হায়। বীনানা থেংনবদি নত্তে। ক্লিনিককী থৌরম অমদি থৌরাংগী মতাংদা অনৌবা ৱাফম মথং- মথং খন্নরম্বা য়াবগী থাজবা কয়া লৈজবনা বীনা থোইনা হরাওজে। ইবোহলনসু চাউথোকহনবা পাম্বগী ৱা হেক-হেক হায়খি। থংনবা নৎত্রগা অরাপ্পা শহরশিংদা মশা ওইনা অমনী হাংবগী পোরমসু হেক হেক পল্লি। বীনাসু মদোমদা খনবা য়াওই। অদুবু মশা মচা মচা হাংবগী মহৎতা মখোয়গীসি হেন্না চাউথোকহনবা পামজবনি। অদুনা অহল অমনা হায়বগী তারবসু মায়কৈ অদোমদা পুক্লিং হেন্না চঙবদি তৌদ্রিবনি।

ফমথমিন্নরকপগী অদুদা দোক্তর মংলেমনা হায়রকপনি,

- দোক্তর বীনাদি ইচম চম্বসিদনা হেন্না ফজরেনে।

- সরখোয়না থাগৎপিদনা কনানা থাগৎপিগনি। ঐ সরগী ক্লিনিকতা লাককে থিঞ্জরক্কে খনবনি-

- লাকউনে, ঐদি ইতৎতত্তনা লাকউ তেংবাংবিররাও মতাং মতাংগী ওইনা খরসু য়েংশিনবিয়ু হায়বনি। ইরেঙ লেঙঙক্তে। ঐগী অসোমগীসিসু, ঐনা অসোমগীসি ঐ ইশাগীনি খনবগুম দোক্তর বীনাগী নশাগীনি হায়না খনবিয়ু হায়রিবনি। অসোমদসু বীনাগুম্বী অমা তঙায়ফদ্রবনি।

বীনা মোমোন্না তানা তানা চেকবুকতগী মনা অমা শেৎলগা চেখাউ অমদা হাপ্লগা মংলেমগী মাঙদা লামদুনা থম্মগা হায়রুই,

- ৱারৌবিনু অসিদা শোয়দনা লেঙঙক্কদবসু লৈ হায়দনা থিঞ্জরক্তবনি।

- বীনা, নঙগীসি ঐগী তোলোপকী চেক মাল্লি?

- হ ! তোলোপকী নত্তে চুম্না সুম -

- ঐ লৌররোই হায়দনা লৌদ্রবনি। চান্নবা পাংঙগে হায়না লেপ্লবনি।

- ঐ খঙজে সর, লৌবিদদুনা লাক্লবনি। ঐনা সুম নুংঙাইজদদনা অঙম্বা খরদং -

- ঐ লৌরোই দোক্তর বীনা। ঐখোয়গী কেশিয়ারনা পীবদা লৌরক্লবনা নঙনা, নশানা পীবনি ঐ খঙই। বাবানা পীবা ফাওবদা ঐ লৌদ্রবনি। শেল পামদবা, দরকার লৈতবা মীদি নত্তে, শেল তানবগীসুনি ঐনা ক্লিনিক অমা হাংলিবসিসু।

- মদোমদা -

- ঙাইখো ঐগীসি তাখো। নশানা পীরবনিনা ঐ লৌদবা য়ারোইদৌরে। লৌরগে। ব্রা অমদি হায়গে মসি লৌরগা অদুম লোইরবা মতুং অমুক লাক্লবা -

- এ, অদুদি !

- ঙাইবিখো ঐ হায়জখিগে। লাকউ লাকখো থবক অদুম তৌখো হায়রগনা অব্রামন অসি পীদ্রবা লৌদ্রবা।

- অদুদি ঐখোয়বু নুংশিবিররোই হায়বনি।

- নত্তে, মদু নত্তে। বাবাবু, ক্লিনিক অসিবু, অসিগী মী পূম্নমকপু, দোক্তর বীনাবু য়াম্না নুংশি। য়াম্না নুংশি। পামজে। অদুনা -

- অদুনা থাদোকপিরম্মগে অসিনি ?

- থাদোকপগী ব্রা নত্তে। হেন্না নকশিন্নসি হায়বনি। ইশাগী ওইরবদি নকলেদনা। ইশাগীদগী অব্রামন লৌরোই হায়বনি। লৌবগী মহৎতা পীবা পীনবা পাম্মী। হায়বদি, ঐ হায়রগে। হাপ্তা অমদা ঐ নঙগীসিদা হুম্মি লাকপা, অদুমাইনা দোক্তর বীনানা ঐগী ঐখোয়গী অসোমগী ক্লিনিকতা হুম্মি লাকপা।

- ঐদি কৈদৌননি, করিসু হৈবা নত্তে। ঐদি চুম্নগী অশিন-অরাং ওইনা -

- অদুগী অশিন অরাং অদুনি ঐনা পাম্মিবসু। অসিদা ফজনা নিয়ম নাইনা চত্থরিবা অসুমাইনা অসোমদসু চত্থনবা শীনবা শীনবিবা অসিনি ঐনা পাম্মিবা। অসোমদা ঐনা লোইনা তৌদুনা লৈবসিদা মওং তাবা ঙমদ্রে। দোক্তর বীনানা নুমীৎ হুম্মি নৎত্রগসু নোংমতং, নোংমাইজীং খুদিংগী ওইরবসু লাকপিরগা শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবিরম্বা অসি ফগনি খল্লি। ঐনা বাবানা চেল্লম্বদৌনা মপানদা চেনবা, হোৎনবা, মনুংগী থবক্লা দোক্তর বীনানা শীনবা। অসিনি ফদৌরিবসে। হুম্মিদু তোকও, নোংমখক্তং লাকপিবা য়াবিরব্রা? ঐগীনা হুম্মি, মরিনিসু -

- মদু ঐ হৈগদবা মান্দে সর। অসিদা মাষ্টর ব্রেন ওইবিরিবদি ঐগী অহলসিনি। অহল অসিসু ঐনা কন্না শ্লেজরি। অহল অসিসু হান্না বা-বা তৌবগা অঙাং অমদৌনা লৈরে। ঐনা পিজদ্রিবমখৈ চাদবগী মওংদা লৈরে। অঙাং নহা অমা শেন্নবদৌনা শেন্নরি।

- তম্মী বাবানসু। অস বাবানা বীনাবু লুনা তৌজবসিদি করি হায়রুনি ! বাবানা হৌজিক খল্লিবসি দোক্তর বীনাগীদনি। বীনা নত্তনা অহল অসিগী পূক্লীংদা করি অমত্তা, কনা অমফাওবা লৈত্রে।

- ঐনসু অহল অসিনা লোইরবনি খঞ্জরি সর। লাইবক থীমিন্নরবনি। ঐদি কুইরে শিনিংবা। অহল অসিগীনি হিংলিবসি। ঐগীদমক্তা ব্রাবিরকপসি ঙসি-

ঙরাংতা নত্তে ঐনা ইহেৎ তস্মিঙেদগীনি।

- বাবানসু হায়। বীনাগী ইমাগসু য়াম্মা মুন্না খঙনৈ হায়।

- চুম্না খঙনবতা নত্তে লুনা তিন্নরম্বনি। ইমা হৈজিন্দুনা মাল্লি হায়দনা ঐ ফাওবা লুনা তৌবিবা মাল্লি।

- ইমৌ নত্তে ইচানি হায়দনা উন্নবা খুদিংগী পাল্লি। ইচানা নুংঙাইরগা লোইরে বীনাগী ফরগা লোইরে হায়দুনতা লৈজবনি। ব্রা খুদিংগী ঐখোয়' বীনাদা হংখিগে মাগা তান্নখিগে হায়দুনতা লৈ। ঐনা নহান নোংমা বাবাগী থমোয়সি অমুক্তগা চেক তৌসি হায়রুববু ঐখোয় বীনাগা তান্নখিগে হায়রকই। ঐ খরা ঙকখি।

- তৌবনি। নহান নোংমা হিদাক কাপসি হায়বা য়াদবগী ঐনা খরা ঙাংঙুবনি। ঐনা নমদুনা কাপহনবনি।

- মদু বাবাগী পুল্সিদা মানা হেক খঙলকপদগী অহানবনি হায়না তস্মী। অঙাং ওইরিঙেদা লাইজাউগী টিকা থাখিবা নত্তনা পুল্সিগী ওইনা য়েক্তুম অমুক্তা ফাওবা থিনখিদ্রি হায়। শিরবসু শিজগে য়েক্তুমদদি থিনহল্লোই হায়দনা লৈবনি হায়। বীনানা হায়বদগী অহানবা য়েক্তুম চাবনি হায়না য়াম্মা হরাওনা তস্মী।

- নুমীৎতুদা খরা কল্লপ ঙাংলুবগী ঐ অহীং তূম্বা য়াখিদবনি কপসু কপখি। খঙদে সর অহল অসি থনম্মগা ঐ শিবা ঙমগদবা মান্দে। মশক উবা লাইদৌনকা খল্লকপদৌনা তৌরে সর। ঐগীদমক্তদি পূম্নমক ওইবদৌনা খল্লে।

- পূম্নমক হেক ওইবদি খরা ব্রাৎকনি দোক্তর; বাবা অহনগীদি অহল ওইরে; মহৌশাগী ওইনা বাবানা হান্না চৎখিবা তাবনি। অদুগা দোক্তর বীনাদি নহানি মীয়াই চল্লিবনি। ঐখোয়গী ওইনা লৈহৌদবা য়ারোই। চৎমিন্নখিবসু য়ারোই।

- ঐদি সর মতাং অমদদি চৎমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংহৌদরে; হন্দক অসিদদি ঐঙোন্দগী হান্না চৎখিবা তারগদি ঐসু খুদোংচাবা তাঞ্জা লৌরসিরা হায়না কন্না খল্লি।

- হে-রা ! ওস্থোক ওস্থোকপা। মহৌশাগী ব্রাংমদা চৎপা হৌনদে। ফরে ঐনা হৌদোকপা ব্রাফমদা লাক্লসি। ঐনা অসিদা মরিনি লাকপা দোক্তর বীনানা নোংমা লাকপিবা য়েংবিরম্বা, অব্রামন হায়বগী মতাং থম্মদ্রবা; ঐগী ঐগীনি খন্নরবা। নৎত্রগনা মরী অসি ঙসিদগী হৌজিক্তগী অদুম তৎনরবা। ঐগীদি বাই গোড হেক্তা ফরে। বীনানা খল্লো। চেক অসি লৌরো হায়বরা শেগায়বিরগে হায়ব্রা। ওভর, এনী কোইশন ? ইহে ! করি পাম্বা হায়বিরো ?

বীনা ঙাইহাক খন্দুনা লৈ নোকমি-নোকমি য়েংদুনা লৈ। মংলেমদমুক য়েং

মমাঙদা তারিবা চেখাওদুদমুক য়েং তৌরম্মগা মাঙগী চেখাও অদু লামদুনা খজিক্তং চিংশিল্লুরগা হায়রকই,

- কোফী অমা ফাওবা থকপিবা য়াররোইদ্রা ?

- ঐদি ঙসাইনা থক্লিংলবনি। অরাকপবু য়ুম্বু ওইনা খল্লমাল্লে হায়দনা চিংনরবনি।

- য়ুম্বু ওইদ্রিবরনে সরবো !

- ওইনিংবদি কুইরে।

অনী খজিক নোকমিন্নখি। কোফী পুশিল্লকপী উমানা দোক্তর মংলেমবু উন্নবা লাম্মীগী ওফিসর অমা লাকই হায়না পাউ পীরে। মংলেমনা "চুম্মীনে, লাম্মীগী মেডিকেল কেম্প অমা হৌবগী থৌরম চৎকদবনিনে, ফরে থোক্লক্লগে হায়রো" হায়রগা কোফী নংবোই নংদবোই থকই। চৎলমদাইদা হায়রম্বনি,

- অদুদি দোক্তর বীনা, য়ানখিবা ব্বারেপকী মতুং ইন্না হয়েং অসি নোংমাইজীংনি। করম্বা কান্দা ঙাইজরম্মুগে - অয়ুক ? নুংথিল ? ঐগীদি ইয়া য়াই। ওক্লনবা দোক্তর, নর্স ময়াম লৈহল্লম্মদৌনি। হায়রো ?

- হৈবু হৈনগদ্রা খঙদেনে সর !

- ফরে, অসিগী থবক লোইরম্মগা পোত্থাবা মতাংগী পুং ১১/১২ দা লেঙকও। ঐ ঙাইরম্মগে। বাবাদসু পাউ খঙহনখ্রগে। বাবাসু হরাওজরনি। চৎলে। শোয়নদ্রবী ?

- সর।

নোংমাইজীং নুমীৎকী নুমীৎ য়ুংবা পুং ১২ চপ চানা বীনা 'ইবেতোন লায়েংশঙ'দা থুংঙি। গাড়ী উবদা দোক্তর মংলেমগা নর্স অনীগা চেম্থোরক্লুনা ওক্লে। নর্স অমদি মানা হান্না মশক খঙই। অহলনি; সরকারগী থবক্তগী পোত্থারবীনি। মংলেমনা ফম্মিন্নদ্রিঙৈদা কোয়না পুদুনা ক্লিনিকপু য়েংহল্লি। পীক্লপতি তৌই অদুগা মওংদি ফজনা তাই। থমোয়গী ওইবা লায়েংনা হেন্না মায়পুনবা ক্লিনিকনি হায়বা হেক য়েংবদা খঙই। শঙলেন পঙচাউ চাউদে; কা তরামুক্তা লৈ। অকোয়বা ইংখোনদি য়াম্না চাউই। হৈকোল লৈকোল ইংখোল চাউনা চাউনা মরাঙ কায়না লৈ। অহাঙবা অশেংবা নুংশিৎতা ময়েক শেংনা লায়েংবগী মওংদা লৈবা মাল্লি। হৈকোল-লৈকোনদুদি বীনা চান্ননা কল্লকই। মহৌশাবু পামজরকপী বীনানি। হায়রুই, "সরগী অচৌবা লৈকোল অসিদি

কল্লক্তবা ঙমজদে।” মংলেমনা থব্রায় য়াওনা পাউ পীরকই,

- থংনবগী ইংখোল অসি য়োল্লবা য়ারি। য়াম্না চাউই আদগী কেব্রা পরেং হৌরিবসে অসি ফাওবা।

- য়াম্না চাউই। মসিদা ঐগী ক্লিনিক অদুসু থম্মবদি, সরগীগসু থংনরে লমসু মরাঙ কায়রে; শেমনীংবা মওংদা শেম্বা য়ারনি।

- য়ারবনি। য়োন্ননবা ঙাংনরি। লৌশিনবা য়াগনি। চাউনা শাংনা লায়েংশঙ মচা অমা ওইনা লিংখৎনবা খন্নবা য়াবা জাৎনি। লনাইগী ওইবা লায়েংশঙ অতে লমদদি পিক থন্না লৈনরি।

বীনাদা য়াম্নমক পামজনা থোকই। লৈকোনদা লেপ্পা লেপ্পা হোস্পিতাল ওখাকপা অমগী শক্তম উরকই। অয়ুক-নুংথিল-নুংদাং তূনা ময়ামগী সেবা চাউনা তৌবগী মঙ অমসু মঙলুই।

ব্রাফম অসি নুমিদাং চাক চামিন্নবদা মকুবোক্তা তম্মুই। ইবোহল হেন্না হরাওই। থৌগৎপা অমদি থৌইনশিন পীবগী ব্রাঙাং মথং-মথং ঙাংলুই। মমৌগী য়াকা য়েংলগা অনৌবা অচৌবা মফমদু লৈরগা অফাওবা আর্কিটেক্ট অমদা শঙলেনগী মওং-মতৌ য়েকহল্লসি হায়বা য়ৌনা হায়রে। বীনানা খজিক্তংদি শহবদগী থাপ্পা থোকই হায়রুবদা ইবোহলনা তাপ ওকই,

- লাপ্পা নকপা লমদা লৈবা নত্তে বীনা; লায়েংশঙনা ফরবদা লোইনা লাক্লগনি। অফবা লায়েংশঙ য়াম্না ব্রাৎলিবা লমনি। হৌজিক্কী নঙগীসিসু অসুম থম্বা য়াই। অচৌবা অমা তোপ্পা লিংখৎপসু য়ারবনি।

- মদুগী শেঞ্জংদি মচা নত্তে বাজি; লাখ খরনা য়াবোই।

- শেনগী থোইনা চিংনরুনু। লৈগনি। ঐসু লৈরিদনা। অদুগীসু মথক্তা থা অমদা চহী অমদা পুংলোই লোইনা শাগদবসু নত্তে করতে-করতে তৌরগা লোইরে। শেম্মুংগী, পূবা খোৎপগী ব্রাসু লৈরি। নঙ নশানদা লেপ্পু ঐখোয়না থোকপা তৌগনি। ঐবু নামা শোয়রে হায়দনা -

- বাজি কদাইদা শোয়রিবা ! ফগৎলক্লিবসিদি -

- ফগৎলি ফগৎতে ঐনা লোইনা খঙই বীনা। কয়াম কুইনা চিংদুনা পুবা যারিবা হায়বা ফাওবা ঐ খঙই। মদু তোকখো কান্নদে। নঙনসু পাম্মবরো য়ানিংলবরো ?

- ঐনা য়াবা-য়াদবগী ব্রা করিসু লৈতে বাজি; বাজিনা অসিমা তৌরসি হায়রগা লোইরে।

- এ অদুদনি ইপানা ঙাইবা। য়ারে। ঐনা থোকপা তৌরনি।

ব্রাফম অসিদা ইবোহলনা য়াম্না হেন্না হরাউবা উৎপদা বীনা ওক্লপসু তৌই অদুগা নুংসু নুংঙাই। হান্নদগী খরা হেন্না কনখৎপা মান্না চংখিবদা অমুক্তা হেন্না নুংঙাইজে। থোঙ্গান ফাওবা লায়না চৎপা ওন্নক্লবনি অয়ুক ওন্তা মী ইচং চংনদ্রিঙৈদা লমজাওদা শাজেনগী ওইনা চৎপা হৌরগে হায়রিবদু চংহল্লসিরা হায়না বীনানা খনবা হৌহৌই। য়াম্না ফগংনা উবনি। অথেঙবা অহীংদা তূমলমদাইদা ইবোহলগী কাদা য়েংশিল্লুই। ওসাই মন্দোল মালতীনা কাংখল য়েপশিনবদা মমায় নাকল নামদি য়ৌফাৎলমদ্রমাল্লে নাম্বদুনা লৈবে। বীনা থোঙ তপ্লা ফাদুনা ঈল্লগা চঙলকই অদুগা কাংখল মচীদু তপ্লা ঈনশিল্লি। অহল অদুনা ইকোন কোননা য়েংবিদ্রবা অঙাং অমদৌনা তূল্লিবদু উরকই। জয়চন্দ্রগী শক্তম মশেন-মরাং উরকপগুম তৌই। কাংখল অমুক তপ্লা হাইদোক্লগা নাকন অমরোমদা পৈশিন্দুনা তারিবা ফৈজুপ অদু তপ্লা চিংখৎপিবম্মী। পূক্লীং তয়াং তশোইনা থোক্লকই। অহীং অদু বীনা কুইনা তূমথবা য়াখিদে।

নুতিগী ঙাইহাক ঙাইহাক লাকপা মংলেমনা লাকউ হায়না হায়না বীনা নোংমাইজীং মরিরক থংন-থংননা চংলুদ্রে। থবক য়াম্না কন্না চিনবগীঙাকসু নত্তে চংলুবা য়ৌরুবদা য়াম্না হেন্না কান্নবা উদবগীসু অয়াম্বনি। মানা করিসু হৈবোইদৌবা, হৈরবসু তৌবা য়াবোইদবা মওং লৈবদগী চংতবনি। মংলেমনদি লাক্তবগী য়েংশিনবিদবগী হায়নখিবা ঙাক্তবগী ব্রাকৎ হেক-হেক কৎলম্মী। শাউনা কংপদি নত্তে। নীংবা কায়বগী মোমোন অমদি য়াওই। লাক্তে থৌ-ওইনা লৌবিদবা ওইনা তৌরে হায়রকপদা বীনানা হায়কই,

- সব, ঐ লাকপনা ক্লিনিকতা কান্নবা কৈসু লৈরোই খঞ্জবননি। চুম্না সুম হায়বগীনা হায়বনি ঐনা তৌগদবা থবক কৈসু লৈতে। কান্নদবদা দোক্তরশিং নর্সশিং থবক তৌবিবশিংনা করিসু নত্তবদা নুংঙাইখিদনবনি। ঐনা চান্ননা থবক তৌরবসু নত্তবদা। হয়েংব্রাই নক্লরবা নংত্রগনা অমত্তা ওইরক্লগনা ব্রাফম অমনি। হৌজিক্তি - চুম্নসুম লাকপদি, লাক্লিংদবগী ব্রাদি নংচদে; প্রেক্টিকেল ওইদবা মওং খরা লৈবদুদা হাযজবগী ব্রানি।

- অদুবুদি চুম্বসু লৈ। সুম লাকহননীংবা ফম্মিননীংবা। থবক্তা মতেং পাংবিয়ু হায়বসু য়াদে।

- অকক্লবা ঐনা হৈবা ওম্বা থবক অমা পীবিরগদি হোৎনজবা য়াই। অদুসু নত্তবগুম তৌবসিদা ঐসু -

- চুম্মনি। ঐনা লানবা তাবে।

- হ ! সরনা লানবগী নত্তবা; ঐনা তেংবাংগদবা অহৈবা মতাংদু শেংনা

খঙদবদুদা হায়জবনি।

- ফরেনে অকক্লবা অমা পীরগে; হৎচিৎ অসিদি লাকও।

- করি তৌজগদবা ঐদি সরনা খঙবিরিদুনি কৈসু হৈবা নৎত্রে; হিদাক কাপ্পা ফাওবা হৈত্রে।

- হৈত্রবা হিদাক্তু কাপ্পনু। অহৈবা অঙম্বা দোক্তর বীনানা নৎত্রবদি হৈনররোইদবা য়াররোইদবা অমা হায়রগে।

- করি ?

- মদু হৎচিৎ হায়গদবা।

- হৌজিক অসিদা হায়বিরম্বদি য়াদবরা, সর ?

- য়াই। থবক্তি আ-গীনিনা আদা হায়বা ফবা। হা ?

- ফনি লাকচগে।

- লাক্কে হায়রগা লাক্তবদুদি তৌবা য়াদবা।

- তৌজরোই, লাকচনি। মতমদি ?

- এনী টাইম। নঙনা পাম্বা মতম অদুদা হেক্তা য়াই। ঐ অদুম লৈনি।

- ফনি লাক্লমদাইদা ফোন তৌজরক্লগে।

- ও. কে। প্রোমিজ ?

- প্রোমিজ সর।

- নঙগী সরসি হৈনরোইদৌরিদা।

- ঐদি হৈনখ্রবনি সর।

- ও। ফরে অদুদি, ঐ য়ৌরে। হৎচিৎ ?

- ফনি সর।

নোংমাইজীং নুমীৎ অদুদা বীনা নুংথিল তাল্লক্তা চৎলুই। পাউ ফংলবা দোক্তর মংলেম লৈকোনগী মতাই অমদা ঙাইদুনা লৈরম্মী। বীনানা হৈনৈ হায়বা হৈকোল-লৈকোন অনীগী মরক্তা লৈবা থেনগুম্বা লম্পাক মচা অদুদনি। চে চাং খরা লৈবা থেংনবদা বীনানা,

- সর থবক চিনবিরিমাল্লে ?

- মনীংলোম অসিদা কা খরা তপথোকপগী পোথি অমা লৈবা, অদুগী য়েংলম্মিবা। পোৎকী মমল অসুম ব্রাংখৎলকপসিদা য়াগদ্রা য়ারোইদৌরিবরা হায়দনা য়েংলম্মিবা।

- হৌজিল্লগা অদুম শাখিবনি সর। ময়াম চঙদুনা শামিন্নরগা লোইরে।

সরগীসিসু চপ চানা অদুম চাউরিনা।

- চাউবদি খরা অদুম চাউরি।

অনী ঙাইহাক ফমলে। থবক্কী অকক্লবা থৌদাংগী ব্রা হৌদোরক্কদ্রা হায়না ঙাইবনি। মংলেমনা হৌদোরক্কে। বীনানা হাইরপ নীংশিংলুই। মংলেমনা মনুংদা লেঙশিনসি হায়দনা কা অমদা পুশিল্লি। কা অদুগী থোঙদা 'দো. এস. বীনা' হায়না থেৎলম্বা উবদা ঙকলপ তৌরুই। বীনানা করিগুম্বা খরা হায়গে তৌরকপদা মংলেমনা, "অসোমগীদা ঐগী কা অমা লৈবদৌনা সোমদা বীনাগীসু থম্বা তাবা" হায়রকই। বীনানা হায়রুবনি, "সরগীদি থবক চপ চানা লৈ ঐগীদি কৈদৌননি?" মংলেম মদুগী পাউখুম পীদে। ফমথমিন্নরবা মতাংদা তপ্না হায়,

- বীনা, ঐনা ঙসি হায়গদৌরিবা ব্রাসে ওন্ননা লৌগনু; পাউখুম ঙসিমক হৌজিকমক পীদবসু য়াই। খনখো মুন্না খনখো, অদুগা ভাব তানা পীয়ু।

- সর করিনো ঐবু ?

- ঐনা হায়গদবা লোইনা হায়খিগে অদুম তাখো, লোইবা ফাওবা। মরক থৎলকখিনু। হায়গদবা হায়রবা মতুংদা মুন্না খল্লগা অশেংবদু অদুম খুম্মু। অশেংবা অচুম্বা অনীংবা খুম্বদা করিসু চিংনগনু। চিংনবা থম্বা য়াদে। য়ানীংই য়ানীংদে ফৈ-ফত্তে হায়রগা লোইরে। হায়গদৌরিবসি কুইনা খল্লবা মতুংদা, খন্নরবা মতুংদা হায়রিবনি। হায়গুম্নসিরা হায়দনা লৈরম্মবনি; হায়দবা ঙম্মক্ত্রদনা, হায়দবা য়ারক্তদনা হায়রবনি।

- সর ব্রাবু, থবকপু করিনো ?

- অসিনি; উশিৎ-থৌওইদে হায়না খনবসু য়াদে। ঐদি নঙবু কিজবা মীনি। য়াম্না কিনসু হায়দৌরিবনি। ওন্ননা খনগনু।

- হৌজিক ফাওবদি ঐ ভাব তাজদ্রি সর ! থবকতু ?

- হায়দ্রিবনি। হায়দৌরিবনি। মুন্না তাখোকো।

- তাকপিয়ু।

- দোক্তর বীনা কনানো হায়বা ঐ ফজনা খঙলবনি। ঐ কনানো করিনো কমদৌরম্মী কমদৌরি - মসি বীনাসু চপ চানা খঙলবনি। ঐখোয়বু খঙবশিংনসু খঙলবনি। ঐ অহল ওইবা নৎত্রি; দোক্তর বীনা নহা ওইরি তগৎ-তগৎ তেক্লি। পুক্সি হৌবদা ঙায়রি হায়বা য়াই; লম্বী শাংনা লৈরি। মহৌশাগী ওইবা পুক্সি অমা মকোক্তগী হৌবা য়ারি। অনৌবা পুক্সি অমা হৌমিন্নবদা ইবানীবু খঙবা পুম্নমক্লা য়াদবসু তৌরোই। য়াবসু য়ারবনি। ফরে, মীগীনা মীগী ওইরে। ঐ ইশাগী লনাইগী

ওইবা ৱাসু চাউনা লৈরি। নঙবু ফজনা, য়াম্না ফজনা উরম্বদগী, ইশাবু খামজ খামজনা হোৎন-হোৎননা ঙমদদনা নুংশিরুরে। নোংমগী মনুংদা নঙবু অমুক্তংদা ওইরবসু উহৌদ্রবদি লৈবা ঙমশিল্লক্তরে। মসি নঙদি খঙলম্মোই। মসোমদা খনবা নঙ শংলমগদবা মান্দে। অদুবু ঐগী ওইনা য়েংদুনা অমুক্তং খল্লু। মসি থমোয় অমগী ৱানি। নঙনা য়ানীংদবা লৈবা তারগসু ঐ অদুম খাঙবা তাবনি। নো অডর ৱে। খাঙদুনা হিংহৌবা তাবনি। ঙসিমক খুমদ্রবসু য়াই। খনখো, খম্থখো। হাথু-হাথু থাংগদবা খোঙথাং নত্তে। মুন্না খল্লগা য়েশ-নো খুম্মু। নঙগী - বীনাগী পাউখুমনা অরোইবা ৱারেপ ওইগনি। শেংনা অদুম খুম্মু। কোইবা লৈশি-লৈথোনবা ঐ হৈতে। ঙাংবদি লায়রদনা তাবা ফাওবা হৈনবা ৱাংলি। লাম্মী ওইরুবগীনি। অশেংবা অমা হেক্তা খুম্বিয়ু। করিসু কায়রোই। ঐগীনা ঐনা থোকপা অদুম খাঙবা ঙম্লবা তৌজগনি। ইট ইজ অপ টু য়ু - য়েশ ওর নো। হায়গদবদি লোইরে।

বীনা ঙাংবা হৌরকপগী অদুদা চম্না য়েংলম্বনা মতুংদদি মরূ লুকথরপ তৌদুনা লৈরকই। মুন্না তাদুনা লৈ। হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে। মায়থোঙদা য়াম্না চাউনা ওনবসু লৈতে। মেজদা অপাকপা মিংশেলগী মখাদা লৈরিবা কেলেন্দর মচা অদুদা য়েংদুনা লৈরুই। ঙাইহাক্তি কা অদু পূমচীক চীকই। ঙাইহাক ঙাইরম্মগা বীনা তপ্না হৌগংলি। মংলেমসু হৌগংলি। বীনানা খজিক য়েংলগা হায়রকই,

- থোকচখিবা য়ারদ্রা?

- ঐ থিন্দোক্কে।

- য়ারে সর, থোকচখ্রগে?

- পাউখুম অমত্তংদি ?

- হৌজিকমক ওইবিরবরা?

- নো! প্লিজ টেক য়োর ওন টাইম। খনবিখো খম্থবিখো। সেন্তিমেন্তকী নত্তবা রিজনগী ওইনা য়েংবিখো।

- ফনি। লৈবিহৌরো।

বীনা তপ্না চীং লেম্না থোকলকই। মংলেমনা থিন্দোরকই। অনী চম্না হান্ন-হান্নগী মহৌশাদা চৎমিন্নরকপা মাল্লি। মশা মশাবু অমদি নাক য়েৎপু খঙবা অনীনি।

মপাঙ্খোংদা ঈং-তপ্পগী ৱানি মনুংদদি বীনা নোংলৈ অমদা তনিক তনিকনা লৈ। কারগী গ্যার ওনবদা ওন্নগে তৌবনি। মী কূংদবা তাল্লকী লম্বেন অদুদা লাপ্না ময়াইদা লেপচবা শন মপী-মচা অমবু লাপ্লিঙৈদগী থৈদোক্লবা তৌরুই। লৌশিং খংতা তারকপদগী খরা অমুক্না তপথনা থৌই।

দোক্তর মংলেমগী মীৎয়েং-নায়েং, হৌখিবা ৱাঙাং শাঙাংশিং, লীচৎ-শাজৎশিং নীংশিংলকই। চিংনরপ তৌখিবদি কুইরবনি। অদুবু মদোমদা চম্না খনখিবনা মখা তাথনা চিংনবা ঙমখিদবনি। লাকপ-লাকপা খুদিংদা, ফম্মিন্নবা মতাং অয়াম্বদা নক্লনা লৈবা পামখিবা, লাক্লগা তহা-তহা তৌরম্বনা ইচৎ চৎখিদবা করিগুম্বা মতাংদা করিগুম্বা অমা হায়নীংবগুম ঙাংনীংবগুম লৈখিবা নীংশিংলকই। ঙসিদা ময়েক শেংনা খঙলকই। ইকুই কুইদ্রিঙৈদা, কনাগুম্বী অমগী থবাক্কী এক্সরে অমা য়েংমিন্নখি। বীনানা পায়রিবা নেগেটিব অদু লৌগে তৌরম্বনা বীনাগী মখূৎকা পূল্লপ, পায়শিন্দুনা কুইনা য়েংদুনা তরঙ অমদা লৈখিবদু নীংশিংলকই। নুমীৎতুদা বীনানা নোকফেৎ তৌনা য়েংখৎলগা হায়খি,

... সর, পায়রিবসি ওন্নরে।

... ইহে! ইঙাও ঙাওরে। ৱারৌনুকো শোয়খিবনি। মতুং অমুক-

... হে-রা করিসু লৈতবসিদা সরনা !

নোংমা অমসু অয়ুক্কী ব্রেকফাস্ত লৌমিন্নবদা লাপ্লপ্পা মেজগী মতাই ওইরপ্না লৈবা চিনি হাপ্পা পাত্রদু হৌগত্তুনা লাম্বদা মতা অমা চাখিদবদগী বীনাগী মথক্তা পুল্লপ্না ঙামথরকখি। থৈদোকফম লৈত্রবদা বীনানা হঙ্গোইজনা শাওবীং শাওবীং খাঙজখি। মংলেম্না হায়খিবনি,

... দোক্তরগী শমসি মনম নুংশিখ্রেদা! শাম্পুরা চীংহীরা?

... ঐখোয়' ইন্দোল অমনা ফুৎলি হায়দনা লুরকপা চীংহীনি।

... হোয়নে। ঐসু দোক্তর, চীংহীসি হৈনবনি; পামজবনি।

... নোং ফাদোকসু লুবিররাও ফুৎহঞ্জগে।

... লুরবা তারিয়ে।

খজিক চিংনরুবনি। মংলেমনা ইফোং ফোংনা চম্না হোদোরকপদুদা মখা তাখিদবনি। ঙসিদা ময়েক শেংনা খঙলকপদৌনা তৌরি। চিংনরকই। চিংনবনি তাথীনা হৈনখিদবদি নত্তে। ঙসিগী হৌজিক্কী থৌদোক অসিসু মকোক্তগী লোইবা ফাওবা নীংশিংলক্লি। থিন্দোরক্লগা লাঙতক্লবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা লেপহৌবা ৱাং-চাউরবা চীং লেম্মবা মংলেম উরকই। লোয়ননা পাক্লবা ফমুংগী ময়াইদা ফৈজুপ চিংখৎপা ঙমদনা অহংবা খূদমগী মওংদা কোল্লপ তুম্পক তারিবা অহল অমগী মঙাল মক্লবা শক্তম অমসু উরকই। ঈথক হৌরবা পূক্লীংনি। মরাং মরাংঙি। তথকপা থম্মোয় অমনা হংলি- করিনো তৌরিবসিবো?

ক্লিনিককী য়েনখারোমদা গাড়ী থৌজিন্দুনা থম্লনবা শিন্নরম্মগা বীনা মাগী কাদা

চঙলকই। মেজদা লুকশিন্দুনা ফনা কুইনা লৈরুরবা মতুংদা টেলিফোন তৌরুই,

... বাজি, ঐ ঙসি ক্লিনিকতা অসুম লৈরগে। চাক ঙাইবিরনু।

... এ, ফরে ফরে। অরুবা কেশ লৈরবো?

... থোইনা লৈতে। সুম লৈনিংঙকপগী ৱানি।

... ফৈনে ফৈনে, লৈয়ু হায়রিবনিনে।

... বাজি কৈসু তৌদবরা?

... ঐবুদি করি তৌরুনি। লমজাওদা ঙাহৌ ঙাহৌ থোকসিরা হায়না খল্লি। থোকউচোরা?

... ঙাইবিখোদা। ৱাকিং চৎপা তারবসু অয়ুক্তা মী অমা লোয়নরগা চৎসি। ঐ শীল্লকখিগে। পোখাবিরো। ইন্দোন মালতীদু বাজি তূমদ্রিফাওবা লৈহনবিয়ু।

... হোয় হোয়। লৈরো লৈরো। য়ুমগী ঐখোয় লৈ। ৱারুনু। নঙনা অমগীসু ৱায় অমগীসু খল্লি। নথন্তা ঙায়রে। ৱারে নঙসু।

... ৱাবা নত্তে নুংঙাইরিবনি। নুংঙাইবা হৈদৌরে।

ফোন থম্মুবা মখূৎ চিংশিনবা ঙমদবগুম মেজদা মরু খংলুক লুকথরকই। কুইনা তাদুনা লৈবগুম লৈ। মমশিনখিবা ঙাইহাক ওইরে। নিয়মগী ওইনা অনাবশিং মরোল অমা য়েংলুরে। হু অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা ফল্লে। চাক চাদ্রে। ঈশিং অঈংবা থক্লগা হিপ্লে। তূম্বদি য়াদে। তূমথবা সুকয়ামক য়াদে। য়াদে।

অশেংবা,অচুম্বা অমদি মহৌশা অহুমগী ইরৈদনি বীনানা অহিং নোংশোইবা ঈরাক্লরিবা। মাঙগী , তুংগী অমদি হৌজিক্কী কাচিন অহুম অসিদনি দোক্তর বীনা ঊংদুনা লৈরিবা; উংদুনা লৈরি; লৈনা লৈনা ঊংলি, ঊংলি... খাঙবগী খাঙঙকপা খাঙবা চুম্মী করিগী? তমজনফম - মীনা ঙাংনবা - মীৱা ? ঙাংনদুনতা লৈরবা মীনি। ঐসু মী নৎত্রা। নহা ওইরি তগৎ-তগৎ তেক্লি। ইপুরোইবা ? ঈখৌ পূম্নমক্কী ঈতাফম ঈপাক ইপুরোইবা ! জয়চন্দ্র চৎখ্রে। ঐগী জয়চন্দ্র সুকহন হল্লক্লরোই ! ইমা ইনেম, কনাগী সনামহী কৃষ্ণ বুদ্ধ গান্ধী অদুগা ক্লিওপাত্রা, মমতাজ চৎখি হল্লক্তে; লাক্লরোই। চৎখ্রগা লাক্তবা মহৌশানি। লাকত্রবা অমা ঙাইবসিনা করম্বা মহৌশা ? ঈখৌগী মহৌশানা কমদৌবা।

লম্বেন্দা উখিবা, টি.ভি.দা য়াওখিবা, মাগী কাদা লাকখিবা মীওইশিংগী শক্তম উরকখি। চিল্লোক্লবা শক্তমগী অয়েকপা লাই মরী মরী নীংশিংলকখি গীতগোবিন্দমগী মীৎনা উবা পাউদমগী শরুক পারিবগুম নীংশিংলকখি। মকুবোক অহলগী দ্রো-দ্রাগী মীনোক উরকই, লোয়ননা চীংলেম্না লেপহৌবা ‘সর’ উরি। অমসু উরি... সরগী মচা অনী ঐগীনা অমত্তা লৈতবা, লৈবসু লৈররোইদবা ! ক্লিনিক অনীগী অমত্তা ওইরবা

লায়েংশঙ মচা মদুগী মপুনা কনা ঐ ? সর? অহল ইকুবোক? অরোইবদা ঐগী নৎত্রবা ইচা অনীগী মরী মতাগী খৎননফম মূকথেক্লফম! ঐগীনা করি ? পোৎলোইফমগী শীংথক নৎত্রগনা নোংথাং মৈরীগী পোৎলোইফম ! করি কান্নরি ? অদুদি 'য়েশ' কান্নদে; লাল্লে। অদুদি নো ! লৈবাক্কী, মীয়ামগী তুংগী মীওইগী তমজনফম ? অপাম্বা মিহৌবা অশাউবা থাদোকপা; ফাজিল্লগা খূদুমদা থম্মগা হ্রাওবা মালহন্দুনা লেনবা ! ধর্মদা লাইনীংলমদাং অমদা চঙলবা বুদ্ধম্ শরনম্ গচ্ছামি ... সর্বধর্মান পরিত্যাজ্য ... মসিদা লেঙদ্রবা মিংচৎ উরোং; ময়ামগী তমজনফম ! বিজ্ঞানগী চপ য়ুংলবা চক অসিদা থাজবগী য়ুমফমদা শেন্বা শান্তি ! ঙমগদ্রা ? শান্তি অহিংশা থাদোকপা জেসস রাম গান্ধী মার্টিন লুথর কিং ? করি ওইনা লৈরি ? ঐবু কনানো ঈপাক্কী মীৎকুপ অমগী কোঙ্গোন ! কায়খিবগী মখোল ফাওবা তাবিরোই ... অদুম অদুম ওইদুনসু মীওইবা পুক্লিগী অৱাংবা মমনদি শীংথানরি শীংথানগনি দোক্তর বীনা অতোম্বী বীনা দোক্তর লাইনীংবী করম্বনা ফরি। তমজনফম ওইবী চনুগী মমলনা লংবা হেল্লি। ঐবু শেম্বিরকপা শেম্বিরিবা কৃপ্না শেন্নবিরিবা অহল অসি ঐগী ইপুরোইবগী মপানি ঐগীসু ইপানি, ইমাসু ওইরি পূম্নমক ওইনা লৈরি ... পূম্নমক ! পুম্নমক ওইবদি য়ারিবরা, ঙম্মিবরা ঙমফম থোকপ্রা ? মমীৎতা মশু অমা ফাওবা উবা ফংদনা লৈপ্ররোই, চুম্মী অহল অসিনা ঐঙোন্দগী হানফম থোকই মহৌশানি। মাগী ধারা নালা মখা তাররোই অহল মশাদা লোইশিল্লগনি। অহল মশা শিবদা খুয়া তুশিৎলরোই। মশু অমা ধারা অমগী চাউরবা অনীংবা অমা পুদুনা চৎখিবমক তারবনি। উপাই লৈতবনি। পাপ্রা অহল অমগা লুপ্রা নহা অমগনা য়ুম কমদৌনা লিংগনি। অহল অসিনা খরদং নহা ওইরম্মগদি ইনেম নহা অমা থিদুনা পান্নবা তকশিনবা য়াবনি ... চুম্মী নুপাগীদি নহা-অহনগী লৈতে; চহী ৮০-৯০-১০০ অদুম য়াই। মেডিকেল সাইন্সতা অকায়বা লৈতে। মতম লৈরি অহল অসিদা হায়দুনা থেমদুনা ... ঐনা ফজনা হায়রবদি য়াগনি, ঐনা হায়রিবমখে য়াবিবা অহলনি। য়ারক্রবদি ? ইনেম অতোম্বী অদুনা নহানিনা লৈদুনা হুমদুনা পুখিগদ্রা, কাং-খোং চাইহৌরগদ্রা। মচা মথং মথং পোক্লকুনা ইনাওশিং ইচনশিং অদুগা ঐগা মুকশিন্নরক্লগনা কমদৌবা ! অতোম্বীদি অতোম্বীনি, অতোম্বী-মচা হায়নরি। অহল অসি শিরমদাইদা কোক শারদ্রা ? মনা-মনিল, কাং-খোং, মকায় মকায় ক্লিনিকনা কমদৌবা ! অতোম্বীদু ঐগুম্না নহা ওইরকপা তাবনি অঙাং পোকপা য়ারিবী ওইগদবনি। অহনদি ওইবা য়াররোই অহল অসি মাগী ওইপ্রগদবা ! ঐনা ৱাবগী মথক্তা অমুক্কা ৱাবা, খোয়দৌ লংখৎপা নীংবা কায়বা। লাইনীং লম্বীদা অমুক চঙবা তাব্রা ... ঐগীদি হন্না য়েংবদা কনাসু লৈররোইদবা ... ! অদুনদি, অদুনা, অদুগা ঐসু নহানি, মমা ওইবা য়ারি ইচা অমত্তং লৈরম্মবদিকো ! মনা-মনিল নাইরোইদবগী

হায়রবদা, ঐঙোন্দা অহল অসিগী ইচা অমা থম্মবদি ?

বীনা খংগ্রেক খংনা ফুক হৌগংলি !

ব্রাখলগী অঙকপা লাঞ্জংনি। নুংশিং মায়রমদা মৈরী অকনবনা লাম লামদুনা চাকথেকপগুম্বনি। মৈনা চাক্তবা করি লৈ। ঈপাক্কী ঈনুংদসু মৈজাওগী মৈখোন লৈরি। ব্রাখলগী নোংলৈ-নুংশিংনা মতাং অসি হেক য়ৌরকপদা বীনা শ্বায় লাউই; লোংনা ফুক হৌগংলকই। মশা পূম্বা হুমাং অনম্নী কাংই। ঈংলবা মতমগী ফৈজুপ লংশেক্লগা হৌগংলকপনি; শোনখি -অস ! ইমাই ! হে ঈশ্বর করিনো ! অস্ !-অস ! ফুক হৌগংলগা চৌকীদা ফম্মী মেজদা মমায় লুকশিন্দুনা ফম্মী। হীক্লা হীক্লা কপ্লকই। কুইনা কপতুনা লৈখি। থজীনদা হান্না শকখঙনখিদ্রিবা মিহুল অমা চোংলক্লিবদু মখূৎ অনীনা ফাধদুনা লৈরুই। নিংশিংলকই মশাগী ফীবম্সু।

অনকপা খুঞ্জাও অমদগী নোংঙাল্লমদাইগী লাইশোনগী পাউজেল পীরকলি। অল্লাহ্ অকবর...। য়াম্না নক্লা থংননা লৈবা লাইশঙ অমদগী কাংশী মখোনসু তারক্লি। অঈংবা অহীং মমৈগী অচীকপদা করিগুম্বা অককুবা ব্রাখল থম্মুবা তৌদনা বীনা তপ্না তপ্না শঙলেনগী মথক ইথং থংবা য়ুমথক তম্না কাখংলক্লি। ব্রাখলগী ঈথক নেমখিবা নংত্রি। ঙাহৌ-ঙাহৌ ঙাইহাক চংলম্মগা রেলিংদা মখূৎ শৌদুনা লেপ্লগা তাম্না লোইরোইনা চুমদ্রিং শাংদোকখ্রিবা অচীকপা লম্বেলদা য়েংলুই। ঈচঙ থৌখ্রবা লম্বেলনা মতু ইপোন পোননা কোংগোম্ননা লীশাংদা তাদুনা অঈংবা খাঙদুনা লৈবা উই। কোংগোন্না ফমজাউদা তাবা অহল ওইনা উরকই। খঙহৌবা নত্তে অমুক্কসু ব্রাখল অমগী ব্রাহৌদোক্তা শ্বায় লাউরকই। নুংফাওননা মতু খ্যাও চুংলকই। মমীৎ উইশিন্দুনা ঙাইহাক কুইনা লৈরুই। অহীং তূমদবগী লূমথরক্কবা মমীৎ অনী খুবী মরু অনীনা নমতক অনী অহুমলক্তং তকলগা লৈথোক্তুনা হল্লমদাইদা লম্বেল্লোমদা হাইরপ য়েংথোকলুই। য়েংথখিবদা জীপ অমা তপ্লি তপ্লি লাক্লগা ক্লিনিককী থোঙ্গাল মপা য়ৌগদবা খরা ব্রাংলিঙৈদা খাম্মবা উরুই। অনা-অয়েক্কী ওইরিদ্রা খন্দুনা ঙাইহাক য়েংলুই। নুপী অমা কুমথবা উই। জীপ অদু থৌগ্রবা মতাংদা নুপীদু থোঙ্গাল তম্না লাক্লগা তহা-তহা চঙলকপা উই। শাজৎ অমদি শাবান অদু রোজিতা মাল্লি। থৌখিবা গাড়ীদা য়েংলুই। মৈঙাল মপাদা উহৌই; অমুক অনীরক উগ্রবা থানাগী গাড়ী অদুনি। থানাগী ব্রা খল্লুবদা লাম্নীগী লমদাং খজিক নীংশিংলুবদা কেপ্তেন মংলেম উরকই। ব্রাং চাউরদনা চীং লেম্না লেপহৌবা মওং অদু শঙশঙনা উরকপগুম তৌই। অমুক্কসু খংনীং নীংশিংলকই -য়েশ ? নো, মবুক্লীং অদু অমুক্কা তথক-তথক তথকলকই। লৈথোক্তুনা লাক্লগা তপ্না তপ্না কূমথরকই। খংচিং চিংনরকপা ব্রাখল অমদগী মখোয় নসশিং তূম্মিবা কা অদোমদা লাকই। হৌদোক্লুই। উমানা থোঙ হাংদোরকই। তূমথবা

কুইদ্রিবী উমানা ইচেম্মা করি হায়না হংলকই।

- নচে রোজিতাদি ?

- ইচেদি ঙরাং য়ুমদা লৈখি।

- মাগী দ্যুটি তাবদাইনে ?

- ঙন্তা লাক্কে হায়দনা থেঙনা চৎখিবনি।

- কনাগা ? কদায়দা ?

- য়ুমদনি। মথন্তা চৎখিনা কৈদৌরে ?

- হ কৈসু তৌদে। লাক্লিবরা হায়না হংবনি।

- লাক্লিমালে চঙলক্লি।

- ও, ফরে ফরে। তূমখিগেরা তূম্মো তূম্মো।

- হৌগৎলনি।

বীনা চিংননা থোরকই হৌজিক্কীদুবু মা নৎত্রনে! মানখ্রেদা! জীপ অদুসু মশক খঙই! মান্নবা জাৎ ওইরিদ্রা! নোং ঙাল্লে। থোঙ্গান ফাওবা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎতুনা য়েংলুই। য়েনখা অকোয়বদসু য়েংশিনবা ওইনা চৎলুই। মনীংগী থোঙ্গান ময়াদা মেনু মৈফু থাগৎতুনা লৈরম্মী হায়রুই,

- ঙন্না হৌইদা মেনু।

- ঔ; কুইরে হৌগৎপা।

- ও, সিস্তর রোজিতা লাকখ্রবরা উহৌব্রা?

- লাক্তবা মাল্লে। উদে।

- থোঙ্গান অচৌবসিদি শো লোন্দে। মনীংগী অসিনা অদুম হাংদে।

- অহিংদসু শো লোন্দবরনে?

- ঐগী নুপা অদুম শঙবনিনা লোন্দে। লোনবসু য়াওই। অয়াম্বদা লোন্দে। করি মাঙখরে ?

- হ ! কৈসু মাঙদে; লোল্লবদি অয়ুক ওইরে হাংঙো হায়বনি। ফরে।

ঙাংনরিঙৈদা রোজিতা থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকই। য়াম্নমক তেকখৎনা অয়ুক্কী হৈনীংবা অমগা লোয়ননা কৌরৈ,

- মেডাম, গুদ মোর্নিং

- মোর্নিং। য়ুমদগীরা ?

- কৈনোনে য়ুমদগী নৎত্রদি !

- ইধৌ কমদৌরি লাইরিক ইরিবরা?

- খরা শোনজিল্লে। পোত্থারো হায়দনা পোত্থাহল্লি। মেডাম অদুম হন্দ্রমাল্লে?

- 'সিদা সুম লৈরগে খল্লে।

- ফরেনে। ঐসু ক্লিনিক অসিদনা য়ুম হেন্না মাল্লে।

- ঙাইখো চঙলকখো।

- করি ?

- নমীৎ ইঙাং ঙাংবদৌনা তৌই অহীং তূমদ্রবো ?

- ঐবো ! তূম্মীদা তূম্মী। ঙাংনা উব্রো? নিংথমথাসি ঐগা কয়া পক্লদে, ঈংবা হৈনদবা। শাবদি শারিবমখৈ নুংঙাই; হৈনৈ। হুমাং শৌবসি ঐদি য়াম্না নুংঙাইজে মেডাম। মেডামদি ঈংবা হৈনমাল্লে ফি মচা অমগা থোকপিরকই।

- হৈনদবদি অনীমক্কি, অঈংবসু অশাবসু।

- মহৌশানি; অমদি হৈনবা চুম্মী। নুংঙাইনা হিংনবা অমদি হৈনহনবা ফৈ খঞ্জে।

- মহৌশাগা শীংনবদি কমদৌই ?

- মদু মেডাম কান্নদেদা ! শিদৌবা থব্রায়নি খরসু নুংঙাইথোকপা চুম্মী। শিবদা ঐখোয়না পুদৌরিসিবু কৈনো ! শিরিবা খূজী অরূপ্পসি ফাওবা মৈ থারমদাইদা লৌথোকহৌগনি।

খুজী পল্লকপদা বীনা মোমোনদি তৌই হায়ববু লকক তৌই। রোজিতা খংনীং নীংশিংলকই। খূদক্তা থৈদোক্লবা লাক্রে; হায়রুই,

- ঐনা হায়বদি মেডাম ইশা অসি ফাওবা ঐনা পুখিবা য়ারোই। থমলমগনি। থমলম্মদৌবা ঐগীসু নৎত্রবা হকচাং অসিবু হা ফৈ-গা ফত্তেগা তৌদনা ঙৌদুনা থম্মুদুনা করি তৌরুগবনো ! খরা চা খরা থক খরা কোয় লৈথোক্লগা লোইরে।

অসোমগী হীরী কোনবগীদুদদি চৎত্রবরা।

- মদু ব্রাথী-ব্রারেমনি; চৎতে !

- এ ! করিগী ব্রাথী-ব্রারেম ওইদৌরিবা ?

- মসি মেডাম ঐনা খনবা খরা লৈ। তপ্না হায়জগে মেডাম খরা ঈংবদৌনা উরে। হোরেল ব্রেকফাষ্ট মতমদরা কৈনো হায়জগে। লেঙশিল্লসি।

ঙাইহাক্কী ওইনা, চুম্নগী ব্রারী ব্রা ওইনা ঙাংবগী মওংনি। বীনা মখা তারুদ্রে। রোজিতাসু অদুম কাউথোকখ্রবগুম লৈখ্রে। ঙাংবা হৈবী ঙাংগনবী রোজিতানি। অনী ব্রেকফাষ্টকী মতমদা থেংনদে। লঞ্চ মতমদসু রোজিতা ময়ুমদা চাক চাবা অদুম চৎখ্রে। বীনাসু হান্নগুম অশং অশংবা অচীকপা মতাং খুদিংদা উংদুনা লৈরি। ব্রাখলগী ঈথক মরক্তা হুমাং পাখৎপা হেক হেক য়াওরকই।

নোং-নিনি, মঙানি তরানি হৌখরে। দোক্তর মংলেম নুমীৎ থোক্লবসু

লাকখিদরে। বীনা ফনদুম ফরে খল্লি। লাক্দ্রা হায়না নুংশাদুম থীবা হৌরকই। য়ুমদা হন্দ্রে অদুম লৈথরে। টেলিফোনদা ইবোহলগা তোয়না ব্বারী তৌই। অহল অসিনা মতম ইকান ইকান কান্নদনা তোয়না ব্বাহং পাউহংলকই মশা হেন্না নুংঙাইরকই হায়বগী পাউ পীরকই। বীনাদা নুংঙাইবা ফাওজে। হিদাক মতম চানা চানবা, শাজেলগী মতাং লাম্থোকহনদনবা লোয়ননা নুংনাংদনবা হেক হেক হায়রুই। নর্স খরা শিল্লোন শিনজিন নোংমগী মনুংদা থাবসু তোক্তে। য়েংশিল্লুরগা হল্লকপা নর্সশিংদা কুপ্না, কুপথনা হংই; পাউ লৌই। অফবা পাউ ঙাক্তা ফংবদা বীনা হেন্না হরাওনবা লাক্রে। মনুং মপান ফাওবা য়াংথোক্না নুংঙাইবদি ঙমদে। লাক্নদবসু নত্তে।

নুমীৎসি ইবোহলগী হিদাক কাপ্পা নুমীৎ থোকই। থা অমমম লৈরগা কাপ্পনি। নুমিদাংবাইরম কাপ্পনি। লুরকপা মতাংদদি মতিক চানা হৈ শিংলবী রোজিতাদা শিন্নে। বীনাসু লোয়ননা চৎকনি হায়না তৌরম্বনা অঙাং উন্নবগী অরুবা কেশ অনী মথং মথং লাকপদগী থাদোকপা য়াদবদগী চৎত্রে। ড্রাইভরদা রোজিতাবু থিলহল্লে। চাবোকপী অনী করিসু থোইদোকপা তৌদনা মমীৎ-মমায় পাঙলবা অদুগা খুদোং থীনীংঙাই করিসু লৈত্রবদা বীনাসু য়ুমদা চৎনীংলক্কুনা কোন্ননা লাক্লে। মানা চঙখিবা মতমদা হিদাক কাপ্পা লোইরম্মে। দোক্তর মংলেম লৈরম্মী। অহলগা ব্বারী শাদুনা লৈরম্মী। রোজিতানা চাকখুম কাদা চা-নুং হোৎনদুনা লৈরম্মী। ময়ুমগুম্বনি তৌবা য়াবা থবক মচা মচা খরসু তৌরম্মী। বীনা চা পুদুনা ইবোহলগী কাদা হঙ্গোইরপ চঙলকই। হান্নগীগুম ইচম চম্বদি উৎলি। হাইরপ তথক্লা উবা মংলেমদি ভাব তাবা মাল্লি। মশাগী ময়ুমদা মশামক্কী কাগুম্বদা চঙবদা খীরুম-খীরুম তৌগুম তৌই। ইহৈ হৈনীংদে। হাইরপ কৌনরম্মগা ক্লিনিকতা হনখিনীংবনি ফজমল্লরোই খনবদগী চঙলক্লবনি। হরাওবা মান্না ফন্নে। অচম্বা ব্বারী খরা ঙাইহাক শারিঙৈদা রোজিতানা মা চৎলম্মগে হায়রৈ। মতা চারিঙৈদা য়াওহৌরগে খন্দুনা ঙাইখো ঐসু চৎলনি চৎমিন্নরসি হায়রগা হৌগৎলি। ইবোহলনা খাম্মী; হায়রকই,

- অ, বীনা নঙ ঙসিদি সুম লৈরো, ব্বারী অমা তৌগদবা লৈ।

- বাজি, খরা হেন্না চেকশিনগদবা অনাবা অহুম য়াওহৌরি।

- দোক্তর নহাশিংদুদি?

- মখোয় অহুমদি তমেংলোংলোমদা লায়না মশক খঙদবা অমা শন্দোরকপগী মেদিকেল টীম অমা চৎপদা য়াওগ্রে। নুপী অনীদুদি অহীং লৈবিয়ু য়াদ্রে।

মতমসিদা মংলেম্না হায়রকখি,

- হয়েংদি য়াম্না কনগদবা বন্দ অমসু লৈ। ঙসিগী নোংয়াইদগী হৌগদবনি। চুম্মী পুং ৪৮ গী অকনবা বন্দ অমা লৈ। নহারোল লালহৌলূপ ময়াম পূনশিল্লগা

কৌবা বন্দনি। হৌজিক ঙাইহাক থেঙথরকপদগী ঈরাং মচা মচানা হৌরকপা য়াবগী ব্রা লৈ। মিপাইনবা, কন্না চেকশিন্নবা মতাংনি। ঙাইহাক খন্নরবা মতুংদা অহলনা শীনবদগী রোজিতাবু থিলহনখ্রে। খরা থেঙজিল্লক্লবদা গাড়ী অদু ক্লিনিকতা অদুম থম্মো হায়খ্রে। বীনাদি চৎনীংবা আদা লৈনীংবা অদুম উৎলি। মংলেমনা চৎপা তারগদি মাগী গাড়ীদা থিল্লম্মগে হায়রকপদগী বীনানা হায়রুই,

বীনা - আদা লৈরুবনদি ফবনি। অদুদা বাজিনা ব্রা অমা তান্নদবা য়াদ্রে হায়রিবনিনা।

মংলেম - হোরেন ফোনদা ঙাংনবসু কায়দবা নৎত্রনে পাবুঙ?

ইবোহল - অদুসু য়াবনি। কুইগদববুদি নত্তবনি।

বীনা - বন্দ নুং লৈবনিনা ফোন থদৎ-খোৎতৎ -সর?

ইবোহল - চুম্মী কেপ্তেন দোক্তর ঙসিদি লৈজরসনু ব্রারী মচা অমসু লৈরবনিনা ইপা-ইচা লৈমিন্নরগে। হয়েংগা হংচিৎকা চৎথোক্লবা নুংঙাইনররোই। হংচিৎ মশেম ঐ লাক্কে।

বীনা - কনা বাজিবো? সরগীদা চৎপা?

ইবোহল - নঙ লৈরিবসিদি। নঙগা চৎলগা লোইরে।

মংলেম - ঐ হেক লাকচগে পাবুঙ কৈদৌগে।

ইবোহল - নখোয়না নথৌ পঙচিনদা চিন্নবদুগী হায়বনি। ঙাইহাক হেক চখোরকও।

বীনা - সর লেঙলক্তবা য়াদবা করি লৈবগে বাজি ঐনা পাংবা য়ানিনা। ঐখোয়না হান্না হোৎনরগা ঙমদ-ঙমদ্রগনা সরদা কোন্না তাক্লগা লোইরে। সরদি থবক অঙকপা ফংনা চিল্লি।

ইবোহল - চিনসনু। ঐসু খঙই। নাম্মা শোয়রবসু ঐনা অহল ওইবনিনা ঐনা হেন্না খঙবা মতাংসু লৈ।

বীনা - নাম্মা শোয়বা হায়বসি ঐ য়ানিংদে তাবা নুংঙাইতে বাজি; মদু হায়বিনু। শোয়দে। থা খরা পোত্থাবগী ব্রাদনি। ঐখোয় লৈরি। করি নীংবা থুংদবা লৈবননো বাজিনা হেক হেক শোচ্ছুরিসিবো ! ঐদি নচা নৎত্রবো !

ইবোহল - মদু ঐ নুংঙাইরবনিদো। তশেংনা নুংঙাইরবনি। বীনা নঙদি ইমৌ নত্তে ইচানি। মচাগীদমক মপা অমনা করি তৌবা তাবা মদুসু ঐনা খঙবা তাবা। মচাগী পাঙথোক্কদবা মপাগী মথৌ -

মংলেম - ব্রারীদি নুংঙাইরি পাবুঙ, অদু ঐসু য়ৌজখ্রগে তপ্না অমুক পোত্থাবিহৌবনা-

ইবোহল - ফরেনে দোক্তর। ইবেম্মা নঙগী সর থিন্দোকউচোদনা।

মংলেম - য়ারে। দোক্তর বীনা খরা সেন্তিমেন্তল ওইনা উরে। পোখারো দোক্তর।

বীনা - ফনি সর। থিন্দোকচগে।

মংলেম - নো-নো, প্লিজ ! য়ারে। মৈসু মমথ্রে অদুম লৈবিহৌরো। ঐ ক্লিনিক লোমদা চৎখিগে; য়েংলমগে।

ইবোহল - হোয়নে খরা য়েংশিল্লম্মু। নঙগীসুনি ক্লিনিকসে। নখোয়গীনি।

বীনা মকুবোকলোমদা চিংনরপ য়েংলুই। শাউরপ হৌগৎলি। ইবোহলনা তহ্‌-তহ্‌ হায়রকই,

- ঙাইখো কদাইদনো, বীনা ?

- ফি হোংলুখিগে।

- করিগী ?

- চৎলনু লৈরো হায়দাইনে ?

- নয়ুমসিদা নফি করিগী শেৎতৌরিবা!

অস ! অহল অসিদি ! লাইমা মথোঙ চাদে ! খল্লগা বীনা থোরকই। মফি হোংদে ফি অথাবা অমা ইল্লগা অমুক চঙলকই। মালতী বুজারীনা মৈফু থাগৎলগা পুশিল্লকই। চাক ঈশিংগী পাউ হংলবদা বীনানা ঐদি চারোই ব্রারী তৌরম্মগা অরুবা কেশ লৈহৌবনা ক্লিনিক চৎকনি হায়রুই। ইবোহলনা করি তৌনবা চৎলুরদগে হায়রুবদা বীনানা শেংনা হায়বনি - "দোক্তর অমত্তা লৈতে নর্স অহুমখক অদুনা পুবা ব্রাগনি। ঈরাং লৈবা মতাং অসিদা ঐখোয় অমা থাদোকপা হৌনদে।" চুম্মবনিনা ইবোহলসু য়ারকই। বীনানা করি তান্নগদবনো থীস্থদনা তান্নরসি হায়রুই। ইবোহল মৈফু মনাক্তা মরূ লুকথদুনা ফন্না কুইনা লৈখি। বীনানা হয়েং কোন্না তপ্লা তান্নরসিরা হায়না থৌরুবদা ইবোহল মমায় তপ্লা হাইগৎলকই। মমীৎ অনী মপিনা পূমচোং চোংলম্মী। মমৌদা মুন্না য়েংখৎলক্লগা মোমোন তৌরকই। নোংজু অমগী মরক্তা থাবল মচেৎ অমনা মেঙনা স্নিৎথোরকপগুম উরকপা ইবোহলগী মায়থোঙ উবদা মফম মরাং ইখঙ খঙদনা খোয়শাওনরম্মী বীনা খংমোন মোম্থরকখি। হোৎন-হোৎননা থিংবা ঙমহৌদ্রবা অহলগী মীৎলুগী পিরাং চীংগী ঈচেল মরূদা ঈকাম্মকপগুম শিম্থরকই। মমৌগী পান্ধবা লাইবক্তা ঙাইহাক য়েংলম্মগা ইল্লিবা শালদগী লিখোরকলিবা মৈফু মখোঙ ময়াদা লেংলি লেংলি লৈরিবা য়েৎথংবা মখূৎকী হাঙলবা খূদাংদা নুংশিনা য়েংদুনা লৈ। তপ্লা হায়রকই,

- ইমৌগী খূদাংদা সনাখুজী উদবা চহি য়াম্লক্লে। চন্দোন অমুবা থিনগদবা ইচাগী লাইবকসু নত্তে।

- বাজি। বাজিনা হায়বিনীংলিবা ব্বাফমদু ঐ ভাব তারে। ঐনা নুংঙাইনা লৈবা নৎত্রা বাজিনা পাম্বিরিবসে ?

- মান্নি। অদুগীদমক্তনি ঐনা -

- ব্বানা শিখিবা নত্তেনে ?

- করি ব্বানো ! শাংনা লৈহৌরিবা নপুক্সি অসিদা তং তাবা নয়ুম নকৈ নচা-নশু।

- ঙাইবিখো। বাজিনা হায়বদা ঐনা য়াখিদবা য়াওদ্রি।

- য়াওসু য়াওরোই হায়না থাজে। মপানা মচাগী-

- ফত্তনবা হায়বা হৌনদে। হায়বিয়ু য়াজগনি। অদুগা য়ুম অসিগী য়ুম্নাক্তা তিল্লবী ঐনি। য়ুম্নাক হোংবা য়াররোই। শিবদনি ঐনা য়ুম্নাক হোংগদৌরিবসি। ঙসি ফাওবদি ঐ নুংঙাইনা য়াম্না নুংঙাইজনা ইশাগী য়ুম অসিদা হিংজরি। হিংবসু পাল্লি। লৈরিবা ফীবম অসিদা নুংঙাইনা অসুম হিংজগে। ইমা অনীগা ইপুরোইবগা অহুমগী তুং ইনখ্রো হায়রগসু ঐ অদুম য়াজগনি। অমরোমদসু ঐদি বাজি, শিবা কুইরবনি। অশেংবা অশিবা অসি ঐঙোন্দা নৌনা থোক্লরোই। মুন্না ব্বাখল তৌরগা হায়বিয়ু।

- চহী অনীমুক সুদৌরে ঐনা খল্লক্লিবা।

- অমুক্কা খন্থবিখো, হিংদুনা হিংমিন্নসিরা নৎত্রগা চৎখ্রো হায়ব্রা ?

- নত্তেনে বীনা ঐনা হায়গদৌবা খন্নদৌরিবা ব্বাসিদি শিবগী নত্তে-

- য়ুম অমুক পানবগী ব্বানি ঐ খঙই। ঐ ভাব তারে। পাল্লু হেক হায়বদা ঐগী লোইরবনি। লেপ্লবনি।

- মদু য়াবা ব্বা নত্তেনে বীনা; নঙ নহা ওইরিনে।

- বাজিদি অহল হনুবরা!

- এ !

- নশু পাম্বনি। মদুমা ওইররোই। ইপুরোইবা লৈরম্মবা ফাওবদা ওন্নখিবা ব্বাখল অমদগী অচৌবা ওপরেশন অমা তৌদুনা অঙাংখাউ লৌথোকখরে। ঙসিদি হায়দোক্তবা য়াদ্রবনি। ইশূ অমা ওইদ্রে। নচাদি য়াখিনি। বাজি অঙাং নচা থনম্বা য়াখিনি। নহা ইমান্নবী লৈগনি। মসোমদসু খনবিয়ু।

- এ ! বীনা ! নঙগীসিদি ? ঐবু লক্লরিবরা !

- ঐগীসি চৎনদবা ব্বাফম নত্তে। লক্লবা সুকনৎ নৎচদে। খনবিয়ু। ঐ লৈজরি। ঐনা শীনগনি।

- নঙনা শীনবা য়ারোইনে বীনা !

- বাজিনা শীল্লিবদুদি চুম্মিগ্রা ! হৌনব্রো !

- করি হৌনরোই। মসিদা নঙনা শাউরিবা করিগীনো ! নঙনা লোইনা লৌহৌদৌরিবনি ঐগী ব্রিল ইবা লোইরে। নশা নহানি ঐ লৈরিঙৈসিদা ঐনা হোঙবিহৌরগদি মীনা কানা-কানী ঙাংনবদু-

- অদুবু হেক য়াবরনে বাজি ঐবু শান্নপোৎলো?

- করিনোনে বীনা ! শান্নবগী ব্রা করি লৈদৌরিনো ! নঙ অসি ইচা শক্লা থাজরিবনি।

- কনাদা ? দোক্তর মংলেমদা ? করিগী ! করি হক লৈদুনা ! ঐনা করি লাল্লদনা, অরানবা করি চৎলদনা অমদা পীথোক্কদৌরিবা ? সিবু হৌনবা থবক্লো ?

- করিনোনে বীনা ! নঙগীনিনে ঐনা শীল্লিবসে।

- বাজিগা লৈমিন্ননীংদ্রে পামদ্রে তুকৎচরে, সিনিনে !

- ঐ- মা ! অদু নত্তেনে নঙগী-

- নৎত্রগবু মী অমদা থোক পীথোকপা য়াব্রো !

- পীবা নত্তেনহে লব্রায় ! নব্রা নাইয়ু নাইহনগে নশা নহা ওইরি হায়বগীনিনে ! নুপী নহা নথম্তা লৈবা চুমদেনে !

- বাজিগা লৈমিন্নরিবসিদি !

- আই ! কয়াদনো ! ঐদি নঙবু লৌবা নুপা নত্তেদনা !

- লৌদ্রবদি লৈমিন্নবা য়াদ্রবো বাজি ! ইপুরোইবগী বাবানি। ঐগীসু !

- অস ! বীনা ! নঙগীসি মওং অমরোমদা !

"মওং-তুওং ঐ খঙদে বাজি ! ঐ সুকঙম ঙম্মোই ! সুকঙম ঙম্মোই। শিঞ্জো হায়বিরগনা হায়বিরো। হন্না য়ুম পানবা ঙম্মোই !" হায়রম্মগা ফুক হৌগত্তুনা থোকলকই। ইবোহলনা হন্না হন্না কৌদুনা খামহৌই। বীনা শাউনা থোকলকই। বীনাগী শক্তম অতোপ্পা অমনি।

# মঙাশুবা

বীনা অয়ৌবীদা শাউদুনা থোকলকপনি। মাগী কাদা ফল্লম্মগা থাল্লিবা মৈদু তেক মূৎথৎলম্মগা মায়কৈ লেপফম অমা ইখঙ শঙদনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকলকই। মনুংলোমদদি পুনা পাল্লগা শো লোন্দবা থোঙ্গাল অদু তপ্না ঈন্দুনা হাংলগা তপ্না তপ্না নুংদা মৈবা ওমদুনা চৎলকই খোঙথাং লূম্না লূম্না থাংদুনা ।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা লাপ্লপ লৈবা চীংমচা অমগী চীংথক্তা লৈবা লাম্মীগী কেম্প অমদগী নোংয়াইগী পুং তরানীথোই য়ৈরকখ্রবনি। অচৌবা অঙকপা বন্দ অদু হৌখ্রবনি। য়াচঙ মতুংদা মায়কৈ খঙদবা বোমগী মখোল খরা তাখ্রবনি। নোংমৈ মখোনদি হৌজিকসু মরক মরক্তা তারি। মহৌশা চীকপদি খঙন-উনবা অচীকপনি। ঈংবনা চিংশিল্লবা ঈংবগী নীকচবা ফাওবা ঙমজদ্রবা অচীকপা অমগুম লৈরবা লম্বেল অসিগী ময়াইমক্তদা অরাংবা মপৈ অমা নুংদা পুরদুনা বীনা নাইতোম চীক্লা চৎলি। থামম্বা অহীং অসিদা মৈসু লাকখিদ্রে। অমম্বগা অচীকপগা মশক উনখিদরে। বীনাদি মৈশাগী পূংমম মল্লবা মৈশাগী মঙাল অমদা শিরবা লৈপাক অমগী হিংলিবা থৱায় অমগুম চৎলি। অহীংগী অঙনবা লীক্লাগা নাকচীগী অঈংবা হুমাং মরীক্তা, অনীগী পনয়াইদা অয়াকপা পিরাংগী ঈচেলনা তাংথক তাংথক নাইনা ঈহৌরি। অমম্বগী মমি অমনা কুপথাং থাংদুনা চৎপগুম্মী।

... করিনো কনানো কমদৌবনো মাগী ব্রাহং মরোন মরোননি। কমদৌবা ? হেক হেক ফুককৎলকপা ব্রাহংনি। য়েশ-নো, লাংফমনি অমম্বগীসু অমম্বা মরক অসিদা ময়েক শেংল শেংলবা শক্তম মরী মরী থোরক্লি - ফীঙৌনা কুপ্লবা তেল্লপ তেল্লপ্না হিপ্লিবা শাংদোকপা শক্তম অহুম - অচীকপা মৈজাও ময়াদা লেপ্লিবা চীং লেম্মবা ব্রাং চাউরবা লাম্মী দোক্তর অমা, অপাকপা ফমজাউদা কোংগোন্ননা তূম্মিবা অহল অমা - থানাগী গাড়ী অমদগী তপ্না কূমথরক্লগা তহা-তহা চৎলিবী মীওই মীতৌ ফবী নর্স অমা - লোয়ননা হকচাং চল্লবা মিংশেনদা তারিবা ফি খজিক্তা থোংবা কনাগুম্বী মা মশা অমগী মমি। মরক অসিদা লাক্তুনা লংখিবা গীতগোবিন্দম অদু লৈমায়দা তাখিবগী মখোল তারকই বোপ..., ..., ...।

খংপ্রেক খংবা য়াবা মখোননি। মখোঙ মনাক্তা তারকপনি। ঙসাই মানা মরেংবান্দা য়ানশিনখিবা খূৎপায় বেগ অদুনি। লৌশিং খংতা তারকপগুম তৌই। লুকথদুনা খূনগৎলগা তপ্না অমুক চৎলকই। ব্রাখলগী ঈথক খংলেপ লেপখিবগুম তৌরকপদা মশা অমদি নাকয়েৎকী লৌশিং লাকই। নাক-য়েৎ তুং-মাঙ খজিক খজিক য়েংলুই। নক্লপ্না হূই অমনী মরী-মরী চেনখিবগুম তৌই। ক্লিনিক য়ৌগদবা পঙয়াম

য়াম্না ব্রাৎলমদরে। খজিক চিংনবা ফাওরকই। কিরুবদি নত্তে। লৌশিং তাবা অসিসু অকিবগী শক্তম অমনি।

থোঙ্গানদা লেপ্লগা শো লোনব্রা হায়না মা-না মা-না চৌকিদার কৌগে তৌরুই। লোল্লমদবদগী কৌরুদরে। ঈনদুনা হাংদোক্লগা চঙলক্লে। মীখোল তাবদা সিরিদা কুল্লম্বা হূই অমোমদু চেনশিল্লকই। মমৈ হাইর-হাইরদুনা মখোঙদা নকশিল্লকই। য়াম্না থৌই, লাবনি হায়দনা খল্লম্বনা ইমোন মোনবী অমোম ওইরমদুনা লক্লবা ওইনা অথৌবা কৌবিবনি। অয়াম্বা মতাংদা করিনো চানবা খর-খরা পুবিরক্লুনা হেক হেক থাবিবনি। ঙসিদি থাবিরমদরে; মকোক্তা হান্নগুম খজিক্তং নানবিরম্মগা চঙলক্লে। অথৌবা নীংবা কায়না লেপ্তুনা লৈহৌই। হৌজিক্তা ক্লিনিক অসিসু পুঙমম মম্না লৈ হায়বসি খঙলকই। খল্লুই জেনেরেটর থাদবা করিগীনো! হেক চঙলকপদা ক্লিনিককী হৈনখ্রবা মনম লাকই। ব্রাখল খরা ওল্লকই। য়াংথোরকই। অনাবগী কা অদোমদা লাকই মপান্দগী য়েংশিল্লম্মী। মৈ মচা খরা থাল্লম্মী। ময়াম তূম্নহৌই। ঙরাং অঙাং উন্নবী মৌ নহাদুগী নাকনগী অঙাংদু কপলকই। মমানা কোনশিনবিহৌই। চঙদুনা য়েংগে খনবনি মমাসু মচাসু তূমথখিবদগী চঙলমদরে। তপ্না লৈথোক্লুনা মাগী কা তম্না কাখৎলকই। ঙাইহাক য়াংলুরবা মবুক্লীংগী ব্রাখল পূনখ্রবা মিরাংগুম চনৈ-খনৈনা অমুক ফাওগৎপা হৌগৎলকই - করিনো! কদায়দা হায়রুরিবা! মাগী কা তম্না লাকপদা কন্দুনা থম্মিবা দোক্তর মংলেমগী কা লানবনি। চৎনা চৎনা থোঙদা থেৎলিবা মংলেমগী মিং মপাদা হাইরপ য়েংখৎলুই। তশেংনা উবদি নত্তে, শাফা ওইখিবনা মপা লাক্লগা য়েংলুবনি। ঙাইহাকসু খল্লুই মিং অসি লৌথোকখিবনা চুম্মগনি। থোঙ মপা হেক লাম্থোরকপগী অদুদা কুইরপ ওমদুনা লৈরক্লবা চুরুপ মৈখুগী মনম হাইরপ ফাওরকই। হাই করিনো কদোমদগীনো! য়াদবা মফমসিদা মৈখু শীজিন্নবা য়াওরবরা? অমম্বা মরক অদুদা নাক-য়েৎ তুং-মাঙ খজিক খজিক য়েংলুই। অনাবা শঙবা কনাগুম্বনা থকপ্রা? অমম্বা অমদি অহাঙবনি। ঙক্লিঙৈ চৈরক অসিদা দোক্তর মংলেমগী কা মনুংদুদা লৈবা, মানা মখোন খঙবা, বেরা খরা লৈরবা ঈরুকা অদু থিংজিল্লকপগী মখোল তারকই। অচীকপা মতাংগা ওইবগা মানা শেমহনগে খন্দুনা মফম মওং খঙনবা য়েংখিবগা ওইবগা তাবনি। অতৈনদি তাবা ঙম্মোই তারবসু খঙঙোই। মথন্নতা থিংজিঙ্গনবা পাল্লিবা মৈচীন অদুগী পম্পতা থোঙ পুমথিং থিংজিল্লকপা তাঞ্জাদা মখোন খজিক থোকপনি। থোঙজাও হাংদোক্লুনা মী লৈব্রা য়েংগে খল্লি। খূদক্কী ওইনা থিংজিল্লিবা থোঙনাউদা খজিক য়েংলুই। মিংশেনগী থোঙনাউনি পর্দা অতোৌবনা খনবনি। করিসু উবা ঙমদে। নাকন্দা থারিবা ফানশাং মচা অদু তপ্না থাংজিল্লগা থোঙনাও মথক্তা লৈরিবা ভেন্তিলেতর অদুদা খজিক হাইগৎলগা য়েংলুই। য়েংশিল্লবদা চরুপ চিংবগী ঙাংশং ঙাংবা মৈ

উরকই লোয়ননা মনম উং ফাওরকই। মীশক্তি উদে পিং লাউই। চাক্লুনা লৈরিবা মৈরীদা ঘী হৈজিনবগী মওংনি। ফন চোংথরগা লৈনুংদগী য়াম্বুবগী মতৌদা চেনজঙ চঙগে খল্লুবনি। মথংগী মীৎকুপ্তা অনৌবা চিংনবা ব্রাখল অমা লাকপদগী ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা ঈরুকা হাংলগা লোনখিবগী মখোল তাই। মরক অসিদা সোরোক অচৌবরোমদগী গাড়ীগী হোর্ন অমা অহুম মরিরক খোংবা তারকই। মনুংদা ব্রারী চিবোন চিবোন শাবা তাই। মৈখেৎ খেৎলগা ঘড়ী য়েংলিবদু মানা মশক উপ্রবা থানাগী ওফিসর অদুনি অদুগা নক্লা লেপ্লিবী মৈখেৎতু স্বরনা খংকাম কামদুনা পাখৎনা মুখ্যৎখিবীদুনা রোজিতানি। বীনা তপ্না কূমথরগা মশাবু ফাধজদুনা হেন্না লূমথবা ব্রাখল অমদা মাগী কা তম্মকই। কাদা হেক চঙলকপগী অদুদা খুঞ্জাওদগী লাউরকপা তায় অল্লাহ্ অকবর...। খান্নস্বা জীপ অমা য়াঙনা থৌখিবা অদুগা রোজিতানা থোঙ্গাল্লোমদা চঙলকপা উই। লমজাওদা মৈ ঙাল্লবা মতাংনি। নাক-য়েৎকীসু মৈ ঙাল্লম্মে। মখোয়গী শঙলেন্দমক মম্লা লৈ। করিগীনো খল্লিঙৈদা মখাদা ম্যেন সুইচ থাবগী মখোল হৌনা তারকই। শঙলেন পূম্নমক পুংঙাল ঙাল্লকই। চেম্থোকপগী মওংদা থোক্লুনা পৈথরগা য়েংথরুই। রোজিতা সুইচ ময়াদগী মখূৎ নাম্থোক নাম্থোক্লুনা কাখৎলকপা উই। বীনা তহা তহা মাগী কাদা চঙলগা মৈ খংমুৎ মুৎথৎলি অদুগা সোফাদা ইল্লম্মিবা শাল অদু সুপ্লগা শাংদোকই। তপ্না হিপথবনি। খোয়শাওনবগী মৈবা মরক্তা মিনুংশি ঈরোয়নবা মৈরী অমসু ফাওবগুম তৌই। কল্লক পেনবিরুবগী ঈনোৎ অমসু লৈরকখি। ওম্থোকপনি রোজিতানা চাজেনবী অমা হিদাক কাপ্লিঙৈদা উমা চঙলক্লুনা হায়রে,

- ইচে, ইচেম্মা দোক্তরনা ওফিস কাদা অমুক্তা লাউ হায়।
- ইচেম্মা হায়দি মেডাম দোক্তর ?
- ঔ, ঙাইহৌই।
- মেডামবু লাক্লব্রনে ?
- য়ুম হন্দমাল্লে।
- হাই ! ঐগা পাবুঙ হিদাক কাপ্পা চৎমিন্নরগা অদুম লৈহৌরবদুবু !
- খঙদে, ঐনা ঈরুজরুবা থোকলকপদা লৈরম্মে। ইচেবু কৌরকউ হায়।
- করিনোনে কার লাকখিবসু উদে !
- খঙদে লাউ হায়-

থোকমিন্নরকপদা উমানা অমুক তপ্না তাকপনি, "ঐখোয় ইচেম্মা দোক্তরসে ঙসি জাৎ অমা ওইনা তৌবা মাল্লি, মমায় মমীৎকা ইপোম পোম্মী, ইঙাং ঙাংই।" রোজিতানা হাইনোক মচা অমগা উমারোমদা চেপথরগা হায়রকই, "লাঙগনু লুহোংলমদাইগী ওইরিনি।" খরদি খঙগুম তৌবী উমানা ঙক্লপ হায়,

- আই করিগী ?
- করিগী হায়বু কৈনো ! মীবু লুহোঙদবা য়াব্রো !
- ইচেম্মা দোক্তরদি লুব্রাবীবো !
- লুব্রাবীদি নুপী নংব্রো ! য়ুম পানবসে মহৌশানে। নহাদি পানবা তাবা।
- ঐখোয়না হেন্না নহানিদা ইচে।
- নঙসু পাম্নীংবনা হ্‌ম-হ্‌ম, হোংঙুদা ফম্মিদো !
- চোই ! ইচে অসিমা !

হঙ্গোইজগনবী উমা অমরোমদা চংহৌরে। রোজিতা ইতেক তেকখংপা মান্না চঙলকই। "মেডাম অমুক্তা চঙজরক্কে?" রোজিতানা হংলুই। বীনা খুমলক্তে। লকক তৌরম্মগা রোজিতা চিংনরপ চঙলকই। ফম্মুসু হায়দে। রোজিতানা চৌকী চিংশিল্লগা ফমগে তৌরকপগী অদুদা বীনানা চেখাও অনী লানশিল্লি। রোজিতানা তপ্না লৌরগা অমমমতা ফাক্কুনা য়েংলুই। অমনা চেক ওইরম্মী অমনা ক্লিনিকতগী থাদোকপগী ৱারোল ওইরম্মী। রোজিতানা ঙক্না করিগুম্বা খরা হায়গে তৌরকপদা বীনানা তপ্না হায়রকপনি,

- থা অহুমগা নুমীৎ তরাহুমদোইনিগী তোলোপনি।
- হায়রিসিবু মেডাম ঐ?
- অমা-অমদা য়েংলুনবগী মতম পীরবনি।
- ঐনা করি?
- ঐ অহীং অসিদা লৈ। দোক্তর, সর মংলেমগী কাগী ৱাফম ঐ খঙই। হৌজিকসু চুরুপ মনমগা য়ুনমগনা কাদু হাহৌরি। ঐ খঙলে, ঐখোয় লৈতবা নুমীৎশিংদা নঙ তোয়না চত্থরে। ক্লিনিক অসিগী মিংচৎকী য়েংবা তারি।

রোজিতা তপ্না ফমথরকই। বীনাগী তনিক-তনিকলিবা মখূৎতা মুন্না য়েংদুনা লৈ। তপ্না চিংনবা খোনফম অমদা রোজিতা মশাবু কন্ননবা হোৎনরকই,

- মেডাম, মেডামনা চিংনবিরিবা শাজৎ অদু য়ৌনা ঐ চংখিদে।
- কান্নদবা ৱানি। ঐ দোক্তর অমনি। নশাদু চেক তৌরা, বাথরুম চঙসিরা ?
- ঙরাংগী ৱানি ঐনা হায়জবদি, মফম অসিগী ৱানি। মফম অসিদদি ঐ লীচং অদু চংতে। মদু য়ৌনা চংতে হায়জবনি।
- অতৈ মফমদদি?

রোজিতা খুমদে। মরু লুকথরগা মেজদা খৃজিন মতোননা তক্কুনা লৈ। বীনা মখা চত্থরকই, অতৈদদি চংলি। মফম অতৈ-অতৈদদি চংলি, তোয়না চংলি। নংত্রা?

- য়াম্না তোয়বদি নত্তে।

- অদুনি। ঐদি ঙসাইদা খঙই। নয়ুমদগীনা অসিদা অহীং লৈরুনি হায়দনা লাকপা, সোমদগীনা চীকমাঙ মাঙবা, ছুটী তোয়না লৌবা নয়ুমদা থবক অচিনবা কৈসুদি লৈতবা। ইধৌ অহল অদুগী মমীৎতা উৎ চাইবা ঐখোয়দা নমথাক তৌবা ! ক্লিনিক চেম্বা তৌবা।

- মেডাম অমুক্তগা খম্বিখো। ঐনা লানবদি নত্তে।

- হৌজিক ফাওবা নরানসু য়াজদ্রি। ফরে ঐগী অসিদা থবক তৌবা-তৌদবগী ৱাফমদু থমখো। নঙনা চৎলিবা লীচৎতুবু চুম্মিব্রো ?

- ঐদি লাল্লি নীংদে।

- অ ! অদুদবু ৱারী মখা করি লৈখিনি !

- মেডাম, ঐ থবক তৌখিবা য়াই তৌদবসু য়াই, ফীবম অসিদা ঐবু লৈহনখিগনি হায়বা ঐ থাজদ্রে।

- নুপী চেম্বা থবক তৌরবদা কনানো থমনিংগদবা !

- নুপী চেম্বা নত্তে মেডাম নুপীগী মহৌশানি।

- করি ! মহৌশা ! ওক্তবা লীচৎপু করিগী মহৌশা ? হা ! মহৌশা !

- মহৌশানি মেডাম। মহৌশা অসিগী মায়োক্তা শীংননবগী পাঙ্গল ঐঙোন্দা ৱাৎলি, ঐ শোল্লি হায়বদি ঐসু য়াজে।

- মদু ঐ ভাব তাদে ! কান্নদে য়া-য়া লাউদ্রিঙৈদা অমা অমদা য়েংঙুরো। থা অমগী শেনফম হাপখোরো ? থা মরিমুক্তদদি অমা থিবা ফংনি। নঙবু হান্নদগী ঐ চিংনরপ তারকপনি। নঙ ঈরাং পুরপ তাই। নঙ সেক্সী খরা ওই। চৎখিবনা কান্নরনি।

রোজিতা তপ্না হৌগৎলকই। থোঙলোমদা থোকলুই। বীনাদি চান্নরা চৎখ্রবোই নীংদুনা চেখাও অনীদু পায়খিনবা হায়রুই। রোজিতা থোকখিদে। থোঙ তপ-নপ্না ঙাশিল্লুরগা অমুক চঙলক্তুনা লেপ্লে। তপ্না অমুক ফমথরকই। মমীৎ খজিক নপথোক্লগা হায়রকই,

- মেডাম কনাগুম্বা ঐগী ওইবা মীওই অমনা হায়রম্মবদি হৌজিক্কী মেডামগী ৱা অদু য়াম্না হরাওবা য়াবনি। ৱারৌবিনু মেডাম, অরাকপা নহা খরনদি মেডামগী মতাংদা অদুম্না হায়নবা ঐখোয় তারবনি। মরক মরক্তসু তারি। ঐখোয়গী দোক্তর নহা খরনা মখোয় মশেল নাইতোম ৱারী শাবদা পন্নবা তারবনি দোক্তর বীনা য়াম্না সেক্সী ওই।

- রোজিতা !

- ঙাইবিখো মেডাম ৱারৌবিখিনু ! চৎখিগদবসু লৈরে। হায়নীংবা অমনীদি

হায়জরমখিগে। শাউনবদি য়াদ্রে ঐসু মেডামবু য়াম্না নুংশিজবী মরূপ অমনি । মেডামসু ইমা মাল্লি, য়েংবদা ইমাগুম সেক্সী ওই হায়বসি সর দোক্তরমক্না হায়বা তারবনি !

- কনা ?

- সর কেপ্তেন দোক্তর-দোক্তর মংলেমনসু হায়বা তাজরবনি।

বীনা কোকচাওবী ভুং কাবদৌনা তৌই। ঙাইহাক রোজিতাদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। রোজিতা মখা চত্থরকই,

- মেডাম নুপা অসিদি মখোয় মশেল ব্বারী শাবদা ঐখোয় হেক্তা য়াওরকই। নহা, অহল অঙাং হায়বা লৈতে ঈরাংগী ঈথক্কী ঈখৌগী ব্বারী শাবা জাৎনি। বেড নম্বর সেভেনদা লৈরম্বা পেনশন তান্নবা চৎপদা গাড়ীনা থেংই হায়দনা লৈরম্বা, নহান রিলিজ তৌখিবা অহনদো -

- ওজা অমুদোন ?

- অদো ! ব্বা য়াম্না ঙাংগনবদো ! মানা ঐনা হিদাক হেক কাপ্পা খুদিংগী ওন্থোক ওন্থোকপা মীৎয়েং অমদা ঐঙোন্দা য়েংই। নোংমদি নুমিদাং অথেংবদা ঐনা চাকচা তোক্লগা খ্বায়গী মথক্তা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলিঙৈদা ওন্থোকপা ব্বা অমা হৌদোক্লে।

- এ ! হায়রিসিবু নঙবু অদু য়ৌনা !

- নো নো ! মদুদা করিসু লৈতে। ঐ, মেডাম বাই গোড, ওক্তবী অমা নত্তে। মওংবু হায়বগী ব্বানি। য়াম্না ঙাংগনবা, মচাদা মচাগুম মশূগুম্না খনবা মানবা মা ফাওবনা ... জাৎ-জাৎনি ফীবমসে। শেল য়াম্না পায়না উই অহনদো পাপ্রা ওইরকপা য়াম্না কুইরমাল্লে।

- মমৌ অনী অহুম হেক হেক সেবা তৌবা শিন্ন-শিন্না লাকপদাইনে ?

- মমৌ অমদি লুপ্রাবী ওইরমাল্লে। মানা সেবা তৌবসি য়াম্না হেন্না ফজনা থব্বায় য়াওনা তৌখি। মকু-মমৌ য়াম্না হঙ্গোইনদনা উই।

বীনা নুংফাওননা শ্বায় লাউই। ইবোহলবু খংনীং নীংশিংলকপগুম তৌই। চীং লেম্না ব্বাং চাউনা লেপহৌবা শক্তম অমনা মরক থৎখি। মাঙদা তারিবা কলমদু মতাইরোমদা ইন্থোক্লগা হায়রুই,

- ফরে রোজিতা ! নঙগীদু মীৎয়েং মওং অমা ওইনা তৌদৌরে।

- ঐগী মীৎয়েং নত্তে মেডাম মীগীনি। মী হায়বসি ওন্থোকপা থব্বায় অমনি। হেক পোকপা মপানা মচা -

- রোজি প্লিজ ! মদু চোইঙাংনি। নঙ করি হায়নীংলি ?

- মেডাম ঐ নহানি, মেডাম দোক্তরগা অমহানি তগৎ-তগৎ তেক্কি হনুদ্রি। হনুবী মচা মরী মঙা সুরবী ফাওবা পাঙনদা চেল্লে, চীংমীদা লৈপ্রে, ওফিসকী পিয়োন

নহা অমদা লৈখ্রে হায়না তানরি। নহানসু খবরদা চাউনা য়াওখিবদুনি। মৌ চহী য়াংখৈমুক সুরবী অমা মচানুপাগা তিন্নরম্বা, মচাগী পেনশনগী চহী খরা ব্রাৎলম্বগী নোম্বিবদা নুংশিনরক্তুনা চেনখ্রে হায়বদো- বামোন নুপীদু ঐখোয়গী অদুব্রাইদগীনি। ঐ মশক খঙই। লুপ্তবীনি। নহা অদুম মাল্লি মশক-মতৌ ফজে। নুপাদু চহী কুম্বা মরি মঙা, নীফু সুদ্রি, বামোনদি বামোননি। মশূ ফনা চাউবা য়াওরবনি নুপীদো।

- অদুনা নঙসু পাল্লগে হায়বনিনে। পানবদি কায়দেনে, পানগে হায়রগা ফজনা লৈমিন্নখ্রো ময়েক শেংনা হোঙলগা।

- মদু য়াদবনি মেডাম, নুপী লৈহৌরি, মচা নুপী-নুপা লৈরি, জাৎসু তিন্নদে ঐনসু হল্লি। অদুনা লোন্না লৈমিন্নবা তাবা নৎত্রো !

- অতৈ অয়াবা চান্নবা য়েংবদি য়াদ্রো ? লৈত্রো ?

- মতা চানা লৌরগে লৈমিন্নরসি হায়বদি লাক্তে। পৈশা খরগী ওইনা ঈরাং পুবদি য়াম্না লাকই। ময়ামসি নাম্থোক্লবা হোৎনবদা চাউরবা থবক অমনি। শীংনরকপা কিহল্লকপা ফাওবা য়াওরকইবনি। মেডামহোয়দবু থাক অমদা লৈখ্রবগী অব্রাবসি লৈত্রবনি ঐখোয়গুম্বা, উমাখোয়গুম্বা ইশক-ইতৌসু পঙথী থীদবা, মীগী সেবা তৌবা কোয়নসু চৎপা ঐখোয়দি খরগা নহা ওইবনিনা-

- নঙগীসিবু ঙাইখো উমা হায়বী লৈশাবীমচা অসিসু ?

- মেডামগীদু ওন্নদৌরে। উমাবু, ঐবু লীচৎ চুমদবীদৌনা য়েংবিবগী।

- মওংদি অদু তাদ্রনে রোজিতা ?

- তাদে মেডাম, তারোই। উমা মাগী মামশিং অমগা মরী লৈনরি। খরদি অহননি। অদুবু য়াম্না পামজনা লুনা তৌরি। ঐগীনা ইপ্পাশিং অমগা মরী থল্লি। ঐখোয় ঐখোয়গী অসি নত্তনা ঐখোয় অতৈগা মরী থম্নদে। অদুননি ঐনা ঐ ওক্তবদি নত্তে হায়জরিবসে। ওক্তবা লীচৎ ঐখোয় সুকচৎ চৎতে। চৎসু চৎলোই শ্রীগোবিন্দনা সাখী, চৎলোই। লাইবক থীবদগী মফম অনী সুরুরে। অমা খাইনখ্রে। অমদা পাল্লে।

- নঙগী হৌখিবা অহীংগীদুবু অওকপরো অফবা লীচৎলো ! সমাজনা য়াগদ্রো ?

- সমাজনা য়াবা য়াদবগীদি খঙজদে ঐদি ইপুরোইবগা উন্নজবনি। ইপুরোইবা উন্নবদবু মফম মতম অকক্লবা লৈফম থোকপ্রো। গীতগোবিন্দমগী ইবেম্মা-ইবুংঙোবু সমাজগী য়েংদুনা লৈমিন্নব্রো !

- ঙাইখো রোজি, ব্রা হায়খিগে। ঐ নঙবু ইনাওদৌনা খনবনি। ধ্রার-ব্রারবা মতাংদা ঐগী ইতেংসু ওইখিবনি। ওইসু ওইখিনি।

- ঐ মেডামদদি পুকচেল অদুম তিংজবনি, মীনমজদবনি লানসু লানখিদ্রি।

- ঐঙোন্দা লানবা লান্দবগী ব্রা নত্তে মীয়ামগী ব্রানি। মতম লৈরি ঐগীসিদা লৈমিন্নখিসি লীচৎ অদু ঙসিদগী থাদোকও। ইপ্পা ওফিসর অদু পুমথা থাদোক্লো। উমাদসু হায়বা তারে। ঐগী ব্রা নত্তে হায়রিবসে ঐগীদি মিনুংশি লৈ। নখোয়বু নুংশি। ক্লিনিককী মীয়ামগী ব্রানি। মিংচৎতা চেম্বুরবদি কনানা লায়েংবা লাক্লিংগনি। থাজররোই। অদুনা থাদোকলো, উন্নরনু।

- ক্লিনিক অসিদদি লাকহল্লরোই বাই গোড।

- অতৈ মফমদসু য়াদে। য়ানিংদ্রগদি চৎখিবা তাবা। খল্লো। ঙসি অসি খল্লো উমাগসু খন্নরো। হয়েং অসি নুংদাং ঐগী কাদা উন্নরসি। মদুদা চপ চাবা অমা লেপ্পরসি। লেপ্পবা নত্তে, ঐগীদি লেপ্পবনি, নঙনা নখোয়না পাম্বা অমা খল্লগা খঙহল্লো হায়বদনি কো। চৎলো পোখারুরো অহীংসু তুমদ্রবনিনা ব্রারম্মনি। বন্দ মনুংনিনা মীসু পঙলাক লাক্তবা য়াই। খল্লুরো।

রোজিতা থোকখি। বীনা ব্রাখলগী লাংদা অমুক পন্দুনা লৈহৌই ফনা কুইনা ফমদুনা লৈরুই।

মতোন ইথং থংবা য়ুমথক্তা নুংশা য়াইদুনা বন্দ মনুংগী অচীকপা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা উমা লাক্কুনা চাক লোইরে অসিদা পুখৎলকউরা হায়না হংলৈ অদুগা য়ুমদগী ফোনসু লাকই হায়দনা পায়খৎলক্কুনা পীরৈ। চাক চাররোই চানিংদে হায়দনা ফোন লৌই অদুগা উমাদা নঙ ঙাইখো হায়রুই। উমাদু ব্রারী তৌবিরমখো ঐ অমুক কাখৎচরক্কে হায়রম্মগা ফৎ কুমথখি। ফনমক থুবা চিনবা থাদোকপা য়াদবা মতাং লৈরবা ফাওবদা উমা অদুমনা অমুক্তা হীক্তোকখিদবনি। বীনা খজিক ঙকই। ব্রারী শারুই,

- হল্লো, হায়বিয়ু।

- হাই, ঐনিনে।

- বাজি, করি ?

- ঐদি য়ুমদা লৈবোই নীংই ওম্থোকপা। নঙ অমুক্তা লাকখো ঐগী ব্রিলগী মতাংদা নঙগা তান্নদবা য়াদবা অমা লৈরে।

- বাজিনা থোকপা অদুম তৌবিরো। লম্বেনদা চৎপসু য়াদে, ঐ সুম লৈরগে।

- ফোনদা শাবা নুংঙাইতবগী ব্রানি, অনা-অয়েক্কীনি হায়রগা লাকখো, য়ানি। ঐগী হার্ট অসিসু মওং অমা তৌই লাকখো।

- হার্টকীদি দোক্তর মংলেমগা তান্নবনা চুমগনি। ঐ সোমদা কেশ খরা লৈরে কোন্না লাক্কে।

টেলিফোন কিং নমদুনা মুখৎলুই। ইবোহলসু ঙকলমগনি। উমাদু থক্লবা অমগা চানবা উহৈ-ৱাহৈ খরগা পুদুনা কারকই। লিফাফা অশাংবা অমসু য়াওরকপা উই। থনম্মগা চৎখিগে তৌবদা বীনানা খাম্মুই। উমা লেপ্লি। বীনানা কৌশিন্দুনা ফম্মু হায়রুই। উমা ফমদে হায়রকই,

- য়ানি ইচেম্মা সুম লেপচগে । করি ?

- নঙ নচে রোজিগা ৱারী তৌনব্রা ?

- শারে। ঐগীদি ইচেম্মা, চপ চাবা ৱা অমা খঙবদা মতম খরা চঙগদবা মাল্লি। বন্দসু লৈ। উন্নবা ফংলোই ঐনা চৎপসু ঙম্মোই।

- কনাগা উন্নবা ইমা বাবাগা ?

- নত্তে ...।

- নঙগী মাম্মরা কৈনো অদুগা ?

- মাম্মা নত্তে ইচেম্মা, ওফিসতা লৈবা ওফিসর অমনি, মরী মতা নত্তে।

- করি ওফিসতা ?

- মেডিকেল ডিরেক্তোরেটতা স্টোরগী।

- তাদা শেলুংবরনে? মা মরক মরক্তা লাকপা উই। ঐ মশক খঙই। মাদি খরা ঙাওই হায়নবদুদি।

- ঐদি ঙাওদে ইচেম্মা। মাঙ তুং য়েংমিন্নরি।

- নত্তেনে নখোয়না তৌরিসিবু করি মওংনো ! নমান নমান্নবা-

- ইচেম্মা ঐদি মফম মরাং খঙদবা তৌদ্রি ঐ অমুক লাকচগে !

খাম্বা য়াদ্রে, উমা চৎপ্রে। চীক্লা হাঙলবা অহাঙবা অমদা বীনা মখা খল্লহৌরি। মথক্কী অহল, মখাগী অঙাং নুপী অঙাংসু লৈরবা করিনো মখোয়না চথরিসিবো ! ঙাওরবা জাৎলা ! কনানা কদাইদা কমদৌনা থেংনদনা হৌরিবা ? খংনীং নীংশিংলকই সর দোক্তর মংলেম। লাক্লুনা লংখিবদা পদ্রাক তারবা লাইরিক অদুদগী বাঁসীগী মিরবা খোঞ্জেল অমদা শকলকপা তাবগুম তৌরি। হে রাধে, নঙগী ফজরবা নখোঙ উনা অনৌববু কামগী হূ কোক্লবা ঐগী ইকোকথকসিদা হাপ্লিয়ু, মদুনা ঐগী কোকক্কী লৈতেংনি ...। বীনা নুংফাওননা মতু চুংই মঙে নীকপগুম তৌই। ফুক হৌগৎলগা মতাইরোমদা চৎলক্লুনা অচীকপদা হাঙনা য়েংথরুই। হান্ননা খামদুনা লৈরম্বা জীপ অমা ক্লিনিকক্কী থোঙ্গান মপাদগী থৌখিবা উরুই। লাম্মীগী গাড়ী মাল্লি। খল্লকই লাম্মী, জৱান, কেপ্তেন কেপ্তেন মংলেম, দোক্তর কেপ্তেন ! দোক্তর অহল অমবুসু শঙ শঙনা উরকই, হায়রকপগুম তারি ... বীনা ঐগী থম্মোয় মওং অমা ওইনা তৌই লাউ চঙলকউ ... ! ৱিলগী ৱাফম নীংশিংলকই। ঙরাং অহীংগী দোক্তর মংলেমগী

কাদা উখিবা কুম্মে ময়েক শেংনা অমমমতা উরকই, চুরুপ মৈখুগী অমদি য়ুগী অপূনবা মনম নমলকপগুম তৌই। চঙশিল্লক্তুনা ফমথে। অরিবা লিফাফাদুদা অহানবা উরকপগুম য়েংলুই। ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরুই। মথক্তা করিসু ইরমদে। ফাক্তোক্তুনা পারুই, রোজিতাদগী ওইরম্মে।

ইকায়খুম্নজরিবী মেডাম,

মহৌশাগা শীংনরগে হায়না লেপ্পুরবনি, শীংনবসু হৌরুরবনি। চীঞ্জাক কক্তুনা লাইনীং লম্বীদা চঙদুনা হীরী কোন্দুনা কন্না হোৎনরুরবনি। চীংদা নৎত্রগনা উমংদা চৎখ্রসিরা হায়না খল্লুরবনি। অদুবু মেডাম, মফম অদুদসু ঐখোয়গী অস্বায়দা তৌবদৌনা য়েন্নীং পাম্থা অদুম লৈরমগনি, নোং অদুম চুরমগনি, লৈ অদুম শাৎলমগনি, লৈরাংদা খোইমু খোইঙাং খোইবিনিংথৌ হয়িংখোই অদুম তোংলমগনি, উশাথক্কী চেক্লাশিং অদুম্মক চীল্লোক্লরমগনি। অথিংবা মনম-মনম থম্মিবা মীরক অসিদা ফাওবা লৈনম ফাজিনবা ঙম্মদে কুরাক ফাদোকপা ঙম্মদে। উক্রোং ওনগদৌরবা, বজ্রনা খায়খ্রবা খোংনাং অতেকপা ফাওবদা থব্বায় খজিক লৈরিঙেদদি বসন্ত ঋতুদা মশা মচা অমদা ময়োন অনৌবা চোংবা থেংনরি। ঐদি নহা কন্না ওইরি। শিবসু শিনীংদ্রি। অহল ওইগদবসু ব্রাৎলি। শিবা-চঙবা মহৌশাগী মখূৎতা লৈ। মহৌশা থিংলুবগী পাঙ্গল হৌজিক ফাওবদি লৈত্রি। শোনবনি। অশোনবা অসি পুক্সিগী মচাক অমনি হায়না লৌজরগা ঐ ক্লিনিক থাদোকপদা লেপচরে। অদুগা ঐ ঐখোয় লমচৎ নাইদবী অমদি নত্তে থাজবিয়ু। অশোনবগা ওক্তবগসি মরীদি খরা লৈনরগসু অমত্তা ওইবদি নত্তে। মহৌশাবু জয় তৌগে হোৎনরিবী মেডামবুদি ঐনা কিজবগা লোয়ননা ইকায়খুম্নজে। থৌনা ফবীনি। কিজরি। কিজখিগনি। শোম্থরক্তবা ওইবিয়ু। ঐগুম্বী অমনি মেডামসু মওংগী চাং খেন্নবদনি। মেডামবু মুন্না খঙবী অমসুনি। মান্নবসি খঙনগল্লি। মী হায়বসি ইমান ইমান মান্নে। লেনবদা চপ মান্নরম্মী। ঐগী হকচাংগা মেডামগী হকচাংগা অদুম মগনি। থৌনাগা ব্রাখলগা মেডামনা মশক উদবমখৈ হেনখিবগী ব্রানি। হকচাংগী থাক্তা ঐনা য়াম্না হেন্না শোম্থরে। অদুবু ব্রাখনগী থাক্তদি নুপী মশেন্নি পঙখেন খেন্নরম্মোই। মন্না অমুক্তা খম্থবিয়ু মেডামবু অসুক কুইবসি ঈখৌ অমুক্তা লাংখিদবরা, ঈখৌ অদুগী ফীজঙদা কনাগুম্বা অমত্তা উবিখিদবরা ? উরকখিবা য়াওরবদি ব্রাখনদা চোংথোরক্লিবা মূর্তিশিং অদু লোইনমক ইমান ইমান্নবা ঙাক্তরা, চৎনবীনা য়ারবা ঙাক্তরা ? ঐগীদি মরক মরক্তা খরদি নৎখিদে। ব্রাখলগী থাক ওইরবসু তোঙান তোঙানবা কনাগুম্বশিং লোয়নবসিবু অওকপা ওইরিদ্রা ? অশিবা নত্তনা ব্রাখনদা অথিংবা থম্বা ঙমগদবা লৈতে। ব্রাখল অসিনা থবক্তা ওল্লকপদনি ওকই-ওক্তে ঙাংনরক্লিবসি। হকচাংবু জয় তৌবা ঙাক্তনা থৌনা ফবনি হায়বদি য়ানিংবা খরা

ঝাৎলি। ঝাখল খন্দবা মীসু লৈতে হায়না থাজজরি। মঙ্গোল ওইবিয়ু হায়জনীংই। হায়মননা থোক্লগদ্রা খঙদে। ঙাওবগী হৌনবা পঙই ইবনি, লৌবিগনু। শোয়দনা লৌবিগদবদি ঐ ইশানা য়ানীংনা থবক থাদোকচরে হায়বসিদনি। ঐনা থবক তৌরম্বা নুমীৎ ১৩ নিদুগী শেনদমক পীবিয়ু। শেল ওইনা য়ুমদা য়ৌহনবিরক্লগদি হেন্না নুংঙাইজগনি। লায়রবা অসিসু অশোনবা অমা হায়বদুনি। থাক্কী ঝানি অশোনবা অসিদি খুদিংমক্তা লৈ। ঐ মেডামদা নুংঙাইতবা লৈজদে। খুরুমজরি।

মেডামগী

রোজিতা

অমুক্তং মুন্না পারগা তপ্না খৌদেম্মী। চে অদু ঈশিং গিলাসনা নন্দুনা থম্মগা লাপ্না নোংমদোনদা য়েংখৎলুই। শংবানবা অতিয়াসু পূংহাঙ হাঙনা পূংচীক চীক্লি। পূংহাঙ অদুদা অহীংগী কা অমদা রোজিতানা মৈখেৎ হন্না হন্না মুৎথৎলি। মমীৎ তপ্না উইশিল্লি।

ঙাইহাক লৈরগা মেনু লাক্তুনা কপ প্লেট লোইশিল্লে। মখোন তাবদা বীনা মমীৎ পাঙথোরকই। উমা ওইরমদবদা বীনা ঙক্লপ তৌই। মাগী সেবাদি উমা নত্রগা রোজিতানা তৌবনি। হংলুই,

- উমাসু চৎপ্রবরা।

- চৎতেনা ! মাদি মংলেম সাহেবকা অনাবা য়েংমিন্নহৌরি। মানা ঐঙোন্দা শেংদোকলুচো হায়দনা লাকপনি।

মংলেম ! তাবদা বীনা মশা খজিক ঝাই চিনবদৌনা তৌই। মেজদা থাঙ্গৎলিবা মখোঙ থাংধরগা তপ্না লাকপা অঙ্গংবা নুংশিৎতা পাইথোকখিগে তৌরকপা চেদু লৌখৎলগা মখাদা থম্মগা নুঙ মচা অমনা নল্লি। তপ্না তপ্না মতাইরোমদা চৎলক্তুনা রেলিংদা মখূৎনা মখদাং শৌরগা লেপ্পী। মখাদা য়েংথরুই। মথোন মরিগী মথক্লি। ওখাক ঝাংবনি। মখাদা মনুং চঙফমগী কোম কুপ্লিবা অপাকপা পীক্লা উরিবা নুঙপাক অদু উরকই। মুন্না য়েংদুনা লৈ। শিংকুপ শারবা য়েরুম মকু খরা উই। কাচিন-কোয়া য়ৌগন্দবা চৌকিদারদু নীংশিংলকই। হোরেনমক থৌদাগে খল্লুই। ঙাইহাক লৈরগা খোঙতুপ মখোল তারকই। মানা মশক খঙবা খোঙথাংনি। য়েংলোই খন্ন-খন্না তথকপা ফাধরগা খজিক হূদুনা য়েংলুই। লাম্নীগী চপ চাবা ফীজোনদা মংলেম তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্লম্মি। বীনা ঙক্লপ তৌরুই। নৈথোক্তুনা য়েংবদি নত্তে। মংলেম তপ্না চঙশিল্লক্লগা নক্লা বীনানা লেপ্পদৌনা লেপ্লে হায়রে,

- দোক্তর চীক্লা পোখাবিরি ?

- ঐ ঙাইজরল্লি।

- ৱাহং পাউখুমগী ?
- হৌজিকমক্কীদি তরাম্না ওকচনবা।
- থেঙ্কস। পাবুঙগসু ফনা কুইনা ৱারী শারুরে।
- সর ঐ ৱা অমা হায়জরগে।
- হায়দ্রবসু য়ারে বীনা।
- খরদি হায়জনীংলি।
- বীনা তশেংবনি ঐ নঙবু নুংশিবনি।
- পাম্বদি নত্তেকো ?
- মদুসু য়াওদবা য়াদবনি। হান্নবু ওইরবসু কোন্ননবু ওইরবসু পাম্বা হায়বসিদি মহৌশানি। ইরান নত্তে। মীগী মরান ওইরোই। নুংশিজবদা নকশিন্ননীংবা হৌনদবা নত্তে। মী অসিসু দোক্তর অঙকপা জীব অমনি। থম্মোয় অসিনা অমুক্কা হেন্না ঙকই। থম্মোয় খঙবা ৱাবা জাৎনি।
- সরদি হার্ট স্পেসিয়েলিষ্টনি ?
- মীগীদি নত্তে। মীনি থম্মোয়গী মপুদি। অদুবু নুংশা থীরনু দোক্তর।
- সর নুংশা থীবগী নত্তে। ঐ থীজদে ঐ খজিক্তা হায়জখিগে তাবিখো।
- তাদ্রবসু য়ারেদা বীনা।
- হ ! তাবিয়ু। সরনা পাম্বিবা য়েশ-নোগী পাউখুম পীজদ্রিঙৈগী মমাঙদা অশেংবা অচুম্বা অনী-মরিদং হায়জগে।
- তাদ্রবসু য়ারবনি।
- হ ! য়াদে, হয়েং থবক থোকখ্রগা নীংঙমদবা লাক্লরগনি ফরোই, য়াম্না ফরোই অঙাং নৎনদ্রবনিনা।
- নহাদি অদুম ওইরি ক্বাইট ফ্রেশ।
- মসিগী ফ্রেশনেস অসি মতম খজিক্তগীনি। মন্থ্রক্কনি। মন্থবা হৌরবনি। মপান্দা য়েংবদা ফজনা উবগী ৱানি সর ঐদি-ঐদি কল্লবীনি। সোরী সর ঐ ঐদি -

বীনা মখোল খজিক নীক্লকই। মমীৎ মমায় কুচু লাংশিল্লি। পিরোইনরকই। মংলেমনা রেলিংদগী নাম্থরক্লিবা মখূৎ অদু তাপ ওক্লুনা পায়রগা মেজ মনাক্তা পুশিল্লি ফমথহল্লগা হায়রুই,

- রিলেক্স বীনা, রিলেক্স ! ডোন্ট বি সো ইমোশনেল ! ফম্মু ফম্মু ঈশিং খিত্তং থকউ।
- য়ানি সর, সোরি, লেঙশিল্লু সর। থাদোকপিরো য়ারনি। ঐ কৈসু তৌজদে।
- নো দোক্তর ! তৌই ঐ খঙই। পেসেন্ত অমদা মীনল্লবসু দোক্তর মশেনদি

ওইদবা করিগী ঙাংনরুগনি। খঙনবা মশেন্নি, খজিক খজিক্তমক উৎনরগা লোইরে। শন্দোক্লা তাকপগী কান্নবা লৈতে। ঐ খঙঙে। রিলেক্স।

- সর। সরনা ঐবুদি ইশক খঙদ্রি অমুক্তা তাকচখিগে অদুগা সরনা অরোইবা ব্লারেপ অমা লৌবিয়ু। ব্লারেপতু ঐসু য়াজনি।

- ঐ নঙবু হান্নদগী খঙবনি বীনা।

- খঙদবা লৈরি।

- পিতাফম ঙকয়াদা নম্মিবা সমব্লু মচা অসিদং কুইদ্রি খঙবা অতৈদি খঙঙে। ব্লারেপসু লৌরবনি পাবুঙসু য়ারবনি।

- বাজিদগী করি খঙবিরে - ঐ অসি লুখ্রাবীনি মসিমা খঙবিরে ?

- খঙবা য়াবমখৈদি খঙলে। নহানি নঙ, ফজরি, মহী-ময়াই চেল্লি ফ্রেশ ওইরি, হেন্নদুম ফজরি। নচা লৈবদি য়াদ্রে লেম্ব্রুৎখরে।

- ও, মদু শেংলবনি।

- অদুনা, পাবুঙদা নহা অমা লৌদুনা পাল্লো হায়বা ফাওবা ঙরাং হৌদোক্লে হায়বসু খঙঙে।

- অদুনা হায়বদি ?

- পাবুঙনা খনবদি মচাগী মশৃগী নত্তে বীনা, অহল অসিগী পুকচেল য়াম্না চাউই শেংই, নঙগীদনি খল্লিবসি। নহানি ব্লানা পুন্সি লেনবা হৌনদে। নুংঙাইয়ু নুংঙাইথোকউ, শিগদবা থব্লায়নি হৌখিবনা হৌখরে, ঐখোয়না শেমদোকউবা য়াবা হৌখিবা নত্তে, হৌজিক লৈরিবসিদা নুংঙাইনবা শীল্লগা লোইরে অসিনি।

- ঐ খঙজে সর, অহল অসি ঐগীদি ঈশ্বরগুম্বনি। ঐগীদি অহল অসিনা লোইরে।

- মদুদনি পাবুঙগা ঐগদি অমত্তা ওইরগা নঙগা মোত খেন্নরিবসে। লুখ্রানা মতম লৈরিঙৈদা য়ুম অমুক পানবা চৎনবা অনৌবা নত্তে বীনা, পাপ-পূন্যগী ব্লা লৈতে ঈশ্বরনসু য়াগনি মীনসু সমাজনসু য়ারি।

- পান্দবসু য়াম্না লৈরি সর।

- মদু য়ুগ অসিদা কান্নবা লৈত্রবনি। মশাবু অরেন্বদা ব্লাহনবনি। লাইনীংবী ওইনা মুনি ঋষি ওইনা চৎখ্রগনা চৎখ্রে, অদু ফাওবদা মুনি ঋষি ফাওবদা মতা চাদবা মতাংদদি চেকশিন চেকশিন্না নাম্থোকখিবা মীৎকুপ য়াওনরিবনি। নঙ মেডিকেল মহৈরোয়নি, মীওইবগী ঈথৌগী ইহুল থিংবা হৌনদে।

- রিডিরেক্ট তৌবা ঈথৈ পীরবদি ময়ামগী ওইনা কান্নবা লৈ হায়বা ব্লা লৈরি সর।

- মদু ঙম্মবদি ফৈ। ঙম্লদে।

- হৌজিক ফাওবদি ঙমজরি।

- পুক্সিদি ব্রাৎলিদো, নথস্তা লৈবা সমাজসু নত্তে।

- সরনা তেংবাংবিরগদি, নচনবু নুংশিবিরগদি সমাজদি ঐনা থেংনবা ঙমগদবা মাল্লি।

- মদু ফজরবনি। ফজবা ব্রাঙাংনি। পাবুঙনা নঙ ব্রা ঙাংবা য়াম্না হৈরে হায়দনা থাগৎপা চুম্মে। ঐসু য়ানীংঙে। ঐগী ব্রাফমসে, মসে নঙ য়াম্না লুনা লৌরনু। ঐগীদি অঙাংশিং য়েংবিনবা, ঐগী ইতেং পাংবিনবা ব্রারুবগা নৎত্রগা নুংঙাইরুরগা ঙাইহাক ফম্মিন্নদনা সেগা মাইগা ব্রারী শাদনা লোয়নগদবী অমা তঙাইফদবনি। লনগী য়ুমগী মহৈ-মশিংগী কান্নবা লৈতে। হৌজিক তৌবিবা অসুম্না পুক্লীং মকা লামনা ফম্মিবগী লোয়নবগী ব্রানি।

- ঈবৌগীসু ?

- মদুনা পন্দবা য়ারবনি। তম্মকপা মীওইবগী মহৌশাগী শাজৎতা থাজবা মীনি ঐ। ঐগীদি মওং খরা চাবা অমা থিদবা য়াদ্রবনি। তান চাবদুদা পাবুঙগা খন্নবনি। অমা য়েংদবা য়াদ্রবনি। নুংশিরবদুদা নঙোন্দা এপ্রোচ তৌবগী ব্রানি।

- সর মদু লায়না হায়মনবদৌনা তৌই। চান্নবা মরী লৈনবা হায়বসি অরায়বা নত্তে।

- ঐঙোন্দদি পঙলু লুনা থোক্তে বীনা। ননম্মা লৈখিদ্রবীদু ঐগা হান্ননা নুংশিনরকপা নত্তে। হোঙসবা মতুংদা নুংশিনরকপনি। মাসু মখোয়গী ওজা অমগা চান্নরম্মী হায়বা খঙলকখি।

- সরগীদি লৈবিখিদববা?

- খনবা, পাম্বদি অনী অহুম লৈখি। থবককা চিনবগা মদোমদা থব্রায়গা কয়া য়াওশিল্লুদবগা ঐনসু এপ্রোচ তৌরুদে, মখোয়নসু হৌরক্তে। অদুম তোকখ্রে।

- হৌজিক অনী অহুমদুগী মনুংদগী অমা খল্লগা এপ্রোচ তৌবদি ? ঐখোয়সু য়াওজগে।

- মচা-মশূ ময়ামগা লৈনখ্রবনি। অমদি মশূ ফংখ্রে। ঙস্তা লাইরিক তম্মিঙৈদা হোঙনখ্রবনি। লুখ্রা ওইবা য়াওনদ্রি। ঐদবু লাইবক থীবগী ব্রানি।

- অদু ঐগুম্বী মখোয়গুম্বী মম্থুরবীদা হায়দৌ শরুক নহা, লৈশাবী শেংলিবী মশক মতৌ ফজবী থীসি সর। ঐসু য়াওজগে।

- ফজদবা সজেসন নত্তে অদুসু। অদুদা লুরিবনা নহা লৈশাবীদি ঈরাং য়াম্না পুরি। ঐবু মপান্দগী নত্তবদা মনুংদগী খঙবিবা মী পামজবগী ব্রানি। নহাদা নহাগী

মওংসু য়াদ্রি। মুন্না খঙনরবা পান্বগী ব্রানি।

- হৃকচাংদি য়াম্না ফরি সর। লাম্নী ওফিসারগা দোক্তর অমগগী হৃকচাং পূল্লি। কুইনা অহল ওইখিরোই। নহা অমগা হোঙনবা তৌসি।

- চাউবা শাংবগা হায়রুরবদি মী খাঙদৌরি হায়নরি মরূপ-মপাঙশিংনা। মী খাঙবগী নহাদা ওইদুনা লৈবগী হায়রুরবদি ঐখোয়গী পাবুঙ অসি ঐ ঙকই, ইনাও জয় -

পল্লুরগা মংলেম কক পনবগুম লেপখি। ভাব খংতা তারকপনি। য়েংথোকলুই। বীনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা অদুম লৈরি। হেক হঞ্জিনবা য়াদবগী মোমোন্নদুনা লৈবা মাল্লি। ব্রা অমরোমদা লৈথোক্লুনা মংলেমনা হায়,

- হায়বদি, মওংসি জাৎ-জাৎনি। ঐসু ঙসি হৌজিক ঙাইহাক্কী মতুংদা চৎলনি।

- কদায়দা ?

- চপ চাবা মফমদি খঙদ্রি হৌজিক লানগুম্বা অমা তৌরিবা ঙমখৈ অসোমদা চৎলবা য়াই। য়ানবী অমগী মখাদা ঐখোয় মরক্তা পোত্থারুবা খরসি কৌখৎলকপা ওইগনি।

- থবক অমুক তৌথবগী ব্রা ওইরবরা ?

- মদুমক্তি নত্তে। লান কনশিল্লকপসিদা দোক্তর দরকার লৈরমগনি।

- হায়রিসিবু লান চৎকদবরো ?

- কাপথৎনবগী মমাঙদা চঙশিনবগীদি ওইরোই। লাম্নীগী লায়েঙশঙশিংদা নৎত্রগা কেম্পশিংদা মতম খরা লান ঈংথদ্রিবা ফাওবা লৈবগী ওইগনি।

- লান চঙবা মখল অমনিনে সর।

- মানি হায়বা তাই। ফবু ফরে পুল্সি অসিদা হন্না হন্না মায়থীদুনা লৈদৌ শরূক দোক্তর বীনা, ঐদি হল্লক্তবনা-

- হেরা সর !

- নঙগী সর অসি কৌদবা সুকয়ামক য়াদ্রবনিনে বীনা ?

- ইথক থোংবা এক্সপার্ট অমদা কৌফম থোকপবু সর।

- ঐদি নঙোন্দা মেডাম কৌদে কৌবসু কৌনীংদে মিং কৌবনা হেন্না নুংঙাই। অদুগীনি। থম্মোয়গী ব্রানিদা।

- কয়া কুইনা চৎপিগদবা ?

- মুন্না খঙখিরোই। কুইনা লৈথজগে হায়বদি চহী খরা য়াখিনি।

- চহীরোমদা থাদোক্লবদি, সোমগী সরগী ক্লিনিকতি ?

- নখোয়সু লৈরি খল্লম্বনি, পূনবা য়াদ্রবনিনা পোত্থারবা দোক্তর অমগা

তৌমিন্নবা তারে। মানা লোয়না শীলহৌরনি। ঐগা নীনী-হুম্নি খুদিংগী ব্রারী ফাওনরি। মাগী মচানুপী ইতোন তোনবীদু হন্দক এম.বি.বি.এস. লোইগদবনি। মবুঙ অমসু ফারমাসিস্তনি।

- তান চারেনে, সরগা চান্নরনি।

- করিনো ?

- ফজনা পুহৌরনি হায়জরিবা।

- নুপীমচাদুগা ঐখোয়গী রোজিতাগসু খঙনমাল্লে। পুলিশ ওফিসরদুনা মখোয় অহুম মরি হেক হেক চৎমিন্নবা থেংনৈ। থবক তৌমিন্নবগী ব্রা ঙাংনবগসু তায়।

- ওফিসর হায়বদি ?

- রোজিতাগী বোই ফ্রেণ্ড নহাদো।

- অদু সরসু খঙবিবরো ?

- খঙই। ঐগী ক্লিনিকতা তোয়না উন্নখরে। মখোয়গীসি ঐনা এবোর্শন হন্না হন্না তৌনদৌ শরুক অঙাংখাউদু কোৎথোকও হায়বনি। নুপীনা য়াদে হয়েংব্রাই অঙাং পাম্মকপগী মওং মাল্লি।

- ও, সরখোয় খঙবা ওইরে।

- কুইরে খঙবা। ঐখোয়গী পাবুঙসু খঙই। মাগী মধৌ অদুসু খঙবা মাল্লি। রোজিনা ব্রারী তৌবদা অহলদু খঙবগী ব্রা মানবা য়াওই।

- ও ! ময়ামসু খঙনরিদ্রা সর ?

- করি খঙদনি। পীকপ্রবা লৈবাক্লি, মশক-মতৌ ফজে, নঙগুম্না চুঙ-ফীরান চাবীনি। শিনফমনা ময়াম্নসু খঙনবনি মাবু উবা কাওবুনা খঙনীংগনি, অখঙবা কাওবুনা হেন্না খঙথনীংগনি। খঙনগনি। ফজবী নুপীসি খরসু হেন্না খঙগল্লি। খঙবা খরদুদগী হেন্নসু ঙাংনগল্লি। নঙবু, দোক্তর বীনাবু শহর অসিনা খঙনরিবসিদি।

- ঐবো ? করিগী ?

- করিগী লৈতে, ফজরদি য়েংনরে, উরবদি খঙঙে খঙঙবদি ঙাংনরে।

- ফনা ঙাংনরিদ্রা !

- ফব-ফত্তবা করিনো। সাইন্সকী এজ অসিদা সাইন্টিফিক রীজনবু লৈরবদি চুম্মে, রীজন য়াওদবনি ফত্তে হায়নরিবসে। লুপ্রা-পাম্রা পাখং-লৈশাবী অর্থদা চত্তে। লৈরম্বা অর্থ ওল্লে, শেমদোক্লরে অনৌবসু শৌগৎলে। প্লানেট তম্না চৎপা স্পেস ক্রাফতা মখোয় ক্রু অহুম চৎলে, মশা মউ-ফবী চঙখোনবী লেডী পাইলোট অমসু পুই। ক্রুশিংগী মহৌশাগী ওইবা রাইট মৎপসি মহৌশাদা য়ুম্ফম ওইবা লোদা য়াদে। মহৌশাগী নিয়মদা শীংনবা য়াদে।

- লেডী ক্রু অদুদি চীঙ্গাক্তা তারে সর ?

- নো ! লেডী ক্রু ঙাক্তা চৎলবদি জেন্ট পাইলোট অমা পুবা তাবনি। মীওইবগী হক মাঙহনবা সুপয়া য়াদে। নেচরগী ব্রানি।

- আইদিয়েলগী ব্রাদি ?

- আইদিয়েল ! চৎনবী ! সমাজ ! হ ! মদুগী মতম লোইখ্রে, হেনখ্রে নৎত্রগনা লাক্তি। থেঙলে নৎত্রগনা ঙনমল্লি। মদুগী ব্রাখল পরীংদু মচেৎ ওইরে। ওনবা তারবনি।

বীনা য়ানীংদ্রি, হান্নদগীসু য়ারক্তে। মংলেম তপ্না হৌগৎলকই। ঘড়ী তোইরপ য়েংবা ঙাইহাক্কী মমাঙদগী হৌখ্রবনি। বীনাসু হৌগৎকে তৌই। মংলেমনা থিন্দোকতনবা অদুম পোত্থাহৌনবা খাম্মগা মখা চত্থরকই,

- দোক্তর বীনা, সতী, রামরাজ্য, সীতা কুন্তী - মহাভারত রামায়নগী চক অদু হৌখিবা কুইরে। অফা-অপুন নমথবা শৃপনম, লৈহন্দবা তারবনি। লুহোংবা লৌন-লৈনবা হায়রিবসে পোকপদগী য়াওরক্লবা শিদ্রিবা ফাওবা থমদবা য়াদ্রবা মরী অমা নত্তে। খুদোংচাবগী য়ুমফমদা থম্বা এগ্রিমেন্ট অমনি। ঐগী নুপী লৈখিদরে। মাবু নুংশিদবা নত্তে, ঙসি ফাওবা মানা হাৎলম্বা শমজেৎ ফাওবা নুংশিরি, নোংমগী মনুংদা অমুক্তা ওইরবসু নীংশিংলি,নীংশিংদবা নুমীৎ অমত্তা য়াওখিদরি। ফনা নীংশিংদুনসু মাদি অমুক হল্লক্লরোই, মসিমা শেংলবনি। লেমহৌরিবা পুন্সিগীদমক ইচাশিংগীদমক ঐ ইশাগীদমক অপাম্বা অমা থিদবা য়াদ্রি। ঐগা নঙগা করি খেন্নরি? পক্লগদবা চান্নগদবা য়েংবা খনবসু তাবা নৎত্রা? নহা ওইরিঙৈ নঙগী অকোয়বদা ময়াম্না নৈশিন্দুনা লৈরিঙৈ অসিগীতা খনগনু। অহল ওইরকপা তাবনি। মতমদুদা পুম্নমক্না লৈথোকখ্রবসু নশাগী ওইবা ঙাইহাক পোত্থামিন্নবা মরূপ অমা পাম্মকপা শোয়দ্রবনি। পাবুঙ অসিগী করি ব্রাৎলি। অদুবু অহাঙবা অমদি মায়োক্লরি। চুম্মী নঙ লৈরি ময়ামসু লৈরি। অদুবু বীনা, নঙনা য়াদবা মরম য়াম্না লৈরিনে মাগী। অহল অসিনা মহুৎ শিনবা য়াদবা নঙগী মতাংসু লৈরি। মরী অমনা মরী পুম্নমক ওইবা য়ারোই। ঐ চৎখ্রগে। খল্লু। মুন্না খনখো। য়ুম পানবা পাপ নত্তে। পানবসু হাইরপ মান্নবা মশেন পান্নবা চুম্মী। নঙনা খরা হল্থখিবা চাকনিবা অমা খনবা চুম্মোই ঐনা ইংলণ্ডগী নিংথৌমচানুপী আশা তৌবা অঙাওবনি। ঐনা হল্লকপা অদুনা লাকপা তারগনি অমুক্কা লাকখিগে --

পাউখুম হংবা। ঐ খঙই নঙগী পাউখুম লৈরে। মদু অমুক্তগা খন্থখো, রিভিয়ু তৌখো। শিবা-চঙবা তম্বা ঙমদে। হল্লক্লবদি নোংমা লাকখিগে। চৎলে। ইহে, অমনা, ঐখোয়' উমাসে ঐনা অসোমদা থবক অমা হোৎনবিদৌরি, মাগী অহল মরূপ অদুনা কন্না হায়বনি পার্মনেন্ত থবক অমত্তং ফংনবা হায়দনা। নম্বর য়াম্না ব্রাংনসু ফংজৈ অয়াবা অমা য়েংবিরক্কে। য়াবা য়াই খল্লি। মতা চাবা লৈরবদি মাবু ঐ ইনাক্তা থিল্লক্লবা খন্নরে।

ঐ চৎলুখিগে, বাই।

বীনাসু তপ্পা খুম্মুই - বাই। হন্না য়েংলমদ্রবা মংলেমনা চীং লেম্মবা খোঙথাংদা চৎখিবদু খজিক য়েংলুই। ময়েংলগে হায়না খনবদি নত্তবদা ঙাইহাক্তং লৈরগা মতাইরোমদা চঙশিন্দুনা য়েংথরুই। গাড়ী থৌখিবা উই। চীক্লা হাঙলবা লোইরোইনা তামখিবা লমজাওদা কার অঙাংবদু থৌখিবা য়েংহৌই। মৈবুল মচা অমা ঙমখৈ তম্না পাইখিবা মাল্লি। বীনাগী মমীৎতা হন্না হন্না পাইখিবগুম তৌরি। উরিবদু হৈনদবদৌনা তৌই। নুংঙাইতবদি নত্তে। অহাংবা অমগী মমি তাবগুমসু তৌই। নীংবা কায়বদি নত্তে। খঙহৌদনা খল্লকই অহল অসিগীনা কমদৌবা !

# তরুকশুবা

অহিং অমনি। চপ চানা থেঙলবা অহিংনি। তুম্নবা গুলী চারগা তুম্মুরবী বীনা খংপ্রেক খংনা লোংনা ফুক হৌগৎলকই। মৈ খংকাপ কাপ্লগা কাগী অকোয়বদা কোয়য়েং য়েংই। মাগী হান্নগী ক্লিনিককী কা অদুনি। থোঙলোমদা য়েংথোকলুই। ঙসাই নৎত্রগা ঙরাং মানা লোল্লম্বা মওং অদু ইকায় কায়দনা লৈরল্লি। মশাদু ইয়াং য়াংনা নুংঙাইবা ফাওবগুম তৌরকই। তপ্না হৌগৎলগা ঈশিং গিলাস অমা থক্লগা অমুক্তং তীংলী-য়াংলীরম্মগা তপ্না হিপথরকই। তুমথবদি য়াদ্রে হোৎনদবসু নত্তবদা লৌশিং মাঙঙু হায়বা য়াদ্রে। নীংশিংদনবা লাক্ল- লাক্লনা হৌজিক্কী মঙ অদু মতৎ-মতৎ মচেৎ- মচেৎ নীংশিংদুনতা লৈরকই।

মঙ অমা মঙখি। হৌজিক্তা, ঙাইহাক্কী মমাঙদা মঙখি। নীংশিংলি। নীংশিংলক্লি। পঙশাং শাংবা নত্তে তেনবসু নৎত্রি- ... শিখ্রবা মপুরোইবা জয়চন্দ্র অদু শিরমদ্রে হায়দনা তৌরম্মী। থোকখিবা পূম্নমক অচুম্বা ওইরবসু জয়চন্দ্রগীদংদি লাল্লম্মে, লান্না পাউ ফংবা ওইরম্মে। থোঙ্গাল্লোমদগী কার তপ্লি-তপ্লি থৌজিল্লকপদুনা লেঙদবা প্রমান ওইরে। বীনা লুতোন শাৎনা নুংঙাইজখরে। নুংঙাইবদা নুংঙাইবা হাপকৎপা মহৌশা অমা ওইখ্রে অমুক হন্না লুহোংবা তারে। বীনা- জয় নৌনা লুহোংবা তারে। সংকীর্তন থৌরম হৌফাৎত্রিঙৈদা জয়চন্দ্রনা লৈ পরেং অনী হূক্লক্লে। ইকায়জরবী বীনানা অমা লৌথোক্লুনা হূকলুরে। হূকপদা ঙায়রি লাঙলম্বা নিল্লম্বা পূম্নমক পুমচীক চীকখরে। মখল কয়াগী লৈতেংপোৎনা লৈতেংলবা কা অদুদা মথন্নতা ফমদুনা লৈরে। খঙহৌবা নত্তে বর শাবদু লাম্মী অমগী ফীজোনদা থোঙ তপ্না লোনশিল্লম্মগা তপ্না- তপ্না চঙলক্লে। ঙক্লা য়েংলিঙৈদা জয়চন্দ্র নকশিল্লক্লে। য়ারিবমখৈ নকশিল্লক্লবা মতাংদা বীনানা হায়রুগুম তৌই,

... নঙদি শিরে হায়জিন্নরম্মিবা ওইরে !

... কনানা হায়রিবনোনে ঐ শিদেনে তো ননাক্তা লাক্লিবসিনি।

... হায়জিন্নরগা নঙদি লান য়াওরুরিবোইরে। ঐনদি শোমদা ঙাইবদা !

... কুইনা অমুক ঙাইরগুমসি লাকও ব্বারী তপ্না তৌরুরসি।

ঙাংনা-ঙাংনা জয়চন্দ্র হিপথখরে। বীনানা পোৎলোই হোংদোক্লগা নক্লা ফমথরকপদা হিদাক ঙাউফিং-ঙাউফিং তৌদুনা লৈরম্মিবদু ইবোহল ওইনা হৌগৎলক্লে। শ্বায় লাউখ্রবী বীনানা মকোক খুমজিল্লগা ফুক হৌগৎলকই। খংলাক-খংজিন ওইনা ফারকপা মখূৎ অদু শেত্তোক্লুনা ইছেক্লম্মগা থোঙলোমদা চেম্পোরকই। থোঙদা লেপ্লম্বা জয়চন্দ্রদা চেনশিন্দুনা কোল্লুই। "ঐদি কা ওন্ননা চঙলুরে" হায়গে হায়দুনা য়েংখৎলুই।

অদুসু ইবোহল ওইরম্মে। ঙকপা পাখৎপা পূনখিবনি। শ্বায় লাউরকপদুনা মঙ নৎত্রে। য়াম্না নকশিন্নরবা মতাংদা য়েংখৎলুবদা দোক্তর অহল ওইরম্বদুদা শ্বায় লাউখিবনি ... লোংনা ফুক হৌগৎখিবনি। নোং ঙাল্লবা মতুং ফাওবদা তূমথবা অদুম য়াদ্রে।

মথংগী নুমীৎসি য়াউশঙ মরিনি চনবা নুমীৎনি। মায়কৈ পুম্নমক্তা মফম-মফম খুদিংদা শান্ন-খোৎনবগী খোঞ্জেলতনা পূমনিল নিল্লিবা, মতম ফনা নিনখৎনরিবা নুমীৎ অমনি। শেল মুনবা অবের তৈনবা য়াম্না হনথখ্রবনা সোরোক লমজাওদা ঙাওনবা ইরৈ লৈরক্লুবনা নত্তবা থৌদোক হৃছখরে। ক্লিনিক্কী ফীবম হামু-হামুদা লৈ। মী তিনবদুম হৌহ্রে। নুংঙাইবা মতমগী ফলসু লৈবনি। লায়না- তিন্না ফাওবা হৱাওবা মতমদদি ময়াক হল্লি, য়াম্না হল্লি।

হান্নগুম মেরীগা ব্রেকফাষ্ট চামিন্নরবা মতুংদা য়ুমথক্তা কাখৎলকই উরুম তংখায় নুংশা তংখায়দা শাংদোক্লা ফম্মগা নাক- য়েক অকোয়বদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। য়াউশঙগী শান্ন- খোৎনবগী শক্তম উই মখোল তায়। দ্রাইভর অহল অদু ঙসি দোক্তর অহনগী হিদাক কাপ্পা নুমীৎ থোকই অদুনা মেরী চৎলগে হায়রি হায়বা লাকই। থিল্লুনবা হায়রুই। হান্নগুম ঙরাং অথেংবদা লাকপা চে- চিথিনচিংবা খরদু মেজ মচাদা থল্লল্লগা চৎখিগে তৌবা দ্রাইভরদা হায়রুই,

- খুরাবু য়েংঙোই।

- তাকপিয়ু ইবেম্মা ?

- মেরীদনে ঐখোয়গী বাজিদু ব্রাকিংগা চৎতনবা, চখোক্তনবা হায়রম্মু হায়বিয়ু।

- ফনি ইবেম্মা হায়জগে।

দ্রাইভর অদুনা কুমথখ্রবা মতাংদা তপ্পা খলহৌবনি বীনানা মঙদা লুহোংবসি অফবনি হায়নদবা লৈ, অহল অসিগী মওং অসিগা ! অমুকসু খল্লকই - তাইবঙ মীগী মঙ অসিসু অঙকপা হায়বদুনি। ওহোক ওহোকপা ! খন্না খন্না মঙদু নীংশিংলক্কে তৌই। ফুক হৌগৎলগা নাক-য়েৎতা শাংনা শাংনা, শান্না শান্না, তাম্না য়েংথোকলুই। ফাখিবা হৈনবা ঈশৈ অমা ঙংগে হোৎনরুই। ইথোক থোক্লক্তে। রেলিং মনাক্তা নক্লা চঙশিল্লগা অনকপগী শক্তম অমা চাউয়েং য়েংথরুই। মী চিল্লমখ্রবা শহরগী ময়াই লম ওইরবনি, য়াউশঙ অসিদা মী ইতাক তাক্লে। পূমতাক তাক্লবমক্তি নৎত্রি হোলী শকপা খরা চৎলি, পুমহাং হাংদোক্লবা জীপ অমদা নুপামচা ময়াম মমায়- মমীৎ মফি- মরোল পুমঙাং ঙাংনা ধুলোক কোরতাল য়ৈদুনা চৎপ্রি। লাঙনা য়া- য়া চৎপ্রি। ফনা শাংনা তান্নদুনা য়েংলগা মোমোন্নরুই। মশাদু ইয়াং য়াংলকপগুম তৌই। নক্লপ্পা উরকই, য়েনীং হুনগৎলক্লি লৈহাও পাম্বী অচৌবা অদুগী মখোঙদা লৈশাবী খরা চৎলম্বদগী ব্রারদনা পোখাবগী মওংদা পদ্রাক- পদ্রাক তাবগুম ফন্সি। ব্রাবী শাবি।

তাবদি ফংদে। খঙহৌবা নত্তে কার মচা অমা জিরি জিরি লাক্লগা মপাদা খান্নে। পাখং খরা চোংথোরক্তুনা চোংশিন চোংশিন্দুনা ফারগা আবের তৈরে। ওনশিন্নদুনা তৈনে। হান্ননা খঙনরবসু মাল্লি, খুদক্তা হায়নবসু মাল্লি। অনীখক্তি খরা চখোকমিন্নরগা কংশিল্লবা শম্বল্লে মরুমদা কন্না হেক্তা তৈনরে। পাখং অদুনা তুংলোমদগী শুপকোন কোনশিল্লগা মফম হায়বা থিদনা তৈবনা অমদুনা মশা অপৃম্বা মূক মৃক্তুনা খাঙলি। য়াদবা য়ানীংদবগী মওং নত্তে। হৌম্লবা মতমদা নোংমা য়াউশঙ ইনৎ নত্তবদা গ্যাসকী লৈরঙদা চাক কন্না থাগৎলিবী নৌরিবী বীনাবু জয়চন্দ্রনা থবক অমা চখোকলমদাইদা নক্লা তুংলোমদগী চঙশিল্লক্তুনা বিদাই তৌরম্বদু খংনীং নীংশিংলকই। নিংদোনগী মিহুল চোংলকই দং-দং-দং। বীনা হুৎ লৈথোক্লগা চৎলকই মেজ মচা অদুদা ফমথরে। নোংমদোনদা লৈখৎতুনা য়েংলগা মশম খোমগৎতুনা পুনশিনগে থৌরাংলুই। পুনশিন্দরে থংনবা মীৎকুপতা অনকপদা মখোল তারকপা নর্স নহা অমদা ঈশিং অইংবা গিলাস অমা পুরক্লবা হায়রুই। নহা অদুনা তহা- তহা পুরক্তুনা থন্নে। খজিক্তং মচীন তেংবোই থকপোই তৌরম্মগা হায়রুই,

- রাধা নঙদি য়াউশঙ য়াওদ্রবো ?

- চেচে দোক্তর, ঙসি নুংথিল ফাওবা ঐগী দ্যুতী লৈ।

- থবক অচিনবসু থোইনা লৈতেদা য়াওনীংঙগদি নচে মেরী লাক্লগা চৎলুচো কৈদৌগে।

- য়াওদ্রবসু য়াইদা হয়েং নুংদাং ঐখোয় লৈকায়দা থাবল চোংদৌরি অদুদা চৎলগে।

- পৈশা খরা পায়গেরো ?

- য়ানি, নহানদা ঙায়রি তোলোপ ফংবা, লৈজরি।

- ফৈ-ফৈ। পাম্মবসু হেক হায়রকউ হায়বা। খরসু নুংঙাইথোকউদা।

- ফনি।

ঙাইহাক ব্রারী শারুবনি। রাধা চৎখ্রবা মতাংদা মওং তানা ঙাথদুনা ফম্মগা চে- চিথিশিং লৌখত্তুনা য়েংলুই। পাক্লপ তৌবা বার্তোনগুম্বা মানবা চেখাও অঙৌবা অমা য়াওরম্মী। চিংথোক্তুনা য়েংলুই। বার্তোনমক ওইরম্মী। লুহোংবগী ওইরম্মী। দোক্তর মংলেমগা উমাগগী লুহোংবগী। দিল্লীদনি তাং হৌখরে তরানী চপ চানা হৌখরে। ঙসি অসি তরাগা মাথোইনি চনবা নুমীৎনি । বার্তোনদা ঙাইহাক মুন্না য়েংলগা বীনা য়াম্নমক চীংলেম্না মোমোন্নরুই। খল্লুই মতম অসিগী কূম্মে অসি জাৎ জাৎনি, লাইবক ফমিন্নবা অনী কন্না নৌরমখিনি। থংনবা মীৎকুপ্তা লকক তৌরকই ইহে ! ঐদি ওম্ছোকপা ! বার্তোন য়েংনা য়েংনা কেপ্তেন মংলেমবু লাম্নীগী ফিজোনদা মশেন- মরাং

উবকই। থা খবগী মমাঙদা মানা চৎখিবমদাইদা হায়বম্বদু তাবগুম তৌবকই। অমনা, ঐখোয়' উমাসে ঐনা অসোমদা থবক অমা হোৎনবিদৌবি ...। অতোপ্পা অমবোমদা অমুক খল্লকই মাদি মখোয়গী মামশিং অমগা মবী লৈনবনি, হকচিনবা মবীনি হায়না তাবনি, কমদৌবিবা জাৎনো। মাগী মামদু নহা নত্তে। দোক্তব মংলেমসু নহাদি নৎত্রবনি। অদুবু মানা মিলিটবী দোক্তবনিনা তগৎ- তগৎ তেক্লা উবি। মশা ফৈ চুঙ- ফিবান চায়। মশক ফজে নুপাদা নুপা মাল্লি। মী খাঙবা মীদানি। মী খাঙবদি ঐখোয' বাজিনি, অহল অসিদি মী খাঙঙবা অশেংবনি। মী পঙপিক পিকপসু নত্তে নুপা অমা ওইবগী চপ চানা ব্রাং চাউবনি। ব্রাং চাউবসি মী পঙখাঙ খাঙদবনি অদুবু বাজিদি খাঙঙি ওখাক্লা খাঙঙি। ফজনা মতা চানা কেবর্বদি পাখং খবা লিবা অমদৌনা থাবল চোংবা যাওবা যাবসু যাবি। খল্লম্বদগী ঙসাই অহিংগী মঙ অদু খংনীং নীংশিংলকই। শ্বায লাউবদি নৎত্রে। নমদুনা কাউনবা লাক্লবগা মথংগী চে অমা হাইদোক্লুনা যেংই। থৈদোক্লগা লৈথোকপসি বীনা হৈনবে। হৈসু চপ চানা হৈবে।

নাকনগী টেলিফোন তপ্লা খীংলকই। পাযখৎলুবদা বোজিতাদগী ওইবম্মী। ঙকপা নত্তে থাজকদবনি। চিংনবপ তৌবা অমসু যাওদবা নত্তে। চীংলেম্মা হাযকবনি,

- ও, বোজি ?

... হোয বোজিতানি মেডাম।

- কুইবেদা, নখোন-ইখোনগা খঙনবক্তবেদো। কমদৌবি নঙগী বোজিগী ক্লিনিক যাম্না চাউবে হাযবা তাবে।

... খঙদে অসুম পঙহোৎ হোৎনবি, মেডামহোযগীগা পাবা যাবা নত্তেদা অসুম থবক অমদি পাযবা চুম্মী হাযদনা তৌবনি।

- চাউবেদা। এস.পি. সাহেপ কমদৌবি ?

... মেডাম মাদি ত্রিপুবাবোমদা অমুক লৈখবে। লাক্লম্মী নহান্দা চৎখ্রি।

- নঙ ঐবুদি শাউদেকো ?

... এ, কবি ব্রানো মেডাম ! ঐনা তৌজবা ঐনা ফংববু মহৌশা নত্তববনে

- মদুমক শাউবপ লৈবিবগী ব্রাফম মাল্লিদা !

... নত্তে বাই গোদ, ঐ শাউজদে। নুংঙাইতবা কৈসু লৈজখিদে। খ্রিস্তানদি ওইদবা ঙাংনদে।

- ও ! কযা কুইবে ধর্ম ওনবদি ?

... ইথৌ লৈখিদবা মতুং থামুক লৈবগা।

- ইহে. ইথৌ ?

... লৈখিদরে। লৈখিরমদাইদা মেডামদা ব্বারৌবিদনবা হায়য়ু হায়না তাকপিরম্মী।

- ঐদি ওম্থোকপা ! তাদবনিদো।

... ফরে মেডাম, মদুনা মদু ওইরে। পাউ অমা তমজনীংদনা -

- উমা লুহোংবগীদুরা ঐ হৌজিক্তা বার্তোন -

... অদু নত্তে। হোয় অদুসু পাউ অমনি। ঐনা দিল্লী চৎপদা তান চাদুনা য়াওরকই। কোর্ততা রেজিস্তার তৌরগা মন্দির অমদা অমুক হোঙবনি। য়াম্না নুংঙাইনা লৈহৌরি। ইকুই কুইদনা থোকলকপা য়াই। সিদসু অমুক চাউনা রিসেপশনগুম্বা অমা তৌরবা য়াই। বার্তোন তৌজরক্কে।

- তৌরক্কনু রোজি মঙ্গোলগী মতাংদা লুপ্তাবী উবা চুমদে।

... হেরা মেডাম ! সার মংলেমসু পাপ্রা নৎত্রো !

- হ ! নুপাগীনা নুপানিদনা। ঐদি পুংঙৌ ফনেককা চন্দোল অমুবগনা লোইরবনি। মসিদা নুংঙাইজরে।

... মদু মেডাম ব্বাদি ব্বারৌবিরোই, ইশাদগী চেম্থোক্লবা লাক্লবনি।

- মানি, ঐ খঙই রোজি ঐ মীচেন অমনি।

... অতৈদগী নাম্থোক্তুনা চেনবদি ঙম্বিবসু য়াই অদুগা ইশাদগী চেনবদি নাম্থোকপা ঙমগদবা মান্দেবো মেডাম !

- মোংফমগী চিতারোমদা চেনশিল্লবদি ঙমগনিদা রোজি।

... মদুমনা মীনা পাঙদবনি হায়না লৌখিবসু য়ারি।

- তৌনুদা রোজি সংসার সমাজ থাদোক্লবা বাবা ময়াম লৈনরিদা। সন্যাস-

... মতাংবু চাদৌরে মেডাম ঐ তমজগে তৌবা পাউদু তমজরগে। অতৈ ব্বারী কোন্না তৌরসি ঐ নোংমা চখোকচরক্কে।

- নঙ শংঙোইদা। করিনো পাউবো ?

... য়াম্না মরূওইবা পাউদি নত্তেদা ঐনা সুম খঙহন্নীংদুনা তৌবনি।

- তারসি।

... নহানব্বাই ঐখোয়না চৎলুবা হীরী কোনবগী মফমদু নীংশিংবিরিদনা ?

- নীংশিংলি। নীংশিংবদা নত্তে ঐদি মরক মরক্তা অশেংবা মফম অদুদা লৈনীংবা ফাওরকই। মফমদু শান্তি ফংখি। হৌজিকসু চৎনীংলি। অদু করি তৌবা ?

... মদুদা মায়চৌ অহল মায়নৌ নহা ফমখিবদো।

- ফমখি।

... মদুগী মায়নৌদো, মাগী মচা অমা ঙরাং পোক্লে, ঐখোয়গী ক্লিনিক অসিদা

পোকই, ওপরেশন ময়ায় ওইনা চাউবা অমা দোক্তর অহুম্মা তৌই।

- মখোয় মায়চৌ মায়নৌশিংদুবু ময়ুম পান্দে হায়বদাইনে, নুপী লৈব্রনে ?

... য়ুমদি পান্দবনি, নুপীদি লৈরম্মমাল্লে। মাগী নুপীসি য়াম্না অঙাংনি। মেডামগীদা রাধা হায়বী সিস্তর অঙাং নুপীমচা অমা য়াওরিমাল্লে ?

- য়াওরি। কুইদ্রি থা অনী- হুম্মুক্তা ঙাইরি, নৌনা হাপ্লনি। অদু কৈদৌরবা ?

... অঙাং মমাসি মাগী মমান্নবীনি হায়। মাদি মুন্না খঙলমগনি ঐখোয়দি খঙদ্রে। ঙরাং অহিং অথেংবদা নহানবাইগী মায়নৌ অদু হাইরপ লাক্লম্বদুদা খঙহৌবনি। ওপরেশনদা মানা সহী তৌরে। মমা ওইরিবী নুপীমচাসিদা ঙসি ঐনা হংবদা মপানি হায়। সিস্তর রাধাদা চাউরাকপা অমা হংবিরবদি খঙবিবা য়াই।

- খঙলগা করি তৌনরুগনি রোজি ! পোক্লবদি পোক্লেদনা। নুপারা নুপীরা ?

... নুপানি মেডাম, অস মশা ফগ্রে, কে.জি. অনীরোম লুম্মী।

- ও, অদুরো, অতৈ করি ?

... অসিদনি। মেডামনদি য়াম্নমক শেংই, ঈংই, হায়বিরিবা লাইনীংফম অদুগী পাউ খঙহন্নীংদনা তৌজবনি। ময়াম্না য়া- য়া খঙনবদি নত্তমাল্লে। হায়নীংদবা তাক্লিংদবগী মওং তৌনৈ। মনেনি হায়বা মৌ নহা অমদি য়াম্না শাউবা উই। মনেসিসু হীরী কোনফমদা য়াওমাল্লে। মপুরোইবা লৈখিদবা কুইরমাল্লে। নহানি মেডামখোয়দগী পঙহন হল্লমগদবা মান্দে।

- ও, অদু কৈদৌবা ?

... হ ! পাউ অমা চুম্না 'সুম পীজবগী ৱাদনি। ঐ নোংমা চখোকচরকখিগে। পাবুঙ য়াম্না ফরে হায়বা তায়। থমজরে।

- নঙ ঐখোয়বু শাউদেকো ?

... ইবুংঙো জেসসনা সাখীনি, করিসু খঙ্গদে। থমজরে।

য়াম্না কন্না মরী লৈনবসু নত্তবদা পাউ অসি করিগী পীরক্লিবনো হায়বা চপ চানা খঙদ্রবসু চাউরাকপা অমদি খঙবগুম তৌই। কন্না খোঙ্গেং হান্নবদি নৎত্রগসু মায় পাকখিবগী নুংফোঙনবা খোঞ্জেল অমা রোজিতাদা য়াওখিবগুম তৌই। মান্দবগুমসু তৌই। ফোনদু মুৎথৎলগা ফনা কুইনা পায়দুনা লৈরুই। ওখাক্লা কুইনা উংদুনা ফম্মুরবা মতুংদা মরক্তা ৱাখল অমদুম লাকখি অঙাং অদুদুম য়োক্লসিরা'? অমুকসু খল্লকই- অহল অসিগীনা কমদৌবা!

কান্নবা নত্তে হংলোই খন্ন খন্ন বারুনী নুমীৎকী নুমিদাং অথেংবদা য়ুমথক্তা নোংমাইজিং চীংদা মৈ পরেং য়েংমিন্নবা মতাংদা বীনানা সিস্তর রাধাদা ৱাহৌদোক শাংতকপা অমগা লোয়ননা রোজিতানা হায়রম্বা ৱাফম অদু হংলুই। থোইনা খঙদবগী

মওংদা লৈথোক্লগা হায়দনবা তাক্তনবা হোৎনরম্বনা ঙাইহাক্কী মনুংদা হায়বা য়াবমখৈ হায়রকখি,

- মমিং লৈহাউ লৈমা কৌই। চেচে দোক্তরদৌনা মশক য়াম্না ফজে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী পাবুঙগা ইমাগা লৈখিদরে। মোরেদা লল্লোনবা চৎমিন্নবদা গাড়ী গুরুং চৎপদা পূন্না লৈমিন্নখিদবা ওইরমাল্লে। খঙহৌদ্রে। মনে য়াইমনা য়োকপনি। ইনে অসি য়াম্না নংই। মাম অদু খরা ওকলমদবা ওইরমাল্লে। ময়ুম ইংখোল লৌ লৈরম্বদু স্বারদা লোইনা থাদোক্লম্মগা চাকখাউ য়াদদনা লৈখিদ্রবনি। ইনেগী ইংখোলদা লৈ য়াম্না শাৎলি। ইনে লৈ থাগল্লি। মরূপ লৈহাউসু লৈ য়াম্না পামজে য়াম্নসু থাই। মখূৎ য়াম্না থুম্মী। সেবা তৌবসু হৈ। ইনেনা লৈ হেক হেক য়োনবা মফমনি হীরী কোনফমদো। ধর্মগী মতাংদসু মরক মরক্তা য়াওবা জাৎনি। ইনেনা হায়বদগী লৈহাউ লৈমা হীরী কোনফমদা থমখিবনি। চান্ননা লৈখিবদি নত্তমাল্লে হান্নদি। অয়ুক নুংথিল থবক ইংখাং খরা তৌরম্মগা হল্লকলম্বা ওইরমাল্লে। ঐনা নর্সকী ট্রেনিং চৎলুরিঙৈদা মুন্না খঙহৌদ্রে। মরক মরক্তা মীফম অচৌবা য়াওরকপদা অহিং লেকপদি ইনেনি। মদুদগী শেন ফংবনি। ইনেগী মচা নুপী ঙাক্তা মরিনি। হৌজিক্তি লোইনা চাউরে। থবক মচা মচা তৌবসু য়াওরে। ইনেনা শংদবা মতমদা লৈহাউ লৈমা মরক মরক্তা অহিং থবক ইংখাং তৌদুনা অরাকপা লৈররিবা মীগী চাক-ঈশিং থোংবসু য়াওবনি। অয়াম্বা মতমদা হৌজিক্কী মায়নৌ অসিগী সেবা লাংবা তৌবা ওইরমাল্লে। মশা ব্রাই শংলকখিদ্রবা মতাংদা ঐখোয়গা উন্নবনি। লৌথোক্লবা খন্নবদা মতম য়াম্না হেনজিনখিবনা য়াখিদ্রবনি। মায়নৌ অদু হীরীগী থবক অসি থাদোকপদৌনা তৌরবনি। নুংশিনদুনা লৈমিন্নগদবা মাল্লি।

অমম্বা মরক্তা মৈরা য়েংনা য়েংনা ব্রারী তারশ্বী বীনা ব্রারী লোইরকপদা মফম থোইনা খঙডুদবা 'উম' অশাংবা অমা চিংলকই। তপ্না হংলুই,

- হৌজিক্কী মায়নৌসিদি মপাগুম্বনিনে?

- মনে- ইনে অদুনা পাবুঙ কৌরিবা মীনি। ঐনা অসুম খনবদা মরী লৈনবদি ইনে অসিগা মাল্লি।

- কমদৌনা ?

- লৈহাউ লৈমনসু করিগুম্বা মতাংদা হায়বা।

- করি হায়না ?

- অয়াম্বা মতমদা ইনেগা লৈমিন্নে, মরক মরক্তা লৌব্রাই - থব্রাইদসু নোং নিনি চৎমিন্নে, হীরী কোনবগী মশা হাংবগীনি হায়দনা চৎমিন্নবনিদি হায়, অদুবু য়াম্না নকশিন্নবগী মওং মাল্লি হায়দনা হায়।

- লৈহাউগদি কমদৌনা নক্লরুরিবা ?

- ঐনা খনবদা, ইনে অসি মতম খরা হোস্পিতালদা লৈরুই হায়। মতাংদুদা লৈহাউনা হীরী কোনফমগী থবক ইংখাং পুরুই হায়।

- ইনে অদুদি হোস্পিতালদদি করিগী ?

- মুন্না খঙদে লায়েংবনি হায়বদমক হায়।

- করি লায়না মাল্লি ? নঙসু খঙবা ঙল্লমগনি।

- ঐহাক অমুক্তা চৎলুদে লৈহাউনা চৎকে য়াদে। মাদি শাউদুম শাউই। ইনেগী মরমদা ৱারী শাগুমসি হায়দনা কষ্ণোকই।

- উম, নঙদি রাধা কনাগা নুংশিনরি ?

- হৈমা ! চেচে দোক্তরসিমা !

রাধানা য়াম্নমক ইকায়জনা চৎখ্রবা মতুংদা বীনানা খলহৌই- করিনো ওইনরিবা মওং অসিবো! কনানা লাল্লগা কদাইদা চুম্মিবা। চুমদবা করি ! করিগী? তূমথবা য়ারোই খঙনা খঙনা মাগী কাদা তূম্বা চঙলকই। গুলী মখুবাক্তা হৈদোক হৈদোক্লা 'তূম্নবা গুলী শীজিন্নবা ফত্তে হায়বা খঙনা খঙনা করিগী চারিবনোনে বীনা !' হায়খিবা ইবোহলবু হান্নগুম নীংশিংলকই। হান্নগুম মথন্তা চীক্লা হিপথরকই। তপ্পা শোনখিবগুম তৌই। করিগীনো অসুক ঙন্না শিথ্রিবসিবো!

চৈরাওবা হয়েংনি হায়বদুগী নুমীৎতা বীনা অনাবশিং মরোল অমা য়েংলুরগা থোকলকপদা রাধা পুণ্ডৌ ফনেকতা চন্দোল চৱা থিন্দুনা তহা-তহা চঙলকপা উই। বীনানা হংলুবদা খরা থেঙলকপগী মরম ওইনা তাকলকই,

- ঐগী মরূপ লৈহাউ লৈমদু লৈত্রে, অদুগী হংবা চৎলুবদা থেঙদোকখরে।

- এ লৈহাউ ! নহান ইবানীনা ?

- অদো, অঙাং অদুগা মমা মচা হূ থক্তুনা লোইখ্রে।

- এ ! কৈদৌঙৈ ?

- নহান নুংদাং অহিংদা ওইরমাল্লে।

ঙাইহাক লৈরগা টেলিফোন তৌদুনা রোজিতাদা হংলুই। রোজিনা হায়রকখি, "মেডাম ঐখোয়সু ঙসি অয়ুক্তা তায়। ঐখোয়গী ক্লিনিকতা পুলিশ লাক্তুনা হংলম্মী হায়। ঐদি চখোকলুবদগী থেংনহৌদ্রে। ... মাগীসি মশা মথন্নতা শিজবা মানফাত্তবগী মওং লৈবা ওইনা তৌবা মাল্লি হায়নৈ হায়। খঙদে মেডাম পুল্সি অসিদা তৌনরিবা দ্রামা ময়ামসি, মওং মওংগীনি। ধর্ম, কুম্মৈ মরী খঙনবা চান্নবা তিন্নবা ময়ামসি দ্রামা ওইরমাল্লে মেডাম। নহানৱাই ঐখোয়না হীরী কোনফমদা তামিন্নরুবদু নীংশিংজরকপগী ৱানি। ঐদি মেডাম, পুম্নমকসি কুম্মৌনি দ্রামানি হায়দনা য়েংবা হৌজগ্রবনি, কুইরে। ঐনা খঞবা মহৌশা হায়বসিগা মূক্লরুবা কান্নরোই, নোং নুংশিং, থাবল নুংশা ঐখোয়না

থিংলুবা শেমদোক্লুবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। ঐগী ব্বাদি হায়রিবা, নিংথম্মে ফি অরুম্বা কোক ইনশিনবা, হুমাং শৌরক্লগা ফি লোইনা হুক্তোক্লগা হুমাই হেক হুম্বা, লাম্মগা হেক চাথোকপা তূমনীংঙগনা নাখোক্তুনা তূমথোকপা.... সমাজ ? চৎনবী ? মসি মেডাম লৈতবা থমদবদি য়াদদনা থম্মগসু চেক্ত-চেকশিল্লক্লগা মহৌশাদা হেক্তা তারকইদা। ঈশিং খৌরাংলক্লবদি ঈশিংমক থকপা তাবনিনে, মেডাম, য়ুনা, হূনা, অমৃতনা য়্যারোই। অমৃত থক্কে হায়রগনা স্বর্গদা চৎখিবা তারেদনা। ঈশিংদা ঙকশম য়ৌনা কুম্মিবা ঐখোয়না ঈশিং খৌরাংলক্লদবু অফ- ফত্ত করিগী য়েংলুদগে। নীনীখক হিংবসিদা থোক্ল- থোক্লবা লাক্কনি খৌজেং য়ৌবা ফাওবা থক্লগা লোইরে। লোইনমক চৎখিগদবা ঐখোয়বু ... করি হায়গে...।”

বীনা করিসু হায়দে। হায়নবা লৈতবদি নত্তে। খন্দবসু নত্তে মহৌশা হায়বসিদি সনানি শুংদোক্ত্রিবা সনানি শেমদোক্ত্রিবা নুঙয়াইনি। ময়ামগী মাঙদা পুথোক্লবা লৈতেং শাবদি য়াদ্রি। শুংদোকপা শেমদোক- শাদোকপা তাবনি। বীনানা রোজিতাবু সুকয়ামক য়ানীংদবদি তৌদ্রে। খল্লকপদুম য়াওই। হোয়দহে শিদৌ’ থব্বায়বু ! য়াংথোক্লবা লাক্লবা কুইরবনি। ঙাইহাক মখূৎনা মখদাং শৌদুনা তুমিন্না ফমলম্বদগী ইবোহলদা ফোন তৌরুই, হংলুই বাজি হয়েং চৈরাওবসি করি করি মথেল তৌসিগে ?

ইবোহল চান্নানা ঙক্লুরে। ঙক্লুদবা দোক্তরনি। চান্ননা ঙক্লা থোকই। হৌখিবা থা মরিরোম অসি হায় তাদে, ঙাংই খুম্বোই- খুম্‌দবোই তৌদুনা ক্লিনিকতা অদুম লৈখ্রবীনি। টেলিফোন তৌবা ফাওবদা পায়গুম পায়দগুম তৌদুনা লৈরকখ্রবনি। মওং অমদা নাথৈদুনা লৈখ্রবনি। ক্লিনিককী থবক্তা মায়পুনখিবনা য়ুমগী ইখন খন্দনা লৈখ্রবীনি। লৈনা লৈনা লৈতে থবক চখোকখি হায়য়ু হায়দনা ব্বারী শাসি য়ারক্তবগী মওং খঙলকপদা ইবোহল মবুকনীং নুংশিবা অমগা লোয়ননা ব্বারৌরুরবনি। শোল্লক্লবা মতমদদি কনাসু লৈরক্তবা ওইবা তাই হায়বগী দর্শন অমদা তাইবঙ অসিবু য়েংবা হৌরুরবনি। ঙাংবদা হালেংবা লৈত্রবা ইবোহল লকক লকক তৌরুরবনি। অপোকপা ইচা ফাওবদা লৈকায় ওইরবদা মীচাবোকনবু - হায়বগী ব্বাখল্লোনদা মশাবু ফাধদুনা লৈবা হৌরবনি। য়াম্লমক লৎনা লাকপা ফোন তন্দে মান্দে পায়খৎলুবদা মমৌগী ওইরম্বা, ‘বাজি, বীনানে’ হায়দনা হরাও- হরাও হায়রকপদা ইবোহল মফম- মরাং খঙহৌদনা নিংদোল খংচোং চোংলকপনি। মমায় মমীৎ মকোক বুঙ লাউনা শারকপনি। করিগীনো হায়বা খঙদনা হরাওরুবনা মখোন ফাওবা নীক্লপ তৌখিবনি। চোংলকপা থজিন নমথরগা হায়রুবনি,

- হাই বীনা ! ইবেম্মা, বীনা কৈনো কৈদৌরে ?

... কৈনো বাজি ইথক-থক্কৎলিবো, হকচাং খরা অমুক ?

- ইপা কৈসু তৌদে, নখোন তাদবা কুইরুবদুদা নুংঙাইরিবা।

... অদ তাই য়ে।

- য়াম্না হরাউব-কাসু য়ারক্কবনিনে হে বীনা। থম্মোয় অসি !

... কৈনোনে ঐবু অতোপ্পদৌনা !

- ওইরুদৌরিদুদি। কৈনো করি হায়গে ?

... হয়েং চৈরাওবসি করি করি মথেন তৌসিগে কয়াম তৌসিগে ? ঐ কৈথেন কারুগে তৌবা।

- হে- রা, অদু ওইরে। অদুদি নঙনা তৌহননীংবদু তৌহল্লগা লোইরে নন্দোন সিবিদা হায়রো।

... ঐনা থোংদৌরিবনি । চৈরাওবনি মাসু ময়ুমদা লাউজরুসনু। ঐখোয়গীনা ঐনা লাউনি। মেরীদং য়াওহনগে। মাদি ঐখোয়গী চংনবী লোইনা খঙই। ঐখোয়গী চংনবী পূম্নমক মাদি পামজে।

- ঐ খঙই। মা মৈতে ওংলবা য়াই। মানা হৈনজরিবা ড্রাইভর নহাদু ঐ মশক খঙলে। ঐখোয়দা অহুম মরিরক লাকমিন্নখ্রে। মপাদু ঐদৌনা থমোয়গী লায়না লৈবা মীনি হায়বা ফাওবা খঙই।

... ঐমা ! ঐদি করি অমত্তা খঙদেনা বাজিদি য়াম্না খঙলম্মীনা।

- মসোমদা নঙনা খঙগন্দবসিগীনি ইপানা লায়না লোয়নরিবসে। নমা মাল্লগতা তোকই নঙদি মান্দি মান্দে।

... বাজিগী হৌনবী হেক ফৈদোক্কনবসিনা। করি মথেল তৌসিগে হংলগা।

- ঐগীদি নঙনা তৌবদু লোইনা য়ারে। নঙনা থোংদৌরিবরো ?

... থোংবা হায়ববু হোরেন কৈথেন য়ুমলোমদা কুম্মক্লদৌনি।

হায়বগা তৌবগা মান্নে। বীনানা কৈথেল কুম্মকপসি হোন্থরকপগী মওংনি। মাগী কার অসিদগী হোন্দোরকপদা লোইবা খন্বা নাইদে। হৈত-লাক্তবসু নত্তে মচল শুনা য়াওরকই, কুশুমলে কোম্বীরৈ য়াওরকই। মকুবোককী লুগুন অহনবা ফাওবা ম্বাংলক্তে। ইবোহল মরক মরক্তা উরিক অচৌবা অমদি মশিবা য়াওই অদুগা লুগুণদি শিবা থেংনদে হায়বসি বীনা খঙঙিবনি। কৈথেনগী চিদাই অমদা য়াম্লমক য়োননীংনা য়োল্লম্বা অহল ওইরবী অমনা কৌশিল্লক্কুনা "ইবেম্মা মৌ নহা ফজবী, নুংশিজবা অহল- লমন লৈত্রো ইমাগী লুগুণ অসি কৎলুনে, পুন্সি নুংশাংগনিদা" হায়রকপা অদুদা অমা লৈরকপনি। অচোইবা লৈতবদগী লুগুণ মঙামুক্কী মমল পীরম্বনি। অহল অদুনা হরাওনা বর পীরকখিবনি, "ইমাগী ইবেম্মা, য়েংবনা নুংঙাইরিবদি, নচা নপুরোইবগী সেবা মতোন লোম্না তৌবা ওইয়ুকো।" লৈথোক্কুনা চংলক্লবা ওইবনা বীনা তারক্রে। চৈরাও কৈথেনগী হুমাংনা তাউথোকহনখ্রবা ওইবনা অহল অদুনসু

বীনাগী লাইবক্কী অমুবা চন্দোল অদু উখিদে।

নুং-পান ফানা হরাওজরবা ইবোহলনা লীচৈ পায়বা য়ৌনা কাউবা মখৈ হোত্তোরক্লুনা মমৌনা গাড়ীদগী লৌথরকপা পোৎয়াম অদু মথং মথং পায়দুনা ফাক্লুনা য়েংলগা লোইশিনবদৌনা তৌরি। বীনানা নুংঙাইবা অমা ঈরোয়নরদুনা মথং মথং উৎলি, *"তো য়েল্লি, লোক্তাক্তগীনি হায়, হৈকক মচা পীশক পীশক তম্বা য়াওরে,* অস, তো অসিনা মালহৈ হৌজকপু মালহৈ থোকএনে, মসিমদি মমিং কাউরে, কুশুমলৈগা নাচোম ওইনা অদুম য়োল্লম্মে।" ইবোহলনা তাপ ওক্লুনা তাকলকই,

- লৈ অসিগী মমিং লৈরি কৌবনি।

- ঔ লৈরি হায়বা । চৈরাওবদা কত্তবা য়াদবদৌনা লৈমাল্লে। বাজিদি য়াম্না খঙঙম্মিনা।

- হন্দক্কীগা চৈরাওবা য়াওরক্লিবসি হুমফুমরি-মঙা সুরবনি ইবেম্মা। নমা- ননেম লৈরিঙৈদা নঙনা ঙসি কৈথেল কুম্মকইবা সুমাইনা কুম্মকখি। নহা ওইনরিঙৈদা ঐনা ঙসি তৌরিবা অসুম্না পোৎ লোইশিনবা য়াওখি। নঙগী জয়সু য়াওজরম্বনি। লাই কৎনবা লৈজরকপা থম্বৌ থেক্লুনা চারুবগী মমানা চৈবিবনা-

- তো, বাজিগী লুগুণ।

- লুগুণদি ঐদি শিদে, কৈদৌননি! ফরে হয়েংদি শিবা তারেদনা নঙনা লৈরক্লুবনিনা। অদগী অতৈদি এ, নঙগী থবী মচা মচাসিদি নুংশিরেদা ! মসিদি য়ুংনা মকক মকক শোইরগা মারিরবদি-

- নত্তে বাজিনা অমুক থকপা হৌবিরিসিবু ফবদগী ফত্তবনা হেল্লোইদ্রো, ঐনা হায়বদি-

- বীনা মদুদা ইপাদা থাদোক্লো ঐনা খঙনা তৌরবনি, মুন্না খন্দুনা খঙলগা তৌরবনি। ঐগা খ্বায়দগী পক্লদ্রবা ওইরে খঙনা খঙনা পোত্থারবনি। কনাগী খন্দুনা করিবু তৌরুগবনো হায়না খল্লবননি।

- ঐ অমা লৈরি হায়বসি খনবিদ্রবগী ওইবা তারবা ! ঐসু নীংলকপা অমদা ঈনশ্রবদি !

ইবোহল ঙাংদে। মখূৎ লেপ্লগা মমৌদা য়েংদুনা লৈ। বীনা শাওবীং-শাওবীং লাউরকই। ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, "ইহে, বাজিনা হয়েং চাক থাদোকপদা শেৎননবা ফৈজোম অহনবসু য়াওরকপনি, গাড়ীদা য়াওহৌরমাল্লে।" বীনা সুমাঙদা অদুম থল্লিবা গাড়ী তম্না চৎলকই। চৎনা চৎনা খল্লকই ঐবু ক্লিনিকতা হনশ্রসিরা ! মরূ ফূক্লবা ব্রাখলদি শজিবুদা থাবা চীংগী লামৈদগী পাইথোরকপা তাঙ্গোয় মচা- মচাগুম্বনি। তাঙ্গোয় পাইবা অতিয়া মতমনা পুরকপনি।

ফৈজোম অদু লৌরগা চঙলকপদা ইবোহল লৈরমদরে। লীচৈ অদুদি তাদুনা লৈবা উই। পায়বা ওইনা পায়দ্রবা লীচৈনি। নাক- য়েৎ কোয়না হায়রপ য়েংলুরগা তপ্না কৌরুই, "বাজি।" অনকপদগী খুন্নক্তে। করিগুম্বা থবক মচা- মশূ অমগী মনুং চঙখিরম্বা য়াই খন্দুনা পোৎ-চৈ লোইশিনবা হৌই। মখূৎ অনীনা পায়বা য়াবা এনশাং- নাপী খরা পায়রগা চাকশঙ- কারোমদা থমগে চঙলকই। মকুগী কা মপা লাল্লগা চৎলকপদা ইবোহল লেপ্না লেপ্না লিক্লিদগী অশাংবা গিলাস অমদা হিদাক হৈবা উরকই। থোঙ মপাদা ঙাইহাক লেপ্লগা য়েংলুবগী অদুদা ইবোহলসু লৈদুনা খজিক য়েংলকই। লীচৎ অমদি থৌওংদা অওনবা কৈসু লৈতে থাঙ্গৎলগা কন্না চিংহৌই। বীনা পোৎ- চৈ থম্বা চৎলকই। পোৎ লোইশিন লোইশিন্না খল্লি, অহল অসি লৌশিং ইতা তানা লোইবা তারেদনা ! মাগী কাদা ফি হোংদোক হোংদোক্না খনখিবনি - অহল অসিদগী ঐনা হান্না চৎচখ্রবদি ফগনিদা মানা হানখ্রবদি ঐদি খাঙবা ঙমখিগদ্রা! ঐনা হান্না চৎখিবা ফৈ। চৎখিবা ফৈ। ... ঐ লৈত্রগনা মাবুনা কনানা য়েংবিবা ? মমৈথংদা খল্লকপনি। পোৎ- চৈ মরোল অমা লোইশিল্লগা বীনা মাগী কারোমদা চৎলকই। অহলগী কারোমদা খজিক য়েংশিল্লুই। ইবোহল লৈহৌদে। নাক-য়েৎ হাইরপ য়েংলুই। লৈবগী খূদম ফংদে। মপাল্লোমদা গাড়ী ষ্টার্ট তৌরকপগী মখোল তায়। চিংননা য়েংথোকলুই। ইবোহলনা থৌগদবগী তৌরম্বদা ঙক্লুপ্না নুংশা থীনা চেম্ছোরকই। মনীং হন্দোকখিগে হোৎনরিবা অহনবু মখূৎ থাঙ্গত্তুনা খান্নগা হংলুই,

- করিনো কদাইদনো বাজি ?

- কৈসু চৎলোই কৈথেল মচীন ফাওবদনি।

- হ ! য়াদে গাড়ী পায়বিবা য়াদে। করিগীনো ঐ চৎলুগে। হিদাক ঝাৎপগিরো ?

- নত্তে থবক মচা অমা লৈবনি কুইরোই।

- হ ! য়াদে। কুইনসু পায়রক্তরে ইঞ্জিনগা নকশিন্নবসু চুমদে। করিগীনো ঐ চৎচরুগে করি পাম্বিবনো ? ঐ লৈরিসি কাউবিরব্রো ? থম্মোয়গী ফীবমগা গাড়ীগী ইঞ্জিনগা য়াম্না পক্লদে।

- নঙগীনি চৎলিবসে। কুইরোই।

- হ ! য়াদে। হিদাকসু গিলাস অশাংবা অমা লৌখিগুম তৌই। য়াদে চৎপিখিনু। কুমথবিরকও।

- অশাংবা অমত্তা নত্তে বীনা অনীনি। মসিনা কৈসু তৌরোই। সে ঈরুজ-মায়থ তৌরম্মু ঐ কুইরক-ওই।

- কুইব-কুইদবগী নত্তে চৎপিবা য়ারোই। ঐ লৈরি ঐনা চৎকনি।

হায়রম্মগা গাড়ীগী থোঙ তহা- তহা হাংলগা গাড়ীগী শো অদু লাম্মুই। ঙংলম্বা

ইঞ্জিন খংমুৎ মৃৎথৎলগা শো চিংথোক্লগা মমায় হঙ্গৎলকপগী অদুদা ইবোহলনা শো পায়রিবা বীনাগী মখূৎ ওয় অদু তাপ পায়দুনা খাম্মুই। বীনা নুংফাওননা শ্বায় লাউই, ইবোহলগী মমায়দা চেপ্লা খংয়েং য়েংখৎলকই। ইবোহলনা খজিক মোমোন্নরগা শো তপ্লা চিংই হায়রুই, "সে, কয়াবু কুইনি হায়বগে মিনিট খরগী ব্বাদনি।" বীনা অমুক্কসু শ্বায় লাউই। কোকচাওবী ভুং কাখি। অহলগী স্বরদা মনম অমা খংফাও ফাওরকই। চহী কয়াগী মমাঙদা য়াম্না হৈনরমদবদগী হৈনরকখ্রবা মনম ওইখ্রবনি। মপুরোইবা জয়চন্দ্রগা শাগোন্নখ্রবা লৈনম ওইরকখ্রবনি। মশা খঙদনা হৈনরকখ্রবা মনম ওইখ্রবনি। হৌখিবা মতাং- মতাং খরদা ব্বাখলনা লাকশিনবা নত্তনা অপাননা হকথেংনবা ঙমখ্রিবা হৈনম- লৈনম অপাননা হকথেংনরকপদা বীনা লৌশিং মাঙগে তৌই। লৈকঙলাগী শাবলদা য়োৎহিং ফলাংনা মখোঙ খুজেং মরিদা পুন্দুনা থল্লবী লমলক্কী শামু অমোমনা থম্না- থম্বালগী মনম ফংবদা তথক তথকলক্কুম্মী। লেপ্পা ঙমলক্তবা য়ৌনা মশা তুকথরকপগুম তৌই। শো তপ্লা লৌরগা গাড়ী ষ্টার্ট তৌনবা হোৎন- হোৎননা অহলনা হায়রম্বনি,

- অহল ঐগীদমক ফৈজোম তম্মকপগুম নহা নঙগীদমক নহাগী খূদোলপোৎ অমা তমগদৌরিবনি। ইমৌগী খুজেঙ হাঙবা কুইরে, হয়েং চৈরাওবা নুমীৎ অসিদগী হাঙবা য়াররোই। পুঙৌফনেক্কা অমুবা চন্দোনগা ইপাদি হৈনদ্রে, কুইরে হৈনদবা। হয়েংদগী য়াররোই। ঐনা চৎলিবসি 'বিজ প্রসাদ জ্বেলেরী'দনি। ইপানা নঙবু নৌনা লাইমিং অমুক লৌবিবা তারবনি। ঈরু- মায়থরম্মো।

মনীং হন্দোকখিবা কারদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মগা বীনা লেপ্লিবা মফম অদুমক্তদা তপ্লা লোইরোই ফমথরকই। মঙাল ফাওবা চেৎনা লাকশিন্দুনা থম্মবা ব্লেক হোল হিংচাবা অমগুম বীনাগী থম্মোয় মচা অসিনা মৈশা পূম্নমক লাকশিল্লগা লোইনাই খম্লাইদবা অতিংঙা অমদা মায়ওন মায়কৈ খঙদনা ঊংলি। শকপান্দবা করিগী খোঙচৎনো কনানা খঙবা ঙম্মুরনি। খোঙয়াঙ মানা ফাওবা মিপাইবা য়ারি। কনাগী করম্বা জগোই ওইরিবা ! ওইরিবা ? শোয়দনমক ওইরিবা !

পঙকুই কুইরোই খনবনি, পাক হেক য়াদে, পোৎ মথং মথং য়েংলিঙৈ অপাম্বা, হেন্না পাম্বা খল্লিঙৈ, ঙাংনরিঙৈদা নুমীৎ লৈথখরে, ময়ুম চঙখিগদৌরে। চকব্বায়দুনতা লৈরবা শহরগী কৈথেলনি। কৈথেলগী শক্তম অসি উরক্তবা কুইরে। নৌনা উরকপগুম তৌই। থোইদোকপা অকক্লবা মরম লৈবা নত্তবদা মতাই ওইরপ্লা গাড়ী খাম্মী, স্বর হোন্দোকপগী মওংনি, ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। য়েৎ থংবা মখোঙ অদু ঙাইহাক্কী মমাঙদগী কুইনা লেপ্পুবগী জীং- জীং লাউরম্বদু পঙথরকপা হৌরকপদৌনা তৌরকই। চিংনরপ তারকই। য়ুম য়ৌহৌবা চুম্মনি খন্দুনা গাড়ী ষ্টার্ট তৌরকপগী অদুদা

মফম মরাং ইখঙ খঙহৌদনা মথৎরায় খংনুং নুংঙাইরকই। মথমোয় মকা লাম্মকই। রাখল- লৌশিং তয়াং তশোইরকই। মায়কৈ খঙদবা লৈনম অমা খংফাও ফাওরকই। ষ্টার্ট অদু খুদক্তা মূৎথৎলগা য়েংলোম মায়রোমদা খজিক য়েংলুই। মখোক শাংলপ পানবা কুশুমলৈ অমা উই। করিনো কুশুমলৈবু মনম অসুক নুংশিবরনে মবুক্লিংদা খল্লি। পায়খত্তুনা নমলুই। তশেংনমক মনম নুংশিরম্মে। মতম মতাংনবু চারবদি শক্তিবুগী খূৎতা য়ূরবা কুশুমলৈসু মনম য়াম্নমক নুংশি। তশেংবদি কুশূমলৈগী তিংখং লৈকা মরক্তা মনম চেনবা লৈরি অঙৌবা মচা অমা চপতুনা লৈবননি। ইবোহলনদি উদে। লৈ অদু হান্নগী মফমদা তপ্পা থম্মুই। মমৌবু নীংশিংলকই নুপীমচা অসিনা চিন্নবা থল্লিবা ওইরিদ্রা? অমুক্তসু খল্লকই কুশুমলৈদি চিলহৈদে হায়নবনি, মাবু খঙলিদ্রা। 'চিলহৈদে' হায়বসি খল্লকপা মতাংদা কনাগুম্বী অমনা চিংনরপ হায়খিবদু নীংশিংলকখি, "হাই অদু থেৎলক্তনো ! কুশূমলৈ চিলহৈদে, থুংনদে হায়নৈ !" গাড়ী তপ্পা থৌনা থৌনা তপ্পা অতপ্পা, ঈচেল অমদা নীংশিংলকখি... চহী নীফুমঙামুক্কী মমাঙদা...

... চৈরাওবা নুমীৎ নত্তবা, নোংঙাল্লগা, ইবোহল চৈরাও চীংগী চীংখোঙদা উজাউ অমগী মনাক্তা লাঙতক্লনা ঙাইদুনা লৈখি। রানী তহা- তহা লাকপা উবদা নুংফাওননা নুংঙাইরকই। য়ৌফাৎত্রিঙৈদা হোৎচিন্দুনা মখূৎ তাপ পায়রগা চীংথক্লোমদা চিংখৎলি। রানীনা হংলকখি, "কদাইদনোমী ?" ইবোহলনা খুমখি, "তু আদগী লাইগী খুভম অসিদা।"

- অসিদদি ঙরাং চৈরাওবা নুমীৎতা খুরুমদৌনি।

- ঙরাংদি করিগী লাক্তে! য়াচঙবা মতুং ফাওবা ঙাইবনি।

- হকচাং শেংদবগী লাক্রবনি।

- অদু য়াব্রো ! হৌজিক খুরুম্মুদৌনি।

- চৈরাওবদি ঙরাং লোইখ্রগা !

- চৈরাওবা নত্তে ঐনা পাম্মিবসি নঙবুনি। নুমিৎ খুদিংগী চৈরাওবা য়াই লাউ সোমদা !

- কদোমদনো অশূকপা মোংশোংলোমদা চঙলিসিবো ?

- অসোমদসু ময়াম্না ইচঙ চঙনদবা লাইফম মচা অমা লৈ য়াম্না লুবা লাইফম্মি হায়নৈ ঐসু ঙরাংদা খঙই। তূমা- তূমা চঙনরগা খুরুম্মে।

- তল্লি, কিজে !

- করি কিরুনি, ঐ য়াওরিসিদি।

- নহাকপুনি ঐনা কিরিবসে !

- করিগী হা ?

- খঙদে, নহাকপু, নহাকপু কয়া মখোঙ চাবনি হায়দনা !

চৎলম্বদগী ইবোহল চপ লেপ্লি, রানীদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। রানী শাওবীং-শাওবীং লাউই, মশাদু ব্রাই ইচিন চিন্না মরূ লৃকথরপ খোয়রুম মোমোন্নদুনা লৈ, পায়খ্রিবা মখূৎ য়েৎ অদু লৌশিঙ্গনবা মোল্লি-মোল্লি লেংলি-লেংলি মুকলুই কোমগোম থারম্বগুম তৌরকপদা শাউগ্রমাল্লে খন্দুনা থব্রায় ব্রারপ নুংঙাইজরুরবীনি, ইবোহলনা লৈজবী থাদুনা খংচিং চিংশিল্লকপদা রানী খংপ্রেক খংই, খংলাউ লাউরমগদবা শম্মাদা লীৎলি। লাউরমগদবনি ঈংলবা ঈথক মরক্তা লৌশিং তারিবা ইবোহলনা লায়ওইরবা চীংশূ পাম্বী অমগা পান্ননা চপশিল্লগা রানীগী মচীন চপ চানা মেনখিবগী ফবনি। চীংশূ পাম্বী অদুগী মতোন্দা মকুম-মথা থোকপনা ঙানু থঙ্গোং তূমানা লমদল্লম্বা থোক্লবদি খঙহৌদনা চীল্লোক্লরমগনি। ঙাইহাক্কী মতুংদা মশম মনা নাম্থু-নাম্থুজদুনা রানী অচীকপা লাইগী খুভম তম্না চেনখৎখি। খুভম অদু মাসু মফম খঙই।

হাঙনা লৈরম্বা মহাদেবগী খুভমদা ইবোহল রানী অনী খব্রাং খুরুখুদক কুন্দুনা পুনেমজখি। নিনগদবা বর নিনরবা মতুংদা নীংবদা থৌবা থৌবী খরনা কৎলম্বা খুইথগন্দবা তগৎ-তগৎ তেক্লিবা লৈ অমা লৌখৎলগা ইবোহলনা রানীগী মনা মপাদা চিনবিরুই। রানীনা লৈগা লোয়ননা ইবোহলগী মখূৎ ফারগা নুংশা থীজনা হায়রকখি, "হাই অদু থেৎলক্কনো ! কুশূমলৈ চিলহৈদে, থুংনদে হায়নৈ !" পাখৎচবা মায়থোঙ উবদা বিজ্ঞানগী মহৈরোয় ইবোহল থব্রায় তানা মোমোন্নখি।

ঙসিগী মনুং অমদি মপানদা শোইনাইরবা, অহল ওইরবা ইবোহলগী মায়থোঙসু অদুঙৈগুম মোমোন্নরি। তেক্লবা কেনবদি নৎত্রিবা চিগোংলৈ মশা অচৌবা অমদা মতাংগী তাম্থা অমদা য়েন্নীং হুল্লকপগুম্মী।

মিরাং কারবা ইতিহাসকী কেল্লবা লামায় অমা খজিক হাইগত্তুনা পোখানরুরে। ব্রায়খুগুম তুংহন্নদবা ইতিহাসকী তাংকক খরদা মফম মফমগী লৈনম লীদুনা থম্লবা অঙকপা নত্তে। মহৌশানা ওইহনবা ঙমদবা করি লৈরি। মহৌশাদি মশাগী পথাপ শেমজবা পথাপ অমদা চৎচবা মঙল অমনি। তাইবঙগী খূৎ চঙবা ঙম্মিব্রা?

ইবোহলনা ভাব তারকপদা গাড়ী য়াঙনা, ফনা য়াঙনা থৌরল্লে। মখূৎনা ষ্টিয়রিং পায়না পায়না লৈ অদুসু লৌখৎলুরি মনম খজিক নমলুরগা মমাঙদা মিংশেল মনাক্তা থম্না থম্না গাড়ীগী খোঙয়াঙ হম্থহন্নবা মখোঙ য়েৎ অদু খজিক চিংখৎলুই। নেৎলিবা খোঙদোনগী শরূক অদু লেঙলুবনি। গাড়ী হেন্না খংয়াঙ য়াঙখৎলকই। মখোঙ অদু চিংখৎপা য়াদে ইপঙ পঙখ্রবগুম তৌই। খ্বায় লাউই! মনিংদোন কন্না চোংলকই

কোকচাউবী কায় ভুং! লৌশিং চাউবা অহলনি মখোঙ ওয়না য়েৎ অদু নাকল্লোমদা কাওথোক্লগা মখূৎনা অমুক গ্যার লৌথোক লৌথোক্লা অমুক লামদুনা ব্রেক নেৎলুই। পাখৎনা খংনেৎ নেৎলুরমাল্লে খংলেপ লেপ্লি। মমায় য়ৈশিল্লি।

তুংদা লাপ্লপ কন্না থৌরকপা নহা অমনা থৈদোক্লগা হেনগৎখি। নহা অদুনা খানা য়েংলম্মী।

ইবোহলনা ঙাইহাক শ্বর শাংনা শাংনা হোল্লদুনা পোখারবা মতুংদা মমায় মমীৎ তকথোক্লগা মখোঙ মখূৎ লেঙ- ওত্তুনা য়েংলুই। হান্নগীগুম ফরবগুম তৌই। হিদাক খরদং পাম্মকপগুম তৌই । নাক- য়েৎতা য়েংথোকলুই। চৈরাও-কৈথেল কান্ন-কুম্নরিবা মীয়াম উরকই। শকখঙদবা মরী মরী ময়ামগী মরক্তা কৈথেল কুল্লকহৌবী মমৌ বীনাবু নীংশিংলকই। মিংশেল ময়াদা লৈরিবা কুশূল্লেদা য়েংলুরগা গাড়ী থৌনবা তৌই। লৈ অদু মচী লেঙলম্মে। মখাদা তারমগদৌরে। মফম চানা ঈনশিনবা মতাংদা মমা- মচা অনীগী মশক শকওং পূন্না ইয়ান য়ানশিন্ননা উরকপগুম তৌই- রানী অমদি বীনা।

থোঙ্গাল্লোমদা লৈশিল্লকপদা কদোমদগীনো মফম খঙহৌদবা নহা পাখং অনীখক থোক্লক্তুনা গাড়ী খাল্লে। খাল্লগা হংলুই, "ইবুংঙো, করি তৌরে করি তৌসিগে ?"

- পাবুঙ দোক্তর ?

- মান্নি, ইবোহল। করি ?

- ব্বারী ঙাইহাক্তং, কুইজরোই।

- হায়য়ু। ইমুং চঙসিরো ?

- য়ানি পাবুঙ, ঐ গাড়ীদা চঙজরক্কে। কুইগদবা নত্তে।

মনুংদা চঙলক্তুনা ফম্মগা পাখং অদুনা তপ্না শম্না হায়রকপনি,

- পাবুঙ ঐখোয় ইমা লৈবাকসিদা য়াওল পুরক্লিবা লূপ অমগী মরুওইবা মীওই খরনি। ঐখোয়গী মিং, লৈফম অদুগা লূপকী মিং হংবিরক্লনু। 'সুম থোকউ হায়বদুনা মতাং তানফমনা য়াদবদগী ইমা অনীগা ইয়াম্বা অমগা মাঙখরে। লোমশ্রবা থব্বায়গী মমলনি হায়না খনবিগনু, খুদোংচাদবা ময়াম অমা মায়োক্লরুবনা খরসু থেঙদোকখরে, শেনফমসু খরা চাউনা লেপ্লরুবনা খরা অমুক্কসু থেঙদোকখরে, পাবুঙখোয়গী লায়েংশঙদা মতেং-মতেং ওইননবা লুপা লাখ তরাদং থমজরমগে। পাবুঙগা ইমৌগগী অব্বাবদা শরূক য়াদুনা লাকচরিবা নচাশিংগী খনবিদুনা ব্বারৌবিরনু। অসি পায়শিনবিয়ু।

ঙাংবা লোইরকপগা চেগী উপু অমা থল্লল্লগা থোকখিবগা চপ মান্নবগুম তৌই। ব্বা মচেৎ অমত্তং ফাওবা হৌদোকপা নংহৌদে খূদক্তা থোকশ্রগা হান্ননা ঙাইদুনা

লৈরবা মোটর সাইকল অমদা তোংদুনা চৎখ্রে। থোক কুমথদুনা কৌগে খামগে তৌরুই। নংহৌদ্রে। তপ্পা অমুক চঙশিল্লক্কুনা গাড়ী থৌজিন্নবা তৌই। নাকন্দা লৈরিবা চেগী উপু অদু হাংদোক্কুনা য়েংলুই। ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরুরগা য়াম্না লুমখ্রবা মোমোন মীনোক অমা য়াম্নমক য়াংনা নোকখি। য়াংনা নোকখি। হকখ্রবা মোমোন অমনি।

গাড়ী থৌজিল্লম্মগা উপু মচা অনী পুদুনা চঙলকই। সনাগী অমা অতোপ্পা অমনা লুপাগী। মাঙ্গোন মচীন্দা কৌদুনা হায়রুই, "কদাই ইবেম্মা বীনা ইপা লাক্লে হৈ।" খুন্নক্তে, থোরক্তে। মাগী কারোমদা চৎলুই। লৈরমদে। চাকশঙ কাদা য়েংলুই। লৈরকপা পোৎ চৈ এনশাং-নাপী মফম চানা ফজনা লোইশিন্দুনা থম্বা উই। অকোয়বদা চাউয়েং য়েংলম্মগা হন্দোরকপদা মথকলোমগী ঈরুকারোমদা ঈশিং মখোল তারকই। খল্লুই - ইহে, হৌজিক্তা লুরম্মিবা জাৎ ওইরে। খনবনি করিগীনো মানা ঈরুকা অসি ঙসিদা শীজিন্নরিবদি, মপুরোইবা ইচা অদু হেক লৈখিদবদগী সুকচঙ চঙখিদ্রবনি। ঙাইবা ওইনা ইবোহল মাগী কাদা চঙলকই। খংনীং নীংশিংলকপা ঙসাইদগী পাম্মক্লবা হিদাক গিলাস শাংতক তৌবা অমা লৌগে লেপ্পি। কনাসু করিসু হায়রোইদৌবদুবু থক্লমদাইদা থোঙলোমদা হাইরপ য়েংথোকলুই। মমৌবুদি হঙ্গোইনা তৌই। লেপ্পা লেপ্পা খংথক থকই। উপু মচা অনী থম্মিবা শোফা অদুদা ফমথগে খন্দুনা হুৎ লৈথোরকপগী অদুদা মখোঙ য়েৎতু ফূকপা খংয়া য়ারক্তে, মকোক কন্না ঙাওরকই লোয়ননা থজীনগী মিহুল খপ্পগুম চোংলকই। লেকথরকপগুম ফমথরকই! ফনা কুইনা মমদুনা লৈখি।

মানা তশেংনা ভাব তারকপা মতাংদা য়াচঙলম্মে। মমলম্মে। লেঙ-ওত্তুনা য়েংই। য়ারম্মে। কাংথোন খুয়াদা ঙারিবা লীচৈ অদু পায়শেম্বা ওইনা পায়রগা মমায় মমীৎ তাথোক্লবা চৎলকই। মমৌগী মওংসু খঙগে খন্দুনা মতাইগী সিঙ্কলোমদা চৎলকই। কুইনা হাংলুদ্রবা মচা মমৌগী কা ওইরম্বদু মৈ ঙান্না থানবা উই। কুইনা নমখিদ্রবা ধুপকী মনম ফাওরকই। তপ্পা চঙশিন্দুনা খরা কাথোক্লা লৈবা থোঙ অদু খজিক ইম্থোক্কুনা য়েংলুই। মমৌ অদু খিল্লিবা, মীওই অহুমগী চাউনা য়েকপা মূর্তি অহুমগী মমাঙদা চপ তিংনা লেঙদনা ফম্বা উই। পুন্নমক থাদোক্কুনা চাউথোইবা মহাক অমগা অমত্তা ঙায়বা মরী থমদুনা হীরী কোল্লিবী অমগুম ফম্মি। কৌরুদরে ঙাংলমদরে খোঙথাং ফাওবা মখোল থোকখিনি মতাগুম তপ্পা তপ্পা থাংদুনা থোরক্লে। মমৌগী যোগ অদু লোইরকপা ঙাইদুনা লৈরে।

ফনা কুইনা ঙাইরে। ঙাইনা-ঙাইনা ঙাইহাক ঙাইহাক কান্নরগা লৌখিবা গিলাস তরূক সুখ্রে। য়াচঙবা মতুংগী মতুং ওইবদগী খরা অমুক্কসু হেনখরে। অহিংগী পনখৈ য়ৌবা হায়বদু ওইশিল্লক্লে হন্না হন্না য়েংলক্লবা ফক্লাং ঘড়ীদা অমুক্কা য়েংলল্লগা করিনো

লোইরকমন্দেদা খন্দুনা য়েংলুগে থোকলকই। মকৌরগে লেপ্তুনা থোঙ হাংদোকলুই। ইবোহল শ্বায় লাউই। বীনা লৈজবী ওমজবী মওংদা কেদুনা শেং-চারগা চপ তিংনা তাদুনা লৈবা উই। চোংশিনবগুম হোৎচিন্দুনা কৌরুই, "বীনা! বীনা!" মখূদাং তাপ পায়দুনা মিহুল য়েংলুই। চিংনবা খংহেন হেনগৎলকই। মীৎপান য়েংগদবগী মারুবগী মতাং অদুমত্তদা বীনা মমীৎ তপ্না পাঙথোরকই। য়েংলুবদা মীৎপান মচু লাংশিল্লম্মে। পাখৎখ্রবা ইবোহল ফুক হৌগৎকে তৌই। মমৌনা মখূৎ তপ্না থাঙ্গৎলক্তুনা মখূৎ তাপ পায়দুনা খাম্মি। তপ্না হায়রকই,

- কদাইদনো বাজি ?

- ক্লিনিক্তা ফোন তৌগে। দোক্তর মংলেমহোয়সু কৌগে।

- তৌবিরুরনু... পাবুঙ ঐ চৎগ্রগে, খাঙবা ওমদরে, ৱারে।

- করিগীনো ঐ লৈরিবসিদি চৎখিগদবদি ঐনি, নঙগীদমক্তনি ঐনা অনৌবা আশা অমমমগা লোয়ননা লৈরিবসি।

- ঐদি মায়থীরে পাবুঙ, ঐ...

- ঙাইখো সে খূৎ থাদোকউ, ইচা চৎপা য়াদে সুপয়া য়ারোই।

- কান্নররোই পাবুঙ, অরেম্বদা কন্ননবা হোৎনবিরনু। তম্মুবা ইহৈ শীজিন্নদুনা কনবা য়াদনবা লেল্লগা শিংলিদা কাপশিনখ্রবনি।

- ঐনা নঙোন্দগী হেনবা দোক্তর অহলনি ঐনা থোকপা তৌগে সে থাদোকউ।

- থাদোক্লরোই। অদুগী শরুক্তা... চৎলমদাইসিদা...

- হায়য়ু।

মফম খঙদবা ঈনা মথবাক্রোমগী মফি ফাওনা চুপখৎলকপা উরকই। কদাইদগী কমদৌনা হাধরক্লিবা ঈখেঙনো য়েংগে খন্দুনা নাকল্লোমদা হূমজিনগে তৌরুই। মমৌনুপীনা লেমহৌরিবা মখূৎ ওয়না ঙম্বোই ঙমদবোই তিংখৎলক্তুনা ফারগা হেন্না শোন্থরবা খোঞ্জেনদা হায়রকই,

- অদুগী শরুক . . .

- হায়য়ুনে বীনা। ঐ নঙনা হায়বা অমা তৌরগদবনি। ঐসু চৎলসিরা ? ঐনা হেন্না -

- বাজিনা ঐগী অহাঙবা খূদাং য়েংবা হৈনদবদাই -

- অমুবা চন্দোল অসিসু। সনাগী খূজীসু লৈরুবনি। ঙাইখোসে ঐ লৌরকউখিগে অদুগনে শেনসু -

- শেননা মীনা মুৎথৎহল্লুদ্রবা লাইবক্কী চন্দোল অসি পাবুঙগী খূৎনা মুৎথৎপিরম্মু, মথংগী মপোক্তা অঙৌবা ওইনা অমুকতংদি-

- থিনগে বীনা ইপানা থিনবিগনি। খুজী লীক অনৌবা হোম্বরক্নি। সিবিগে সে হৌজিক য়ামদ্রবদা খুজীদি সিবিরগে, খূৎ অসি হাইফেত্তা থাদোকউ।

মখূৎ কোমগোম থাদোরকই। মশা খঙনা থাদোরকপা মানফাত্তে। ফুক হৌগত্তুনা মফম অনীদা টেলিফোন তৌরুরগা সনাগী উপু মচাদু তাপ পায়রগা তহানা চেনচৎ চৎলকই। তহাজনা ফমথরগা হরাওনা উপু তনীক-তনীক্না হাংদোকলুই, তথক-তথকসু শোঞ্জবগুম হায়রুই, “নহানবাই নমা অনীনা পামজনা সিখিবা অদুগুম্বগী মওংগীনি। মমল য়াম্না হেল্লম্মে কুইরবনিনা ঐদি...”

মমৌ ওইবী বীনা তারমদরে, চৎখিরম্লে। ইবোহল মমৌগী মায়থোঙদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। বীনাগী মখূৎকী খূদাং অমা মখদাং মথক্তা, মচীনবান শোক্না থেন্দুনা লৈরম্মী। হাঙলবা খূজেংনি পামজবা লন পূম্নমক্না লৈতেংবিরো হায়বগী মতাগুম্মী। মখূৎ অমনা লাইবক্তা, অমুবা চন্দোল মথক্তা তাদুনা লৈ। মুৎতা মুৎথৎলগে তেংশিংনবদি মান্দ্রগসু য়েংবদা হৈনজদবা কনাগুম্বনা য়েংলকপদা উদ্রসনু হায়বগী লৈখোন চঙবা মাল্লি হায়বসু য়াই। মায়কৈ পূম্নমক মমগ্রবা ইবোহল তপ্না লুকথরই। খূয়া থম্বালদগী হৌরকপা ইহুল অমদগী নুংনীক্লনা পীক্লিবা অঙাং অমগুম্না কপলকই। হৌখিবা পুম্সিগী লমদাং কয়াদা মীশি-মীনাগী তাংথক কয়া হকথেংনখরে। অদুবু ঙসিগী থৱায়গা মিরেনগা পূন্না ফূকপগী মীকপ অসিগুম্নদি অমুক্তা কপখিদরি। মহৌশাদা করম্বা মহৌশা অমগী শক্তম ওইরিগবা !



মণিপুরী অমসুং মণিপুরীঃ মাখল মতেক মতেক (১৯৯৬), ৭। হিজম অঙাংহল শিংহ (১৯৯৭, ইংলিশতা ইবা), ৮। মহাকবি অঙাংহল (হিন্দিতা ১৯৯৭), ৯। ভারতকী কাব্য শাস্ত্র (১৯৯৯);

<u>হন্দোকপা (মণিপুরীদা)</u>

১। ত্যাগ পত্র (মরী লীশাং, ১৯৭০), ২। অন্ধা যুগ (লালী, ১৯৮৩), ৩। হয়বদন (লীলা, ১৯৯২, সাহিত্য অকাদেমি হন্দোক মনা, ১৯৯৪), ৪। ইন্দ্রগী নোংমা (লীলা, ১৯৯৩), ৫। নাগ মণ্ডল (লীলা, ১৯৯৪) অদুগা ১৯৭০ দগী হৌরগা এ আই আরগীদমক্তা হন্দোকখিবা খোঞ্জেল লীলা কয়া অমা;

<u>ফিল্মগী থৃংই</u>

১। লময়া পরশুরাম (১৯৭৪, জিসি তোংব্রাগী লীলাদগী এন এস ফিল্মসকীদমক শঙ্গোকপা), ২। থবা (১৯৮৩, প্রমোদিনীগী মরীদগী), ৩। ইলপেঞ্জন (১৯৯৩, দূর দর্শন কেন্দ্র, ইম্ফালগীদমক), ৪। পেজন (১৯৯৫, দূদকে, ইম্ফালগীদমক);

<u>খোঞ্জেল লীলাদা শঙ্গোকপা</u>

১। শেংলবা লমদম ইরমদম (১৯৯১, পাচা মীতৈগী ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিংবী ফিজম দগী), ২। রাধারানী (১৯৯৪, থোইবী দেবীগী মরী লীশাং রাধা দগী), ৩। পিস্তোল অমা কুন্দাইরে অমা;

<u>মনা-মথুম ফংবা</u>

সাহিত্য অকাদেমি মনা (১৯৮২, মরী মচাদা)

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী (১৯৮৫, মরী মচাদা)

খুইদগী ফবা ফাগী লীলা ইবা (১৯৯৩, এ আই আর, দিল্লী)

সাহিত্য অকাদেমি হন্দোক মনা (১৯৯৪, ত্যাগ পত্র দা)

এন ই টি ভি— পিপল্স চোইস (২০০৬, পুজিগী খুদোলগীদমক)

সাহিত্য রত্ন (২০০৭, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা)

পুক্লিদা নীংবা খুংথসি কংবা ব্রায়। অদুবু, অপাম্বগী পংথে অমদি লৈকম থোকই। শিবন্না পোলোই ওইরবসু, শিবা অদুমক্তনা নীংবা খুংবগী ওমথে ওইরসু ব্লানা লৈ। থীনাগী থব্রায়না হরাওনা কোনখিবা অশিবগী মিরেলবু থব্রায় হাপলি লৈখিদ্রবা মপুরোইবা জয়চন্দ্র অমদি শিনা শিনা হিংথৌরিবা মকু ইবুংঙো ইবোহলনা। হৌজিক্কী মণিপুরী খুনাইগী মহীংলোন্দা নুংগী অরুবা ঈচেল খিরিবা ৱারী লীশাংনি। চহী কুইরবগী মমাঙদা ইখিবা ৱারী অসিনা ওসিসু মতমগী থম্মোয়গী ৱাকৎ পুদুনা লাকলি তগৎ-তগৎ তেক্লা অপাবশিংগী মফমদা।

ই দীনমনি (১৯৪১) শক্লাইরবা অইবনি। ৱারী লীশাং, ৱারীমচা, শৈরেং, হন্দোকপা অমদি নৈনবগী লমশিংদা মাঙজীন থাই।
ফিস্মগী ৱারী অমদি অৱায়-অথুমসু ইরকই। সাহিত্য অকাদেমি মনা (১৯৮২) অমদি সাহিত্য অকাদেমি হন্দোক মনা (১৯৯৪) অমদি অতৈ মনা-মথুম কয়ানা লৈত্তেংখ্রবনি। হৌজিকনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী প্রসিদেন্টনি।

মমল ₹ ১৪০/-